প্রকাশানন্দ (মতুংদা প্রবোধানন্দ) সরস্বতী নী। মখোই অনীমক্তা গ্রন্থ অসি বৈষ্ণব জগৎকী মন্নুংদা শীংথানদফদবা অমূল্য রত্নগী মীংদা শীংথানরী।

সুতাং অসিদা মরূ ওইবা রারমদি—অয়াম্বনা ঈশ্বর মশক খঙ্‌দ্রি, তৌইগুম্বস্লং "সৃষ্টি, স্থিতি, প্রলয়" অত্মক অসিগী কর্ত্তা নানো? অসিমদংগী খোঙ্গুল্লাক্রুবদা মরাইনা শ্রীভগবানগী পাদপদ্ম লায়না থেংনজকুগদোবনী।

পুকোক মক্তা, খুৎ লেপ্লনা নীংসিংদফদব নিবেদন অমদং তৌজরী। যুগকী খোঙচত্তগী হুন্নক্লিবা মুংসিৎ ঈহুনগী পোরৈ হৈন্না ১স্থং গ্রন্থ মচ্চা অসিদা চঞ্জিন্দফদবা বাংলা মরেক মথৈ শুধশুদ্ধ-শুনা চঞ্জিল্লবা তাথে। মসিদা উচ্চারণগী মরদা য়েংছিনবিরবাদ "মপাম চাকস্সু চা হোদা, মউরাম চাকস্সু চা হোদা" হায়বা পাউরোদা তারকফম থোক্লরা। হায়রম অসিদা শিক্ষিত পণ্ডিতশিংগী পূক্নীং হন্না২ চিংছিঞ্জবী।

আবেদক—তোল্লবা গ্রন্থকার।

ইপোকথীরক্লবা নরাধমগী লাইবক্তা, পু-পাংশুনা য়োকপিনবা তম্বিরকখিদে। পুমকক চাউজরক্লবা কালদা ইরাইবক থীবদগী, ইপাবুংনা থাদোকপিরমদা, তোনখ্রবা পুন্সি অসিগী চায়োক থৌরমগী ঙাক্লৌ অসি বিধবা মাতৃদেবীনা শেংজোননা ঙাকপিরকত্না ইমিৎ অনিমা পাঙথোকচরকখী। চাংদমনীংঙাই লৈত্রবা অরা-কোকথোংনা নল্লক্রবী ১স্নুং স্বদেশ প্রেমগী মৈচাক্কা, খাইনমৈচাক্কী অরাবগনা চাকথেকখ্রবী হা ইমা ইবেমা! ঙস্থোক্লা ৱানা লাইরৈবাক্কা তিনখ্রবী, নচা তোল্লবনা করিনা লঞ্চমজগনী?

ৱাবগী পন্দোল লোমখ্রবী, নাংবগী থুংবা লৈখিদ্রবী হা ইমা ইবেমা কুংসিথোইখ্রবী! ৱারৌবিগন্ন কো! শে, শে, গ্রন্থ মচ্চা অসি ইমাগী খুং-থম্বান্দা শিন্নজরবনী।

আশীর্ব্বাদ খৌরাংনা ঙাইজরিবা নচানিপা,

শ্রীগোকুলচাঁদসিংহ ওয়নাম।

---

# গৌরচন্দ্রিকা।

অখিল গুরু, প্রেমাবতার শিরোমণি, শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভু ১স্নুং মহাক্কী পারিষদ বৃন্দনা, মখোয়গী ওইথোক্রবা ভক্তি ১স্নুং প্রেম ইচ্যেনগী লংলবা মঙান ঙাস্থোকপিরম্লে। ঙসি ফাওনা মাতুগী মঙান-মচ্ছা বৈষ্ণব-জগৎকী য়ুমথোঙ খুদিং পূমঙান ঙাম্না লৈরী। মাহু শন্দোক্লবা হায়বসি, নরপশু ঐহাক্কী ইতিক-

ইপা ওইনা থোক্লদে। অদুমদি ওইরবদা নরাধমগী করি২ শুম্বা সৌভাগ্য দিন থোকপিরবপা কালদা, পাপ চেপ্পরবা ইমিং ১স্মুং ইনাকোং অসিনা সাধুসঙ্গদগী খেংনজরুবা ধর্ম্মগ্রন্থ মচা মছুশিংদগী ৺ভগবানগী লীলা-মাধুরী অসি খঙ্জক২ চুপছিঞ্জহৌদ্রা, পাপ শরীর অসিগী হৃদ্দলকানুংদা য়েপছিনদ্রা লৈছিঞ্জহৌই। তৌইগুম্বস্মুং ইশানা মূর্খ ১স্মুং ভক্তি-সাধনা লৈজদবা ওইবনা, ক্রম নাইনা লেংজবা শক্তি লৈখিদবদগী লাইবকথীখ্রবা নরপশুগী লাইবক্তা ওইখোক্লবনী খঞ্জরুদ্রা মুংশাংনা লেপথোকচক্লে। তৌইগুম্বসুং ওনখিবা চহীদা ৺পরশুরাম কুণ্ড স্নান ফংজরুবা মতুংদগী, জ্ঞান খজিক্তং পোকচরকত্লা, গ্রন্থমচা অসিগী থবক্তা অমুরক থূম্খিংজিনবা তাক্লথী।

মতুং অসিদা শ্রীভগবানগী ইচ্ছানা, ইমিংতা ওইনা থোঙ্গৎপিদ্রা অস্নুম ওইবা গ্রন্থমচা অসিগী মমিং "শ্রীবৈষ্ণব-ইতিহাস" থোনবিদ্রা পুথোকপিরকথী।

গ্রন্থমচা অসি ফাওরকপগী প্রধান উদ্দেশ্য ঃ—

(১) ঐখোয়গী ইমাংদা নত্রগা ইনাকোংদা শ্রীমদ্ভাগবত, শ্রীচৈতন্য চরিতামৃত, চৈতন্যভাগবত, প্রেমবিলাস, ভক্তিরত্নাকর, ভক্তমাল অসিনচিংবা মপান নাইত্রবা অমূল্যরত্নগী ভাণ্ডারনা চীংমুক রাংনা পৈখৎত্লা থম্বিরম্লে। অদুবু উরু, তা-রুবগী মখৈতা মণ্ডায়। মাদু লেঙলু ছোক্লুবগী শক্তিদি রাচ্চবনা, মখোয়গী সারাংশদগী মমিংতা ওইনা বখ্নচদ্রা লেংজরিবা গ্রন্থ মচা অসি সাধারণগী থূংদোইরগবরা আশাদগী পোকচখিবা উদ্দেশ্য নী।

(২) শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুগী মরীদা মশীং লাকঙমদবা গ্রন্থ ময়াম লৈখিদনস্থ, প্রভুগী রারীদি, তা-বগীসু, অপ্যেন-অথন নাইদ্রবা, লীবগীস্থ অরোই-অখম লৈত্রবা, অত্তগা মতম কুইনগী মধুরতা চেল্লক্লবা অমহিকস্থং ঈনোত্তা নৌরক্লবা, রহস্য খিবিক্লা লৈচবুনদোনা পুল্লপ২ পৈবিরম্লে। মরম অসিদগী গ্রন্থ অসিমদং স্বজাতিগী থুদোং চারগবরা হায়না ফোংদোকচনবগী থৌরম অসি ইচঙ থৌবগা লোয়ননা ইকোক থোংনা পুজাখবা তাখী।

(৩) প্রেমভক্ত শন্দোকপিরম্বা মহাপুরুষশিংগী পুন্সী-রারী ১স্থং মখোয়গী থৌরাং থৌশীনগী মরিদা ঐখোইনা লাংঙরিক মুক্তগী জ্ঞানতা মফংজে। মসিবু খাই মীপুমতীংনা চুপমিন্নবগী আশাদা, মাতৃভাষা ওইনা ফাওরকপগীসু মরূ ওইবা উদ্দেশ্য অমা নী।

(৪) যুগাবতার শ্রীভগবানগী নোংদমনা খ্রীঃ কুমজা ১৫।৮।৪৭ দগী ভারতনা অমুরক স্বরাজ খুজ্জী পায়রবা হৌরকপা অসিদগী অঙ্কি অমা হওরকত্না, উজাও ওরাজাও ফাওনা হুমদেকপিখ্রে। মসিগী ফোরোয় ইম্না ভারত পুম্বা হিন্দীনা রাষ্ট্রভাষা ওইরক্ক-দোবগী ইথিন-ইরৈ অমস্থ ফাওরক্লী। মসিনবু থুঙ্কাৎখ্রবদি, সংস্কৃতকী পৃষ্ঠপোষক বাংলা ভাষা চর্চ্চা পুম্মৎ মুচ্ছিল্লকপা তারকই। মাত্তগা লোয়ননা ঐখোয়গী গৌরধর্ম্ম অসিসু নোংমৎ গী লূপছিল্লকক্ষম থোক্লকই। ধর্ম্মগ্রন্থ লূপখিবগী রা নত্তে, অমনা বাংলা পাঠক পাঠিকা তাম্লকপদগী, অতোপ্পা অমনা ইরোনগী ধর্ম্মগ্রন্থ রাৎলকপদগী থোক্লক্লিবা থোদো নী। মসিগী থৌইঙ্খিন্দগীস্থ

গ্রন্থ মচা অসি মাতৃভাষাদা থোক্চরকপগী লংজীন কাঙলম্বা মতা অমা ওইনা থোকচৈ।

(৫) মিংচৎ হায়বসি হাকনা তুংকোইবা নংহ্লিকত্রবস্মু লাইঙ্গকগী নাংসিং খুদম অমদং থনস্থা হায়বসি মচা মচূগী তৌদশেদবা মথো ওহনা থোক্লবদগী, মথোয়গী লম্মন পম্মবগী মশক ওইনা, গ্রন্থ মচা অসি থোক্লকপগী অথোইবা উদ্দেশ্য অমা ওইবা।

আন্তরিক নিবেদন ঃ—মহাজ্ঞানী শ্রীযুক্ত ৺হরিলাল চট্টো-পাধ্যায় পণ্ডিত মহাশয়গা "শ্রীবৈষ্ণব ইতিহাস" কৌবা অসি বৈষ্ণব-জগত্তা সমাদৃত ওইদফদবা গ্রন্থ অমা ওইনা চৎনরক্কী। মাসিগী অনুকরণদা, গ্রন্থমচা অসি ভাষান্তর ওইনা ওন্থোক-চৎতনী। তৌইগুম্মস্ত্র গ্রন্থ চাউমনশিগবরা হায়না শঙ্কাদগী থর কক্থৎ থর হাপকৎ অদুম পীনা অনৌবা হৌরম ১।২ দং থেচ্চিনবা তাজখ্রে। অসিগী মরমদা পণ্ডিত মহাশয়গী মফমদা ক্ষমা প্রার্থনা তৌজে। অমহিকস্থং বৈষ্ণব উচ্ছিষ্ট খুঞ্জবা নরাধমগী হাদসকাস্থুংগী ধন্যবাদ চামা চামরক হন্ন ফোংজে।

হৌজিক অসিদা গ্রন্থমচা অসিনা লংজীন কাঙজবগী মওং ওইনা শ্রীভগবানগী গূঢ় রহস্য খজিক খজিক্তং উচ্চরক্লবা অসিদা, করিগুম্বা দোষ ফংবিববস্মু বৈষ্ণব ভক্তশিংনা মাত্র য়াঙ্কোকনদৌনা ক্ষমদোকপিখিদুনা তশেংবা শরুক্কী মথৈতা লওছনবিদুনা চুপছিনবা য়াবা থোকপিরবদি, মাস প্রকাশ তৌজরিবগী শ্রম সফল ওইরে নীংজগনী। অমহিকস্থং করিগুম্বা অরাল অহুই ফংবি-

রবস্থ মাস্থ চানবিদা উৎপি-তাকপিরক্লবদি মতুংগী সংস্কবণদা শেংদোকচনবা হরাও-হরাওনা কৈজ্ঞা সানা ঙাইজবী। অলমতি বিস্তরেণ। ইতি, চৈতৈন্যাব্দ ৪৬৩, গৌণচান্দ্র কার্ত্তিক হরিউত্থান দ্বাদশী।

নিবেদক—

শ্রীশ্রীবৈষ্ণবদাসানুদাস,

তোনখুবা গ্রন্থকার।

---

## হীরমগী লামায়।

## অনীশুবা অধ্যায়।

## অষ্টমশুবা অধ্যায়।



## মরিশুবা অধ্যায়।

## মঙাশুবা অধ্যায়

## তরুক শুবা অধ্যায়।

হীরম — লামায়



হীরম — লামায়

# শ্রীবৈষ্ণব-ইতিহাস

## অহানবা অধ্যায়

—০—

### শ্রীগুরুবন্দনা।

অজ্ঞানতিমিরান্ধস্য জ্ঞানাঞ্জনশলাকয়া।
চক্ষুরুন্মিলিতং যেন তস্মৈ শ্রীগুরবে নমঃ॥

অজ্ঞানগী অমম্বনা কূপছিনখ্রবা মিৎপু, জ্ঞানগী কাজল মচৌনা পাওহল্লিবা অহুম ওইবা শ্রীগুরুদেববু ( শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য স্বরূপ ) থুরুমজে।

যঃ রাধাভাবং ভক্তিভাবং কলিজীবত্রাণ-ভাবঞ্চ।
এতৎত্রিবিধভাবমিহকলি সন্ধ্যায়াম্ প্রকাশার্থম্॥
পবিত্রভাগীরথিতীরে শ্রীনবদ্বীপধামে অবতীর্ণঃ।
তস্য শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রস্য পাদাম্বুজৌ প্রণমাম্যহং পুনঃ পুনঃ॥

যিনি কলিকাল রাধাভাব ভক্তিভাব।
আরও কলি-জীবের নিস্তারের ভাব॥
এই তিন বাঞ্ছা প্রকাশের ছল করি।
ভাগীরথী তীরের নবদ্বীপে অবতরি॥
যাঁহার মহাভাব জগতে প্রচারিল।

সেই চৈতন্যের গুণ জগত পূরিল ॥
তাঁহার অতুল রাতুল চরণারবিন্দে।
করি আমি নমস্কার কায়মনোযোগে ॥

শ্রীমতী রাধা ঠাকুরাণীগী উৎকণ্ঠা।
হরিভক্তি ফোংবা, কলিজীব লা-ন্নবা ॥
বাঞ্ছা অহুম অসি ফোংগদগী পুল্লপ।
লোয়নদনা গৌরহরি অয়াম্বা মরূপ ॥
তৌবিরখি অবতার নবদ্বীপ ধামদা।
অদুম্বা ভগবান গৌরচন্দ্রগী পাদদা ॥
জন্মদগী পণ্ডলরুবা নরাধম ঐনা।
কচ্চরি দণ্ডবৎ মশীং লাকণ্ডমদনা ॥

লোকশিক্ষাগীদমক শ্রীজীব গোস্বামীদা গৌরমণ্ডল পরিক্রমা-দা তাকপি-উৎপিবগী মওং ওইনা শ্রীশ্রীমন্নিত্যানন্দ প্রভুগী শ্রীমুখারবিন্দদগী ছিস্থবিরকথী। ক্রোশ মফু্মরিনা ব্রজমণ্ডল কোয়রিবা দৌনা, ক্রোশ তরাতরুক্লা কোয়রিবা গৌরমণ্ডল অসি "গুপ্তবৃন্দাবন" ধাম অমানী। মসিগী মন্নুংদা দ্বীপ (ঈথৎ) মাপন থোক্লা থাই-রম্মী। মাদো মকা নীপাল লোঙবা থম্বান্দোনা গঙ্গাথক্লা তাউদ্না লৈ। থমজেৎগুম লৈরিবা ময়োল অহুনা অন্তর্দ্বীপ কোয়ে, মাহুগী ময়ায়মক্তা শ্রীমায়াপুরনা ফজরবী রমণীগী লাইবক্তা সিন্দুর থিনবদোনা ভাম্বোইনা লৈরী। যোগপীঠ (ধ্যান তৌফম)

গুপ্তবৃন্দাবন

মায়াপুর অসি শ্রীজগন্নাথ মিশ্রগী য়ুম্ফম, শ্রীমদ্ গৌরহরিগী জন্মস্থান ১স্নুং খোঙদাফম ওইবা অথোইবা ধাম অমা নী। মাহুদি :—

"নিত্যানন্দ প্রভু বলে শুনহ বচন।
ষোল ক্রোশ নবদ্বীপ যথা বৃন্দাবন॥
এই ষোল ক্রোশ মধ্যে দ্বীপ হয় নয়।
অষ্টদল পদ্ম যেন জলেতে ভাসয়॥
অষ্টদল অষ্টদ্বীপ মধ্যে অন্তর্দ্বীপ।
তার মাঝে মায়াপুর মধ্যে বিন্দু-টীপ॥
*  *  *  *  *
নবদ্বীপ মধ্যে মায়াপুর নামে গ্রাম।
যথা জন্মিলেন গৌরচন্দ্র ভগবান॥

ভক্তি রত্নাকর।

১। অন্তর্দ্বীপ—( হৌজিকী মায়াপুব, বল্লাল দীঘি, গঙ্গা-নগরনচিংবা )। দ্বাপর যুগতা শ্রীশ্রীকৃষ্ণচন্দ্রনা শান্নরিবা ব্রজলীলা অসি স্বয়ং শ্রীভগবানগী অবতার ( শাইওন ) মক্লা খওনীংখিবদগী ব্রহ্মানা চাং য়েংগে হায়দ্না গে.ষ্ঠ মফমদগী অয়াম্বা গোপসখা ১স্নুং সন্নাউশিং ফাজিনদ্না লোচ্ছিনখী। অন্তর্যামী শ্রীভগবান কৃষ্ণচন্দ্র উদ-খঙদবা লৈবিখিদে। লোৎখিবা গোপসখা ১স্নুং সন্নাউশিং মশীং শুনা মথনা চোংথোকচরকখী। মতৌ অশুম ব্রহ্মাগী নাপন য়ৈথেকপিখী। অহুদগী ব্রহ্মাগী অনুতাপ লোইবা নাইখিদবদগী মহাকনা কলি কালদা অন্তর্দ্বীপ অসিদা শ্রীগৌর-

গোপাজগী ভজন তৌবিরখী। ভক্তবৎসল শ্রীগৌরগোপাল কৃপা তৌবিখ্রদ্ৃ। সংশংনা অপাম্বা বর নিজৌ তাকপিখী। ব্রহ্মানা হায়জখী "প্রভো। ইবুংঙোবু শ্রীভগবানমকনী চিংনরুবা দণ্ডিগী মহয় ওইনা য়েৌনা তোনখ্রবা জাতিদা পোকচরুদ্ৃ। ইবুংঙোগী লীলা মাধুরী চুম্লিরিবা ভক্তশিংগা লোয়ননা তাঙখ্রবা শ্রীহরি-সংকীর্ত্তন প্রচারদা চঙজবা য়াবা ভিক্ষা অসিমদং নিজরী।" শ্রীভগবান প্যেনবিখ্রে, অন্তর ( হৃদিন্নুং ) গী রারম থিবিক ফোং-বিরম্নগা তথাস্তু ( মাহুমক থুংজরো ) হায়বিরমদ্ৃ। অন্তর্দ্ধান ওইবিখী। অহুম ওইবা ব্রহ্মা অহুমক যুগ অসিগী "শ্রীমদ্ ব্রহ্ম হরিদাসগী" অবতারনী। শ্রীভগবানগী অন্তরগী রারম ফোংবিরম্বা স্থাননী হায়দ্ৃ। মমিং অন্তর্দ্বীপ থোনখ্রে। মাহুদি :—

ঈশান ঠাকুরনা শ্রীনিবাস আচার্য্যদা লীবিথিবা—

পুনঃ প্রভু সংক্ষেপেই ব্রহ্মারে কহিলা।
দেখিবা সাক্ষাতে মোর নবদ্বীপ লীলা॥
কহিয়া অন্তরের কথা হৈল অন্তর্দ্ধান।
এই হেতু লোকে ব্যক্ত অন্তর্দ্বীপ নাম॥

ভক্তিরত্নাকর।

সত্যযুগতা পৃথু কৌবা য়েৌনা ক-ল্লবা নিংথৌ অমনা মাগী রাজ্যগী লৈ-কুৎ লৈ-তোঙ অপূম্বা চপমান্নবা তেমথোক্কে সেন-বিখী। মতৌ অসুম তেম্নকপদা মক্কম অমদা লৈ-মুংদগী য়েৌনা চাল্লখা মঙান অমা ফাওদোরকত্না নিংথৌদা হজৎখী। ভক্তরাজ

অহু শ্রীভগবান কৃপাদগী মফম অহু নবদ্বীপকী মনুংচনবা অন্তর্দ্বীপনী খণ্ডবিখিদ্। মফম অহুমক্তা নীংথিখ্রবা কুণ্ড অমা তণ্ডথোকহনবিখী। মাহুগী পৌরাণিক মমিং পৃথু কুণ্ড কৌনখ্রে। বাঙ্গালাগী রাজা লক্ষ্মণসেনগী হাক্তক্তা কুণ্ড অহু উদ্ধার অমুক তৌদ্। পিতৃলোক্কী জলদান তৌবিখী অমম্বুং মপাবুংগী মমিং মৃৎখিদনবা মাহুগী মমিং "বল্লাল দীর্ঘিকা" খোনবিখী। মাহুদি:—

**বল্লাল দীর্ঘিকা।**

(সত্যযুগে) "পৃথুনামে মহারাজা উচ্চ নীচস্থান।
কাটিয়া পৃথিবী যবে করিল সমান॥
মহাজ্যোতির্ম্ময় প্রভা উঠে ভূগর্ভেতে।
রাজা আসি জ্যোতিঃপুঞ্জ পায় দেখিতে॥
ভক্ত্যাবেশ অবতার পৃথু মহাশয়।
ধ্যানেতে জানিল স্থান নবদ্বীপ হয়॥
স্থানের মাহাত্ম্য গুপ্ত রাখিবার তরে।
আজ্ঞা দিল কর কুণ্ড স্থান মনোহরে॥
যে কুণ্ড করিল তাহা পৃথুকুণ্ড নামে।
বিখ্যাত হইল সর্ব্বনবদ্বীপ ধামে॥
পরে সেইস্থানে শ্রীলক্ষ্মণসেন ধীর।
দীর্ঘিকা খনন কৈল বড়ই গভীর॥
নিজ পিতৃলোকের উদ্ধার করি আশ।
বল্লাল দীর্ঘিকা নাম করিল প্রকাশ॥

ভক্তি রত্নাকর।

২। সীমন্তদ্বীপ—(হৌজিকী সিমলিয়াগ্রাম, বেলপুকুর, কাজিনগর, অসিনচিংবা)। নোংমা মুমিৎ অমদা কৈলাস পর্ব্বত্তা মহেশ্বর সদাশিবনা কলিগী সৌভাগ্য খ-স্থরুবদা মিৎলু অহুম্মক্তগী ঈরা তরং ২ ছিস্থনা পার্ব্বতীগী মফমদা শ্রীভগবান কৃষ্ণচন্দ্রনা অবতার পূন্নমক্কী ভক্তশিংগা লোয়ননা গৌরমণ্ডলদা শান্নরদৌরিবা লীলাগী ৱারী সাবিখী। পার্ব্বতীশু অহুম ওইবা গৌরলীলা দর্শন ফংজনীংখিবদগী মফম অসিদা শ্রীগৌরসুন্দরগী আরাধনা তৌবিরখী। ভগবতী পার্ব্বতীগী চেৎথ্রবা লাইনীং উবিখিবদগী শ্রীগৌরহরি দর্শন পীবিবা তাখ্রে ১সুং আশাপূম্বা পূর্ণ ওইজরো হায়না স্বয়ং বর পীরম্নগা অন্তর্দ্ধান ওইবিখ্রে। পার্ব্বতী ৮ভগবানগী বর হেক ফংবমক্তা শ্রীচরণ ধুলি সীমন্তদা (শঙ্গ্রংদা) থোঞ্জখী। অহুমুংগী মফম অসি "সীমন্তদ্বীপ" কৌনখী, হায়না ঈশান ঠাকুরনা শ্রীনিবাস আচার্য্যদা লীবিখী। মাহুদি:—

নবদ্বীপে পার্ব্বতী আসিয়া এইখানে।
আরাধয়ে শ্রীগৌরসুন্দর ভগবানে॥
দেবী আরাধয়ে জানি প্রসন্ন অন্তর।
সাক্ষাত হইলা নবদ্বীপ সুধাকর॥
× × × × ×
প্রভুর চরণধুলা সীমন্তে ধরিল।
এইহেতু সীমন্তদ্বীপ নাম ব্যক্ত হইল॥

ভক্তি রত্নাকর।

কাজীনগর অসি শ্রীগৌরমণ্ডলগী মথুরা নগর নী। মথুরাদা

শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রনা কংসধ্বংস তৌদ্না লৈবাক মড়া তপথহনবিথিবা, মতৌ অতুম যুগ অসিদা শ্রীগৌরহরিনা শ্রীনরহরিগী রূপ ওইনা স্বপ্নদা দর্শন পীদ্না কাজী দলন তৌবিখিদ্না হরি সংকীর্ত্তনগী য়ৈথায়-থিঙ্গায় অপূম্বা মরূফংনা মাঙহনবিখ্বী।

**কাজীনগর।** বঙ্গগী হুসেন শাহনা কাল অতগী মগধগী জরাসন্ধগী মশক ওইনা পাল্লম্মী। হুসেন শাহ অসিগী মঙান্দগী চাঁদকাজীনা নবদ্বীপকী রায়েনবা মপু ওইখিদ্না প্রভুগী সংকীর্ত্তনগী খোল (পূং) থুগায়থোকখিরম্মী। মাহুদি :—

"প্রভু বলে ওহে জীব শুনহ বচন।
কাজীনগর এই মথুরা ভবন॥
× × × × ×
শ্রীকৃষ্ণ লীলায় যেই কংস মথুরায়।
গৌরাঙ্গ লীলায় চাঁদকাজী নাম পায়॥
× × × × ×
কীর্ত্তন আরম্ভে কাজী মৃদঙ্গ ভাঙ্গিল॥
হোসেন সাহার বলে উৎপাত করিল॥
প্রভু তারে নৃসিংহ রূপেতে দেয় ভয়।
ভয়ে কংস সম কাজী জড়সড় হয়॥"

ভক্তি রত্নাকর।

৩। গোদ্রুমদ্বীপ—( হৌজিক্কী স্থবর্ণবিহার, গাদিগাছা, স্বরূপগঞ্জনচিংবা)। মফম অসিদা ইন্দ্রনা স্থরভী সম্বীগা লোয়ননা লাকত্না ভগবান শ্রীগৌরহরিগী আরাধন তৌবিরথী। অচৌবা

সনাখোংনাং পান্বী অমগী মখোঙদা স্বরভীনা কূল্লম্মী হায়দ্না মফম অসী "গোদ্রুমদ্বীপ" থোনখী। মাহুদি :—

"ইন্দ্র সহ স্বরভী অনেক স্তব করিল।
প্রভু অন্তর্দ্ধান হৈতে ব্যাকুল হইল॥
এথা ছিল অশ্বত্থবৃক্ষ অতি উচ্চতর।
অতি বিস্তারিত বৃক্ষ অতি মনোহর॥
শ্রীস্বরভী গাভী দ্রুমতলে বিলসয়।
এই হেতু গোদ্রুমদ্বীপ পূর্ব্বে বিজ্ঞে কয়॥
ভক্তি রত্নাকর।

মফম অসিদা থায়নবৈদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণদা য়োনা রতি লৈখ্রবা নিংথৌ অমা পানখিরম্মী। নোংমগী স্থমিত্তা শ্রীনারদ মুনিগী প্রশিষ্য বৈষ্ণব অমনা মহাক্কী মফমদা ওইরক্কদবা নবদ্বীপ ধামগী লীলা ৱারী তাহনবিখী। অত্নদগী নিংথৌ অত্ন মক্রুবা জ্ঞান পোকখিদ্না পূক্লীং-হকচাং অমত্তা ওইনা গৌরলীলা নীংসিংদ্তা লৈবিখী। অমস্থং অতৎ অথম নাইদনা প্রার্থনা তৌবিখী। ভক্তবৎসল (মনাই চানবিধোইবা) প্রভুনা মওতাক ওইনা সংকীর্ত্তন মস্থংদা স্থবর্ণমূর্ত্তি ওইনা বিহার তৌবা মহাকপু উহনবিখী। মাহুদগী "স্থবর্ণবিহার" হায়না মফম অত্ন থঙ্খী। নিংথৌ অসিমক প্রভুগী প্রকট (ফোংখ্রবা) লীলাদা "বুদ্ধিমন্তখান" ওইনা পোক্লখী ১স্থং লীলাপার্ষদ ওইবিখী। মহাক অসী মহাপ্রভুগী আলিঙ্গন ফংবিখিদ্না ধন্য ওইবিখী।

**স্থবর্ণবিহার।**

শ্রীঈশান ঠাকুরনা শ্রীনিবাস আচার্য্যনচিংবদা তাকপিথী :—

এইদেশে ছিল এক রাজা ভাগ্যবান।
কৃষ্ণেতে অনন্যভক্তি সর্ব্বাংশে প্রধান॥
× × × × ×
ভকতবৎসল প্রভু শ্রীগৌরাঙ্গ রায়।
স্বপ্নচ্ছলে লীলাশ্চর্য্য দেখান রাজায়॥
× × × ×
দেখি কৃষ্ণচন্দ্রে রাজা জুড়ায় নয়ন।
সেইক্ষণে দেখে তাঁরে স্থবর্ণ বরণ॥
× × × ×
স্থবর্ণ বিগ্রহের বিচার হইল ধ্যান।
এইহেতু স্থবর্ণবিহার নাম স্থান॥

ভক্তি রত্নাকর।

মফম অসিদা হৌজিক ফাওনা চ্যেকপৈ অচৌবা অমা উবা ফংনৈ। মাদো বৌদ্ধপন্থী পালরাজাশিংগী শঙ্গায় য়ুম্ফমনী ১স্নুং "স্থবর্ণবিহার" অসিনা মখোয়গী রাজধানী ওইখি হায়না অয়াম্বনা ঙাঙৈ। বুদ্ধিমন্তখান অসী নবদ্বীপকী মক্লুংদা অচৌবা হিন্দু জমিদার অমা ওইবিরম্মী। মহাক অসিনা নিমাই পণ্ডিতকা বল্লভাচার্য্যগী কন্যা লক্ষ্মী দেবীগা বিবাহ তৌবদা হরাওমনখিদ্র। মাহুগী চাদীং মখৈ পুবিথী, অদুগা হায়রকথী :—

"বুদ্ধিমন্ত খান বোলে শুন সর্ব্ব ভাই।
বামনিঞা মত এ বিবাহে কিছু নাই॥

এ বিবাহে পণ্ডিতেরে করাইব হেন।
রাজকুমারের মত লোকে দেখে যেন॥"

সশিষ্য শ্রীচৈতন্য।

বিবাহগী অহিং অহুদম্ব থ্বাইনা ঙাঙ্বিথী :—

"বড় বড় বিভা দেখিয়াছি লোকে বোলে।
এমত সমৃদ্ধ নাহি দেখি কোন কালে॥"

শ্রীচৈতন্য ভাগবত।

৪। **মধ্যদ্বীপ**—( হৌজিক্কী মাঝিদা, শান্তিপুর, দেবপল্লী-নচিংবা )। মফম অসিদা সপ্তঋষিনা শ্রীগৌরচন্দ্রবু ভজন তৌবিথী। কুমারহট্ট হৌজিক্কী কুমারহাটী গ্রামদা ঋষি তরেৎমক্কী সাধনাশ্রম ( লাইনীংফম ) সপ্তটীগা ১স্থুং সপ্তর্ষিঘাট হৌজিক ফাওনা লৈরি। মসি শ্রীগৌরমণ্ডলগী নৈমিষারণ্য ক্ষেত্র নী। মফম অসিদা মখোয়না প্রভুগী পাদপদ্ম তত্তনা ধ্যান তৌজৈ। ভক্তবু চানথোইবিবা প্রভু তপথবা লৈখিদনা মধ্যাহ্ন কালদা ( হুমিৎ চপয়ুংবদা ) দর্শন পীবিথী, মরম অসিদগী "মধ্যদ্বীপ" কৌনথী। মাহুদি :—

"এথা সপ্তঋষি প্রভুগুণে মগ্ন হৈয়া।
নানা কথা কহে নবদ্বীপ নিরখিয়া॥
× × × ×
অতি অনুরাগে ঋষিগণ আরাধয়।
ভকতবৎসল প্রভু অধৈর্য্যাতিশয়॥

মধ্যাহ্নের সূর্য্যসম মধ্যাহ্ন-সময়।
দেখা দিলা প্রভু তেঞি মধ্যদ্বীপ কয়॥

ভক্তি রত্নাকর।

মফম অসিদা শ্রীভগবান হরিনা হিরণ্যকশিপু বধ তৌরগা (হাংলগা) পোখাবিথী। ব্রহ্মানচিংবা দেবগণ (লাইয়াম খিবিক্রা) লৈখিদ্না খুঙ্গং অমা ওইনা তাবিথী অতুগা শ্রীনৃসিংহদেব পূজা তৌবিথী। মরম অসিদগী মফম অসি "দেবপল্লী (দে-পাড়া)" নত্রগা "শ্রীনৃসিংহ ক্ষেত্র কৌনখ্রে। অসিদা শ্রীনরসিংহ দেবগী পূক্লীং হূখ্রবা শ্রীবিগ্রহ অমা ঙাম্থোইনা লৈবিরী। মাতুদি :—

**দেবপল্লী নত্রগা নৃসিংহ ক্ষেত্র**

"দেবপল্লী এই হয় শ্রীনৃসিংহ দেবালয়,
সত্যযুগ হৈতে পবিচয়।
প্রহ্লাদেরে দয়া করি হিরণ্য বধিয়া হরি,
এইস্থানে করিল বিশ্রাম॥
ব্রহ্মা আদি দেবগণ নিজ নিজ নিকেতন,
করি এক বসাইল গ্রাম।
মন্দাকিনী তট ধরি টীলায় বসতি করি,
নৃসিংহ সেবায় হৈল রত॥
নৃসিংহ ক্ষেত্র নাম নবদ্বীপে এই ধাম,
× × × ×

শ্রীনবদ্বীপদর্শন দ্বিতীয় খণ্ড।

মথক্কী দ্বীপ মরিমক অসি গঙ্গাগী নোংপোক পাংবদা লৈরিবা ঙাক্লী।

৫। কোলদ্বীপ * :—( হৌজিক্কী কুলিয়া, অম্বিকা, সমুদ্রগড়িনচিংবা )। মফম অসিদা শ্রীকোলদেব ( শ্রীবরাহদেব ) গী আরাধনা তৌজখিবদগী বাসুদেব কৌবা ব্রাহ্মণ অমনা কোলদেবগী রূপ ওইনা শ্রীগৌরহরিগী দর্শন ফংবিখী। মরম অসিদগী দ্বীপ ( ঈথৎ ) অসিগী মমিং "কোলদ্বীপ" হায়না খঙ্খী। কুলিয়া অসি শ্রীগৌরমণ্ডলগী "প্রয়াগ তীর্থ" ১সুং "শ্রীবরাহ ক্ষেত্র" অনীমক শুপ্লী অদুগা কুলিয়া পাহাড়না "শ্রীগোবর্দ্ধন পর্ব্বত" ওইবিরী। মসিগী কৌক্রুদা "শ্রীবহুলাবন" হৌজিকসু লৈবিরী। শ্রীমাধব দাস নত্রগা ছকড়ি চট্টোপাধ্যায়গী মচানীপা শ্রীবংশীবদনানন্দ ঠাকুরগী জন্মস্থান নী। শ্রীবংশীবদন ঠাকুর অসি শ্রীবিষ্ণুপ্রিয়া দেবীগী মচানীপাগী মশক ওইবিখী। মহাক্কী ধারা হৌজিক শ্রীবাঘনাপাড়াদা লৈবিরী।

শ্রীনবদ্বীপদর্শন ২য় খণ্ড।

"ভক্তাধীন প্রভু অবতারী গৌরহরি।
হইলেন কোলরূপ অদ্ভুত মাধুরী॥

× × × ×

---

* প্রাচীন (থায়নগী) নবদ্বীপনা গঙ্গাগর্ভদা লূপছিনখিবা হৌরক্রবদা, শ্রীপোড়ামাতা, শ্রীআগমেশ্বরী অসিনচিংবা নবদ্বীপকী অধিষ্ঠাত্রী ( মহৌসা লৈবিরম্বী ) দেবীগা লোয়ননা ব্রাহ্মণ কাঙলূপ্পা মফম অসিদা লৈবা হৌখিবদগী, গঙ্গাগী নোংচুপ-ভোর্ব্বানগী লমদম অসিবু যুগ অসিগী "নবদ্বীপ" মিংথোল থোনখিদ্রা শন্দোকপিখে। মসি মীপুমভিংনা খঙ্বিখ্রবনী।

পর্ব্বত প্রমাণ কোল বিপ্রে দেখা দিল।
এইহেতু কোলদ্বীপ পর্ব্বতাখ্য হৈল॥"

ভক্তি রত্নাকর।

সমক্রুনা গঙ্গাগী মফমদা লাকত্না শ্রীগৌরলীলা ধ্যান তৌবিখী। মরম অসিদগী গঙ্গাসাগর সঙ্গমতীর্থ অসি "সমুদ্রগড়ি" হায়না

সমুদ্রগড়ি। ফাওখ্রে। মফম অসিমক্তা সমুদ্রসেন রাজাগী রাজধানীস্থ লৈরম্মী। কুরুক্ষেত্রগী লাম্ফমদা সমুদ্রসেন পাণ্ডব পক্ষদা (মীচঙদা) লাম্বাংবিথিরম্মী। হৌজিক ফাওনা মহাক্কী গড় (পল্লী) লৈরী। মাঙদি :—

"ওহে শ্রীনিবাস গঙ্গা-সিন্ধু এইখানে।
সদাই অধৈর্য্য গৌরচন্দ্রের ধিয়ানে॥
× × × ×
গঙ্গাসহ গতিতে সমুদ্রগতি নাম।
এবে লোক কহয়ে সমুদ্রগড়ি গ্রাম॥"

নবদ্বীপদর্শন ২য় খণ্ড।

৬। ঋতুদ্বীপ—(হৌজিক্কী রাহুতপুর, বিদ্যানগরনচিংবা)। মসি শ্রীগৌরমণ্ডলগী শেংখ্রবা শ্রীরাধাকুণ্ড তীর্থ নী। প্রকৃতিগী য়াথং ইল্লিবা ঋতু ভরুকমক ঋতুরাজ বসন্তগা লোয়ননা প্রকৃতিগী মপু শ্রীগৌরসুন্দরগী আরাধনা তৌবিখী। মরম অসিদগী মফম অসি "ঋতুদ্বীপ" হায়না কৌনখ্রে। মাহুদি :—

"ঋতুরাজ বসন্ত সহিত ঋতুগণ।
প্রভু অবতীর্ণ চিন্তাকরে অনুক্ষণ॥

ঋতুগণ বহু অভিলাষে আরাধয়।
এইহেতু এ ঋতুদ্বীপ নাম পূর্ব্বে কয়॥"

নবদ্বীপদর্শন ২ য় খণ্ড।

দ্বীপ অসিগী মন্থুংচনবা বিত্থানগর অসিদা মৎস্যরূপী ভগবান্না প্রলয়পয়োধি-জল (প্রলয় ঈসিং মপৈ) দগী বেদ মরিমা লওখৎল্লা থম্বিরম্মী। মরম অহুনা বিত্থা অপূম্বনা ব্রাহ্মণ ১মুং বেদদা আশ্রয় তৌজদ্না লৈবী। মরম অসিদগী নবদ্বীপ অসি সরস্বতী দেবীগী অশেংবা পীঠ (খুবম) অমনী। মফম অসিমক্তগী নোংমগী মুমিত্তা লৈবখিবিক শাস্ত্র, ভাষা, দর্শন জ্যোতিষ, সাহিত্য অপূম্বা ফোং‌দোকখী। সারদাপীঠ অসি আশ্রয় তৌখিবদগী যুগ অসিদা মহামহোপাধ্যায়শিংনা বাঙ্গালা অপূম্বগী চৎনবী পথাপ, আচার, ব্যেবহার, রাহৈ অমদা হায়রুরগা হিন্দুগী সর্ব্বস্ব (মচাক মরল পূম্বা) চপচানা থম্বিরম্মে। বল্লালসেন রাজাগী মহাক্তক্তগী হৌজিক ফাওবা সারস্বত্যাসনগী (সরস্বতী খুবমগী) রাওইবিদবা মতৌ ঈরৈ-লৈরকত্রি। অমহিকম্ব মসি বৃহস্পতি-পীঠম্বু (শগোঞ্চেন গুরুগী খুবমম্বু) ওইবিরক্লিবনী। মরমদি সুরগুরু (লাইগী গুরু) বৃহস্পতিমক যুগ অসিগী সার্ব্বভৌম ওইবিরখী। মরম অসিদগী মসি "বিত্থানগর" কৌনখী। মাহুদি :—

বিদ্যানগর।

করিবেন প্রভু বিত্থা ক্রীড়া নদীয়ায়।
এই হেতু বৃহস্পতি আইল হেথায়॥
হইল প্রভুর আজ্ঞা তাহার প্রতি।

হইব প্রকট শীঘ্র স্বগণ সংহতি॥
× × × ×
প্রভু ক্রীড়া লাগি এথা বিদ্যা প্রচারিল।
এই হেতু শ্রীবিদ্যানগর নাম হইল॥

শ্রীচৈতন্যভাগবত ও নবদ্বীপদর্শন ২য় খণ্ড।

৭। **জহ্নুদ্বীপ**—( হৌজিক্কী জান্নগরনচিংবা )। মসি জহ্নুমুনিনা শ্রীগৌবহরি আরাধনা তৌখিবা আশ্রম (লাইনীংক্ষম) অমা নী। গঙ্গানা আশ্রম অসি তাউথোকহনখিবদগী মুনিনা শাউখিদ্না ভাগীরথীবু খূইয়া অমত্তা ওইনা য়োচ্ছিনবিথী। অহুমতুং ভগীরথকী লৈসি-লৈথোন্দগী জহ্নুনা মনাকোংদগী ( কনা অমনা খূউদগী ) ভাগীরথী গঙ্গা পুথোকপিথী। মরম অসিদগী গঙ্গাগী মমিং জাহ্নবী ১স্থুং ভাগীরথী হায়না কৌনখ্রে। জাহ্নবীগী মচানীপা ভীষ্মদেবনা আশ্রম অসিদা জহ্নুমুনি মফমদা ধর্ম্ম-শাস্ত্র অপূম্বা তমজথী। মহাকস্থ দ্বীপ অসিদা শ্রীগৌরহরি ভজন তৌবিখিবদগী অথোইবা বৈষ্ণব সমাজদা তিনবিথী। জহ্নুদ্বীপ অসি শ্রীগৌরমণ্ডলগী ভদ্রবন নী। জহ্নুমুনিগী আশ্রম লৈরম্বদগী মফম অসি জহ্নুদ্বীপ কৌনখ্রে।

নবদ্বীপদর্শন ২য় খণ্ড।

মাহুদি :—

"জহ্নুমুনি পরম আনন্দে এইখানে।
দেখি নবদ্বীপ শোভা বিচারয়ে মনে॥
× × × ×

মুদ্রিত নয়নে মুনি করিতে ধিয়ান।
হৃদয়ে উদয় হইলা প্রভু দয়াবান॥
× × × ×
জহ্নু মুনি মহানন্দে রহে এইস্থানে।
এই হেতু জহ্নুদ্বীপ কহে বিজ্ঞগণে॥"

শ্রীচৈতন্যভাগবত।

৮। মোদদ্রুমদ্বীপ—( হৌজিক্কী মহৎপুর, মাউগাছি-নচিংবা )। পিতৃসত্য পালনগী ( ঙাক্কবগী ) দমক বনবাস তৌবিরকপা কালদা মফম অসিদা অচৌবা সণাখোংনাং পাম্বী অমগী মক্কমদা পোথারিবঁগে শ্রীরামচন্দ্রনা মশামক্কী ওইরক্কদোবা গৌরাঙ্গস্বরূপ ১স্মুং লীলা অতু লক্ষ্মণগা সীতাদেবীগা অনীমক্কী মফমদা দর্শন পীনবিখী। মাহুদা মথোয় য়োনা মোদ ( নুংঙাইবা ) পোকপিখিবদগী মসিগী মমিং "মোদদ্রুম" কৌনখ্রে। মসি শ্রীগৌরমণ্ডলগী ভাগ্তিরবন ১স্মুং অযোধ্যা ধাম নী। অমহিকস্মুং মসিদি শ্রীমতি নারায়ণী ঠাকুরাণী ১স্মুং মচানীপা ব্যাসাবতার শ্রীবৃন্দাবন দাস ঠাকুর অনিমক্কী য়ুম্ফম অমস্মুং জন্মস্থান ওইবিখী। হৌজিক মফম অসি জঙ্গলনা ( নারক্কা ) থূম্মংখ্রে। মাহুদি:—

শুনিয়া জানকী দুই নয়ন মুদয়ে।
নবদ্বীপ অদ্ভুত বিলাস নিরিখয়ে॥
× × × ×
নয়ন মেলিয়া চাহে প্রাণনাথ পানে।
হাসিয়া শ্রীরামচন্দ্র স্থির কৈলা তানে॥

× × × ×

হেথা সকলের মোদ (আনন্দ) বৃদ্ধি অতিশয়।
এই হেতু মোদদ্রুম দ্বীপ পূর্ব্বে কয়॥

নবদ্বীপদর্শন ২য় খণ্ড।

বঙ্গগী রাঢ দেশকী একচক্রাগ্রামদা লৈবিরম্বদগী মোদদ্রুম দ্বীপকী মন্নুংচনবা মহৎপুর কোবা মফম অসিদা পঞ্চপাণ্ডবনা বনবাস তৌরকপদা কয়ানি মরুম প-নবিখী অদুগা যুধিষ্ঠিরনা রাম কৃষ্ণ অনিমগী ধ্যান তৌবিখী। মনাই ভক্তগী চপয়ুংখ্রবা হৃদিমতা অদু উবিখিবদগী অহানবদা ফজখ্রবা শ্রীগৌরমূর্ত্তি ওইনা উৎপিরম্লগা রামকৃষ্ণ অনিমনা স্বয়ং দর্শন পীবিখ্রে। অম্নম্ন রূপ অসি দর্শন ফংবিখিবদগী ধর্ম্মরাজ যুধিষ্ঠির পূমণক ঙকপিখ্রে, মিৎলুদগী ঈরা তরং ২ হিন্থনা

**মহৎপুর।**

প্রভু অনিমক্কী খূইয়া-থম্বান্দা তুথবিখ্রে। প্রভু অনিমক পেয়্যন-বিখ্রদ্রা ওইরক্কদবা গৌরভূম-লীলা ফেংবিরম্লগা অদর্শন ওইবিখী। মহৎশিংগী অথোইবা যুধিষ্ঠিরগী লৈনফম ওইখিবদগী মসি "মহৎপুর" কৌনখী। মসি গৌরমণ্ডলগী "কাম্যবন" নী। মফম অসিদা যুধিষ্ঠিরটীলা কৌবা অরাংবা মফম অমা লৈ, মাহুদা পঞ্চপাণ্ডবনা লাচ্চরম্বা শ্রীপাণ্ডবেশ্বর কৌবা শিবলিঙ্গ অমস্থ হৌজিক ফাওনা লৈবিরী। শ্রীঈশান ঠাকুরনা হায়বিখ্রে;—

"এত কহি রাজার জানি মনোবৃত্তি।
হইল পরম সুন্দর গৌরমূর্ত্তি॥
কৃষ্ণ বলদেবের দেখিয়া হেনরূপ।

আত্ম বিস্মরিত যুধিষ্ঠির ভক্ত ভূপ॥
× × × ×
এই অদ্ভুত কথা জানাইয়া ভক্তগণে।
কতদিন আনন্দে রহিলা এইস্থানে॥
মহতের শ্রেষ্ঠ যুধিষ্ঠির মহাশয়।
তার বাসস্থান হেতু মহৎপুর হয়॥"

নবদ্বীপদর্শন ২য় খণ্ড।

৯। রুদ্রদ্বীপ নত্রগা রুদ্রপুর—(হৌজিক্কী রাহুপুরগ্রাম, পূর্ব্বস্থলী, চুপীনচিংবা)। রুদ্রদ্বীপ অসি অনী থোকখ্রদ্‌গা গঙ্গাগী নোংপোক-নোংচুপ পাংবা তোর্ব্বান্দা লৈরী। মসি মমাংঙৈ খুন্তারমদবদগী হৌজিক খর ২ তানরক্লে। মফম অসিদা স্বয়ং রুদ্রেশ্বর (মহাদেব) না শ্রীগৌরলীলা সকচ-সোজদ্‌না থোইদোক্লা মুংঙাইবা পোকপিখী, হায়দ্‌না মমিং "রুদ্রদ্বীপ" থোন্নখী। অসিদা সংশংবা শিবাবতার শ্রীমৎ শঙ্করাচার্য্য নবদ্বীপ জয় তৌগে লাকপিখিরম্মী। মপান্থোংদা মহাকনা মায়াবাদ প্রচার তৌবিরম্লবস্থ অস্তরদদি (থুদিঙ্মুংদদি) মহাক অসে পরম (অথোইবা) বৈষ্ণব ওইবিখী। মাহ্রদি:—

"গৌরচন্দ্র প্রকট হইবে নদীয়ায়।
ইথে শ্রীরুদ্রের মহাউল্লাস হিয়ায়॥
নিজগণ সহ রুদ্র বসি এই স্থানে।
হইল উন্মত্ত গৌর-চরিত্র কীর্ত্তনে॥

ওহে শ্রীনিবাস এ পরম পুণ্যস্থান।
শ্রীরুদ্র বিলাসে তেঞি রুদ্রদ্বীপ নাম॥"

নবদ্বীপদর্শন ২য় খণ্ড।

মমৈগী দ্বীপ মণ্ডামক অসিনা গঙ্গাগী নোংচূপ পাংবদা লৈখী। যুগকী খোঙ্লেনা মথক্কী দ্বীপ মাপনমক অসি পূঞ্জিনখিদ্‌না নবদ্বীপ (ঈথৎমাপন) হায়বা মিংথোল অসি থোনবিখী। মত অসি চ্যেৎহন্নবগী মরমদা বৈষ্ণবকবি নরহরিদাসকী পদাবলী মতেক অমদং পল্লক্ষম থোকই। মাত্থদি:—

"নদীয়া পৃথক গ্রাম নয়।
নব দ্বীপে নবদ্বীপ বেষ্টিত যে হয়॥
নয় দ্বীপে নবদ্বীপ নাম।
পৃথক ২ কিন্তু হয় এক গ্রাম॥"

নবদ্বীপ পরিক্রমা পদ্ধতি।

(১) কনা অমনা অস্থমস্থ হায়বী, মক্কম অসি থায়নঙৈদা গঙ্গা ১স্থুং জলাঙ্গী হৌজিকনা (খড়িয়া) তুরেনগী মরক্তা তাবা লৈঙোই ছেকচাইথক্তা মী তাবা য়ারক্লবদা থুঙ্গং মচ্চা অমা ওইনা সেমগৎথিবদগী ঈথৎ অত্থ মতম অমদা "নবদ্বীপ" হায়না মমিং চৎখী। (২) নবদ্বীপকী অতোপ্পা মমিং অমদি নদীয়াস্থ কৌনৈ। অসিগী মরমদা অস্থম ঙাঙ্‌বা লৈ, মাত্থদি গঙ্গা ১স্থুং জলাঙ্গীগী মরক্তা লৈবা ছেকচাইথক্তা খুন্তাবা হৌরক্লবদা তান্ত্রিক সন্ন্যাসী অমনা অহিং খুদিং মচি অমদা

নবদ্বীপ অমদি নদীয়া।

থাউমৈ মাপন খক থাঙ্গৎত্না তান্ত্রিক সাধন তৌবিখী। মরম অসিদগী অরাপ্পগী মীনা অহানবদা মফম অহুবু "ন-দীয়ার চর" (থাউমৈ মাপনগী ছেকচাই) কৌনরম্বদগী খুন্তা-লৈতারক্লবদা মফম অদো "নদীয়া" হায়না কৌনবা হোৌখী। (৩) বৈষ্ণব-পন্থীগী অয়াম্বা ভক্তশিংনদি ধাম অসিদা শ্রীগৌরাঙ্গদেবনা নববিধা ভক্তি (ভক্তি মখন মাপন) অমুরক শন্দোকপিখী হায়বদগী স্থান অসিবু "নবদ্বীপধাম" কৌনখি হায়নৈ। মনাই ভক্ত প্রহ্লাদগী ভক্তিমত অসি পরিপোষণগী (য়োকখৎপিনবগী) মওং ওইনা লোকশিক্ষাগী দমক শ্রীশ্রীমন্মহাপ্রভুগী শ্রীমুখারবিন্দদগী অমুক হন্না ছিন্থুবিরম্লে। মাহুদি :—

"শ্রবণং কীর্ত্তনং বিষ্ণুস্মরণং পাদসেবনম্।
অর্চ্চনং বন্দনং দাস্যং সখ্যমাত্মনিবেদনম্॥"

শ্রীমদ্ভাগবত ৭ম অধ্যায়।

অহুগা মহারাজ বল্লালসেনগী মহাক্তক্তদি নদীয়া রাজ্য হায়রবদি বঙ্গদেশ অপুম্ববু খণ্ডরম্মী। খ্রীঃ কুমজা ১২৬৬ তা বঙ্গদেশ দিল্লী সম্রাটকী মখা পোনখী। অহুম ওইদনু শ্রীভগবানগী থৌরাং-থৌশীল হায়বসি কয়াতা ওকখ্রবনো। কৃষ্ণনগর রাজবংশগী মবুধৌ ভবানন্দ মজুমদারনা, খৃষ্টাব্দ ১৬০৬ তা সম্রাট জাহাঙ্গিরগী ময়াথংদগী নদীয়ানচিংবা পরগণা ১০।২০ গী জমিদার ওইবিখী। মক্তৌ অমুম মহাকী মচানীপা গোপাল মজুমদার অহুগা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী পার্ষদ বুদ্ধিমন্তখান ১মুং স্ববুদ্ধি রায়নচিংবা

মখোয় অসি মথং ২ শান্তিপুর, ভালুকানচিংবা পরগণাগী জমিদারী ফংবিথী। অতুদগী নদীয়া অসি মুসলমান রাজ্যগী মতমদস্মুং হিন্দু জমিদারশিংগী মথৌরাংদগী ফজনা শাসন তৌবা থোকখী। মরমদি পাঠান ১স্মুং মোগল নিংথৌশিংগী হাক্তক্তা হিন্দু-মুসলমান খায়দনা মখোয়না হাপ্পিখিবা জমিদারশিং (ভুঁএাশিং) অতুনা মাগী ২ চহিগী খাজানাবু তোহল্লোদনা নবাব সরকারদবু থীগচ্চবা ঙম্লবদি মচামছু ছুরোন ফাওনা জমিদারী মফংজে। মরম অসিদগী ভারতবর্ষগী অয়াম্বা দেশতা শা-লাম্তা তৌনদ্রা লৈখিবনা

**দেশকী অবস্থা।**

ধর্ম্ম ১স্মুং সাহিত্য-চর্চ্চাগী হীরমদা ময়েং তাথখ্রবস্থ, বঙ্গদেশ অসিদি শ্রীভগবানগী ইচ্ছাদগী থোইনা চাওখৎফম অমা ওইনা থোকখী। করিত্তবু হায়রুগনি হিন্দু জমিদার অমম্মা মতিকথোকপা লম্বীসেম্বা, মন্দির সাবা, মীথুংশঙ সাবা, ব্রাহ্মণ পণ্ডিতশিংদা ব্রহ্মোত্তর (লওজা) পীজবা অসিগুম্বা পুণ্য কর্ম্ম তৌবদা করি অমত্তা অপ-নবা লৈখিদে। অত্তুগা সাহিত্য চর্চ্চাগী হীরমদস্মুং মখৈ লৈতনা চাওখৎখিবদগী মসিনা শ্রীগৌরাঙ্গলীলাগী অথোইবা সহায় (পাম্বৈ) অমা ওইনস্থ থোকহনখী। মাতুদি, মুকুণ্ডরামগী "চণ্ডী" কৃত্তিবাসগী "রামায়ণ" কাশীরাম দাসকী "মহাভারত" নচিংবা লেংদ্রা হিন্দুধর্ম্মগী মিংচৎ ফাওখী। অসিতস্থ নত্তনা শ্রীগৌরহরিগী কৃপা নোংদমদগী কবিশ্রেষ্ঠ কৃষ্ণদাস, নরোত্তমদাস, গোবিন্দদাস, জ্ঞানদাস, নরহরি সরকারনচিংবগী মথুদাংদা মথৌনা হাপকৎপি, থম্মোয়মুংদা মরৌসিং পোকহনবিদ্রা, কাল অত্তুরাইদা

মখোয়না লেংবিরম্বা বৈষ্ণব-গ্রন্থ কয়া কয়ানা বৈষ্ণব-ধর্ম্মগী গুণ অসি মরোল অমা অরাংবা থাক্তা ( মথাংদা ) পুথৎপিরমদ্ৰা মাছ্ হৌজিক ফাওনা বৈষ্ণব-সমাজগী মনুংদা সক্ত-সোম্নবিরিবা অসি নী।

## বর্ত্তমান শ্রীনবদ্বীপ ধামগী দর্শন তৌনফম।

১। শ্রীশ্রীনবদ্বীপচন্দ্র মহাপ্রভু *। চহি ২৪ চুপ্পা নবদ্বীপ-লীলা শানবিরম্লগা শকাব্দ ১৪৩১, খ্রীষ্টাব্দ ১৫১০ গী মাঘমাসদা

* কাল অহূদা করিগুম্বা মফমদমু অরেপ্পা মন্দির অমত্তা লৈরমদে। শাক্ত·ব্রাহ্মণশিংগী থৌরাঙ্গিন্দবগী মহারাজ কৃষ্ণচন্দ্র অসি গৌরভক্ত বৈষ্ণব-শিংগী, ১মুং শ্রীবিগ্রহ অসিগী মথক্তা নত্ত-নত্তবা লীচৎ চৎকে সেনথী। মাছগী চিংনথিবদগী শ্রীবিগ্রহ অসি লৈ-রোন চনখিদ্ৰা ভোগ আরতিনচিংবা য়োনা থ্‌প্পা তৌবিবা তাথী। তাম্ফম অসিদা মণিপুরগী শ্রীশ্রীঅনু-মহাপ্রভু অসি শ্রীনবদ্বীপ ধামদা স্থাপন তৌবিথী। অসিমতুং শ্রীবৃন্দাবন ধামদগী ফাওরবা রামদাস বাবাজী অমা ফাওরকত্না মালঞ্চ পাড়াদগী য়োনা চোকছিম্না মফম অসিদা বিগ্রহ অসি হোংহনবিরকথী। মহারাজ কৃষ্ণচন্দ্রনা মরান-মহুই লৈজখিদ্রবা বাবাজী অসিগী মথক্তমু নত্ত-নত্তবা লীচৎ চৎপিথী, তৌইগুমমুং কাল অহূমক্তা ভক্ত অমা ফাওরকপদগী মহারাজ অসিগী বৈষ্ণব-হিংসা চাননা পুমশ্যেন শ্যেনথিবা তাথী। মহাত্মা অসি অতৈ কনা নত্তে, ইংরেজ শাসনকর্ত্তা ওয়ারেন-হেষ্টিংসগী দেওয়ান মমিং গঙ্গাগোবিন্দ সিংহ কৌবা অহূনী; অমরোমদা মহাক অসি অথোইবা বৈষ্ণব ভক্ত অমা ওইবিথী। মহাক বাবাজী অসিগা মারী-মরাতাই সানথিবদগী, বৈষ্ণব-ধর্ম্মগী অয়াবা হৌরম তমজনফম

মহাপ্রভুনা সন্ন্যাস ধর্ম্ম লওবিখী। মতুং অসিদা মহাপ্রভুগী পাউতাক মতুংইন্না সেবাগীদমক বিষ্ণুপ্রিয়া দেবীনা প্রভুগী খুড়ুম (খড়ম) ১স্নুং শ্রীবিগ্রহ অসি মায়াপুরদা প্রতিষ্ঠা তৌজদ্‌না (লিংখচ্চদ্‌না) লাচ্চখী। শ্রীমূর্ত্তি অসি প্রভুগী অচানবা মনাই নবীনানন্দ খুৎহৈববু সাগৎহনদ্‌না শকাব্দ ১৪৩৩ গী মাঘি পূর্ণিমা তিথিদা শ্রীমতী বিষ্ণুপ্রিয়া ঠাকুরাণীগী য়াথং মতুংইন্না মচানীপামক্কা মান্নবা চানখ্রবা শ্রীবংশীবদনানন্দ ঠাকুর (ছকড়ি চট্টোপাধ্যায়গী মচানীপা) বু প্রতিষ্ঠা তৌহনবিদ্‌না সেবাগী মথৌ পুহনবিখী। অসিমতুং শ্রীবিষ্ণুপ্রিয়া দেবীনা মহাক্কী মপুন্নানীপা শ্রীযাদবাচার্য্যবু,

---

ওইখিদ্‌না মমৈদা মহাক্কী শিস্ত ওইবিখে। নবদ্বীপতা বৈষ্ণবকী ১স্নুং শ্রীবিগ্রহগী খুদোংথীবা ফীভম অসি উবি-তাবিখ্‌দ্‌না দেওয়ান মহাশয় অসিনা হীরম-থোরম অপূবা মহারাজ কৃষ্ণচন্দ্রগী মফমদা হায়জরবদা মহাক ঈকাইবনা উংবিথিবদগী মমাংথাগী অত্যাচার অপূবা থাদোকপিখী। দেওয়ান মহাশয় অসিগী সহায়দগী হায়খিবা রামদাস বাবাজী মহারাজ কৃষ্ণচন্দ্রগা শকথঙ-মায়থঙনবিখী। মতুংদা মহারাজনা মহাক্কী পাউতাক ১স্নুং ঈসৈ তাবদা শুঙ্কৎপিখিদ্‌না মহাকপু তেম্বা লাইলোনগুমই হায়দ্‌না "তোতারামদাস" হায়না কৌনবিখী; অতুদগী মমিং অতুনা মহাক শকথঙ্কম ওইখে। দেওয়ান গঙ্গা গোবিন্দসিংহগী শেল্লাওদগী মন্দির অমা সাগৎহনবিদ্‌না, তোতারামদাস বাবাজীগী মথৌরাংদগী মালঞ্চ পাড়াদগী শ্রীগৌরাঙ্গ বিগ্রহ অসি পুরকপ্পা হৌজিক্কী মফম অসিদা স্থাপন তৌবিখী। মন্দির হায়দ্‌না থাদোকখিবা মন্দির অসিনা হৌজিক ফাওবা দেওয়ানজী ১স্নুং বাবাজী অনীমগী মমিং নীংসিংনফম ওইবিরী। হৌজিক্তদি অনৌবা মন্দির সাগৎখে।

দীক্ষা পীবিখিদ্‌। শ্রীশ্রীমহাপ্রভুগী শ্রীমূর্ত্তি সেবা পীনবিখী। মহাক্কী মচা-মছুশিংগী হাক্তক্তা মায়াপুরদগী শ্রীমূর্ত্তি অতু হৌজিক্কী নবদ্বীপকী খা-নোংচুপ পাংবা মালঞ্চ পাড়াদা পুরকখী। মাতুদগী অমুক হৌজিক্কী মক্ষম অসিদা তোতারামদাস বাবাজীগী মথৌ-রাংদগী শ্রীবিগ্রহ অসি হোংহনবিরকত্না যাদবাচার্য্যগী মথং ২ ছুথাংগী ছুথাং ছুরোন শ্রীকামিনীকুমাব গোস্বামী ভক্তিরত্ন মহাশয়না সেবাগী মথৌ পুবিরী (শকাব্দ ১৮৭১)। মালঞ্চ পাড়া অসিমক রাজপণ্ডিত সনাতন মিশ্রগী মযুম যুক্ষম নী। হৌজিক অসিদা শ্রীবংশীবদন ঠাকুবগী থাবাগী গোস্বামীশিং মখৈ শ্রীপাট বাম্না পাড়াদা তাবিখ্রে।

প্রেমবিলাস গ্রন্থ।

২। শ্রীশ্রীমন্নিত্যানন্দ। কলিগী থামৈদা লোক-শিক্ষা ওইহৌনবগী মবমদা শ্রীজীব গোস্বামীদা ক্রোশ তরাতরুকনা কোয়রিবা গৌরমণ্ডল অসি "গুপ্তবৃন্দাবন ধাম" অমা নী হায়বা অসিনচিংবা বর্ণনা তৌবিরম্বা শ্রীশ্রীমন্নিত্যানন্দ প্রভুগী শ্রীবিগ্রহ নী। ধার্ম্মিকপ্রবব- গোস্বামী মহাত্মাশিংনা শ্রীবিগ্রহ অসি প্রতিষ্ঠা তৌবিরম্মী।

৩। শ্রীশ্রীঅদ্বৈত প্রভু (আদ্বৈত প্রভু)। "ধর্ম্মগী মহুত্তা অধর্ম্ম, আচারগী মহুত্তা অনাচার" লীচৎ অসিনা পুমশীন-শীনবগুম তৌরক্লবদা দেশ রক্ষাগী মরমদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রগী অবতারগীদমক নিতিগী চরণদা তুলসিপত্র-গঙ্গাজল কৎপিখিবা

ভক্তর্ষি অদুগী শ্রীমূর্ত্তি নী। অথোইবা ভক্ত অসিবু নীংসিংনবগী মওং ওইনা ধর্ম্মনিষ্ঠা গোস্বামীশিংনা মূর্ত্তি অসি লিংখৎপিরম্মী।

৪। (ক) শ্রীশ্রীশ্যামসুন্দর। শ্রীবিগ্রহ অসিগী মন্দির অসি নবদ্বীপ ধামদা লৈরিবা অয়াম্বা বৈষ্ণব আখড়াগী মরক্তা লিখ্রবা অমা নী, মমিং "বড় আখড়া" হায়না চৎনখ্রে। দেওয়ান

(খ) বড় আখড়া। গঙ্গা গোবিন্দসিংহনা শেন থাংদোকপিদু বাবাজী তোতারামদাস মহাশয়না দেবালয় অসি সাগৎহনবিথী, অদুগা শ্রীশ্রীশ্যামসুন্দর বিগ্রহ অসি স্থাপন তৌবিথী। হৌজিক অসিদা আখড়া অসিগী মথৌদি সেবাইত শ্রীকিশোরদাস মহান্তনা পুবিরী।

৫। শ্রীশ্রীজগন্নাথ দেব। অথোইবা কৃষ্ণভক্ত শবর (উড়িয়া) অমনা রক্তবাহুবু কিখিবদগী, নীলাদ্রিপতি শ্রীজগন্নাথ দেববু পুরকত্না মফম অসিদা রক্ষা তৌবিখী (ঙাকপিখী)।

শবরডাঙ্গা। মরম অসিদগী মফম অসি শবরডাঙ্গা কৌনরম্বদগী পোরৈত্তাবদা শরডাঙ্গা হায়না খঙ্খ্রে। মফম অসিদা হৌজিক প্রাচীন (অরিবা) শ্রীজগন্নাথ দেবগী সেবা চৎপিরী। মসিমক শ্রীগৌরমণ্ডলগী শ্রীপুরুষোত্তম ক্ষেত্র হায়বা অথোইবা তীর্থ (তীর্থ শ্রেষ্ঠ) অমা নী। মাদুদি :—

"শবরডাঙ্গা স্থান অতি মনোহর।
রক্তবাহু ভয়ে যথা শবর প্রবর॥
নীলাদ্রিপতিকে ল'য়ে রহে সংগোপনে।"

শ্রীনবদ্বীপ-দর্শন ২য় খণ্ড।

৬। (ক) ভগবতী শ্রীপোড়ামাতা। শ্রীশ্রীচৈতন্যদেব কাওগৎলকপগী খর মাঙজোনা পশ্চিমদেশকী বৃহদ্রথ কৌবা নিংথৌ অমনা বিষয়-ভোগ পাম্লত্তবদগী অয়াম্বা তীর্থ কোয়রুদ্দা মমৈথংদা কাশীধামদা সিদ্ধি (মহয়) ফংবিখী; হায়বদি ৺দক্ষিণা কালীগী সংশংবা মূর্ত্তি দর্শন ফংবিখী। মতুং অসিদগী মহাক "পূর্ণানন্দ আগমগিরি" হায়বা মিংথোন অসি ফংবিখী। মহাক অসিনা কাশীধাম থাদোক্লমদ্দা নবদ্বীপকী ঙমখৈ অমদা ঘট লিংখৎপিদ্দা পূজা তৌবিরখী। হায়খ্রিবা সিদ্ধপুরুষ অসিগী

(খ) বিদগ্ধ জননী। চ্যেৎখ্রবা লাইনীংদগী ভগবতী দেবীনা প্যেনবিখ্রদ্দা লৈখাক্কী নবদ্বীপ ধাম অসিদা দণ্ড অনী চাংদমগী মতম পোথাবিনবা লেপ্লিখ্রে। কাল অত্তুদা বাসুদেব সার্ব্বভৌমগী মপুধৌ নরহরিনা সিদ্ধপুরষ সন্ন্যাসী অসিগী মফমদা দীক্ষা ফংজগে হায়জরুই। মহাক্কী সেবাদা প্যেনখ্রদ্দা সন্ন্যাসী অধোইবা অত্তুনা ভ্রম (অকাউবা) নত্রগা অচানবদগী মশাগী সিদ্ধ মন্ত্র অত্তু হায়খ্রিবা ব্রাহ্মণ মচা অত্তুদা পীনবিরে। খূদক অত্তুমক্তা মথনগী ভ্রম খঙজরকত্তা মথৌরায় ফুংঙাইতনা মশানা লিংখচ্চবা ঘট অত্তুদা দক্ষিণা কলিকা দেবীগী পূজা তৌনবা ব্রাহ্মণমচা নরহরিদা পাউতাক পীবিরম্লগা মহাক মফম অত্তুদগী অতোপ্পা মফমদা হোংবিখ্রে।

বাসুদেব সর্ব্বভৌমগী মতমদা ঘট অদো লম্ভাংদগী খুঙ্গং ময়ায়দা থোংনাং মথোঙ অমদা হোংদোক্লকই অত্তুগা অয়াম্বা মীশিং ১মুং ব্রাহ্মণ পণ্ডিতশিংনা লাচ্চে। থরলৈরগা থোংনাং

পান্বী অদু ম্যৈ-চাকখ্রবদা মফম অদু "পোড়ামা তলা" নত্রগা "বিদগ্ধ জননী" হায়না প্রসিদ্ধা ওইবিখ্রে (ফাওবিখ্রে)।

৭। শ্রীশ্রীমহাপ্রভুগী জন্মস্থান। মফম অসিদগী নবদ্বীপচন্দ্র শ্রীমহাপ্রভুনা মালঞ্চ পাড়াদা হোংখ্রবা মতুং অসিদা মায়াপুর অসিমক্তা শ্রীমদ্ভক্তিবিনোদ ঠাকুর মহাশয়না চাউরবা মন্দির অমদা অমুরক লিংখৎখিবা শ্রীগৌরসুন্দরগী শ্রীমূর্ত্তি, য়েৎলোমদা ১মুং ওয়রোমদা শ্রীমতী লক্ষ্মীপ্রিয়াগা শ্রীমতী বিষ্ণুপ্রিয়া দেবীগা অনীমক্লা থোৗগনগী মওং ওইনা অত্তগা অতোপ্পা সিংহাসন অমদা শ্রীরাধামাধবগী শ্রীমূর্ত্তি ১মুং শ্রীবিশ্বম্ভরগী শ্রীমূর্ত্তিনা ঙাম্থোইনা লৈবিরী।

(খ) মায়াপুর। শ্রীমন্দিরদগী থূত্তপ ১৪-১৫ লাপ্পা নোংপোক পাংবদা নিম্পাম্বী মখোংঙদা অঙাং নোৗরা নিমাই, শ্রীজগন্নাথ মিশ্র ১মুং শ্রীশচীমাতাগী শ্রীমূর্ত্তিনা ঙাম্থোইবিরী। মাত্তগী মমাংথংবদা চাউখ্রবা মাণ্ডপ অমা লৈ মাদুদা ভক্ত যাত্রীশিংগী পোত্থাফম ওইনবা য়াই। মফম অসিদা অমর ওইখ্রবা "তুলসীবন" অমা হৌজিক ফাওনা লৈবিরী।

৮। (ক) শ্রীশ্রীবৃন্দাবন চন্দ্র। জগদ্বিখ্যাত পণ্ডিত বাসুদেব সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা মহৈ-মসিং তাম্বিচবা লোইরবদা অচানবা শিষ্য (ছাত্র) আনন্দমোহন ভট্টাচার্য্যগা লোয়ননা তীর্থ-ভ্রমণ তৌবিথী। শ্রীধাম বৃন্দাবনদগী হন্দোরকপা কালদা ৺ভগবান শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রগী স্বপ্নাদেশ অমা মঙফাওনবিথী। "কাটোয়াদা লৈবা থূৎহৈবা শ্রীধর ভাস্করবু মূর্ত্তি অমা সাগৎহনদ্না নবদ্বীপ

ধামদা "শ্রীবৃন্দাবন চন্দ্র" হায়না মিংথোন থোনদ্রা সেবা তৌরু।"

**(খ) বাসুদেব সার্ব্বভৌম।**

স্বপ্নাদেশ অদুগী মতুংইন্না শ্রীবিগ্রহ লিঙ্খৎহনদ্রা "শ্রীবৃন্দাবন চন্দ্রগী" সেবা চৎলকই। মহাক্না শ্রীশ্রীজগন্নাথ দেব দর্শনগী পুরীযাত্রা কালদা, মহাকী শিষ্য আনন্দমোহনগী মক্কমদা সেবা থৌগন শিন্নবিখী। আনন্দমোহন অসি কৌমার ব্রহ্মচারী ফীভমদা মপুন্সিচুপ্পা ল্যেনবিখিবদগী মতুং অসি অয়াম্বা গৌড়-ভক্তশিংনা মথং ২ দেবসেবা অসি পুবিখী। শকাব্দ ১৭১১ দগী ১৭৭৫ ফাওবা রঙ্গনাথ বিদ্যালঙ্কার ১স্নুং কৃষ্ণচন্দ্র বক্সিনা সেবা চৎলম্বদগী, দুর্গাদাস শর্ম্মানা শকাব্দ ১৮০৬ দগী দেবালয় অসিগী সেবা-থৌগন পুবিরী।

১। (ক) **শ্রীশ্রীঅনু-মহাপ্রভু**। রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রসিংহ কৌবা মহারাজ অসি অহল-মতম ওইবিরকপদগী লাইনীং লাইসোন্তদা স্না পূক্নীং হুমজিনবিখিবনা পুন্সিগী অথোইবা মথৌ ওইবিরকখী। কাল অদুদা রাজদণ্ড তাখিবা কোকপৈ কোবা শামুরাইরাপ্পমচা অমবু খণ্ডহোদনা অঙাং ওনহনখিবদগী তীর্থবাস তৌখ্রগে সেনবিখিদ্রা মহারাজ স্না পূক্নী চপ লেপ্পিখ্রে। অমরোমদস্নু শ্রীগোবিন্দজীউ প্রিয়সী মজাইবেমা বিম্বাবতী মঞ্জরী (শীজ লাইওংবী) অসিস্নু তীর্থবাস

**(খ) শ্রীমতি বিম্বাবতী মঞ্জরী।**

তৌবিনীংবগী স্না পূক্নীং-তরঙ হওবিরকখী। অদুগা মবুঙেঙা শ্রীগোবিন্দজীউগী স্না থৌগনস্নু থাদোকপিনীংখিদে। অসিদগী

মজাইবেমা শীজ নূং অনিগী মরক্তা হা ওনবিখ্রে, রাখন লংজীন পূঙ্খিনবিখ্রে, হাইফেৎ চেপথবিখী। মনাইগী মৈচাক উবিখ্র-মাল্লে, শ্রীগোবিন্দনা সংশংনা স্বপ্নাদেশ ( মঙ্‌তাক ) অমা তৌবিরকখী—"ইবেমা নঙ করি চিন্তা তৌরগনু, ঐগী মূর্ত্তি অসিগা মান্নবা মূর্ত্তি অমা সাগৎলগা কৃষ্ণবর্ণগী মহূত্তা গৌরবর্ণনা অঙ্গরাগ তৌহনদ্না সেবা তৌজক্ল। ঐদি গৌরাঙ্গ রূপ লওদ্না নবদ্বীপ ধামদা লৈরিবনী, অদুনা নঙোন্দা হয়াওনা অনুমতি পীরবনী।" অনুমতি অসিদগী লিংখৎখিবা বিগ্রহনী হায়দ্না নামকরণদসু "শ্রীঅনু-মহাপ্রভু" খোনবিখী। শীজ লাইওংবীনা "অনু প্রভু" খোঞ্জখী, হৌজিক সক্লরিবা "রাসেশ্বরী" পালা অসিমক ভগ্যবতী লাইওংবীগী অথোইবা মিংচৎ উরোং অমা নী।

শ্রীমূর্ত্তি অসি নিরূপণ লোইবগা ভক্ত চূড়ামণি ভাগ্যচন্দ্রসিংহ মজাইবেমা বিম্বাবতীগা লোয়ননা পুবিখিদ্না শকাব্দ ১৭১৯ দা শ্রীনবদ্বীপ ধামদা স্থাপন তৌবিখী। তাম্ফম অসিদা বৈষ্ণব বিদ্বেষী কৃষ্ণ নগরগী শাক্ত রাজা কৃষ্ণচন্দ্র রায়বু কিবিখিবদগী সেবাইতশিংনা শ্রীনবদ্বীপচন্দ্রগী বিগ্রহ অসি লৈরোন চনদ্না সেবা চৎপিরম্মী। অদুম ওইনমক খঙহন্দফদবা খোদোক্লগী

(গ) মণিপুর. রাজ কুঞ্জ (অরিবা)।

ক্ষত্রিয়কুলোচিত ধর্ম্মবীর মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রসিংহ করি অমতা চিংনবিখিদ্না "শ্রীবিগ্রহ স্থাপনগী মরমদা কৃষ্ণ নগরাধিপতিগী করিগুম্বা আপত্তি লৈহিক্লবসু মাদুগী প্রতিবিধান ( সদুপায় ) তৌবিবা য়াগনী" হায়না পাউহংবিখী। হৈখোই-

সিংথোইখ্রবা রাজাকৃষ্ণচন্দ্র শ্রীঅন্নমহাপ্রভু সেবাগী মরীদা থোইনদুম মুংঙাইবা পাউ ফোংবিরকখী ১সুং মহারাজগা মরূপ সানবিখ্রে। মফম অদুমক্তা মহাকনা শ্রীবিগ্রহ স্থাপনগী দমক বিঘা ১৬/ চাংদমগী লমদম অমা চহিগী কর ( খাজানা ) লুপা ৭॥০ লেপ্পিদ্না মহারাজদা কথোকপিখী। স্থান অদুবু "মণিপুর রাজ কুঞ্জ" খোনবিখিদ্না ১সুং লম্বী অদুবুনা "মণিপুর রোড" হায়না হৌজিক ফাওবা প্রসিদ্ধ ওইনা লৈরিবা অসি নী। খুদোং অসিদগী কর্ত্তা মহারাজ ১সুং তোতারামদাস বাবাজীগী মথৌরাংনা লৈরোন চল্লম্বা শ্রীবিগ্রহ অদু লওখৎত্না ঈফোং-ফোংনা অমুরক স্থাপন তৌবিখী। মতুং অসিদা ধর্ম্মবীর দেওয়ানজী ১সুং বাবাজী মহাশয়গী খুজিন্থৌরাংনা মালঞ্চ পাড়াদগী নবদ্বীপ ধামগী বর্ত্তমান স্থান অসিদা শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুগী বিগ্রহ অসি স্থাপন তৌবিখী।

মতৌ অস্থুম শ্রীধাম নবদ্বীপতা মণিপুর গৌরধর্ম্মগী অহানবা "বিজয় পতাকা ( খিংচৎ উরোং )" খিনবিরমদ্না, শ্রীধামগী লীলাস্থলী অতে ২ দর্শন ফংবিরগা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রসিংহ মজাইবেমা বিম্বাবতী দেবীগা লোয়ননা শ্রীপাট খেতরী মেলা দর্শন তৌবা লেঙবিখী। মেলা দর্শন মতুং অসিদা ভক্তচূড়ামণি ভাগ্যচন্দ্রসিংহ মহারাজ শকাব্দ ১৭২০ গী মেরা ৩নি পানবদা ত-ন্না নিত্যধাম লেঙবিখ্রে ( নোঙ্গাখ্রে )। মহারাজগী শবদেহ অদু, ঠাকুর মহাশয়গী মমাংথাগী চিতা মফম ( শীংসেম্ফম )

## (ঘ) শ্রীপাট খেতরী যাত্রা অমসুং মহারাজগী দেহ পতন।

অতুমক্তা সংস্কার তৌবিখী। মরম অসিদগী মহারাজ অসি নরোত্তম মহাশয়গী শাইওন্নি হায়না বৈষ্ণব সমাজদা খঙ্ বিখী। মপাবুংগী শ্রাদ্ধ ক্রিয়ানচিংবা পাঙথোকপিরম্লগা ভাগ্যবতী রাজকুমারী বিম্বাবতী শ্রীনবদ্বীপ ধাম তান্না লেঙবিরকত্না শ্রীশ্রীঅনু-মহাপ্রভুগী থৌগন-সেবা পুন্সিচুপ্না ফংবিখী।

শকাব্দ ১৭৪৬ কী অরালান্দা, কাছাড়দগী অরা তকথোকখ্রবা মতুংদা মনাও ইবুংঙো গম্ভীবসিংহনা মণিপুর লেঙথোকসি হায়রুবদা মহারাজ চৌরজিত যাবিনংখিদবদগী নবদ্বীপবাসীনী মচেম শীজ লাইওংবীগী স্নানাক্তানা লেঙছিনবিখী। মচেম শীজগী স্নায়াথং মতুংইন্না মহারাজনা চহী কয়ামরুম শ্রীশ্রীঅনু-মহাপ্রভুগী সেবা-থৌগন পুবিখী। মহারাজ থুম্লিখ্রবা মতুং

**(ঙ) রাজকুঞ্জগী সেবাইতশিং।**

অসিদা মজাইবেমহন শীজ লাবণ্যলক্ষ্মী (শবীরৈমা), আসাম নিংথৌ পুরন্দব সিংহগী রাণী চন্দ্রকলা দেবী (কলালৈমা নত্রগা তেখাওরৈমা), রাজকুমাব রণজিতসিংহ (নদীয়াচাঁদস্না), মজাইবুংঙো হোমেন্দ্রজিতসিংহ ১স্নং টলেন্দ্রজিৎসিংহ অসিনচিংবনা মথং ২ শ্রীঅনু-মহাপ্রভুগী সেবা থৌগন তত্তনা পুবিরকখী। সেবাধিকারীশিং অসিগী বংশ-তালিকা অমা মখাদা ইজরক্নী :—

অরিবা মণিপুর-রাজকুঞ্জগী শ্রীশ্রীঅনু-মহাপ্রভুগী সেবাধিকারী শিংগী বংশ-তালিকা (শীংলাক) :—

- শ্যামশাই খুড়াই-রাকপা
  - গৌরশাই ( মরাম্বা ) মহারাজ
  - *কর্তা নত্রগা ভাগ্যচন্দ্রসিংহ ( জয়সিংহ ) মহারাজ
    - *বিম্বাবতী মঞ্জরী শীজ অরাম্বম ওংবী ( শীজ লাইওংবী )
    - লাবন্যচন্দ্র মঃ
    - মধুচন্দ্র মঃ
    - *চৌরজিৎ মঃ
      - *লাবণ্যলক্ষ্মী (শীজ শবিরৈমা)
      - *রণজিৎসিংহ ( স্না নদীয়াচাঁদ ) রাঃ
        - *হোমেন্দ্রজিৎ রাঃ
          - *স্নাচাউবা (নিত্যাই পাট)
            - *নগেন্দ্রজিৎ রাঃ [১]
        - *টলেন্দ্রজিৎ (ধবলস্না)
          - *লালাজিৎস্না ( লালাস্না ) [২]
        - দামোদরজিৎ
          - *জয়পুরস্না রাঃ
            - *টকেন্দ্রজিৎ (স্নাহন) রাঃ [৩]
        - স্নাবলরামসাবা রাঃ
          - *রামজিৎ রাঃ ( রামস্না ) [৪]
        - থম্বৌস্না রাঃ
          - *স্নাচাউবা রাঃ
            - *মেঘজিৎ (মণিস্না) রাঃ [৫]
        - থাবনস্না রাঃ
          - ধর্ম্মজিৎ ( গোলামজাৎস্না )
            - *নিহারজিৎ [৬] (লালাস্না মচা)
      - *রানীচন্দ্রকলা ( কলা লৈমা নত্রগা তেখাওরৈমা )
      - অতৈ মচানুপা নীপাল
    - মার্জিৎ মঃ
    - গম্ভীরসিংহ মহারাজ

*খুদম অসিগী মিং মথৈ শ্রীশ্রীঅমু-মহাপ্রভুগী সেবা-থোগন ফংবিখী ১সুং মথৈগী ৬ মক অসিনা বর্ত্তমান সেবা ফংবিরী ;
মঃ = মহারাজ, রাঃ = রাজকুমার।

রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রসিংহ মহারাজগী গুরু-প্রণালী:—

শ্রীশ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভু

১। শ্রীলোকনাথ গোস্বামী

২। শ্রীনরোত্তমদাস ঠাকুর মহাশয়

৩। শ্রীগঙ্গানারায়ণ চক্রবর্ত্তী

৪। শ্রীকৃষ্ণচরণ চক্রবর্ত্তী

৫। শ্রীকুঞ্জবিহারী চক্রবর্ত্তী

৬। শ্রীনিধিরাম আচার্য্য

৭। শ্রীরামগোপাল বৈরাগ্য

৮। শ্রীপরমানন্দ আচার্য্য

৯। শ্রীভাগ্যচন্দ্রসিংহ

বৈষ্ণবধর্ম্ম-পরিপোষক (য়োকখৎলগা) ভক্তর্ষি মহারাজ ৺চূড়াচাঁদসিংহ অসিগী হৈথোই-সিংথোইখ্রবা স্না-মথৌরান্দগী মথক্কী অরিবা "রাজকুঞ্জ" মনুংগী নোংপোক পাংবা লমদম মচেৎ অমদা অনৌবা "রাজকুঞ্জ" অসিমগা থো-মৃজিনবিদ্। গত ১৮৪৭ শকাব্দদা স্থাপন তৌবিখী (লিংখৎপিখী)। কুঞ্জ অসিদা মহারাজগী ওইনা শ্রীশ্রীগোপাল-

(চ) মণিপুর রাজকুঞ্জ। (অনৌবা)

দেবগী ১মুং মহারাণীগী ওইনা শ্রীশ্রীকৃষ্ণচন্দ্রজীউ বিগ্রহশিং অসিগী থৌগন-সেবা হৌদোকপিরমদ্ৰা মণিপুর-গৌরধর্ম্মগী ২শুবা বিজয় পতাকা ( মিংচৎ উরোং ) থিনবিরম্লগা মহারাজ কুঞ্জ অসিমক্তা খ্রীঃ ১৯৪১, শকাব্দ ১৮৬৩ গী হিয়াঙ্গৈ ১৭ নি পানবদা দেহ-পতন তৌবিথী ( নোঙ্গাথী )। স্বর্গীয় মহারাজ অসিগী ধর্ম্মনিষ্ঠাদি করিবু হায়রুগদগে অসিগী মমাংদা শ্রীশ্রীরাধা-কুণ্ড তীরদস্থ খ্রীঃ ১৯২১ দা শ্রীগোপালজী কুঞ্জ অমা স্থাপন তৌবিরমদ্ৰা। মাতুনা মহারাজগী অতোপ্পা মিংচৎ উরোং অমা ওইনা ঙাম্থোইরী।

বর্ত্তমান বিধবা শ্রীমতি ধনমঞ্জরী দেবী মহারাণীনা রাজকুঞ্জ অসিগী দেবসেবা পুবিদ্ৰা বাস তৌবিরী।

১০। (ক) শ্রীশ্রীরাধাগোবিন্দজীউ। শ্রীবিগ্রহ অসিদি সাধু ভুবনেশ্বরনা শ্রীক্ষেত্রদা চাদ-থক্তনা অহিং ৭ মুংথিল ৭ নি চুপ্পা ভজন তৌরবা মতুংগী থেঙ্খ্রবা অহিংদা শ্রীমন্দিরনাকী তমাল-মখোঙদা সংশংনা কৃপা দর্শন পীনবিখিবা শ্রীরাধাগোবিন্দ-জিউ অদুগী ইকায়-কায়দবা শ্রীমূর্ত্তিনী। শ্রীক্ষেত্রদগী হল্লকত্না পুম্নিগী থাম্যো অসি শ্রীধাম বৃন্দাবনদা ল্যোল্লুরগে সেনখিখিবদগী নবদ্বীপধাম রেলওয়ে ষ্টেশনদা রেলগাড়ী ঙাইদ্ৰা লৈবী। অম-রোমদনা জমিদার শ্রীকৃষ্ণদত্তদা শ্রীমন্মহাপ্রভুনা সংশংনা স্বপ্নাদেশ অমা তৌবিখী।—"হৌজিকমক রেল-ষ্টেশনদা লৈরিবা ঐগী ভক্ত অদুগা তান্নদ্ৰা শ্রীরাধাগোবিন্দজীউগী শ্রীমূর্ত্তি অমমুং ঐগী বিগ্রহ য়াওনা লাক্কলগা মহাকপু সেবা থৌগন পুহল্লু।"

(খ) ভুবনেশ্বর কুঞ্জ।

হেক মংফাওনরকপগা জমিদাব থীল্লমদনা লেমটোন পায়দ্না ষ্টেশনদা সাধু-পুরুষ অহবু কোয়থি থিরুবদা, কনা নৎলমদ্রে ফাওরবা ভুবনেশ্বর সাধু ঠাকুব ওইবিরম্লে, মুংঙাইবগী মপান নাইখিদ্রে, স্বপ্নবৃত্তান্ত ( মঙ্‌তাক য়ারী ) মথংসীৎনা লীবিরে। মতৌ অমুম বৃন্দাবন যাত্রা থিংবিখিদ্না জমিদার শ্রীকৃষ্ণদত্ত মহাশয়না আখড়াগী দমক শ্রীধাম ময়োনগী গানতলামক্তা লমদম মচেৎ অমা দেবোত্তর ওইনা কৎপিদ্না সন ১৩৩৪, শকাব্দ ১৮৪৯, খ্রীঃ ১৯২৭ তা ভুবনেশ্বর সাধুগী মথৌরাংদগী শ্রীশ্রীরাধা-গোবিন্দজীউ ১স্মুং শ্রীশ্রীমহাপ্রভুগী শ্রীবিগ্রহ নিরূপন তৌবিরগা শ্রীমূর্ত্তি অসি প্রতিষ্ঠা তৌবিথী। মরম অসিদগী আখড়া অসি "ভুবনেশ্বর কুঞ্জ" হায়না মমিং ফাওখ্রে।

ভক্তপ্রবর ভুবনেশ্বব, মমিংদা চগ্নোনখিবতা নত্তনা মগুণ ফাওনা বৈষ্ণব সমাজদা প্রসিদ্ধ ওইখ্রবা অথোইবা মহাপুরুষ অমা নী, হায়রুবদা হায়মনবা থোক্লোই। মথক্তস্ম কাম্ব্রে, দয়াময় শ্রীশ্রীজগন্নাথদেবনা, মনাই ভক্তনা ধ্যান তৌবকপগী ঈকোন-কোনবা অহিং অহুদা, পুরী মহান্তদা স্বপ্নাদেশ তৌবিথী :—

(গ) সিদ্ধ পুরুষ ভুবনেশ্বর সাধু ঠাকুরগী পুন্সি মতেক।

'নাটমন্দিরদা ভক্ত অমনা চাদথক্তনা লৈবা মরমদগী ঐহাক কৎলিবা প্রসাদ অপূম্বা চাদনা লৈরকপা ৭ নী ভুরক্লে, থুনা লূক হওরো।" পুরীমহান্ত ... মক্তা লেমটন পায়দ্না নাটমন্দিরদা থিবিরুবদগী ভক্ত অহু থেংনা বরকত্না

মতিক চাবা য়ূম অমদা পুছিনবিথী। অদুদগী ভুবনেশ্বর সাধু অসি "সিদ্ধ পুরুষ" অমনী হায়না মমিং চৎখিদ্না মফম অদুমক্তা থা তরুক্রম ভজন সাধন তৌবিরম্লগা শ্রীনবদ্বীপ ধাম তাম্না অমুক হনবিরকখী।

মতম অদুদা "হরিনাম মহা মন্ত্র" অসি জপ তৌবদগী হেন্না ঈসৈ ওইনা সকচ-সোঞ্জবদি য়াদে হায়না অয়াম্বা মফমদা থিংলকপদগী সিদ্ধ পুরুষ অসিগী মথৌরাং মক্তনা শ্রীধামেশ্বর নবদ্বীপচন্দ্রগী নাটমন্দিরদা (মাণ্ডপতা) ভারতকী মহামহোপাধ্যায়শিং ১স্নুং অয়াম্বা গোস্বামী পণ্ডিতশিংগী সভা অমা ফম্বিখী। সভা অদুদা য়াই-য়াদেগী মরমদা য়োনা তর্কবিতর্ক তৌনরক্লবদা সাধু-পুরুষ অসিনা অয়াম্বা ধর্ম্মশাস্ত্র ১স্নুং বৈষ্ণগ্রন্থদগী সংগ্রহ তৌবিবা "শ্রীহরিনাম মঙ্গল" কৌবা গ্রন্থ অদু পুথোকত্না পাহনবিথী। অদুগা শ্রীমন্মহাপ্রভুগা শ্রী প্রকাশানন্দ সরস্বতীগা ব্রারী সান্নখিবদা শ্রীমূখাম্বুজদগী নাস্থখিবা মধুর বানী মতেক অদু ফোংদোকপিখিবদগী সভা অদুগী পণ্ডিত অপুম্বনা "যোল নাম অসিদি জপ তৌবা ১স্নুং ঈসৈ ওইনা সকসোনবা অনিমক ঈয়া-য়াফম থোকই" হায়না সর্ব্বসম্মত ওইনা ব্রারেপ্পবিখী। মধুর বানী মতেক অদুদি :—

**হরিনাম সংকীর্ত্তন প্রচার।**

"নাচ গাও ভক্তসঙ্গে কর সংকীর্ত্তন।
কৃষ্ণনাম উপদেশি তার সর্ব্বজন॥"



মহারাজ শ্রীলশ্রীযুৎ চূড়াচাঁন্দসিংহ রাজর্ষি, গৌরভক্তি রসার্ণব।

লাঃ ৩৪



সিদ্ধপুরুষ শ্রীলশ্রীযুক্ত ভুবনেশ্বর সাধুঠাকুর।

লাঃ ৩৬

হায়বদি :—"জগোয় সাউ সকউ ঈসৈ ভক্তশিংগা তৌ সংকীর্ত্তন।
হরিনাম সোনহনবনা লাখিউ পাপী জন॥"

মরম অসিদগী সিদ্ধ পুরুষ অসিগী "সাধু-ঠাকুর" হায়বা মিংথোল অমসু বৈষ্ণব সমাজদা চৎনবিখ্রে। মতৌ অসুম হরিনাম-কীর্ত্তনবিরুদ্ধকারীশিংগী মযূ য়ৈথেকপিখিদ্রা। ১সুং শ্রীশ্রীমহাপ্রভুনা ফোংদোবপিরম্বা আচরণ খিবিক অমুক হন্না সমর্থন তৌহনবিদ্রা, পাপী তাপীশিংগী লা-ম্নবা ল-ম লাওনা ফাত্তোকপিরম্নগা, সংসার-সমুদ্র লাম্থোক্রবা হিনাউ সাবিরম্বা সাধুশিরমণি ভুবনেশ্বর ঠাকুর সন ১৩৪৬, শকাব্দা ১৮৬১, খ্রীঃ ১৯৩৯ গী শ্রাবনী কৃষ্ণা প্রতিপদ তিথিদা পুন্সি-পন্দোল লোম্লকপদগী কুঞ্জ অসিমক্তা ইহধাম থাদোকপিখী (স্বর্গতি তানবিখী)। অসুম্বা ধর্ম্মবীর সাধু অসি মণিপুর-সমাজতদা নত্তনা বৈষ্ণব-জগত্তা অতাওবা মহাপুরুষ অমনী হায়রুবদা চিংনফম করি লৈবগে?

ভক্তপ্রবর সাধু-ঠাকুর অসি কাছাড় জেলাগী মম্নুংচনবা বিক্রমপুর মৌজাগী মৈতৈ খুঙ্গং অমদা ৺সনাতনসিংহ পণ্ডিতকী ঔরসদগী ৺মালতী দেবীগী গর্ভদা জন্ম ওইবী। বিরাগী পুরুষ অসি নাহা ওইনা

**(ঘ) সাধুঠাকুরগী জন্মস্থান।**

স্বদেশ থাদোকপিরমদ্রা। ইহান হানবদা ত্রিপুরা (দক্ষিণ) গী রাধানগরদা লৈবা সার্ব্বভৌমশর্ম্মা রাজপণ্ডিত ওইরক্ষমদা সংস্কৃত তম্বিরুই। অতুদগী নবদ্বীপকী ত্রিপুরা রাজবাড়ীগী থা কয়ামরুম

লৈবিরম্নগা মতুংদা শ্রীশ্রীনবদ্বীপচন্দ্র মহাপ্রভুগী সেবা থৌগন চঙবিখী। অদুমতুং শ্রীধাম বৃন্দাবন তান্না চংখিদ্না শ্রীরাধা-কুণ্ডবাসী মহান্ত বাবাজী পণ্ডিত অমদা সংস্কৃত চর্চ্চা মতোল্লোম্না তৌবিখী। চহী কয়ামরুমগী মতুংদা শ্রীশ্রীনবদ্বীপচন্দ্রনা মহাক্কী সেবা চঙ্লরো হায়না স্বপ্নাদেশ তৌখিবদগী সাধুপুরুষ অসি অমুরক শ্রীধাম নবদ্বীপ তান্না হন্দোকপিরক্লগা চহী ৩০ রম চূপ্না শ্রীশ্রীমন্মহাপ্রভুগী শ্রীচরণথাদা চঙজখিদ্না প্রভুগী মন্নুংচনবা সেবা-থৌগন চঙজখী। শ্রীমন্দিরগী মন্থরক্লবা ফীভম মতাদগী অয়াম্বা দাতাশিংনা কংপিরবা শেন্থুম অপূম্বা পুন্থিদ্না থোকপা লূপা ৮০০০০৲ লিশীং মর্ফু রোম অদুনা শ্রীনবদ্বীপচন্দ্রগী হৌজিক লৈরিবা শ্রীমন্দিরনচিংবগী অকায়-অতোয় অপূম্বা মাহেল্লোনবিদ্না ঙাম্থোইনা লৈরিবা অসিনী। অমরোমদা হায়রবস্মু বৈষ্ণব-ধর্ম্ম পরিপোষণকারী সাধু ঠাকুর অসি শ্রীধাম নবদ্বীপতা মণিপুর-গৌড়ধর্ম্মগী অহুমশুবা "বিজয়স্তম্ভ" (জয়পতাকা) খিনবিরম্বা শীংথানদফদবা মহাপুরুষ অমনী হায়রুবদস্ম থোইগৎলুফম থোক্কে।

**বঙ্গদেশ**—মৌর্য্য ১স্মুং গুপ্ত বংশগী নিংথৌশিংনা মথং ২ মুথত্রবদা দেশ অসি ফনা কুইনা অরাজক ওইনা লৈখী। খ্রীঃ কুমচাশীং তরুকশুবগী থাম্যোদা পশ্চিম বঙ্গদা শশাঙ্ক পাল কৌবা নিংথৌমচা অমা পানখী। মথংদা তরেৎশুবা নিংথৌ আদিশূর পালনা বৌদ্ধ ধর্ম্মগী মহুত্তা হিন্দুধর্ম্ম অমুরক লিংখৎনবা য়োৌনা লাওতরুখী। মহাক য়োৌনা থুরুন-পাঙনবা ১স্মুং প্রজা-

**পালবংশ।** খোনবা নিংথৌ অমা ওইবিখিবদগী ৱাজসূয় যজ্ঞ তৌবকালদা উত্তর-পশ্চিমাঞ্চলদগী ব্রাহ্মণ কয়ামরুম কৌথোকপিদ্না বরেন্দ্রদা তাহনখী। অতুগা মচানীপা পোকখিদবদগী যজ্ঞ তৌনবা কান্যকুব্জ (কনৌজ) দগী ব্রাহ্মণ মঙা অমগা কৌথোকপিখিদ্না রাঢ় দেশতা তাহনখী। মরম অসিদগী বঙ্গদা বারেন্দ্র ১স্নুং রাঢ়ী শ্রেণীগী ব্রাহ্মণ মখল অনী থোকখী। মখোয়গা লোয়নরকপা মনাইশিং অদুনা হৌজিক্কী উত্তর ১স্নুং দক্ষিণ রাঢী কায়স্থশিংগী আদিপুরুষ (মবুধৌশিং) নে মমৈদা পশ্চিম দেশলোমদগী বৈদিক ব্রাহ্মণজাৎ অমগা থোক্লকত্না বঙ্গদেশতা ব্রাহ্মণজাৎ মখল অহুম তাবিখী। হৌজিক পূর্ব্বাঞ্চলদা হায়বদি পূর্ব্ববঙ্গ, আসাম, মণিপুর, ব্রহ্মদেশনচিংবদা লৈখ্রিবা ব্রাহ্মণশিং অসি পু অহুম অসিগী সন্তান (ছূথাং-ছূরোণ) ওাকমক্ত নী। বৌদ্ধবাদীশিংগী মথূবাক্তগী মফম আসিমক্তা হিন্দুধর্ম্মগী খিল ওইবা ফীভম হঙ্জিল্লকখী।

বংশ অসিগী মমৈথংবা নিংথৌ মদনপালগী হাক্তক্তা খ্রীঃ কুমচাশীং তরাগী থামৈদা বিজয়সেন্না রাঢ় (নোংচূপ-বঙ্গ) খূত্থম চনখী। কর্ণাটপ্রদেশদগী লাকত্না ময়ূরভঞ্জগী মস্নুংচনবা কাশীপুরদা পাল্লম্বা নিংথৌ সামন্তসেনগী মচু (মচানীপা হেমন্তসেন্না পোকপা) বিজয়সেন্না বঙ্গদেশকী মস্নুংচনবা নবদ্বীপতা কোন্নুং সেম্বিখী। কনা অমনা সামন্তসেনগী মপা বীরসেননা বঙ্গদা

**সেন বংশ।** সেনরাজ্য লিংখৎলম্বনিস্নু হায়নৈ। অমা অমা ওইজসনু, বিজয়সেনগী মচানীপা বল্লালসেন

অসে সেনবংশগী খ্বাইমক্তগী ফাওখ্রবা নিংথৌমচা অমা নী। মহাক্কী রাজ্যবু মঙাথোক্লা থায়বিখী, মাহুদি (১) রাঢ় (বর্দ্ধমান), (২) বরেন্দ্র (রাজসাহী), (৩) বাগড়ি (প্রেসিডেন্সী বিভাগ), (৪) বঙ্গ (পূর্ব্ববাঙ্গালা), (৫) মিথিলা (অরাংবিহার)। পূম্নমক অসিগী কোন্নুং মফমদি নবদ্বীপ, গৌড়, ১স্মুং রামপাল (সুবর্ণগ্রাম) দা ওইবিখী। আদিশূরনা ব্রাহ্মণশিং পুথোরকল্লা বঙ্গদেশতা মিংচৎ উরোং খিনবিরম্বা, মতৌ অত্থুম বল্লালসেন অসিস্থ ব্রাহ্মণ, বৈদ্য, ১স্মুং কায়স্থশিংগী মরক্তা কৌলিন্যপ্রথা (জাৎফবা মতৌ) লিংখৎপিরমদা মকত্রবা মিংচৎ তানাবখী। হিন্দুগী কুলধর্ম্মদি—"আচারো বিনয়ো বিদ্যা প্রতিষ্ঠা তীর্থদর্শনং। নিষ্ঠাবৃত্তিস্তপোদানং নবধা কুললক্ষণম্॥" হায়বদি—লৌচৎ, নোল্লকপা, মহৈ, লেঙত্রবা মিংচৎ, তীর্থভ্রমণ, ভক্তি, ধর্ম্মশাস্ত্র নৈনবা, তপস্যা, কথোকপা, মাপনমক অসি জাৎ ফবগী খুদমনা। মহাকথক্তা স্মৃতিগ্রন্থ, পাঞ্জিখূপায়নচিংবা লেংবা হৌবিখ্রী। মহাক ধারা পাল্লমদবদগী লক্ষ্মণসেন কৌবা মচানীপা অমা পোকখি-বদগী "লক্ষ্মণসংবৎ" হায়বা কুমজা অমা খ্রীঃ ১১১৯ দগী হো'দোকপিখী। মতৌ অস্মুম চহী ৫০ চুপ্পা য়েক্লতিংখং লৈতনা পাল্লম্লগা বল্লালসেন মীপোক-কূম্মৈ থাদোকপিখী।

লক্ষ্মণসেন পিতৃ-সিংহাসন কারবদা কামরূপ, কলিঙ্গ, কাশী ফাওবা জয় তৌবিখী; অতুগা গৌড়দগী খরদং লাপ্পা গঙ্গামপান্দা লক্ষ্মণাবতী কৌবা কোন্নুং অমস্থ সেমগৎপিখী। মহাক্কী রাজ-সভাদা অয়াম্বা পণ্ডিতশিংনা লৈতেংবিখী; করিতবু হায়রুগনি

বৈষ্ণব-পদাবলী মমুংদা ফাওরবা "শ্রীগীতগোবিন্দ" লেংবিরম্বা মমিংচৎখ্রবা ৺জয়দেব কবি, "ব্রাহ্মণ-সর্ব্বস্ব" লেংবিরম্বা ৺হলায়ুধ, "শ্রাদ্ধপুথি" লেংবিরম্বা ৺ পশুপতিনচিংবা পণ্ডিতশিং অসিনা অথোইবনী। মমৈথংদা মহাক বৈষ্ণব-ধর্ম্ম চংখিদ্না য়োৌনা বিদ্যোৎসাহী ওইবা হিন্দুনিংথৌ অমা ওইবিখী। মহাকথক্কা পৃথুকুণ্ড অমুরক সংস্কার তৌবিদ্না মপাবুংগী মিংচৎ লৈহৌনবা বল্লালদীর্ঘিকা * থোনবিখী। মতুং অসি অহল মতম ওই-ছিল্লকপদগী লক্ষ্মণসেন রাজ্য শাসনগী থোরমদা কোমথোরকপা তারকখী। থুদোং অসিদগী খ্রীঃ ১১৯৯ দা দিল্লী সম্রাট কুতবউদ্দীনগী সেনাপতি বক্তিয়ার (বখ্‌তিয়ার) † খিলজিগী

* "বল্লালদীর্ঘিকা" লাঃ ৫ য়েংবিয়ু।

† বক্তিয়ার নত্তে মাগী মচানীপা মহম্মদ খিলজিনা ইছান-হান্না বঙ্গ জয় তৌখী। See Oxford History of India—V. A. Smith's Edition of 1920. মতাং অসিদা কুতবউদ্দীন কনানো? মসিগী সম্পৎপা পাউথুমগী লংজীন অমদং কাপ্পু মদফদবা থোকই;— আফগানিস্থানগী গজনি নিংথৌ সবাক্তগীনগা মচানীপা সুলতান-মোহম্মদকা, অদুমতুং দেশ অদুগী ঘোর বংশগী নিংথৌ মহম্মদঘোরী, মথোয় অসিনা খ্রীঃ ৯৮৬ দগী খ্রীঃ ১০২৪ ফাওবা হায়বদি কুমচাশীং ১১ চপ্পকপা ফাওবগী মমুং অসিদা মথংং ভারতবর্ষদা লাস্তারদ্না সণাক্লপা মণিমুক্তানচিংবা লুট তৌরদ্না পুখী। মমৈথংদা মহম্মদ ঘোরীনা ভারততা মুসলমান রাজ্য লিংথৎলমদ্না, মহাক্কী মনাই সেনাপতি কুতবউদ্দীনদা শাসনগী থোরম শিন্নবিরম্নগা চাবোক্তবা মহম্মদঘোরী মরৈবাক্তা শিখে। মতুং অসিদা কুতবউদ্দীন গোয়ালিয়ার, কালঞ্জরনচিংবা দেশ মথং২

মচানীপা মহম্মদ খিলজিনা শুপ্না শগোন্তোংবা লাম্মী তরা-তরেৎকা লোয়ননা শগোন-য়োনবা সাছন্নদ্না হুমিচ্ছপয়ুংবা কালমক্তা কোন্নুং মমাঙ থুংলখিবদগী নবদ্বীপ জয়তোবা হৌখী। অহল ওইরক্লবা মহারাজ লক্ষ্মণসেন গতি লৈখিদবদগী মনীং-থোঙলোম মহারাণী ১স্মুং মনাই-মসনগা লোয়ননা ভাগিরথীদা হিতোংদ্না ঢাকা তান্না চ্যেনখিবা তাখী; মফম অত্থমক্তা সুবর্ণগ্রামদা অমুরক কোন্নুং শেমগচ্চদ্না য়েক্লতিংথং লৈতনা পুন্সিচূপ্পা ল্যেনবিখী। অসোমদনা বঙ্গদেশকী অরাং-নোংপোক পাংবদা মুসলমান লৈবাক তাবা হৌখী। অত্থমওইনমক হিন্দুরাজশিংগী থৌখ্রবা মবুদ্ধিদগী বঙ্গদেশকী মফম থুদিংমক্তা সংস্কৃতকী মহিমা ১স্মুং চন্নফম চাওখৎখি হায়বসি নবদ্বীপতনা মাত্থগী ফিদন্নফম ওইবিখী। কালগী খোঙ্গ্লেনা নবদ্বীপ অসি নোংম নোংমগী অনৌবা ফীভম হোংদোরক্লবসু থায়নঙৈদগী হৌজিক ফাওবা সহর অসি সংস্কৃত চর্চ্চাগী চিরপ্রসিদ্ধ ওইরক্লিবা ধাম অমা ওইনা থোকপিরী।

---

থুত্থম-চনখিদ্না ভারতকী জয়তোবা প্রদেশ মথৈগী নিংথৌ ওইবিখী। মহাক অসি পাঠানশিংগী মরক্তা দাস বংশগী অহানবা নিংথৌনী। মতৌ অসুম দাসবংশ, খিলজিবংশ, তোগলকবংশ, সৈয়দবংশ অত্থমতুং লোদিবংশনা খ্রীঃ ১২০৭ দগী চহী কুন্নাং ৩২০ ফাওবা ভারতবর্ষদা মথং ২ রাজত্ব তৌবিখী (পানবিখী)। মতুংদা মোগলরাজ্য লিংখৎলম্বা বাবরশাহনা খৃঃ ১৫২৬ তা পাণিপথগী লান্ফমদা ইব্রাহিমলোদিবু মায়থীহনদ্না হাত্তোক্লগা দিল্লীগী সম্রাট (নিংথৌরেন) ওইবিখী।

## অংনীশুবা অধ্যায়।

# শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য বন্দনা।

পঞ্চতত্ত্বাত্মকং কৃষ্ণং ভক্তরূপ স্বরূপকম্।
ভক্তাবতারং ভক্তাখ্যং নমামি ভক্ত-শক্তিকম্॥

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যনা মহাক্কী ভক্তরূপ, শ্রীমন্নিত্যানন্দনা মহাক্কী স্বরূপ, শ্রীমদদ্বৈত (আদ্বৈত) গী অবতারনা মহাক্কী ভক্তাবতার, শ্রীবাসকী শাইওননা মহাক্কী ভক্তাখ্য (ভক্তমিংথোন) ১স্থুং শ্রীগদাধরগী লাংওনদনা মহাক্কী ভক্তশক্তি চঙবিখিবা, অতুম ওইবা পঞ্চতত্ত্ব (তত্ত্বমঙা) চেনবিবোইবা শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রবু ঐহাকনা হন্না ২ খুরুমজরী।

কলিযুগকী ইচীনরাইদগী বৌদ্ধ, যবণ ১স্থুং তান্ত্রিকশিংগী চয়েৎনবা মতনা ওৎ-নৈখিবদগী ভারতকী ধর্ম্মভাব অসি পূম্লূপ লূপথিগদৌবগুম হৌরকখী। করিতবু হায়রুগনি, ধর্ম্মগী মহূত্তা অধর্ম্ম, আচারগী মহূত্তা অনাচার চৎলকত্না মায়গৈ মরিদা শাজা-য়ুজাবা পাষণ্ডীশিংনা পূমকোয় কোয়শিল্লকখী। ধর্ম্মপ্রাণ ওইবিরিবা সাধুপুরুষকী মশীংনা রাথরকপদগী সমাজদা মখোয়গী সমাদরস্থু অস্থুম'স্থুম হন্থরকখী। মাত্থুদি :—

"কৃষ্ণনামে ভক্তিশূন্য সকল সংসার।
প্রথম কলিতে হইল ভবিষ্য আচার॥

× × × × ×

গীতা ভাগবত যে জনাতে পড়ায়।
ভক্তির ব্যাখ্যাণ নাই তাহার জিহ্বায়॥
সকল সংসার মত্ত ব্যবসায়ের বশে।
কৃষ্ণপূজা কৃষ্ণভক্তি নাহি কার বাসে॥
বাশুলী পূজয়ে কেহ নানা উপহারে।
মদ্য মাংস দিয়া কেহ যক্ষ পূজা করে॥"

শ্রীশ্রীচৈতন্য ভাগবত।

শ্রীচৈতন্যাবতারগী মমাংথাদা, সাধুপুরুষশিংগী মখৈলৈতবা অরাবা থোকখিবদগী, মখোয়না জগৎপিতা জগদীশ্বরগী মফমদা প্রেম, ভক্তি ১সুং জীব অপূম্বদা দয়াধর্ম্ম প্রকাশ তৌবিরনবা মূলমন্ত্র অসি জপ তৌবা হৌবিরকখী। কাল অসিদা কবি বিদ্যাপতি, জ্ঞানদাস, চণ্ডীদাসনচিংবা অমসুং মাধবেন্দ্রপুরী, ঈশ্বরপুরী, কেশবভারতী, অদ্বৈত, শ্রীবাসপণ্ডিত, হরিদাসঠাকুর অসিনচিংবা স্বধর্ম্মানুরাগী মহাত্মাশিংগী প্রকাশ (জন্ম) ওইরখী। তৌইগুম্বসুং মহাত্মাশিং অসিতগী মথৌরাংতনা বৈষ্ণব-ধর্ম্মগী পূমচাও চাওখৎপদি থোকখিদে। কাল অদো শাক্ত ব্রাহ্মণ মশীংনা নম্মৎখিবদগী অয়াম্বা পাষণ্ডীশিংনা সাধুপুরুষশিংগী মফমদা য়োনা উচ্ছিথৌওইদনা লণ্ডবী ১সুং করেম্নবী। মখোয়গী অত্যাচার (নত্তবা লীচৎ) থাওঙমখিদবদগী অয়াম্বা সাধু পুরুষশিংনা অদ্বৈতাচার্য্যগী মফমদা অরাম্নুংসি ফোংবিরখী। অদ্বৈতনা "নখোয় থোইনা তাহা-তাহা তৌগনু, ভারতাকাশদা

থুনমক ভগবান শ্রীকৃষ্ণচন্দ্র ঙাস্থোকপিরক্লগনী ১স্নুং পাপীশিংবু অচুম্বা লম্বীরোম চিংবিররগনী” অস্নুম হায়না মখোয়বু থেম-জিনবিথী। হৌরম অসিদা মাধবেন্দ্র পুরীনস্নু “শ্রীভগবানগী আবির্ভাব থীন্দ্রে, অনন্ত সংহিতা, ভাগবতনচিংবা গ্রন্থদা য়েকত্না লৈরে” অস্নুম হায়না নোচ্ছিনবিদ্রা অবতারগী সমর্থন তৌবিথী (শোগৎপিথী)। মরম অসিদগী শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যনা নিতিগী গঙ্গাজল তুলসী পত্রগা লোয়ননা ভগবান অবতার থীন্দনা তৌবিরক্লবা প্রার্থনা তৌদ্রুতা লৈবিথী। অমহিকস্নং দ্বাপরদা শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রনা অর্জ্জুনগী মফমদা তাকপিথী। “হে পার্থ! ধর্ম্মনা মকছিল্লকপা অস্নুং অধর্ম্মনা কাঞ্খৎলকপা মতম মতম অত্থমক্তা, ঐহাক্না সাধুশিংবু লা-নবিনবা অত্থগা দুরাচার (লীচত্থীবা)-শিংবু নক্মৎত্না অনৌবা ধর্ম্ম লিংখৎনবা যুগ খুদিংগী অবতার তৌদ্রুতা লৈরিবনী।”

মাতুদি :—

যদা যদা হি ধর্ম্মস্য গ্লানির্ভবতি ভারত।
অভ্যুত্থানমধর্ম্মস্য তদাত্মনং সৃজাম্যহম্
পরিত্রাণায় সাধুনাং বিনাশায় চ দুষ্কৃতাম্।
ধর্ম্ম সংস্থাপনার্থায় সম্ভবামি যুগে যুগে॥

শ্রীমদ্ভাগবত।

খ্রীঃ কুমচাশীং ১৪ শুরকপগী থাম্যোরাইদা শ্রীহট্ট জেলা অসি খমথেংবী তাঙস্বা অমা থোকখী। কাল অত্থগী জমিদারশিংনস্নু রাজস্ব (খাজানা) থোরবা প্রজাশিংগী মফমদা ওস্থোকনা দুংশিহৈতনা ওৎপি নৈবিথী। প্রজা অপুম্বা জমিদারশিংগী

তমথীখ্রবা ওৎ-নৈবা অত্থু খাঙঙমখিদ্রে, ঙন্না হা হা কার লাউনখ্রে। তাম্ফম অসিদা যুগাবতার ৺ভগবানগী থৌঈঙ্খিন্দগী শ্রীহট্ট জেলাগী মঙ্গুংচনবা ঢাকা-দক্ষিণ কৌবা খুঙ্গং অমদগী জগন্নাথমিশ্র কৌবা ভাগ্যচেনবা বৈদিক ব্রাহ্মণচা অমখক

**জগন্নাথমিশ্র।**

সংস্কৃত তম্বা চৎনীংখিদ্রা, শ্রীনবদ্বীপ ধামদা লাকত্না বাস তৌবিখী। মপাবুংগী মমিং নীলকণ্ঠমিশ্র মমা ঠৌরাণীগী মমিং শোভাদেবী কৌয়ে। মখোয় অসি বৈদিক শ্রেণীগী ভরদ্বাজ গোত্রগী ব্রাহ্মণ ধারানী অস্থুম তৌরিঙৈগী চৈরকমক্তা অনন্ত ৺ভগবানগী খুজিন্দগী শ্রীহট্ট জেলাগী জয়পুর খুঙ্গং তাবা নীলাম্বর চক্রবর্ত্তী কৌবা মহাশয় অত্তম্মু ময়ুম্ফুক্না মচান্নুপী অহন শচী দেবীগা লোয়নন্না মথং২ শ্রীধাম নবদ্বীপতা য়ুম হোংবিখী। ইথীনথীন্দনা শচী দেবী অসি জগন্নাথ মিশ্রগী মফমদা শুভবিবাহ তৌবিখী। মহাক অসি মমৈথংদা শ্রীগৌরাঙ্গসুন্দরগী মপাবুংনি হায়দ্রা, জনসমাজদা পুরন্দরমিশ্র, মিশ্রচন্দ্র, মিশ্রবর অসিনচিংবা মিংথোন্না খঙ্বিখী।

শান্তিপুরদা শ্রীমদদ্বৈতাচার্য্যনা কলিজীব উদ্ধারগীদমক শ্রীভগবান অবতার থীন্দনা তৌবিরক্লবা নিতিগী তুলসীপত্র-গঙ্গাজল কংপিবা লংপা কৌবা নাইবিরকত্রি। অসোমদনা শ্রীশচী ঠাকুরাণীগী গর্ভদা মথং২ কন্যা (নীংঙোল) নীপানথক উনবিরগা ঙম্নমক মাংখিরম্মী। মতুংদা ৯শুবা গর্ভদা মচানীপা অমদং উনবিখী, মমিং বিশ্বরূপ থোনবিখী। মহাক অসি শ্রীগৌরসুন্দরগী ময়ামুং অহননী। মহাক্কী চহী ৭।৮ চঙ্লকপা বয়সকী মতাংদা

**বিশ্বরূপ।** জগন্নাথ মিশ্র ঈম্মুংহূপ্পা জন্মভূম অমুক্তং দর্শন ফংবিগে সেনখিদ্না ঢাকা-দক্ষিণ তান্না লেঙবিখী। অহুমতুং শকাব্দ ১৪০৬কী ব্লাকচীংথাদা অমুকহন্না শচী ঠাকুরাণীগী গর্ভসঞ্চার ওইবিরকখী। মতম অসিদা শ্রীশচীদেবীগী শ্রীমুখ (মায়থোং) ১স্নুং দেহকান্তি (কুচু কুমেন) অদো আমরাপুরগী ছাক্কায়রবা পারিজাত কুস্থমনদোনা নোংম নোংমগী অনৌবা লংলবা মায়থোং ওইনা ফজরকপা হেঙ্গৎলকখী।

অস্থম ওইবা গর্ভাবস্থাগী মতম অসিদা, শচীদেবী ১স্নুং জগন্নাথমিশ্রগী মমা শোভা দেবী, মখম্মখা অয়াম্বা ওইথোকত্রবা ঐশ্বরিক স্বপ্ন (ঈশ্বরমরীগী মঙ) উবা ফংবিখী। মমাগী য়াথং মতুংইন্না জগন্নাথ থীন্দে, দশহারা পূজাগী গঙ্গাস্নান নংনবা ঈম্মুংহূপ্পা শ্রীনবদ্বীপ ধামদা হনবিরকখী। নোংমগী মতুং নোমা, থা অমগীমতুং থা অমা হওখ্রে, থা তরা মপূং ফাদ্না হেল্লক্লে।

**শ্রীগৌরাঙ্গ।** তৌইগুম্বস্নুং অঙাংদি উনবা কৌবা নাইথিদ্রে, মসিদা পতি-পত্নী (মতৈমনাও) অনিমক্কী পূক্নীংদা মখম্মখা অয়াম্বা চিন্তাগী ভাবনা (ব্লাখন্না) পরিপূর্ণ ওইবিখ্রে (পূমথন থনবিখ্রে)। অস্নুম্বা চিন্তা অসিদা থা তরা-হুমদোই ল্যেনখ্রে। মতুংদা খ্রীঃ ১৪৮৫, শকাব্দ ১৪০৭ কী থা তরামরি শুরকপগী ফাল্গুনদোল পূর্ণিমা তিথিদা সূর্য্যদেধগী মঙাম্নস্থ পৃথ্বী লৈ-খা থাদোক্লমদ্না অস্তাচল চীংদোল কা-খ্রবদা (পক্লখ্রবদা), উত্তর-ফাল্গুনী নক্ষত্রদা সিংহ লগ্নদা, সিংহ রাশিদা, জীবগী উদ্ধারগীদমক হরিনাম য়েনবিনবগী মরমদা শ্রীরাধিকাগী

ভাব লওবিরকত্না চন্দ্রগ্রহণ (থাগঢ়ণ) গী মতমমক্তা শ্রীশ্রীগৌরাঙ্গ স্নুন্দর ভূমিষ্ঠ (জন্ম) ওইবিরকখী। গ্রহণগী কালনি হায়দ্না, শ্রীধাম নবদ্বীপকী ভাগীরথী মপান অদো, কীর্ত্তন ১স্নুং হরিধ্বনি শব্দনা পূম্নিন নিনবিখী। শ্রীগৌরাঙ্গদেবগী ওইরক্কদবা পুন্সি অসি করম্ব ফীবমদা ল্যেপ্লগদবা মাদো মহাক্কী জন্মারম্ভদগী হৌনা গ্রহন্না খুদম ওইনা ইখঙ-খঙহৌদনা ফ্বোংদোকপিখী।

"রাধা-ভাব, ভক্তি ভাব, জীবগী উদ্ধার;
বাঙ্গা অহুম অসি থুংনবগী অবতার।"

মহাক্কী অঙ্গকান্তি উজ্জবদা শচীদেবী খাকচবা লৈত্তনা প্যেঞ্জখ্রদ্না মহাক্কী মমিং গৌরাঙ্গ থোনবিখী। শ্রীমদদ্বৈতাচার্য্যগী গৃহিণী সীতা ঠাকুরাণীনা নিম-পাম্বী মখাদা মহাকপু ভূমিষ্ঠ ওইরকপা উবিখিবদগী "নিমায়" হায়না থোনবিখী। শ্রীগৌরাঙ্গ-

নামকরণ।

স্নুন্দরগী অঙ্গগী ক্কজখ্রব, গৌরবর্ণ উবিখিবদগী যূম্লোন্নবশিংনা মহাকপু "গৌরহরি" হায়না কৌনবিখী। মহাক অসি জগৎকী য়োকপি-থাকপিবা মপু ওইরগনি হায়দ্না মহাক্কী মমাপোকপা মপুবোক জ্যোতিষ শাস্ত্রদা ওন্থোক্লা হৈসিংখ্রবা নীলাম্বর চক্রবর্ত্তী মহাশয়না মচূনীপা অসিগী মিংথোন "বিশম্ভর" থোনবিখী। মহাক অসি স্বয়ং কৃষ্ণাবতার ১স্নুং জীববু চৈতন্য (জ্ঞান) পীবিরগনি হায়দ্না সন্ন্যাস ধর্ম্ম ফংবিবা কালদা কেশব ভারতীনা মহাকপু "শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য" কৌবা মিংথোল অসি পীনবিখী। মতুং অসিদস্নু বৈষ্ণবপদাবলী লেংবা ১স্নুং পদাবলী কীর্ত্তন তৌবিবা অয়াম্বা ভক্তশিংনা

মহাক্কী মিংথোন গৌরাচাঁদ, শচীনন্দন, গৌরগোপাল হায়না থোনবিখী।

অমরোমদনা শ্রীগৌরসুন্দর অবতীর্ণ ওইবিরক্লে তাবমক্তা শ্রীমৎ অদ্বৈতনা শঙ্গায়দা হরাওমনখিদ্না হরিদাসগা লোয়ননা জগোয় সামিন্নখী। মাত্নদি:—

"সেই কালে নিজালয়ে উঠিয়া অদ্বৈত রায়,
নৃত্য করে আনন্দিত মনে।
হরিদাসে লৈয়া সঙ্গে, হুহুঙ্কার কীর্ত্তন-রঙ্গে,
কেনে নাচে কেহ নাহিজানে।"

শ্রীচৈতন্য ভাগবত।

মথং২ নোংমগী মতুং নোংমা, থা অমগী মতুং থা অমা, চহীগী মতুং চহী অমা ওনখিবগী পান্দমগুম, মাত্নগা লোয়না লোয়ননা শ্রীগৌরাঙ্গগী অঙ্গকান্তিস্থ মতৌ অত্নম ঙাহ্নোকপিরকপা হোবরকখী। শ্রীগৌরাঙ্গনা খোঙ্গাপ ব্লাল্ল-ব্লাল্লদ্না কোয়না লেঙথোকপী, মাত্নদা পাদযুগলদগী সণামহী চ্যেন্থ্রকপা দোনা নীংনে।

**বাল্য লীলা।**

জগন্নাথ মিশ্র ১স্থং শচীঠাকুরাণী, মচিন্মনাও অনিমগী চাংদমনীংঙাই লৈত্রবা মূর্ত্তি অনিমক অত্ন উজবদা লুংঙাইবগী ঈপাকথক্তা তাউথোক-পিখী। বিশ্বরূপ ১স্থং বিশ্বম্ভর মচিন্মনাও অনিমা অদো পিতৃ-মাতৃ অনিমক্কী হিংদ্না লৈনবগী ১স্থং পুন্সিগী ঈংথনা নুংঙাইনা ল্যেন্নবগী অথোইবা পাম্বৈগী মশক ওইনা থোকপিখী।

ভগবানগী অস্থম্বা নিয়ম অমা থম্বিরম্মী, তিন্নফমদা কায়নফম

হেক্তা মথোক্লে ; মুংঙাইরবা তাম্ফমদস্থ অব্লাবা হেক্তা মতাৱৈ। বিশ্বরূপ, বিশ্বম্ভর, জগন্নাথ মিশ্র ১স্থং শচীদেবীগীস্থ মাচুমক থোকখী। জগন্নাথমিশ্র ১স্থং শচীদেবীগী মরাইবক্তা অতে মতম খর শাংথনা মুংঙাইবা অচু ৠংবা থোকপিখিদ্রে। শ্রীগৌরহরিস্থ মতম খর চোস্থনা ময়াম্বনীংবা মনীংথুংবা থোকপিখিদে। শ্রীগৌরহরিগী

**বিশ্বরূপকী সন্ন্যাস।**

চহী ৭।৮ চঙ্ল্কপগী মতাং অচুৱাইমক্তা, বিশ্বরূপ চহী ১৬ কী বয়সতা সন্ন্যাসধর্ম্ম লওবিখিদ্না গৃহত্যাগ তৌবিখী। মতিকচারবা মপাবুং জগন্নাথমিশ্রস্থ ভগবানগী মফমদা প্রার্থনা তৌবিখী "হে ভগবন! বিশ্বরূপ কৌবসে, নাহানিদো; মাগী ধর্ম্মতা কায়হনবিদবা।" হায়বদি অমুরক যূম্বানদ্না সন্ন্যাসধর্ম্ম থাদোকপিহন্দবা। মহাক সন্ন্যাসধর্ম্ম চৎপিখিদ্না শ্রীশঙ্করারণ্য মিংথোন অসি তানবিখী। বিশ্বরূপ মহাক্কী চহী ১৮ গী বয়সতা পুণাসহর মনাক্কী পাণ্ডুপুর কৌবা মফমদা অদর্শন ওইবিখী। মহাক অসিমক শ্রীমন্ নিত্যানন্দগী দেহদা চঙবিখ্রে। কনা অমনা হায়নবী, বিশ্বরূপ অসিমকনা শ্রীমন্নিত্যানন্দবু মপা-মমাগী মফমদগী পুথোরকত্না, মহাকপু সন্ন্যাস-ধর্ম্ম চৎহনবিখী।

বিশ্বরূপনা ইবা-পাবা শিক্ষা ৠংখিদ্না সন্ন্যাস-ধর্ম্ম চৎখিবদগী মপাবুং মমা ঠৌরাণী অনিমগী থম্মোয়স্থুংদা চাকখিবা মৈ-চাকনা ওমথৈ লৈতনা চাকখী। মসিদগী শ্রীগৌরাঙ্গস্থুন্দরবু অমুরক শিক্ষা তৌহনখ্ররোই হায়না মপুক্লীংদা লেপ্লিখী। তৌইগুম্বস্থং

পূক্লীংদা খ-ল্লুদ্গ লেপখিবা হীরম অদো, অওইবমক্তি অয়াম্বা মতমদা মাত্নগী ওন্নতৈনবা থোক্লে। মতাং অসিদম্ম মাতুমক থোক্লখী। শ্রীগৌরাঙ্গ অঙাং ওইবগী পূকচেল লেপ্তবদগী, করিগুম্বদা ইবা-পাবদা পূক্লীং থিংজিল্লুদবা, করিগুম্বদনা হেক মপামছিল্লুবা মতৌ অসি ফোংদোকপা হৌবিরকই। তৌইগুমম্মং মপাবুং-মমাঠৌরাণীগী মচানীপাহন অদু ইবা-পাবা তমখিদ্গা সন্ন্যাসী ধর্ম্মরোম চৎখিবদগী, মুংসি থোইখ্রবা মচাইবুংঙোগী মরাদা থোরায়মক য়াওনা পূক্লীং লূপ্পা তৌবিখিদে। অমরোমদনা য়ূম্লোন-ক্যৈরোম্নবশিংনা "নঙ্খোয়গী নরাইবক ফবনা, গৌরসুন্দরনা মথন্তগী পূক্লীংথোক্তগী মহৈমসিং তম্নীংবা পোক্লকই, অদুগা নঙ্খোয়নদি মহাকপু মহৈ তম্নান্নীংদ্রে" অস্নুম হায়না হায়নবা হৌরকখী। কনা অমনস্ম হায়বিরকখী "পণ্ডিতপু ওইহিক্লবদি অদুম্বা বুদ্ধিতা মপোক্লকপা মহৌসানী।" মতৌ অস্নুম অয়াম্বা মীগী অয়াম্বা থৌঅঙ্খিন্দগী জগন্নাথমিশ্রনা, শ্রীগৌরাঙ্গগী চহী ৯ গী বয়সতা খ্রীঃ ১৪৯৪ দা হওনবী মতুংইন্না নগুণ-কঙ্থি হূকপিদ্গা মশামকনা মনাকোংদা গায়ত্রি মন্ত্র কাম্বিখী। অসিমতুংদা মহাকপু লাইরিকতম্বা চঙহল্লগে হায়না লেপ্লিখ্রে।

**উপনয়ন** (নগুণ থাংবা)।
(খ্রীঃ ১৪৯৪)

তৌইগুম্বম্মং ভগবান-না মহাক্কী পূক্লীং থুংহনবিখিদে। মতম খরদং চৎলম চৎফাম্রিঙৈনা, উপনয়নগী মরীদা কা হেঞ্জিল্লা নোম্মনখিবদগী কালগী মশক ওইরবা অরুম কৌবা লাঈনা অদুনা জগন্নাথমিশ্রগী মশাদা শাদোংলখী হায়বদি লাকথুরখী।

মতম অসিদা শ্রীগৌরাঙ্গগী বয়স চহী ১০। ১১ চঙ্লকখী। মহাক্কী মহৈ-মসিং তানবগী হৌরকপা মক্তদা মতৌ অস্থুম জগন্নাথ মিশ্রগী মৃত্যু কাল থোক্লখী। শ্রীগৌরাঙ্গ অহানবদা ময়াম্বুং কায়নবা, মতুংদা মপাবুং কায়নবা থোকখিবদগী, শুপ্না মুংসিথোইরবী মমা ইবেমগা লোয়ননা সংসারদা লৈবিদ্না মহৈমসিং তানবদা পুক্নীং থিংজিন্না তশ্বা তাবিখী।

**পিতৃ বিয়োগ।**
(মপাবুং কায়নবা)

মমা ইবেমা শচীদেবীনা মপাবুং কায়নখ্রবা অঙাং অদুবু মকুন্দ সঞ্জয়গী শঙ্গায়দা লৈবা গঙ্গাদাস পণ্ডিতকী মফমদা পুদ্না চৎপিখী। গঙ্গাদাস পণ্ডিতনা বিশ্বরূপকা লোয়ননা মমাংথাদা শ্রীগৌরাঙ্গবু খঙবি-উবিখী। মহাকপু মহৈ তম্বিবগী মরমদা গঙ্গাদাস পণ্ডিতকী করিগুম্বা আপত্তি অমত্তা লৈখিদে। মহাকনা অঙাং অদুবু চ্যেকছিনবগা লোয়ননা মহৈ তম্বিবা হৌবিখী। শ্রীগৌরাঙ্গস্থু হরাও হরাওনা মহৈমসিং তানবা হৌবিরকখী। ছাত্রজীবন অসিমক্তদা মহাক্কী জ্ঞান, শিক্ষা ১স্থুং থৌখ্রবা লৌসিংগী মঙান অদো চঙ্খোন্না ঙাম্বোকখী। জ্ঞানশিক্ষা তানবা লোইরবদা মহাক নবদ্বীপতা অথোইবা পণ্ডিত অমা ওইনা ফাওবিরখী। মতম অসিদা শ্রীমুরারিগুপ্ত, শ্রীকমলাকান্ত অসিনচিংবা অথোইবা ছাত্রশিং টোল অসিদা মহৈ তম্বা হৌবিখী।

**বিদ্যাশিক্ষা** (মহৈতম্বা)।

কাল অসিদা নবদ্বীপ বিদ্যানগরদা লৈবা মহেশ্বর বিশারদগী মচানীপা বাস্থুদেব কোবা অমা বারাণসী ধামদা উপনিষদ তম্বা

লোইরকত্না মিথিলাদা পক্ষধর মিশ্রগী মফমদা ন্যায় শাস্ত্র তমজরখী। মহাক্কী টোল অহুদা গঙ্গেশ উপাধ্যায়না লেংবা "চিন্তামণি" কৌবা থৃ-ই লাইরিক অমসু শীজিন্নে, মাহু ছাত্রশিংগী মখূত্তা পীথোকপা খক তৌবিদে।

**সার্ব্বভৌম পণ্ডিত।** "চিন্তামণি" মতম অহুগী অথোইবা ধর্ম্মশাস্ত্র-গ্রন্থ অমা নী। ধর্ম্মগ্রন্থ আসগী মপান্তনা টোল অসিগী মিংচৎ ফাওখিরম্মী। বাসুদেব "চিন্তামণি" ১সুং "কুসুমাঞ্জলি" কৌবা ফঙমদ্রবা গ্রন্থগী টীকা-টীপ্পনী লোয়ননা চীক্ফা পুবিখিদ্‌। পরীক্ষাদা ঈকাইখুম্ননা উত্তীর্ণ ওইখিবদগী "সার্ব্বভৌম" উপাধি ( মিংথোল ) তানবিখী। মাহুদগী নবদ্বীপতা হুলকত্না ন্যায়গী টোল অমা লিংখৎপী, থুনমক মিংচৎ ফাওখিদ্‌। মপৈ মপৈ ছাত্রগী কাঙলূপনা বাসুদেবগী টোলদা মমিং চনবিরে। মাহুদগী মিথিলা-গী টোল মূচ্ছিল্লকপদগী গৌড়দেশদা অনৌবা ন্যায় শাস্ত্র তম্নবা হৌরকপা তাখী। শ্রীগৌরাঙ্গদেবগা তম্মিন্নরম্বা মপিজা রঘুনাথ শিরোমণি, রঘুনন্দন ভট্টাচার্য্য, কৃষ্ণানন্দ আগমবাগীশ অসিন-চিংবা অমূরক সার্ব্বভৌম পণ্ডিতকী মফমদা মহে় তম্বিখী।

ঈশানগী মরিশুবা ছূথাং গোবিন্দগী রঘুপতি ১সুং রঘুনাথ কৌবা মচানীপা অনী লৈরম্মী। মখোয়গী মমাগী মমিং সীতা-দেবী কৌয়ে। রঘুনাথ শ্রীহট্ট দেশকী পঞ্চখণ্ডদা পোক্লগা নবদ্বীপকী লাইরিক তম্বা লোইরদ্‌। মিথিলাগী মহাপণ্ডিত পক্ষধর মিশ্রগী মফমদা ন্যায়শাস্ত্র তম্বা অমুক চৎপী। মিথিলাদগী মহে় তম্বা লোইরদ্‌। মহাক নবদ্বীপকী হরিঘোষকী সঙ্গোন্দা ন্যায়গী

**রঘুনাথ শিরোমণি।**

চৌল অমা লিংখৎপী। তাম্ফম অসিদা উরিষ্যাগী রাজা প্রতাপরদ্রনা বাসুদেব সার্ব্বভৌমবু উৎকল দেশতা ন্যায়শাস্ত্র শন্দোকনবগী নবদ্বীপতগী কৌথোকপিখী। নবদ্বীপতা রঘুনাথ শিরোমণিতনা অথোইবা মিংচৎ তানবিখী। মহাক্কী মমিৎ নামা তাখিবদগী থ্বাইনা মাবু কাণা শিরোমণি নত্রগা কাণভট্ট হায়নস্থ কৌনবিখী।

বন্দ্যঘট তাবা হরিহর ভট্টাচার্য্যগী মচানীপা রঘুনন্দন ভট্টাচার্য্যতবু স্মার্ত্ত ভট্টাচার্য্য ওইনা ১সুং বর্ত্তমান স্মৃতিগ্রন্থ লেংলদ্বনি হায়না শকখঙে। হৌজিক্কী কালদা উপনয়ন, বিবাহ,

**রঘুনন্দন ভট্টাচার্য্য।**

শ্রাদ্ধনচিংবা থৌদোক অপুন্বদা স্মার্ত্ত ভট্টাচার্য্য অসিগী "অষ্টা-বিংশতি তত্ত্ব" কৌবা গ্রন্থগী মত মতুং ইন্না চৎনরী।

কৃষ্ণানন্দনা "তন্ত্রসার" কৌবা গ্রন্থ লেংবিরম্বা পণ্ডিত অমনী হায়দ্না মিংচৎ তানবিখ্রে। মপাগী মমিং মহেশ্বর গৌড়াচার্য্য, মনাওগী মমিং মাধবানন্দ কৌয়ে। অস্তুম ঙাঙ্বা লৈ, কৃষ্ণানন্দ

**কৃষ্ণানন্দ আগমবাগীশ।**

আগমবাগীশ অসিতনা তান্ত্রিকমত মতুং-ইন্না দেবী মূর্ত্তি পূন্নমক্কী সাকারপূজা (মূর্ত্তিপূজা) চৎনহনবী। অসিগী মমাং-থাদদি ঘটপূজাগী মথৈতা তৌনবিরম্মী। হৌজিক শ্যামাপূজাগী চৎনরিবা পদ্ধতি (পথাপ) অসি, আগমবাগীশতনা মাহ্নগী হৌদোক্লম্বা লুচিংবনী। কৃষ্ণানন্দগী ছুথাং গোপাল অসে

"তন্ত্রদীপিকা" কৌবা গ্রন্থগী গ্রন্থকারনী। মহাক্কী তন্ত্র অসি মফম পূন্নমক্তা ঈচন চন্নবী।

নাহাঙৈদা মপাবুং খাইনখিবনা মতম অমম্মমদা শ্রীগৌরাঙ্গ দেবগী সংসারদা য়ূম্বানবগী লৈত-লাঙ্গৈরবা মতৌ অসি ইথোক-মথোক্লখী। মমাইবেমা শচীদেবীনা লৈত-লাঙ্গৈরগী ৱারম ফোং-দোক্লগা শ্রীগৌরাঙ্গনা মরক মরক্তা সণাতাঙ্গা ১। ২ পুরকত্না মাতৃ-দেবীগী খূত্তা হেক২ পীবিরৈ। মাহ্ন কায়থোকপিদ্না শচীদেবীনা ঈস্মুংগী অৱাৎ-অপা মেন্নবিদ্না জীবিকা ওইনবী। শ্রীগৌরাঙ্গনা সণা অহ্ন কদায়দগী লওবিরুবা মাদো কনা অমত্তগী খঙবা ঙম্বা লৈখিদে।

**য়ূম্বানবগী ফীভম।**

মথোন কারকপগী সৈকোকমক্তা, চহী তরাতক্লক্লম শুরকপগী বয়সতা, শ্রীগৌরাঙ্গ বল্লভ ঠাকুরগী মচাইবেমা লক্ষ্মীপ্রিয়াগা লোয়ননা শুভবিবাহ * তৌবিখী। বনমালী ঠাকুরনা বিবাহ অসিগী অৱাং-অশীনগী মথৌ পুবিখী। মতম খরগী মতুংদা শ্রীগৌরাঙ্গ নাম-প্রচারগী উদ্দেশ্যদি থূপচিনবিখ্রগা, লৈবাক কোয়বগী মওং সাছিন্নদ্না পূর্ব্বদেশলোম লেঙবিখিরম্মী। খর লৈরগা চহী তরানীপান শুরকপগী মহুংদা নবদ্বীপতা

**বিবাহ ১সুং অৱানুংসি পাউ।**

* বিবাহ অসিগী ভার (অৱাম্বা মথৌ) জমিদার বুদ্ধিমন্ত খান অসিনা মকোকথোংনা পুবিখী। মামায় ৯ ম্লেংবিংগৌবা ওই।

হল্লকত্না "লক্ষ্মীপ্রিয়া লিন্না চিকত্না থৌন্নায় থাখ্রে" হায়বা পাউ অসি তা-বিরথী।

লক্ষ্মীপ্রিয়ানা ইহধাম (মপোক অসি) থাদোক্লম্বা মতুংদা, শ্রীগৌরাঙ্গ চহী কুন চঙ্ললকপগী চবৃকমক্তা কুলিয়া গ্রামগী সনাতন ঠাকুরগী নীংঙোন বিষ্ণুপ্রিয়া কৌবী কন্যাগা লোয়ননা অমুরক শুভবিবাহ তৌবী। বিষ্ণুপ্রিয়াগী মমাগী মমিং মহামায়া কৌই। লুহোংবা মতুং বর-কন্যা অনিমকনা ঈম্মুং চঙ্ললকপা মতম্মক্তা বিষ্ণুপ্রিয়া খুদী থীবিথী। হন্দক্কী খুদো-মথী অসে মতুংগী করিগুম্বা অমঙ্গলগী মশকনি, হায়বা ৱাথন অসি মহাক্কী পূক্লীংদা অকাউবা কৈবা লৈখিদে। মহাপ্রভু সন্ন্যাসকী মতমদম্ম, বিষ্ণুপ্রিয়া হীরম অহু নীংসিংলুদ্না অরাবগী ঙমখৈ লৈখিদে।

**পুনর্ব্বিবাহ।**

মপাবুং থাইনখিদ্না মহাক্কী মথোগীদমক শ্রীগৌরাঙ্গ গয়াধাম য়োবিরুবা ঙমজদরী শচীমাতাগী মক্ষমদগী বিদায় লওবিদ্না গয়াধাম তান্না লেঙবিথী। মক্ষম অসিদা মাধবেন্দ্র পুরীগা লোয়ননা শ্রীগৌরাঙ্গগা উনবী ১সুং ঈশ্বর-পুরীনা মক্ষম অসিমক্তা শ্রীগৌরাঙ্গবু "ক্লী" গোপীজন বল্লভাগী" দশাক্ষরী কৃষ্ণমন্ত্র (ময়েক তরানা লেংবা কৃষ্ণমন্ত্র) অহু পীনবী।

**গয়াযাত্রা ১সুং ঈশ্বরপুরী উনবা।**

বিবাহগী মমাংথাদগী হৌনা শ্রীগৌরাঙ্গদেবগী হৃদিমুংদা ধর্ম্মভাব অসি পোকপিথী। মহাকনা মতমলৈবখিবিক্তা তম্মিন্ন-ৱকপা মপিজাশিং ১সুং শ্রীবাসনচিংবা ভক্তমৱূপশিংগা লোয়ননা

সংকীর্ত্তন তদা অহিং-মুংথিন ল্যেনবিথী। অসিগী মমাংথাদা শ্রীগৌরাঙ্গগী ময়াম্নুং অহল বিশ্বরূপনা সন্ন্যাস ধর্ম্ম লওবিখিরম্মী। মতুং অসিদা শ্রীগৌরাঙ্গস্থ যুম্বানবগী থবক্তা অপাম্বা পোকপি-

**ধর্ম্মভাব।**

খিদবদগী বিশ্বরূপকী মতৌগুম সন্ন্যাসধর্ম্মরোম চৎখিগবরা হায়বগী চিংনখিবনা, শচীদেবী মচা ওইবগী ৱাখন্দা শুম্মৎখিদ্রা, থোৱায় লৃপখ্রবা গৌরাঙ্গগী দমক মতম খরদং উনদবগী ৱাক্রুরবম্ভ, মহাকপু করি অমত্তা হায়ঙম্বা লৈবিখিদে। তৌইগুম্বম্নুং মমাঠৌরাণীগী থম্মোয় অদো, থোৱায়-দগী হেনখ্রবা মুংসিথোইখ্রবা মচাইবুংঙো গৌরসুন্দরবু লাপথোক-হন্নীংবস্থ লৈবিখিদে। গৌরসুন্দরস্থ অমু'মুক থম্মুজরুবদা মমা ইবেমগী অৱাবা অত্থ হেক২ খঙবা ঙম্বিথী। মরম অত্থনা ভক্তগী প্রাণ গৌরহরি ফনা কুইনা মহাক্কী শঙ্গায়তদা কীর্ত্তমচিংবা তৌবিদ্রা কীর্ত্তনগী মুংঙাইবা অত্থতনা মুংঙাইবা পোকপিথী। গয়াধামদগী পিতৃকর্ম্ম লোইবিরকত্না নবদ্বীপ ধামদা হলকঙৈদগী শ্রীগৌরাঙ্গগী থম্মোয়দা ধর্ম্মভাব অসি থোইনা২ কনথৎলকথী। মরম অসিদগী মহাক ভক্তশিংগা লোয়ননা অয়াম্বা মতমদা সংকীর্ত্তন তদা ময়াই কাবিথী।

গৌরাঙ্গদেব নাহাঙৈদগী হৌনা মতম মতমদা মখন্মখা অয়াম্বা ওইথোকত্রবা শাইওং লওবিদ্রা ১মুং তৌঙমদ্রবা থোৱম কয়া২ উৎপিদ্রা ঈম্মুংমন্নুং ১মুং লোয়মিন্নবা ভক্তশিংদা অঙকপা পোকহনবিথী। শ্রীবাসকী মন্দিরদা ব্যাসপূজাগী কালদা, নিত্যানন্দ প্রভুনা শ্রীগৌরাঙ্গগী গুকসমদা মালাহুকচিন্নবা মতমদা

**ওইথোকত্রবা শকওং।**

মহাক "ষড়ভুজ মগাপ্রভুগী" মূর্ত্তি লওবী। অতোপ অতোপ্পা কালদস্ম ভক্তশিংবু ষড়ভূজ মূর্ত্তি-অসি উহনবিদ্না মখোয়বু মুংঙাইবা পোকহনবী। মুরারিগুপ্তগী লাইশঙদা শ্রীবাসকী মচীন্দগী গৌরাঙ্গদেবনা যজ্ঞবরাহ অবতারগী শ্লোক তাবিখিদ্না "মাত্থ ঐহাকনে" "মাত্থ ঐহাকনে" হায়দ্না লাই আসনথক্তা লেঙছিনবিরগা "বরাহমূর্ত্তি" লওবী। উরিষ্যাগী নিংথৌ প্রতাপ-রুদ্রবু চতুর্ভুজ মূর্ত্তি ১স্নুং শ্রীমন্নিত্যানন্দগা শ্রীমদদ্বৈতাচার্য্যগা অনিমকপু "বিশ্বরূপমূর্ত্তি" উৎপিখিদ্না মখোয়বু মহয় য়ানহনবিথী।

পূম্নমক অসিগী অয়াম্বা মরম্না শ্রীনবদ্বীপবাসী পূম্নমক্কী পূক্নীংদা মহাক্কী মফমদা শ্রদ্ধা ( পূক্নীং থিংজিনবা ) ১স্নুং ভক্তি পোকপা হোরকই, অমস্নুং মতম অত্থমক্তদগী মহাক্কী ভক্ত-

**অবতার ১স্নুং অবতারী।**

সমাজদা মহাক অসি "অবতার" নী হায়না নীংনৈ। অবতার পূম্নমক্কী থোক্লকফম ওইরিবা মহাক অদো "অবতারী" নী। শ্রীগৌরাঙ্গদেব অসি মতুংদা "মহা-অবতারী" হায়নস্ম প্রসিদ্ধ ওইবিথী। শ্রীমদদ্বৈতাচার্য্য প্রভুনা হায়বিরম্লে ঃ—

"জয় জয় মহাপ্রভু মহা অবতারী"।

মহাপ্রভু অবতারগী মরীদ! অথোই অথোইবা ধর্ম্মগ্রন্থগী অথোই অথোইবা শ্লোক খরদং মখাদা উচ্চরক্নী ঃ—

অহমেব দ্বিজ শ্রেষ্ঠ লীলাপ্রচ্ছন্ন বিগ্রহঃ।

ভগবস্তুক্তরূপেন লোকং রক্ষামি সর্ব্বদা॥

নৃসিংহ পুরাণ।

কলি ঘোর তমসাচ্ছন্ন সর্ব্বানাচার বর্জ্জিতাম্।
শচীগর্ভে চ সম্ভূয় তারয়িষ্যামি নারদ॥

বামন পুরাণ।

কলেঃ প্রথম সন্ধ্যায়াং গৌরাঙ্গোঽহসৌ মহীতলে।
ভাগীরথী তটে ভূমি ভবিষ্যতি সনাতন॥

পদ্ম পুরাণ।

গোলোকঞ্চ পরিত্যক্ত্বা লোকানাং ত্রাণকারণাৎ।
কলৌ গৌরাঙ্গ রূপেণ লীলা লাবণ্য বিগ্রহঃ॥

মার্কণ্ডেয় পুরাণ।

ভবিষ্যামি চৈতন্যঃ কলৌ সংকীর্ত্তনাগমে।
হরিনাম প্রসাদেন লোকান্নিস্তারয়াম্যহং॥

ব্রহ্মযামলে।

অসোমদা শ্রীমন্নিত্যানন্দ প্রভু ১স্থং হরিদাস ঠাকুর শ্রীনবদ্বীপতা লেঙ্লকত্না শ্রীগৌরাঙ্গ স্পর্শমণিগা লোয়ননা সংকীর্ত্তনদা তিন্নবিরৈ। অস্নুম তিন্নবা মতিম্না অসিদা মণিকাঞ্চন তিন্নখিবগুম ওম্থোকনা ফজনা থোকখী। মখোয় অসিনা জীব উদ্ধারগী দমক

**নামকীর্ত্তন প্রচার।**

শ্রীগৌরাঙ্গদেবগী স্নায়াথং মতুংইম্না শ্রীধাম নবদ্বীপবাসীশিংগী য়ুমথোঙ খুদিং মখোয়না জীবগী অরানফম ওইবা "হরিনাম" প্রচার তৌবা হৌরকখী। মাস্থদি :—

প্রতি ঘরে ঘরে গিয়া দেও এই শিক্ষা।
কহ কৃষ্ণ, ভজ কৃষ্ণ, লও এই দীক্ষা॥
কৃষ্ণকথা বই আর কিছু না বলিবে।
প্রতিদিন সন্ধ্যাকালে আমারে জানাবে॥

শ্রীচৈতন্য ভাগবত।

দেবর্ষি নারদনা ব্রহ্মাগী মফমদা কলিজীব মুক্তিগী (লা-ম্নবগী) পাম্বে হংবিরুবদা ব্রহ্মানা হায়বিরকখী :—

"হরের্নাম হরের্নাম হরের্নামৈব কেবলম্।
কলৌ নাস্ত্যেব নাস্ত্যেব নাস্ত্যেব গতিরন্যথা॥"

কলিদা কলিজীবশিংনা হরিনাম মক্তা সোঞ্জদ্না উদ্ধার ওইগনী। মখোয়না মাহুতা লেপ্পহন্নবগী দমক নামকীর্ত্তন্না মরম ওইরিদ্না ধরাধাম (পৃথ্বী) অসিদা অবতীর্ন ওইবিরকখী।

ভক্তিরসামৃত সিন্ধু গ্রন্থদা "কীর্ত্তন" ১স্নং "সংকীর্ত্তন" অনিমগী অর্থ মতৌ অস্নম ইদ্না থম্বিরম্লে। মাহুদি :—

"নামরূপ গুণাদিনামুচ্চৈর্ভাষতু কীর্ত্তনম্।
বহুভির্মিলিত্বা কীর্ত্তনং সংকীর্ত্তনমিত্যুচ্যতে॥"

ভগবানগী নাম রূপ গুণ ১স্নং লীলা অসিনচিংববু খোঞ্জেল রাংনা হায়দোকপগী মমিং কীর্ত্তন; অদুগা ভক্তময়াম পুঙ্খিন্নদ্না খোঞ্জেল অমত্তা ওইনা কীর্ত্তন তৌবগী মমিং সংকীর্ত্তন কৌনৈ।

"সর্ব্বরোগনাশনং সর্ব্বোপদ্রবনাশনম্।
শান্তিদং সর্ব্বারিষ্টানাং হরের্নামানুকীর্ত্তনম্॥"

বৃহদ্বিষ্ণুপুরাণ।

হরিনাম সক-সোঞ্জরবদি লাঈথুং পুন্নমক্কী আনা লাইকোকপা, অমঙ্গল থোঁদোক পুন্নমক্কী অমাঙবা অমস্নুং মখম্মখা অয়াম্বা য়েক্লবগী ময়েং তাথ্রকপা ওইরৈ।

কীর্ত্তন অসিগী মওং ওইনা মখোয়না ব্রাহ্মণ-কুলদা পোকপা জগাই মাধাই অনিমবু লা-নবিদ্না, নামসংকীর্ত্তনবু অয়ুক ওস্তা নীংসিংনফম (প্রাতঃ স্মরণীয়) ওইনা থম্বিরম্মে। মবিয়াঁনী অসে মচাক মরন লৈবা শ্রোত্রিয় ব্রাহ্মণ ওইরম্মী। মখোয়গী থাঙ্গে-শেংবা মমিংদি জগন্নাথ রায় ১স্নুং মাধব রায় কৌনৈ। মবি-য়াঁনিমক অসে নবদ্বীপকী কোটাল (চৌকিদার) ওইরম্মী।

**জগাই মাধাই।** মরম অসিদগী মবিয়াঁনী অসিগী খোঙ্লোইস্নু খজিক খরাক্তা নৎখিদে।

কাল অদুদা নবদ্বীপতা মখোয়গী লাকঙম-ফাঙমদবগী মৈ-শা অদু য়ৌনা ক-নখৎখিরম্মী। করি অমুক হায়রুগনি, নগর সংকীর্ত্তন কোয়রকপদা মাদু থুগায়নবগী দমক মাধাইনা চফু অকায়বা লংছিল্লকপদগী শ্রীমন্নিত্যানন্দগী চায়রুংমক্তা শোকপিখিদ্না ঈথেংনা অরর ছিন্থরকখী। অদুমক্তদা প্রভুগী সহ্যগুণ (খাঙহৈবগুণ) উৎপিদনদি পাপীশিং অদু উদ্ধার তৌবিবা য়ারোইদৌরে খন্থবিদ্না শ্রীমুখদগী শিক্ষাবাণী অমদং ছিন্থবিরকখী। মাদুদি :—

হরিবোল হরিবোল ওরে ভাই তোর মুখে।
হরিপিতা হরিমাতা হরি ত্রাণপতি ॥
যখন আসি শমনচোরা নিবে চুলে ধরি।

মনুষ্য অনিত্য দেহা বৃথা যাবে মরি॥
এসময়ে হরি বিনে আর গতি নাই॥

অসিমতুং মাধাইগী লীচশ্বীমনখিবদগী জগাইনা মথৌরায় শোকমনখিদ্না অমুক প্রভুগী শিক্ষাবাণী অসি পবিপোষণগী (য়োকখৎপিবগী) মওংদা শৌগৎপিথী। মাহুদি ঃ—

হরি বোল বোল বোল বোলবে মাধাই।
নিত্যাই চৈতন্য বিনে আর গতি নাই॥
মার খাইয়া প্রেম যাচে, এমন দয়াল কোথা পাবে।
জগাই বলে মাধাই ভাই, প্রভু সঙ্গে যাব আমি॥
হেন নিত্যায় বিনে ভাই, রাধাকৃষ্ণ পাইতে নাই।
দৃঢ়করি ধর নিত্যাইর পায় ওরে ভাই॥
যে দেশে নিত্যাই নাই, সে দেশে না যাবে।
নিত্যাই বিমুখ জন, মুখ তার না দেখিবে॥
বোলরে নিত্যাই, নিত্যা বিনে গতি নাই। ধ্রু।
বল প্রেমসে কহ শ্রীরাধা নাম।
হরে হরে হরে হরে জপ হরিনাম॥

মতৌ অসুম শ্রীমন্নিত্যানন্দ প্রভুনা, পাষণ্ডী মচিন্মনাও অনিমা অহুবু, হরিনাম মন্ত্রনা দীক্ষা পীবিখিদ্না লা-নবিখিবদগী, প্রভুগী মমিং অমা "দয়ালঠাকুর" হায়না ফাওবিখ্রে। মাধাইনা গঙ্গাস্নান তৌরগা "হরিনাম" মন্ত্রনা পবিত্র ওইবিখিবা ১সুং মতুংদা ব্রহ্মচারী ওইখিদ্না তপস্যা তৌখিবা হিদেন অদো "মাধাইঘাট" হায়না শ্রীনবদ্বীপ ধামদা হৌজিক ফাওনা ফাওদ্না

লৈবিখ্রে। মরমদি চণ্ডাল ওইদ্নসু হরিভক্তি পরায়ণ ওইখ্রবদি মহাকনা অথোইবা হেক মওইরে। মাহুদি :—

"চণ্ডালোপি মুণেঃ শ্রেষ্ঠ বিষ্ণুভক্তি পরায়ণঃ।
বিষ্ণুভক্তির্বিহীনস্তু দ্বিজোপি শ্বপচাধমঃ॥"।

শ্রীমদ্ভাগবত গীতা।

চাপাল গোপাল।

গোপাল কৌবা ব্রাহ্মণচা অমসু মতম অহুদা পণ্ডিত ওইনা লৈরম্মী। মাগী চপল (চঞ্চল) স্বভাবদগী মাবু খ্বাইনা চাপাল গোপাল কৌনবিখী। মহাক পণ্ডিত ওইখিদি হায়ববু, তৌইগুম্বসুং বৈষ্ণব ধর্ম্মদা খাকচবা লৈতনা ঘৃণা পোকপিখী। মমৈথংদা মথনগী কর্ম্মফলদা কুষ্ঠি লাঈথুং পকখিদ্না থোইদোক্লা অরাবা খাওবা তাখী। মমৈদা শ্রীগৌরাঙ্গদেব, শ্রীমন্নিত্যানন্দ ১সুং শ্রীবাস পণ্ডিতকী কৃপাদগী হরিনামগী পান্থৈমক্তনা পাপী চাপাল গোপালগী লাঈথুং পূমকোক্-কোক্চখিদ্না অরান্খুবম তাঞ্জখী।

বঙ্গাধিপশিং।

দেবকোট্তা কুতবউদ্দিনগী সেনাপতি বক্তিয়ার খিলজি শিখ্রবা মতুংদা গিয়াসউদ্দিন ব্রায়েন-থোদাগী ফম ফংজখিবদগী স্বাধীন (মনীংতম্বা) ওইনবগী হোৎনবিখিরম্মী। মাহুগী মরমনা দিল্লী সম্রাট আলতামসনা মহাক্কী বিরুদ্ধদা (মথক্তা) লাম্মী থাবিরকত্না খ্রীঃ ১২২৭ তা গিয়াসউদ্দিন মায়থীবা ১সুং মথৌরায় থাবা তাবিখী। অহমতুং, বঙ্গদেশ অসি অয়াম্বা মরমদগী, অয়াম্বা মফমদা রাষ্ট্রবিপ্লব (লৈবাক্কায়বা) থোকখী। মতম খরদংগী মমুংদা খণ্ডযুদ্ধ

(লাম্ফম মতেক) কয়া২ থোকখিদ্রা অয়াম্বা নবাব (নিংথৌ) মফম হোংদোক-হোংজিন তৌবা তাখী। মমৈথংদা গৌরগী রাজা স্বুবুদ্ধি রায়না বঙ্গদেশকী শাসন-দণ্ড (রায়েঙৈ) পায়বিখ্রবদা মহাক্কী মখাগী কর্ম্মচারী সৈয়দ আলাউদ্দিন হোসেনখাঁগী থবক মোৎলম্ব-দগী রাজা স্বুবুদ্ধিবায়না মাবু শাথী থোক্কা য়ৈবি-চৈবিখী। মাদুগী মলোমদগী ষড়যন্ত্র (ষড়ৌ) শীনখিদ্রা স্বুবুদ্ধি রায়বু* মায়থীহনখি-বদগী খ্রীঃ ১৪৯৪দগী হোসেন খাঁ "হুসেনশাহ" মিংথোল থোঞ্জখিদ্রা গৌড়গী সিংহাসন কা-খিরম্মী। মতৌ অস্সুম বঙ্গদেশ অপূর্ব্বগী রায়েন-খূর্জ্জী পায়বি্রবা হুসেন শাহ নবাবকী মখাদা শ্রীরূপ ১স্মং শ্রীসনাতন কৌবা মচিন্মনাও অনিমক অসে, "দর্ব্বিরখাস ১স্মং সাঁকর মল্লিক" মিংথোন ফংবিখিদ্রা অথোইবা কর্ম্মচারী ওইনা রাজশাসনগী থবক্কা চঙবিখী। খ্রীঃ ১৫২৫ দা হুসেন শাহনা শিথ্রবা মতুংদা মহাক্কী মচানিপা অনিখকনা মথং২ বাঙ্গলা দেশতা রাজত্ব তৌবিখী। হুসেনগী মচানিপা অহন নসরত শাহনা শিথ্রবদা, মহাক্কী মনাওনিপা মামুদ শাহনা নসরতকী

---

* ময়াদা ঈসিং ইঙ্গিনখিদ্রা জাৎ তাহনখ্রবা স্বুবুদ্ধিরায় বঙ্গদেশতা অমুরক শেঙ্গৎনবগী প্রায়শ্চিত্ত বিধি ফংজখিদ্রদ্রা শ্রীধাম কাশী তাম্না চৎথে। ধাম অহুদস্থ শেঙ্গৎনবগী পান্বৈ থিবা খজ্জিদ্রবদগী দয়াময় শ্রীগৌরাঙ্গদেবগী শ্রীচরণ থাদা তুজ্জরুবদা, বলাৎকারনা জাতি-চ্যুত ওইহন-ফদবদগী, শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুনা মনাকোংদা হরিনামামৃত হৈজিনবিদ্রা (কাম্বিদ্রা) মহাক্কী লা-নবা পান্বৈ সেম্বিখী। মতুংদা মহাকপু শ্রীবৃন্দাবনদা থাজিনবিথে।

মচানিপাব্ হাত্তোকপিদ্না বঙ্গগী রাজত্ব মখূৎ চনবিখী। তৌই-শুনস্নং থুমিৎ কয়ানিমর মদং পান্নখগী মতুংদা, খ্রীঃ ১৫৩৮ দা সেবশাহনা মহাকপু রাজসিংহাসনদগী তান্থোকখিদ্না বাঙ্গালা দেশকী নবাব ওইবিখী। খ্রীঃ ১৫৪৫ দা নোংময় হিদাক মায়েংওবদগী সেবশাহনা শিখ্রবদা খ্রীঃ ১৫৬৪ ফাওবা মহাক্কী মচা মছুশিংনা রাজত্ব তৌবিখী।

## কৃষ্ণনগরগী রাজবংশ।

ভট্টনারায়ণগী মচানীপা নীপনা কেশব কোণীগী জমিদারী ফংবিখী। ছূথাং ১২শুবা বিশ্বনাথনা পূর্ব্ববঙ্গগী কাগদি পরগণাগী জমিদার ওইবিখী। ২০শুবা ছূথাং ভবানন্দনা নবাবকী কাননগু ফম ১স্নং মজুমদার মিংথোল ফংবিখী। বঙ্গগী মমৈথংবা স্বাধীন রাজা প্রতাপাদিত্যগা মথক্তা মানসিংগী লান্থাদা ভবানন্দনা মানসিংহব্ মথন্মখা অয়াম্বদা ত্যে বাংবিখিবদগী নদীয়া, ভালুকা স্থলতানপুর, কাসিমপুর, ইসলামপুর অসিনচিংবা পরগণা ১০।২০গী জমিদারী ফংবিখী। মহাক্কী কোন্নুং (রাজধানী) মাটিয়ারিদা লিংখৎপী। গোপাল, গোবিন্দ ১স্নং শ্রীকৃষ্ণ কৌবা মচানিপা ৩ পোকখী। গোপালনা দিল্লী-সম্রাট সাজাহানগী মফমদগী শান্তিপুর মোলাজোড়, রায়পুরনচিংবগী জমিদারী ফংখিদ্না রেউই গ্রামদা রাজধানী সেমগৎপী। গোবিন্দনা দিগম্বরপুরগী জমিদার ওইবী। শ্রীকৃষ্ণনা রাজবৃত্তিমক্তনা মপুন্সী লৌনবিখী ২৩ শুবা ছূথাং রুদ্র-রামনা পানবা কালদা রেউই গ্রামবু কৃষ্ণনগর হায়না থোনবিখী।

২৬ শুবা ছূথাং মহারাজ কৃষ্ণচন্দ্রনা খ্রীঃ ১৭১০ দা পোকপিদ্না খ্রীঃ ১৭৮২ গী আষাঢ় ১২ চনবদা, চহী ৭৩ গী বয়সতা মানবলীলা (মীপোক-কূম্মৈ) থূপচিনবিথী। মহাক্না হাক্তক্তা নবদ্বীপ ধামদা "শ্রীশ্রীঅনু-মহাপ্রভু" স্থাপন তৌবিখিদ্না "মণিপুর-রাজকুঞ্জ" হায়না পচেং-ফিরানগী মশক ওইনা হৌজিকফাওনা ফাওবিবা অসিনী।

২৭ শুবা ছূথাং শিবচন্দ্র (কৃষ্ণচন্দ্রমহারাজগী মচানিপা অহন) না রাজগাদি কাবিথী। মহাক্না মনাও অতোম্বা শম্ভুচন্দ্রগী থাবা মহারাজ ক্ষৌনিশচন্দ্রনা হৌজিক "রায় বাহাদুর" মিংথোনগা থোমজিনবিখিদ্না পাল্লিবা অসিনী।

কাল অসিদগাইদা থুল্লব-লৈরক্না রায়েঞ্চপ্লীদি মক্ষম২ অদুগী কাজিতনা পায়বিথী। শান্তিপুরদা মুলুক কাজিনা রায়েনবী, অদুগা নবদ্বীপতনা গৌড় নবাব হুসেনশাহগী মচা-নীংজোন্না পোকপা মছুনিপা চাঁদখাঁ কাজীনা রায়েন থৌদাবী। কাজী অসিগী গোড়াই কৌবা কর্ম্মচারী অমথক লৈরম্মী। নিপা অসিনা অয়াম্বা হিন্দুশিংগী মক্ষমদা অত্যাচার (নত্তবালীচৎ) তৌবমদ্না মমিং চৎখী। "কাজীনগর" লামায় ৭ শুবা য়েংবিগদোবা ওই।

ক্কাজী।

উৎসব অসিগী মরীদা করিগুম্বা বৈষ্ণব গ্রন্থদা কবিগুম্বা অমত্তা পল্লম্বা উবা ফংদে। অদুমদি ওইরবদা অস্নম হায়না প্রকাশ তৌনৈ মাত্থদি—মঘ থাগী থামৈদা ঋতুরাজ বসন্তনা আহানবা চঙ্লক্লবদা প্রকৃতিগী অনৌবা নীংথিজবনা পূমতিল-তিল্লৈ; অমরোমদনা শ্রীবৃন্দাবন ধামদা শ্রীগোবিন্দগী হোলি-

উৎসবকী তাক্ষম ওইবক্তদোরে; ব্রজমণ্ডলগী নাহাহনগী ১স্নুং ব্রজরমণীশিংগী আবির ১স্নুং কুঙ্কুমনা চুখ্রবা নাপু ফীগেনা লৈতেংখ্রবা ফজখ্রবা অঙ্গ, উৎসবকী মুংঙাইখিবনা নিলখোংখ্রবা সহবগী ওইথোকত্রবা দৃশ্য (কৃষ্ম)—

**ধূলোট (ফাগুয়া)।**

অসিখিবিক শ্রীগৌরাঙ্গগী হৃদিপদ্মদা ছাক্কায়রক্লবদা মহাকস্থ শ্রীবৃন্দাবনগী মতুংইন্না উৎসব অমা ফোংগে সেনবিখী। কাল অতুদা ব্রজগীগুন্না আবির অসি দেশ অসিদা মরা কায়বা তৌরমদে, তেইগুম্বস্নুং অপাম্ববু পোকখ্রবদা করিগুম্বা পোৎকা অৎপা অমত্ত লৈতে, মবম অসিদগী ভগবান শ্রীনবদ্বীপকী রজ (উফুল) তনা উৎসব অসি হৌদোকপিখী। শ্রীবাসকী শঙ্গায়দা বসন্ত পঞ্চমী হৌমিত্তগী মাঘী পূর্ণিমা ফাওবা শ্রীগৌরহরিনা অয়াম্বা ভক্তশিংগা লোয়নন কয়ানিমক্লম থোই-দোকপা কীর্ত্তনগী মুংঙাইখ্রবা ঈপাক্তা লূপথবী। অতুদগী শ্রীনিত্যানন্দ শ্রীঅদ্বৈত, শ্রীগদাধর, শ্রীনরহরি, শ্রীশ্রীবাস, শ্রীমুকুন্দ, শ্রীহরিদাসনচিংবগা লোয়নন প্রভু নগর কীর্ত্তনদা লেঙথোকপিখী। ভক্তশিংনা য়োনা মুংঙাইবগী ঈপাকথত্তা তাউথোকখিদ্রা লম্বিগী উফুলনা (ধূলা লইয়া) অমগা অমগগী মশাদা তৈত্যেন চাইনবা হৌনরকখী। কনা অমনা রাখন্দা মবোন থোকখিদ্রদ্রা উফুম্বক্তা থরো-মারো ওনবা হৌনবী। মতৌ অম্তম আবিরগী অৎপা উফুন্না মেনবিখী। ব্রজগী ফাগুয়া নবদ্বীপত্তা "ধূলোট" হায়না মমিং ফাওখী।

শ্রীচৈতন্যদেবগী মতুংদগী চিরপ্রসিদ্ধ ওইরক্লবা "ধূলোট

উৎসব" অসি হৌজিক ফাওনা বড় আখড়াগী নাট্যমন্দির (মাণ্ডপ) দা বসন্ত পঞ্চমীদগী কীর্ত্তন হৌদ্না পূর্ণিমা ফাওবা পক্ষ অমা চুপ্পা শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রগী "বৃন্দাবনলীলা" ঈসৈ সরু-সোন্নবী। মতুংদা ধূলোট উৎসবকী দমক নগর কীর্ত্তন থোকপী। (লাঃ ২৫ য়েংবিয়ু)।

কাল অসিদা নবদ্বীপকী অয়াম্বা গোঁড়া (খুন্নুংগী) শাক্ত ব্রাহ্মণশিংগী থৌ ঈঙ্খিন্দগী মথক্তা কাম্বিবা মহূচ্ছিনবা রায়েনবা গোড়াই কাজীনা শ্রীগৌরাঙ্গগী অচানবা পার্ষদ (সঙ্গ) হরিদাস ১স্নুং নিত্যানন্দগী কীর্ত্তন-প্রচার থিঙ্গদৌবগুম তৌবা হৌরকই। মাহু তা-রবদা গৌরাঙ্গদেবনা মহাসংকীর্ত্তনগী অচৌবা থৌরাং অমা লাওবিরকই। হন্দক্তি শ্রীগৌরাঙ্গ সংশংনা নগর সংকীর্ত্তনদা লেঙথোকপা তখিখ্রে, মরম অসিদগী গৌরভক্তশিংগী মুংঙাইবগী ঈথক হওগংলকখী। গৌরভক্তগী কাঙলুপ মখৈনা শচীমাতাগী

**মহাসংকীর্ত্তন।**

শঙ্গায়তান্না লাকপিদ্না শ্রীগৌরাঙ্গদেবগী খোই-খোইবা ছমগী শিখা পুঙ্খিল্লগা পুক্নীং-হূখ্রবা মালতী মালানা লৈতেংবিরৈ। কনা অমনা চাঁদবদন অদো চন্দননা পূম্নং-লংহনবিরখী। কনা অমনা গৌর অঙ্গ অদো, মনম মুংসিখ্রবা চা-চন্দন খিকপিরখী। কনা অমনা চপচাবা খুদোং ফংবিখিবদগী যুগল চরণদা নূপুর সিহনবিদ্না ভক্তগী মপোক মহয় য়াহ্নলনবিখী। অমরোমদা গৌরসুন্দর লৈনে চন্দনে অসিখিবিকনা ফজখ্রবা নটবর (জগোয়-হৈবা) বেশ লওবিখিদ্না, হায়নীংঙাই লৈত্রবা ভাবতা শুক্মংখিবদগী রা মতেক২ ঙাওবিদ্না

১মুং মথনগী মশাবু জগোয় সাহনদা নদীয়াবাসীশিংগী পূক্নীং, হকচাং, থৌরায়বু অমুক্তোইনা হরাও-জগোয় সাহনবিথী, অদুমতুং সংকীর্ত্তন হৌবকথী।

শ্রীমদদ্বৈতনা খূপ্প অমা, শ্রীবাস ১মুং হবিদাসনা খূপ্প অমা, অদুগা শচী দেবীগী মচাইবুংঙো ভক্তগী প্রাণ গৌবাঙ্গদেবনা য়েৎলোম নিত্যানন্দ, ওয়বোম গদাধরগা লোয়ননা খূপ্প অমা পুবদা, খূপ্প অহুম অসিনা কীর্ত্তন সক্কাহ ভাগীবথী মপানলোম লেঙখিদা চাঁদ খাঁ কাজিগী থোঙ্গান থুংবিরুথী। অমবোমদনা শ্রীগৌবাঙ্গগী মথনগী কীর্ত্তনদা মথনগী মিৎলু অনিদগী অতৎপা লৈতনা পিগী ঈরা ছিন্থবকই। মাত্তদা কূম্মে য়েংলপ্পশিংগী নূংমুক কনখ্রবা থম্মোয় অদো শৌদোকপগুম (পেখ্বগুম) তৌবকই। তাঞ্জা অসিগী শ্রীগৌবাঙ্গ সুন্দরগী শ্রীমুখদগী ছিন্থকপা, মতমলৈবখিবিক্তা ১মুং মফম পূন্নমক্তা চন্নখ্রবা মহাসংকীর্ত্তন অদুগী ঈসৈ অদো অসিনী :—

হরি হরয়ে নমঃ কৃষ্ণ যাদবায়ে নমঃ
যাদবায় মাধবায় কেশবায় নমঃ
গোপাল গোবিন্দ বাম শ্রীমধুসুদন॥

চাঁদকাজী মহাসংকীর্ত্তন অসিগী থেল্লিবা মীয়াম উখিবদগী জ্ঞান অপূম্বা চমন্নখ্রে; অমসুং থেল্লিবা মীয়াম অদুগী মরক্তা শ্রীগৌরসুন্দরগী নীংথিজখ্রবা রূপ গুণ উবিখিবদগী মন্ত্রনা শুক্ষৎখিবগুম তৌবিখ্রে। মতৌ অসুম শ্রীগৌরাঙ্গদেবনা অয়াম্বা ভক্তশিংগা লোয়ননা চাঁদকাজিগী থোঙ্গান য়ৌনা লেঙছিনবিখ্রবদা,

মহাকনা অকিবগী লোয়ননা শ্রীগৌরাঙ্গদেবগী মফমদা চঙবি-রকত্না অস্নুম ওইবা মহাসংকীর্ত্তনগী মূল (মরূ ওইবা) উদ্দেশ্য (ভাব) হংবিরকখী। রাহং অসিগী পাওখুমদা শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুনা হায়বিখী, "যুমদা ফমদ্না কীর্ত্তন সকপদি শুপ্নগী মথন্তগী নীংবা থুংই, তৌইগুম্বস্নুং অচোবা সংকীর্ত্তন তৌরবদি, কীর্ত্তন সক্লিবা ১স্নুং কীর্ত্তন অদু তারিবা কাঙবু অনিমক্কী নীংলিবা হীরম পূমথুংথুংবা ওয়ে।" শ্রীগৌরাঙ্গদেবগী অস্নুম ওইবা মথন্নখা অয়াম্বা পাউখুম তাবিখিবদগী কাজী সাহেব প্যেনবিখিদ্না সংকীর্ত্তন থিংলম্বগী লম্বী অদু লাওনা ফাস্তোকপা তাখী।

কাজী সাহেবকী রাহং ১স্নুং শ্রীগৌরাঙ্গগী পাউখুম।

শ্রীগৌরাঙ্গ দেবনা মরক মরক্তা ভক্তশিংগী মযুমদা লেঙবিদ্না ১স্নুং কীর্ত্তন সকপিদ্না ভক্তশিংবু নুংঙাইবা পোকহনবী। নোংমগী নুমিত্তা শ্রীবাসকী মযুমদা কীর্ত্তন সকপা হৌবিখী, শ্রীবাস পণ্ডিতস্নু কীর্ত্তন য়াওবী। তৌইগুম্বস্নুং অদুনুমিৎকী কীর্ত্তন অদু সকপদা করি অমত্তা নুংঙাইবা পোক্লকত্রে। মাদুদা শ্রীগৌরাঙ্গ মায়থোং মকছিনবিখী, মতুংদা মরম থিরুবদা খঙবিখী শ্রীবাসকী মচা-নিপা অমা শিরে। অমস্নুং কীর্ত্তন সক্লিঙৈদস্নু শ্রীবাসকী মযুমমক্তা অঙাং অদুগী অশিবা মশা অদু তাদ্না মরৈ। মতম অদুদা অঙাং অদুগী অশিবা মশাগী

ভক্তগী মযুমদা শ্রীগৌরাঙ্গ।

মনাক্তা চঙছিনবিদ্‌া শ্রীগৌরাঙ্গ দেবনা সংসার অসি থাদোক্লগ্গী মরম হংবিখী। অশিবা মশা অত্থুদগী অঙাং অত্তুনা পাওখুম্লকখী "ঐহাক্কী জগৎ অসিগী ই-থৌ লোইখ্রে, হৌজিক সংসার অসিদা লৈবগী ঐহাক্কী কান্নফম করি অমত্তা লৈত্রে। মরম অসিনা ঐহাক ঐগী থাঙ্গৈশেংবা ১সুং ফজখ্রবা লৈফম তান্না চৎলবনী।" অস্থুম হায়না অঙাং অত্থুগী মরা খমখী। "ঐহাক অমস্থুং নিত্যানন্দ নাহাক্কী নচানিপা ওইরবনী" হায়বা ৱাহৈ অসিনা শ্রীগৌরাঙ্গনা শ্রীবাসকী পূক্লীংগী অৱাবা মৈয় খরদং মূথৎপিখিদ্‌া অমুরক কীর্ত্তন সকখিবদগী মুংঙাইবা পোকপিখী। শ্রীগৌরাঙ্গনা অশিবা অঙাং অত্থুগা ৱারী সারুবদগী অঙাং মচীন্দগী শ্বর মতেক২ হোন্না "সংসার অসি করি কান্নফম লৈতে" হায়বা অসিতা খঙহনবিখী।

ফাওরবা কবিশ্রেষ্ঠ কৃষ্ণদাসকী পদাবলীনা শ্রীগৌরাঙ্গদেবগী নাম প্রচারগী মরীদা ফোংদোকপিরম্লে :—

মহাসংকীর্ত্তন মাঝে বিহরই রে সুখে,
সুখের ভাব জানে কিয়ে নদীয়াচাঁদ।
ধূলিধূসর ধরণী উপরে, কবহু লুঠত প্রেম ভাসল রে।
ব্রজবিহার রসবৃথা সুঙরি২ গৌর কাঁদে রে॥
হরিনাম যাচেরে গৌরা নগরে২।
যাচেরে২ গৌরা প্রতি ঘরে২॥
উত্তম অধম নাবিচারে, যারে দেখে তারে থাই।
কেনে নিয়ে নিশ্বাস রে, যাচে হরিনাম॥

## অষ্টমশুবা অধ্যায়।

# সন্ন্যাস ধৰ্ম্মগী থৌরাং।

"সন্ন্যাসঃ কর্ম্মযোগশ্চ নিঃশ্রেয়সকরা বুভৌ।" গীতা।

কর্ম্মত্যাগ ১স্মুং কর্ম্মযোগ অনিমক অসি লাম্নফমগী মশকনী। তত্বজ্ঞান হায়বদি ঈশ্বর ফংনবগী দমক কর্ম্মত্যাগ তৌবতবু সন্ন্যাস কৌয়ে। অসিমতুং কলিজীবশিংবু যুগধর্ম্ম ১স্মুং অথোইবা নত্রগা মমৈথংগী বৈরাগী ধর্ম্ম তম্বিগে সেনখিবদগী শ্রীগৌরাঙ্গদেব সন্ন্যাস ধর্ম্ম লওবিখ্রগে হায়না রাশক লেপ্লিখ্রে। অমস্মুং অতৎ অখম নাইদনা রাখন অসি তৌনা২ ইখঙ-খঙহৌদনা নোংমগী শুকখ্রবা অহিংদা মশাগী ফিজেং অপুম্বা থাদোক্লমদ্রা গৌবতদা মথৱায় লৃপখ্রবী, গৌরথম্মোয় থম্নফম ওইরিবী, মপুরোইবগী থৌরায় ওইরিবী, ঈশি-শিনা তুম্লিবী বিষ্ণুপ্রিয়াগী মফমদা অরোইবা কৃপা-মিৎয়েং তাবিরম্লগা সংসাব-মায়া থৌরিদগী নাম্থোকপিখিদ্রা, মপোক অসিমগী দমক শঙ্গায়-স্মুংদগী লেঙথোকপিখ্রে। থুঙ্গং থাদোক্লমদাইদা রা-রা লাউনা চোল্লিবী ভাগীরথী মপান্দা লেপ্লিরদ্রা পি চদূম২ ছিস্থনা শ্রীধাম নবদ্বীপকী নীংথিজখ্রবা ফীবম অহু মিৎয়েং অমত্তাওইনা তাবিরম্লগা, কাঞ্চনপুর (বর্ত্তমান কাটোয়াগ্রাম) মায়কৈরোম পাংবিখ্রে। লীলাক্ষেত্র শ্রীধাম নবদ্বীপ দর্শনদি মহাপ্রভুগী অসিনা অরোইবগুম থোকপিখিদ্রা মাহুদা থৌরাংবা মিৎয়েং তাবিবগী

সন্ন্যাস।

মওং ওইনা বিদায় লওবিখ্রে। মতম অসিদা বিষ্ণুপ্রিয়া ঈশি-শিনা তূমদ্না লৈবিরম্মী, প্রভুনা লেঙখ্রবা মতুং মিকপ থোক্লকপদগী মহাপ্রভুগী দর্শন ফংবা অমুক লৈবিখদ্রে।

খূদ্দক অহুমক্তা গৌরাঙ্গ কায়নরবী, গৌরগী দমক্তা ঙাওরবী, চহী তরামরিস্তা ঙায়রিবী হুপীমচ্চা বিষ্ণুপ্রিয়া প্রভুগী লেঙ-থোকখিবা পাউ অদু মচাইবুংঙোদা থহ্রায় মঙামক লূপখ্রবী শচীমাতাবু খঙহনবিখী। মতম অসিদা শচীদেবীগী বয়স চহী ৬৭ তগী তারোই। চেপ্পফম কাদা ১স্মুং লেঞ্জিবা হন্বীদা মহাক্কী ফিজেৎ চাকজেৎ নূপুর মালানচিংবা তাদ্না লৈবা থেংনবিরুবদা মখোয়গী অরাবগী ঈথক হওরকখী। মথং২ পাউ

## গৌরশূন্য নবদ্বীপ।

অসি নবদ্বীপবাসী পূম্নমক্কী নাকোংদা মিৎনকুপ্পদা নোংথাংগী ইচ্যেনগুম চ্যেঙ্জিনখ্রে। অস্নুম ওইবা অরাম্নুসি পাউ অসি গৌরহাঙ্বা নবদ্বীপ মনুংদা শীন্থুংনা শন্দোকখ্রে। গৌরভক্তশিং ১স্মুং অতোপ্পা সম্প্রদায়গী মীশিংনস্মু গৌরাঙ্গ থিবা থোকপিরকখী, শচীমাতাস্মু ভক্তশিংগা লোয়ন লোয়নন৷ "হা গৌরাঙ্গ! প্রাণ গৌরাঙ্গ! কদাইদনো গৌরাঙ্গ!" হায়না খোঞ্জেন রাংনা কপ্পা হৌবিরকখী। তৌইগুম্বস্নুং মতম অদুদা ভক্তগী থম্মোয়নুংগী মণি, শচীগী মিৎনাহ ওইরিবা প্রাণগৌরাঙ্গগী দর্শন অমুকহন্না কনা অমত্তনা ফংবা লৈবিখিদ্রে।

অমরোমদনা শ্রীগৌরাঙ্গ পুণ্য চেল্লবী ভাগীরথী ঈরোইদা লাম্হোকপিখ্রগা, কাঞ্চন নগরগী পূক্নীংহূনা নীংথিজখ্রবা খোংনাং

পাম্বী অমগী ঈংখ্রবা উরুমদা ফমদ্ৰা লৈবিখ্রে। মতম অতুদা কাঞ্চন নগর অদো, ফুদোংলবা সণাবু ঙমজখ্রবা গৌরাঙ্গরূপকী মঙান্না অনৌবা ফজবা মওং অমা ওইনা ঙান্থোকখী। গৌরসুন্দরবু

**কাঞ্চন নগর।**

লান্থোকহনখিবা ভাগীরথী হিদেল অদো ভক্তশিংনা "নিরুদয় ঘাট" হায়না থোনখী। নিত্যানন্দ, বক্রেশ্বর, মুকুণ্ড, চন্দ্রশেখর ১স্মুং দামোদর মঙামক অসিনা গৌরাঙ্গগী খোঙ্গুল লীখিবদগী, কাঞ্চন নগরদা থুংবিরুখী। শ্রীগৌরাঙ্গগী ভাব উবিরুবদা পূন্নমক খঙলূদবগী মওং ওইনা শুম্মাৎপিখী। শ্রীগৌরাঙ্গনা মীখুদিংবু অস্ম চৎহনগে সেনবিখিবা মতৌ অতুম মীপুমতিংনা চৎপা তাবিখী। পূন্নমকনা মহাকপু সন্ন্যাস-সঙ্কল্পদগী খামজিন্নবা চৎখিরম্মী, তৌইগুম্বস্মং খামজিনবদি হায়রুগন্নু, পূন্নমক্না হৈনীংনবু ওইরবস্মু, হৈনীংদনবু ওইরবস্মু, মহাক্কী সন্ন্যাস ধর্ম্ম লওনবগী শিল্লমখিবিক পাঙথোক্নবা লাক্লবিখী।

ঙাইহাক লৈরগা মধু কৌবা নিপা অমখকনা গৌরসুন্দরগী খোই-খোইবা ছম শেংনবগী প্রভুগী মাঙমক্তা লেপ্লিরখী। ছম-শেংনবগী য়াথং ফংলবদা মাগী থম্মোয়দা, অতুম ওইবা য়াথং ব্রাহৈশিং অদো তাসোম্না থিনবগুম থোকখী। মথন্নথা অয়াম্বা ওইনা আপত্তিস্মু তৌখী, তৌইগুম্বস্মং মরাইবক্না থাদোকফখিদ্রে,

**ছম শেংবা।**

মরম অসিদগী শ্রীগৌরাঙ্গগী খোই-খোইবা ছম শেংদোকপিখ্রে। অমরোমদনা মাতুদা তিল্লম্বা মীয়ামশিংগী মরক্তা মীপূমতিংনা মিৎলু অনিদগী পিগী ঈরা চদূম২ ওইনা ছিন্থরকখী। অতুগা ছিন্থরক্লিবা ঈরাশিং

অহুনা মখোয়গী মায়থোং-মকোয় ১স্নুং মথবাক অপূম্বা পূমচোৎ চোৎহনথী।

শ্রীগৌরাঙ্গনা অহুম ওইবা সংসারদা ফাজিনখ্রবা জীবগী মিৎলু ঈরাবু করি অমত্তা রাওইরুদবগী মওং ওইনা, কেশব ভারতী আচার্য্যবু মথনগী মশা অহু সন্ন্যাসী বেশতা শেৎপিনবা হায়জখী। কেশব ভারতীনা গঙ্গাস্নান তৌবিরুনবা হায়জখী।

**কেশব ভারতী।**

করম্বা থৌরায়নবু গৌরাঙ্গগী ঙৌরোক-ঙৌখ্রবা শ্রীঅঙ্গ অহু চাকনিবা সন্ন্যাসী-বেশতা সেমসাবিরগদগে? রাখল অসি খন্থবিরুবদগী, কেশব ভারতীনা সন্ন্যাসকী মতিকচাবা লৈ-ঙাংসঙবা ফিজেৎ, চৈচ্ছু, য়ুবীথুজাই, লিকচৎনবা মালা, ভিক্ষাগী ঝুলি-খাউ অসিনচিংবা উছাদা য়ানদ্যা থম্বিখী। মাহুদা নীংনখী, ঈংবনা কংছিনখ্রবা, জ্ঞানতারবা উপান অদো, গৌরচন্দ্রগী সন্ন্যাস-ধর্ম্ম চিন্নিঙৈ মমাংদনা পৃথ্বীগী হুংঙাই-নীংথিবা অপূম্বা থাদোক্লমদ্না সন্ন্যাস বেশ লওবিখিবগুম থোকখী।

গৌরসুন্দর শেংলবা ইচ্যেন চ্যেল্লিবী ভাগীরথীগী ইচ্যেন্দা স্নান তৌবিরগা উপান অহুগী মখোঙ থুঙবিরখী। উপান অথোইবদো কপত্না লৈরম্বদগী অমুক তোকপা ঙমখিদবগুম তৌখী। মরম অহুনা কপ্পগী মওং ওইনা তূপ-তাপ লাউনা লিক্লামরিকশিং অহুনা তারকপদা গৌরচরণ অনিমক অদো শেংদোকপিখী। তৌইগুম্বস্নুং ফূদোংলবা সণাহিংবা মচু ঙমজখ্রবা

সন্ন্যাস ধর্ম্ম লওবা।

শ্রীগৌরাঙ্গগী পূক্নীং পেথখিদ্রে। মরম অসিদগী শ্রীগৌরাঙ্গগী বয়স চহী ২৪ গী মমৈ, ২৫ চঙলকপা হৌবদা শকাব্দ ১৪৩১ গী মাঘ মাসকী সংক্রান্তি নুমিত্তা, কেশব ভারতী গোসাঞিনা শ্রীগৌরাঙ্গগী থোংখ্রবা শ্রীহস্তদা সন্ন্যাসকী হওনবী বেশ অপূম্বা শিন্নবিখী। শ্রীগৌরাঙ্গশু হরাও হরাওনা খ্বাংদা কৌপীন লাবছিল্লগা লৈ-ঙাং মচুগী বহির্ব্বাস থ্বোনবিখী। লাইবক্তা চন্দন থিল্লগা, ঙকসমদা তুলসী মালা হূকচিনবী। অমসুং নাকন্দা ভিক্ষা-ঝুলি য়াল্লদ্রা, শেংখ্রবা নামাবলীনা হকচাংপূম্বা পূমকূপ কূপছিল্লগা পাম্বোম অনিদা চৈয়্ছু ১সুং কমণ্ডলু (য়ুবীখুজাই) পায়বিদ্রা, ওইথোকত্রবা মকত্রবা তোনখ্রবা চাকনিবা লম্বোইবগী বেশতা লৈতেংবিখ্রে। মহাক্কী অমুম ওইবা অনৌবা মকত্রবা মূর্ত্তি অসি উবিখিদ্রা পূন্নমকনা মহাকপু করুণরসকী ইচ্যেন, ঙাকপিহৈবা ১সুং প্যেনবিহৈবা পাত্র অদুগা ঈংলবা উরী-রারীগী মরূনী হায়না রাখন-খন্নবা হৌনবিখী। কনা অমনসু শ্রীগৌরাঙ্গদেবগী চরণখাদা পূক্নীং হকচাং থরায় কচ্ছিঞ্জখ্রগে নীংনবিখী।

গৌরাঙ্গ দেব মকত্রবা লাইমক্কা মান্নখ্রবা নবীন সন্ন্যাসীগী বেশ সেমজখ্রগা, শিখা ১সুং যজ্ঞসূত্র (নগুণ) থাদোকপিদ্রা কেশব আচার্য্যগী মফমদগী কৃষ্ণমন্ত্রগী দীক্ষা ফংবিনবা ইচ্ছা

কৃষ্ণমন্ত্র দীক্ষা ১সুং শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য।

ফোংবিখী। অদুগী মতুংইন্না ভারতী গোসাঞিগী নাকোং মখূন্দা মথনা নীংজবা মন্ত্র অদু তুমিন২ তাকপিরগা

মন্ত্র অতুমক ফংজগে হাযনা হাযজখী। অস্তুম তৌবা অসিদা অঙোপ্পা মওং অমা ওইনা, কেশবভাবতীগী নাকোংদা মন্ত্র কাপ্পিখিবনী হায়নস্থু কোঙ্গায অমনা নাংনবা যাওনৈ। ভাবতী গোসাঞ্জিনস্থ "মাতুমক ওইরগনী" হায়দা শ্রীগৌবহবিগী নাকোংমওা গেন পামজবা মন্ত্র অতুমক পীবিখী। মতম অসিদা শ্রীকৃষ্ণন স্বযং অবতাব তৌবিবরে ১স্থুং জীবগী জ্ঞান পোকহল্লবগনী হায়দা কেশব ভাবতী আচার্য্যনা শ্রীগৌবাঙ্গদেববু "শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য" কৌবা মিংথোন থোনবিখী।

হৌজিক অসিদ্রক্তগী উপান-মরুমতনা মহাক্কী মুংশা-কন্নবা য়েম্পাক (চত্র) ওইখী। ভুবেন পূগ্রীতনা মহাক্কী ঈসিং থিন্নফম, যুবীথুজাইতনা মহাক্কা ঈসিং ফা-ন্নবা পাত্র ওইখী। হৌজিক্তগী মহাক অসে জগৎকা মন্থুংদা মতোম্মক্তা ভায়খ্রে, নুপীমশক উনবা অমুক য়াবিখ্রবোই। হকচাংদা থাউত্ত্যেবা, ফিজেৎ লৈতেংবা যাবিখ্রবোই, শুপ্নগী কৌপীন ১স্থুং বহির্ব্বাসতনা মহাক্কী ঈকাইবা ভারফমগী পাম্বৈ ওইবখী। সন্ন্যাসী হায়বা অসিমক্তবু "নাবায়ণ" হায়না কৌনবী। হৌজিক অসিদগী মহাকনা কনা অমত্তবু খুরুম্বা য়াবিখ্রবোই। মহাক্তবু খ্বাইনা খুকুমনগদৌবনী।

সন্ন্যাস নীতি।

কলিদা শ্রী, মাধ্বী, রুদ্র, সনকা কৌবা সম্প্রদায় মবিমক অসিনা লমচৎকী ল-মজিংবা ওইবিবগনী, মাতুদি ঃ—

"কলৌ খলু ভবিষ্যন্তি চত্বারঃ সম্প্রদায়িনঃ।
শ্রীমাধ্বীরুদ্রসনকাঃ সর্ব্বে তে ভুবি পাবকাঃ॥"

খ্রীঃ ৯ শুবা কুমচাশীংগী মমুংদা শঙ্করাচার্য্য মহাশয়না শৈব-ধর্ম্মগী থোইদোকপা চাওখৎনবা ল-ম অমা শন্দোকপিখী। তৌইগুমম্নুং খ্রীঃ কুমজা ১১৫০ দা মান্দ্রাজগী অৱাং-নোংচুপ (কৌক্র) পাংবদা লৈবা পেরুম্বুর কৌবা মফমদা কেশব আচার্য্যগী ঔরসতা ভূমিদেবীগী গর্ভদা "রামানুজ" কৌবা মহাপুরুষ অমা পোকপিখী। মহাক্কী মত-তা (বিশ্বাসতা) বিষ্ণুতনা পরম ব্রহ্মনী ১স্নুং সৃষ্টি, স্থিতি, প্রলয়গী মরম নী। মহাকপু ভজন তৌজ-বতনা থৌৱায়পানবা পূন্নমক্কী তৌগদোবা মথৌনী। অস্তুম ওইবা রামানুজ সম্প্রদায়গী অতোপ্পা মমিংদি শ্রীসম্প্রদায় হায়নম্নু খঙ্ৈ। সম্প্রদায় অসিদা চল্লিবা বৈষ্ণবশিংদি বিষ্ণু ১স্নুং লক্ষ্মীগী তোঙানবা নত্রগা যুগলরূপকী ভজন তৌনৈ। কনা অমনা রাম, কনা অমনা সীতা, অতৈ কনা অমনা রাম-সীতাগী যুগলরূপস্নু পূজা তৌনবী। রামানুজগী শিষ্য দেবানন্দ, মহাক্কী শিষ্য হরিনন্দ, মহাক্কী শিষ্য রাঘবানন্দ ১স্নুং মহাক্কী শিষ্য রামানন্দ, মথং২ শিষ্য মরি অসি পোক্লম্মী। রামানন্দ অসিনা "রামাৎ" * সম্প্রদায় সেমগৎলী। সম্প্রদায় অসে শ্রীসম্প্রদায়গী মছা অমথক্কনী। রাম, সীতা, লক্ষ্মণ, হনুমান অসিনচিংবগী ভজন অসে সম্প্রদায় অসিগী মমুং চল্লী।

**শ্রীসম্প্রদায়।**
(খ্রীঃ ১১৫০)

* "রামাৎ ধর্ম্ম" অসি শ্রীসন্তদাস গোসাঞিনা মণিপুরদা অহানবদা শন্দোকপিরথী। মতুংদা বৈষ্ণবধর্ম্ম অসিনা শ্রীরামগোপাল বৈরাগ্য ঠাক্কুরনা প্রচার তৌরিবনে।

খ্রীঃ কুমজা ১২০০ দা দক্ষিণাপথগী মনুংচনবা "তুলব" দেশতা-মাধবাচার্য্য জন্ম ওইবী। মপাগী মমিং মধিজিভট্ট কৌয়ে। মহাকনা অতোপ্পা বৈষ্ণব সম্প্রদায় অমা লিংখৎপী। সম্প্রদায় অসিগী মমিং মাধবাচার্য্য, মাধ্বী নত্রগা ব্রহ্মসম্প্রদায় হায়না কৌনৈ। মথাং অসিগী বৈষ্ণব-শিংস্থ বিষ্ণুগী ভজন তৌনবী। তৌইগুম্বস্থুং মখোয়গী দেব-মন্দিরদা বিষ্ণুমূর্ত্তিগা লোয়ননা মহাদেব পার্ব্বতী অসিনচিংবগী মূর্ত্তিস্থ লাৎনৈ।

**মাধ্বাচার্য্য সম্প্রদায়।**
(খ্রীঃ ১২০০)

খ্রীঃ ১৫২০ শুবা কুমজাদা ত্রৈলঙ্গ প্রদেশতা বল্লভাচার্য্যগী জন্ম ওই। মপাগী মমিং লক্ষ্মণভট্ট কৌই। মহাকনা অতোপ্পা বৈষ্ণব সম্প্রদায় অমা সেমগৎপী। মাহুগী মমিং বল্লভাচারী সম্প্রদায় কৌনৈ। সম্প্রদায় অসিগী অতোপ্পা মমিং রুদ্র সম্প্রদায় হায়নস্থ খঙনৈ। মহাকী মত-তা চীকখ্রবা মফমদা ক-নখ্রবা তপস্যা তৌরুবগী থোইদোকপা কা-মফম (মহয়) লৈতে। ঈশ্বর নীংবদা চাকচা ফিজেৎকী অরাবা নীংলুফদে। হায়রুবদা ব্রা-চাউখিনবতনি, মহাক মমাংথাদা সন্ন্যাস-ধর্ম্ম চৎলম্লগা মতুংদা যুম্বানবিথী।

**রুদ্র সম্প্রদায়।**
(খ্রীঃ ১৫২০)

নিম্বাদিত্যনা বৈষ্ণব সম্প্রদায় অমা হোদোকপী। মরম অসিদগী মসি নিম্বাদিত্য, নিমাৎ নত্রগা সনক সম্প্রদায় হায়না কৌনৈ।

**নিমাৎ সম্প্রদায়।**

রাধাকৃষ্ণগী যুগল মূর্ত্তিতনা মখোয়গী লাইনীংফম ওই। অমস্মুং শ্রীমদ্ভাগবত অসিনা মখোয়গী অথোইবা শাস্ত্র ওইনৈ।

হায়খ্রিবা সম্প্রদায় মরিমক অসিগী মন্নুংদা শ্রীগৌরাঙ্গ মাধ্বী সম্প্রদায় মন্নুং চন্ন্রিথী। মাধ্বী সম্প্রদায় মন্নুংচল্লিবা শ্রীকৃষ্ণ-চৈতন্য-সম্প্রদায়গী গুরুপ্রণালী দি মথং২ ইরকলী। মাহুদি :—




সন্ন্যাস ধর্ম্ম চৎলগে হায়রবদি সর্ব্বত্যাগী (পুমথা-থাবা) ওইবা তাই। সন্ন্যাস ধর্ম্ম লওখ্রিবৈগী মমাংদা দণ্ডী আচার্য্যনা লোয়নবা থৌরম তরুক্কং পাংথোকপিফম থোকই। থৌরম

৬কু অহু অসিনী :—(১) দেব পূজা, (২) ঋষি পূজা, (৩) পিতৃ-লোক্কী পূজা, (৪) মথনগী শ্রাদ্ধ, (৫) মন্ন ওইবা যজ্ঞনচিংবা, (৬) শিখা ১স্থুং নগুণ থাদোকপা। মসিবু কর্ম্মসন্ন্যাস হায়না কৌনৈ। কর্ম্মসন্ন্যাস অসি হওনবী মতুংইন্না তৌরগা মতিকচাবা গুরুগী মফমদা দণ্ড (চ্যৈছু) লওগদবনী। চ্যৈছু অসি লওবদা সাধুপুরুষশিংগী মপোক অমুরক ওইনা পোক্লকই। চ্যৈছু পায়রবা মতুংদগী সন্ন্যাসীশিংনা "তত্ত্বমসি," "অহংব্রহ্মাস্মি," "অয়মাত্মা ব্রহ্ম" অসিনচিংবগী করি-গুম্বা মন্ত্র নত্রগা মহাবাক্য অমদং লওবিরগা, হৃদিদা অতৎপা লৈতনা মন্ত্র অহু ধ্যান তৌদ্না মথন মথন্নগী চাওখৎনবা সাধন তৌদ্না লৈজৈ।

**কর্ম্মসন্ন্যাস।**

মতুংদা চহী তরানীথোই ফাওবা তীর্থনচিংবা কোয়রুরগা চ্যৈছু থাদোকত্না পরমহংস ওইবিরৈ। পরমহংসশিং অসিগীস্থু সম্প্রদায় অমম্মম লৈ। সম্প্রদায় অসি "মণ্ডলী" হায়না কৌনৈ।

**মণ্ডলী।**

মণ্ডলী অসিগী মন্থুংদা থ্বাইদগী অথোইবা পরম-হংসনা "স্বামী" হায়বা মিংথোন অসি ফংবী। পরমহংস সন্ন্যাসীবু "নরনারায়ণ" হায়না থ্বাইনা পূজা তৌনৈ। মথোয় অসিবু "নমোনারায়ণ" হায়না থুরুমগদোবনী। মথোয়গী মরক্তস্থু অমগা ২ উনরগা অনীমকনা ঋাচৈ অসি শীজিন্নৈ। মথোয় অসে লাই-মূর্ত্তি থুরুমবিখিদ্রে।

পূর্ণ সন্ন্যাস তৌরবদি মথাদা ইরিবা সন্ন্যাস-মন্ত্র অসি শীজিন্নৈ। মাস্থদি :—

"ওঁ সোঽহং হংসঃ পরমহংসঃ পরমাত্মা দেবতা।
চিন্ময়ং সচ্চিদানন্দ স্বরূপং সোঽহং ব্রহ্ম॥"

সন্ন্যাসমন্ত্রগী গায়ত্রী মখাদা ইরিবা অশুম্না ফংনৈ। মাহুদি:—
"ওঁ হংসায় বিদ্মহে পরমহংসায় ধীমহি তন্নো হংসঃ প্রচোদয়াৎ।"

সন্ন্যাসীশিং অসি তোঙান তোঙানবা সম্প্রদায়গী ওাক্তনী। সম্প্রদায় খ্যেন্নবা মতুংইন্না মখোয়গী ক্ষৌরপ্রণালী (ছমশেং পথাপ) সু মখন্নখা য়াম্মী। কনাগুম্বা সম্প্রদায়না পূর্ণিমা তিথি খুদিং ছমশেংবিনৈ। কনা সম্প্রদায় অমনা ঋতু-লোম্নবা খুদিং ছম শেংবগী থৌ পাঙথোক্নৈ। শ্রীগৌরাঙ্গদেবনা চঙ্খিবা সম্প্রদায় অতুগী বৈষ্ণবশিংদি ঋতু-লোম্নবা খুদিং-মক্তা হায়বদি ওলাংথা নোংজুথানচিংবগী ছমশেং-থৌরম। ঋতু খুদিংগী পূর্ণিমা তিথিদা (থা অনিগী মতুং অমুরক) ছমশেংবা থৌরম পাঙথোক্নৈ। মাগী২ সম্প্রদায় মন্নুংচনবা সন্ন্যাসীশিংনা পুল্লপ্লম্না ছমশেংবা থৌরম অসি তৌমিন্নৈ। থৌরম অসি মখোয়গী অথোইবা উৎসব (কূম্মৈ) অমা ওইনা থোক্নৈ।

## ঋতু তরুক্কী ছমশেং মখন তরুক্কী মমিং।

| | | |
|---|---|---|
| গ্রীষ্ম (ওলাংথা) | বৈশাখী | আচার্য্য ক্ষৌর |
| বর্ষা (নোংবাম্থা) | আষাঢ়ী | ব্যাস ক্ষৌর |
| শরৎ (শরথা) | ভাদ্রপদী | বিশ্বরূপ ক্ষৌর |
| হেমন্ত (উনবাম্থা) | কার্ত্তিকী | জ্যোতিরূপ ক্ষৌর |
| শীত (নিংথমথা) | পৌষী | ব্রহ্ম ক্ষৌর |
| বসন্ত (বসন্তথা) | ফাল্গুনী | দত্তাত্রেয় ক্ষৌর |

শ্রীগৌরাঙ্গদেব সন্ন্যাসধর্ম্ম লওবিরদ্না অরানখুবম পীনবিবী শ্রীরাধিকাগী মমিং অসিমক্তনা পার্শ্বে ওইনা "বৃন্দাবন বিলাসিনী," "শ্যামকণ্ঠের হেমমণি," "জয়রাধে" সোনদ্রা তীর্থকোয়বা লেঙ-থোকপিথী। তাক্ষম অসিদা বৃন্দাবন লেঙ্গে হায়বগী ইচ্ছা (আশা) অসি মহাক্কী হৃদিমুংদা য়োনা ক-মা ফাওগৎথী।

তীর্থ কোয়বা।

তৌইগুম্বমুং শ্রীমন্নিত্যানন্দ প্রভুগী খূজিন্দ-গী মহাক শান্তিপুরদা অদ্বৈতগী শঙ্গায়দা থুংলুবা তাবিথী। মক্ষম অসিদা শচীদেবী ১মুং নবদ্বীপকী অতোপ অতোপ্পা গৌরগী চাম্থোইরবা মনাই ভক্তশিং অপুম্বা গৌরসাগরগী ভাবকী ঈথক্তা তাউবিরথী। তৌইগুম্বমুং সন্ন্যাসিগী মুপী মশক উনবা য়ানদে, অহুনা গৌরগীদমক ঙাওচৎনরবী বিষ্ণুপ্রিয়া শান্তিপুর চৎখিদ্না মপুরোইবা গৌরগী মায়থোং দর্শন ফংবা ঙম্বিখিদে।

অমুম তৌরিঙৈগী চৈরক অসিদা, মমাংথাদা মহাপ্রভুনা বৈরাগী ধর্ম্ম ফংবিরমদায়গী থা ২। ৩ গী মমাংদনা, লোকনাথ গোস্বামীগা গদাধরগী শিষ্য ভূগর্ভ গোস্বামীগা অনিমা অসিবু পশ্চিম দেশতা ভক্তিধর্ম্ম প্রচার ১মুং লুপ্ততীর্থ উদ্ধার তৌক্লনবগী, শ্রীগৌরাঙ্গদেবগী আহানবা দূত ওইনা বৃন্দাবন তান্না থাবিখিরম্মী।

শ্রীগৌরাঙ্গপ্রভুগী
"জয়ধ্বজ"
(১৪৩২ শকাব্দ)

মতম অসিদা বৃন্দাবন অসি শা-কৈনা থল্লবা শোঙ্বা নারক্কা পুমকূপ কূপ্লম্মী। মরূপ অনী অহুনা রাখন তৌবিরকই, শ্রীগৌরাঙ্গনদি চীরঘাটতা লৈনবা তাক-

পিরকই, মখোয়না হৌজিক চীরঘাট কদায়দা ফংবিগনী। "হে চীরঘাট! নাহাকপু কদায়দা লৈখ্রবগে? প্রভুনা তাকপিরকপা মফম অদু খর তাকপিয়ু।" অস্মুম হায়না অহিং মুংথিন খায়দনা থিরকত্না মমৈথংদা প্রভুনা পীনবিরকপা স্থান অদুমক ফংবিখ্রে। মতম অদুদা স্থান অদু থুরুমজদ্রা উপান মখোঙদা ঋমথবিরে। মতৌ অস্মুম ঈহান হানবদা বৃন্দাবনদা লুপ্ততীর্থ কয়ামরুম উদ্ধার তৌবা (ফোংবা) হৌবিখিদ্রা, শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুগী "জয়ধ্বজ" শকাব্দ ১৪৩২ দা লোকনাথ ১স্মুং ভূগর্ভনা থিনবিথী। বৃন্দাবনদা কাল অদুদা বাঙ্গালী অনিমা অসি নত্তনা অতৈ বঙ্গবাসা অমত্তা লৈরমদে।

শান্তিপুরদা অদ্বৈত প্রভুগী শঙ্গায়দা প-নবিরিঙৈ, শচীদেবীনা শ্রীগৌরাঙ্গবু নীলাচলদা লৈহন্নীংখিবা ভাব উৎপিখিবদগী মহাকনা মুংসিথোইরবী মমা ঠৌরাণীগী ময়াথং মরুলুক্লা মকোক থোংনা য়াবিথী। অদুমতুং গোবিন্দ, জগদানন্দ, মকুন্দ, ১স্মুং নিত্যানন্দগা লোয়ননা শ্রীক্ষেত্ররোম পাংনা যাত্রা তৌবিথী। শ্রীক্ষেত্রগী

**নীলাচল যাত্রা।**

লম্বী অসিমক্তা গৌড় রাজ্যগী মকোক ওইবা জমিদার আঠিসারা খুনগী রামচন্দ্রখাঁগা উনবী। মহাক মমাংথাদদি বৈষ্ণব য়েংথীবা অমা ওইরম্মী, তৌইগুম্বমুং শ্রীগৌরাঙ্গগী কৃপাদগী মমৈথংদা গৌরভক্ত ওইবিখ্রে। লম্বী লমথাংদা অয়াম্বা তীর্থনচিংবা পরিক্রমা তৌবিরগা কমলাপুরগী ভাগী তুরেল মপান্দা থুংবিরুই। মমাংথাদা শ্রীগৌরাঙ্গনা নিত্যানন্দগী চ্যৈছু থুদেকপিথী। মফম অসিদা

শ্রীমন্নিত্যানন্দ প্রভুনা শ্রীগৌরাঙ্গগী চ্যেছু থুদেকত্না তুরেনমন্নুংদা থাদবিথী। মহাপ্রভুনা মফম অসিদগী শ্রীজগন্নাথ দেবগী রথগী অম্বারী মতোন উবিখিবদগী চ্যোনখিদ্না মন্দির মন্নুংমক্তা লেঙ-ছিনবিখ্রে। অমস্তুং ভাবাবেশদগী অমুক্তোইনা রাম্থবিখ্রে। মতুংদা নিত্যানন্দ প্রভু লেঙ্ল্কত্না হরিনাম মন্ত্রনা মহাপ্রভুগী রান্থরিবা ঋীবম অত্থ অমুরক চেতনা (জ্ঞান) পোকহনবিথী।

মতম অসিদা প্রতাপরুদ্র উৎকল প্রদেশকী রাজা (নিংথৌ) ওইবিরম্মী। মহাকনা মরৈবাক্তা ন্যায়শাস্ত্র শন্দোক্লবগী মরমদা নবদ্বীপ ধামদগী বাসুদেব সার্ব্বভৌমবু পুরকত্না উৎকলগী রাজপণ্ডিত ফমদা হাপ্লিখী। মহাক্কী সহায় (মত্যেং) দগী শ্রীগৌরাঙ্গ রাজগুরু কাশীমিশ্রগী শঙ্গায়দা লৈবিবা তাথী। থুমিৎ থরদংগী মন্নুংদা অয়াম্বা গৌরভক্তগী কাণ্ডলূপ মখৈ শ্রীশ্রীজগন্নাথ ধামদা লাকত্না শ্রীগৌরাঙ্গগী দর্শন ফংবিরথী।

**রাজা প্রতাপরুদ্র।**

সার্ব্বভৌমনা মহাপ্রভুগী মফমদা "বেদান্ত" পাঠ তৌবিদ্ল। মহাপ্রভুবু অদ্বৈতবাদী (অনিশুদবী লাইনীংগী) সন্ন্যাসী সেম্বিগে সেনখিবদগী প্রভুগী মফমদা বেদান্ত পাঠ তৌবা হৌবিথী। মথং-সীৎনা থুমিৎ ৭নি চুপ্পা পাঠ তৌবিরক্লবদা, সার্ব্বভৌমনা মহাপ্রভুগী মফমদা হংবিরকখী, "নাহাকনা বেদান্ত পাঠ তারগা করি অমত্তা হায়দনা তুমিন লৈথোক্লিবা অসিবু করি মরমননো? মসিদা নাহাক ব্যাখ্যাগী অর্থ নীংথিনা খণ্ডরবগুম থোকই।" মহাপ্রভুনা ছায়বিরকই,

**বেদান্ত পাঠ।**

"শ্লোক্কী অর্থ য়ৌনা চঙ্খোম্না খঙ্লী, তৌই[illegible]সুং নাহাক্কী ব্যাখ্যা মতৌ নীংথিনা খঙবা য়াবা থোকত্রে।" মসি তা-রবদা পণ্ডিত সার্ব্বভৌম অদো শাউবগী পঙ্খে লৈখিদ্রে। মতম অদুদা মহাপ্রভুগী মফমদা হায়বিরকখী "নাহাক—

আত্মারামাশ্চ মুনয়োনির্গ্রন্থা অপ্যুরুক্রমে।
কুর্ব্বন্ত্যহৈতুকীং ভক্তি মিথম্ভুত গুণো হরিঃ॥

শ্লোক অসিগী ব্যাখ্যা তৌ।" সার্ব্বভৌম শ্লোক অসিগী ব্যখ্যা ৯ থোক্লা তৌবিখী, মহাপ্রভুনা ১৮ থোকনা ব্যাখ্যা তৌবিখী ১সুং প্রভুগী "ষড়ভুজ মূর্ত্তি" দর্শন পীনবিখিবদগী পণ্ডিত ওইবগী নাপন-রাংখ্রবা সার্ব্বভৌম ওন্থোক্লা চঙকুবা পোকপিখী। মতৌ অসুম বাসুদেব শ্রীগৌরাঙ্গগী স্নাচরণখাদা আত্মসমর্পণ তৌবিখিদ্রা প্রভুনা মহাকপু বৈষ্ণব ধর্ম্মদা দীক্ষা পীবিবম্লগা অমুকহল্লা তীর্থ-কোয়বা লেঙথোকপিখী। *

হন্দক্কী তীর্থযাত্রাগী খোঙচৎ অসিদা লমখাংদা বল্লভাচার্য্য ১সুং গোদাবরী মপান্দা বিদ্যানগরগী রামানন্দ রায়গা উনদ্রা মখোয়বু প্রভুনা মহয় (মহৈ) য়াহ্নলনবিখী। হন্দক মহাক দাক্ষিণাত্য প্রদেশ কোয়রুদ্রা হনবিরকপা তাম্ফম অসিদা, মহাক্কী ময়াম্সুং অহন বিশ্বরূপকী থুপখিকম দর্শন তৌবিরুই। হন্দক্কী তীর্থ ভ্রমণগী

দাক্ষিণাত্য ভ্রমণ ১সুং রামানন্দ সঙ্গ। †

* লাঃ ২৮, ৫৩, ১সুং ৫৮ য়েংবিয়ু।

† শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মত অধ্যায় ৪শুবদা য়েংবিয়ু।

খোঙক্ষম অসিদা ব্রাহ্মণ কৃষ্ণদাস কৌবা অমা লোয়নবী। হায়রুবদা ব্রা চাউখিনবতা মথোকই, মহাকনা লেঙলু লেঙলুরিবা মক্ষম২ অহুদা হরিনাম প্রচার তৌবিরম্মী। অয়াম্বা তীর্থ পরিক্রমা লোইবিরকত্না হল্লক্লবা মতুং অসিদা, মহাকনা পুরী-ধামদগী অয়াম্বা গৌরভক্তশিংবু নবদ্বীপ তাম্না হলহনখিদ্না বঙ্গদেশতা নামপ্রচার তৌহন্নবগী দমক য়াথং পীথোক্লম্লগা শ্রীধাম বৃন্দাবন লোম যাত্রা তৌবিগে সেনখী।

সার্ব্বভৌমনা তাক্ষম অসিদা মুমিৎ ৪। ৫ নিদংগী মহাপ্রভুদা নিমন্ত্রণ কৎখিদ্না লূক হাহনবিখী। সার্ব্বভৌমগী মচানিংগোন শাঠি দেবীগী মপুরোইবা অমোঘ কৌবা অসিনা নোংমা প্রভুনা লূকহারিঙৈ মতমদা লাকখী। অমোঘ অসে য়ৌনা তূক্কচখ্রবা মখনগী মীওং অমা ওইনা তৌরম্মী। মসি খঙ্খিদ্না মহাপ্রভুগী লূকহাবা কালদা, অমোঘনা চঙ্লকত্না করি২ হায়রবা য়াই হায়দ্না, মকুবোক সার্ব্বভৌমনা থোইদোক্না চ্যেক-ছিনবিখী। তৌইগুমম্বুং ঙাইক্তং পূক্নীং ফৈক্লরিঙৈ,

অমোঘ।

খূদ্দক অহুমক্তা তাখীচাউবা অমোঘনা মহাপ্রভুগী লূকহা-শঙদা চঙ্লকখী, অহুগা মহাপ্রভুগী লূক্মাঙদা মরাংকায়না হাপ্না চাক-য়েঙ্গাং অহু য়েংলগা হায়রকখী, "মী তরানা চাগদবা চাকপু ঠাকুর অসিমত্না চারী।" ব্নারম অসি তা-বা ফংবমক্তা সার্ব্ব-ভৌমনা অশাউবগা লোয়ননা মখুত্তা চ্যে পায়দ্না মস্মাকনীপা অহুবু ময়ুমদগী তাম্থোকখী। মতম অহুমক্তা অমোঘ মপূকচৎত্না ফরপ২ ওল্লী, অমম্বুং মহাপ্রভুগী মখূথম্বাম্না অমোঘগী মশাদা

নানবিবদা, মাগী লাঙ্গৈনা পুমকোক কোকচখী। লাঙ্গৈনা অসি কোকখিবা মতুংদগী অমোঘ অসে থোইদোক্লা গৌরপ্রেমিক ১স্নুং কৃষ্ণভক্ত ওইরকপা হৌখী।

সন্ন্যাস ধর্ম্ম লওরবা মতুংদা জন্মভূমি অমুক্তং দর্শন তৌবা হায়বা অসিগী পদ্ধতি (পথাপ) অমা লৈরী। মরম অসিদগী

**জন্মভূমি দর্শন।**

শ্রীগৌরাঙ্গদেবনা বৈরাগী ধর্ম্ম চৎখ্রবা, চহী মঙাগী মতুংদা অমুক্তং নবদ্বীপ দর্শন তৌবী। মতাং অসিদা শ্রীশচীঠাকুরাণী শ্রীগৌরচন্দ্রগী মায়থোং-থাবু অমুরক উবা ফংবিখী। বিষ্ণুপ্রিয়াগী উননীংবগী খৌরাংখ্রবা আশা অহুম্নু হন্দক মহয় য়ানখী। তাঙ্গা অসি শচীদেবীগী বয়স চহী ৭২, বিষ্ণুপ্রিয়াগী বয়সনা চহী ১৯ চঙ্লকখী।

অসিমতুং শ্রীগৌরাঙ্গ গৌরভক্ত কয়ামক্রমগা লোয়ননা শ্রীধাম ক্ষেত্ররোম পাংনা লেঙবিখী। মহাপ্রভু শ্রীগৌরাঙ্গনা বৈরাগী ধর্ম্ম চৎখিদ্রা গৃহীধর্ম্ম থা-দোকপিখী অমস্নুং শ্রীমন্নিত্যানন্দ প্রভুস্নু অবধৌত বেশতা (সংসার মায়া পকথিদ্রবগী মওংদা) নামকীর্ত্তন ১স্নুং তীর্থ কোয়বনচিংবদা ইচঙতা চঙবিখী। অস্নুম তৌবা অসিদা গৌরভক্তশিং অয়াম্বগী পুঃীংদা যুম্বানবগী থবক্তা চঙগে হায়বা অমুক নীংবা কৌবা লৈখিদ্রে। শ্রীগৌরাঙ্গদেবনা হীন্নম

**সংসারী নিত্যানন্দ।**

অসি উবি-খঙবিখিবদগী, শ্রীমন্নিত্যানন্দ প্রভুবু গৃহীধর্ম্মদা চঙ্খিদ্রা বৈষ্ণব ধর্ম্ম প্রচার তৌরুনবা য়াথং থাবিখী। শ্রীমন্নিত্যানন্দ প্রভুস্নু মহাক্কী য়াথং মতুংইন্না প্রভুবু নীলাচলদা থম্বিরম্নগা



শ্রীশ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুগী ষড়ভুজ মূর্ত্তি

লাঃ ৮৬

গৃহাশ্রমদা চঙবিখিদ্না শ্রীনবদ্বীপ ধামদা বৈষ্ণব ধর্ম্ম শন্দোকপা হৌবিখী। শ্রীমন্নিত্যানন্দ প্রভু থীন্দনা, সূর্য্যদাস পণ্ডিত মহাশয়গী মচাইবেমা বস্থধা ১স্মুং জাহ্নবা কৌবী কন্যা অনিখক্কা শুভবিবাহ তৌবিখী। মসিগী ৱারী মথংগী অধ্যায়দা মথং২ ইরক্নী।

অহুমতুং শ্রীগৌরাঙ্গদেবনা অয়াম্বা ভক্ত মরূপশিংবু মথংং২ বিদায় পীবিখ্রগা, গদাধরবু "গোপীনাথ" বিগ্রহগী সেবাদা চঙহনবিরমদ্না বৃন্দাবন দর্শন তৌবা যাত্রা তৌবিখ্রে। মহাপ্রভু অহানবদা পুরীধাম, কটক থাদোকপিরমদ্না পাণিহাটী গ্রামদা সার্ব্বভৌমগী মনাওনীপা বিদ্যাবাচস্পতিগী ময়ূমদা থুংবিরুখী।

**বৃন্দাবন যাত্রা।**

মথংং২ ওইনা মহাপ্রভুগী লেঙবিরকপা পাউ অসি মায়কৈ মরিমক্কা পূমশন শন্দোকখী। মথংং২ পাণিহাটী গ্রাম অদো মীনা চিচ্চ'য়নবা ঙমদমখৈ থেল্লখী। মহাপ্রভু থীল্লমদনা পাণিহাটী থাদোক্লমদ্না কুমারহট্টদগী লেঙ্লকল্লা কাচড়াপাড়াদা শিবানন্দ সেনগা উন-বিরম্লগা কুলীনগ্রামদা বাস্থদেবগীদা য়ুমথুংবিরুখী। অসিদস্থ গৌর-দর্শন ঘংবিনীংবা মীয়াম থেল্লবগী অতৎ অথম লৈখিদে। মরম অসিদগী কয়ানিমরুমদং মাধবদাসকী ময়ূমদা লৈবিরম্লগা কুলীনগ্রাম থাদে'কপিরমদ্না গৌড়নগরগী অতোপ্পা মমিং রাম-কেলী গ্রামদা থুংবিরুখী।

মফম অসিদা বঙ্গ, বিহার উড়িষ্যাগী শাসনকর্ত্তা ( ৱায়েন-বা মপু ) হুসেন সাহগী ৱাজকর্ম্মচারী (ফম্নাইবা ) অমর ১স্মুং

সন্তোষ (রূপ-সনাতন) মচিন্মনাওগা মহাপ্রভুগা ঈহান হান্না রামকেলীদা উনবিখী। ভক্ত চামা চামা লাকত্না প্রভুগী চরন রেণু (খূইয়'উফুন) ফংজখিদ্না মহয় য়'নবিখী। অমর-সন্তোষ * থেঙথ্রবা অহিংদা লাকত্না শ্রীগৌরাঙ্গ দেবগী পদধূলি লওবিরখী। অসিগী মমাং থাদনা শ্রীমহাপ্রভুনা মথোয়গী মমিং ১শুং ভক্তিগী রারী তা-বিখিবম্মী; হৌজিক অসিদা মবিয়ঁানিমকপু প্রভুগী পাশ্বোম অনিমকনা কোঞ্জিনবিখ্রে। প্রভুগী

**ৱৃন্দাবন যাত্রা য়ৈথোকপা।**

শ্রীমুখদগী প্রেম-ভক্তিগী রারম তাবিখিবদগী মচিন্মনাওগী হৃদিন্নুংদা বৈরাগ্য-ভাব পোকপিরকখী। চৈতন্য দেবনা মথোয়বু বিষয়-বাসনাদগী নাম্থোকনবা পাউতাক পীবিরম্লগা হায়বিরকখী—"মতুংদা ঐহাক নথোয়গা অমুক তিন্নখিগনী"। মথোয়না মহা-প্রভুগা লোয়ননা কানাইগী নাটশালা গ্রাম ফাওবা লেঙমিন্নখী।

---

* অমর ১সু° সন্তোষ মচিন্মনাও অনিমক অসে থবক্কী থুদোংচানবগী দমক, ফতেয়াবাদ দগী গৌরগী মনাক রামকেলী গ্রামদা লৈনফম হোংলকখী। মচিন্মনাওগী হৈ'সংলবা মগুণদগী সূলতান হুসেন শাহনা পোৎনবিখ্‌দ্না, মথংৎ উজীর (মন্ত্রী) ফম ফাওনা হাপ্পি'খদ্না অমরবু "দর্ব্বিরখাস" মনাও সন্তোষবু "সাকঁর মল্লিক" হায়বা মিংথোল থোন্‌বিখী। যবনরাজগী মখাপোন্না লৈদ্নসু মশা মশাগী হিন্দুধর্ম্ম ঙাক্না চচ্চে। অহাংবা তাঙ্গা থুদিংদা ধর্ম্মশাস্ত্র নৈনবা তোকপা নাইবিদে মচিন্মনাওগী কৃষ্ণ-ভক্তিদা রত্তি লৈথিবা মতৌ অসিদগী শ্রীচৈতন্য দেবনা মথোয়গী যবন মমিং মূৎথৎপিরম্লগা "রূপ ১সুং সনাতন" কৌবা হিন্দু-মিংথোন থোনবিখিদ্না মথংৎ কৃপা থোজান নোংদখিবী। (লাঃ ৬৪ য়েংবিয়ু)।

অমরোমদনা মীয়াম ইল্লিবা অদো কক্চেং পরেংগী মতৌগুম গৌরদর্শন ক্ষংনীংবা মক্তগী প্রভুগী মতুং ইন্নরকপা হৌবিখী। অস্নুম তৌবা অসিদা সনাতন ঠাকুরনা "অস্নুপ য়াম্বা মীয়ামগা লোয়ননা বৃন্দাবন যাত্রা লেঙবা অসি শ্রীমহাপ্রভুগী মক্ষমদা খুদোং চারক্ষম থোক্লদে," অস্নুম্বা ভাব ফোংদোকপিখী। মহাপ্রভুম্ন সনাতনগী ভাব মতুংইন্না মতম অহুগীদমক বৃন্দাবন যাত্রা য়েথোকপা তাবিখিদ্না শান্তিপুরদা অদ্বৈতগী শঙ্গায়দা থুংবিরুখী।

মক্ষম অসিদা সপ্তগ্রামদা লৈবা ইনাকথুনবা অচৌবা গোবর্দ্ধনদাসকী মচানীপা রঘুনাথ দাস, অদ্বৈতাচার্য্যগী কৃপাদগী

**রঘুনাথ দাস।**

মহাপ্রভুগী দর্শন ১স্নুং থোজান মিৎয়েং তাঙবা ওমজখী। মহাপ্রভুগী কৃপা-নোংদমদগী রঘুনাথ য়ুমবানবগী মরমদা অপাম্বা লৈখিদনা, প্রভুগী থোগন ওইনা পুরীধামদা লৈনবা হায়জখী। প্রভুনা মাঙোন্দা তাকপিখী—"ঐনা শ্রীবৃন্দাবন ধামদগী হল্লকপা কাল অহুদা নাহাক নীলাচল চৎলু" অস্নুম হায়না বিদায় পীনখী।

শান্তিপুরদগী কুমারহট্টগ্রাম পাংনা লেঙ্খিদ্না পাণিহাটী য়ৌবিখ্রগা রাঘব পণ্ডিতকা উনবিখী। মহাপ্রভুনা তাকপিখী—"ঐহাক্না নিত্যানন্দগা অনিমক অসিদা তোংঙানবনী নীংদনা'

**নীলাচল হন্‌বা।**

খ্যেন্নদবনী (অমত্তনী) হায়না নীংও" রারম অসি রাঘবতা তাকপিরম্লগা, বরাহ নগর রোমদা লেঙ্খিদ্না মথং২ গঙ্গাগী তোর্ব্বান কাকুপ

তাবা থুঙ্গং ময়াম অহু লাম্হোকখিদ্না অমুকহন্না নীলাচল তান্না লেঙবিথী।

নীলাচলদা থা মরি চূপ্পা লেপ্লবা মতুংদা রাজপুত কৃষ্ণদাস ১স্সুং বল্লভদ্র কৌবা ব্রাহ্মণ মচ্চা অমগা লোয়ননা হৌজিক্কী ছোট নাগপুর লম্বীরোম অমুকহন্না বৃন্দাবন যাত্রা তৌবিগে সেনখিদ্না মহাপ্রভু কাশীধামদা থুংবিরুথী * মাহুদগী মথংসীংনা প্রয়াগতা থুংবিরুরগা হুমিৎ হুন্নিদং মফম অহুদা লেপ্নবী। প্রয়াগদগী অমুক মথংসোৎনা অয়াম্বা বন উপবন লাম্হোকখিদ্না লম্বী লমথাংদা শ্রীযমুনা দর্শন ফংবিবগা

**অমুক হনবা বৃন্দাবন যাত্রা।**

খূদ্দক অহুমক্তা মাহুদা হেক্তা চোংথবী। মতৌ অম্সুম বৃন্দাবন য়ৌবিখিদ্না মফম পূন্নমক্তা কৃষ্ণচন্দ্রগী মশক ওইনতা ঈউতা উবিথী। তৌইগুম্বস্সুং কাল অহুদা মুসলমানগী অত্যাচারদগী বৃন্দাবন শ্রীহীন (মক-ছিল্লম্বা) ওইরম্লে। অম্সুম ওইবা ধামগী পূর্ব্বগৌরব (মমাংগী মিংচৎ) ভাক্নবগী দমক মমাংথাদা মহাকনা সীথিরম্বা লোকনাথ ১স্সুং ভুগর্ভগা লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণগী লীলাস্থল অপুম্বা প্রকাশ তৌবিবা হৌবিথী। শ্রীরাধাকুণ্ড-শ্রীশ্যামকুণ্ড অনিমক অসিদি শস্যক্ষেত্র (লওবুক) ওইরম্লম্বদগী পান্দম লাকফম খঙ্খিত্রদ্না অন্তর্যামী শ্রীগৌরাঙ্গদেবনা হৌজিক্কী তমালতলাদা বিশ্রাম

* প্রভুগী মাখোংফম অসিদা ব্রাহ্মণাশংনা যুক্তি চাদনা ঈহোক-শিন্নম্বা মমাংথাগী বঙ্গনিংথৌ সুবদ্ধিরায়বু শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুনা উদ্ধার তৌবিথী। মাগী জাৎতি কায়খ্নী। (লাঃ ৬৪ গী টীকা য়েংবিয়ু)।

তৌবিখিদ্রা শ্রীকুণ্ড মক্ষম লেপ্লিথী। মতুংদা গোস্বামীশিংগী মথৌরাংদগী শ্রীকুণ্ড অনিমক থর পাকচাওনা সংস্কার তৌবিখ্রে। অহুদগী শ্রীগৌরাঙ্গ লীলাস্থল অপূম্বা কোয়বিক্লরগা য়েনা মুংঙাইবা মহাভাবতা শুম্মৎপা হৌবিথী। অয়াম্বা ব্রজবাসীশিংনস্বু মহাকপু সংশংবা কৃষ্ণমক ওইরবোই নীংনবা হৌবিরকথী। মহাপ্রভুনা হন্দক বৃন্দাবন্দা লেঙবিরকপা অসিদা ব্রজবাসীশিং অদো মথোয়গী অনৌবা থৌরায় হাপকৎপিবগুম থোকথী। মথোয়না অস্মুপকী মতিক মহাক্কী হৗরম খঙজিনবা ঙস্মিথিবা অহুপকী মতিক বৃন্দাবনদা মহাক্কী নিমন্ত্রণগী ঝঞ্ঝ অস্মুম'স্মুম হেঙ্গৎপা হৌরকথী। অহুগা লোয়ন-লোয়ননা মীয়াম থেনবস্থ অস্মুম'স্মুম হেঙ্গৎলকথী। মতমলৈবথিবিক্তা মহাপ্রভুবু ভাবাবেশতা উংখিবা মতৌ উবিখিবদগী কৃষ্ণদাস ১স্থুং বলভদ্র অনিমকনা প্রভুবু প্রয়াগ তাম্না হন্দোরক্লবা থৌরাং হোৎনবিথী।

অস্মুম তৌরিঙৈগী চৈরক্তা, মমাংথাদা মহাপ্রভুনা আকর্ষণ তৌবিখিবা লাহোর মচ্চা কৃষ্ণদাসনা শ্রীগৌরাঙ্গস্মন্দরগী সংশংবা দর্শন ফংবিখিবদগী আকাশচাঁদ (অতিয়াঁ-থা) খুথেংনবগুম থোকপিথী। শ্রীগৌরস্মুন্দরস্ম মহাক্কী থৌরাংনা ঙাইজরম্বা ফীভম মতা অহু উবিখিবদগী, প্যেনবিখ্রদ্রা মহাকপু কোঞ্চৎপিরগা প্রভুগী গুঞ্জামালা পরেং অহু মওক্তা হুকচিনবিখ্রে। মসিদগী মহাক "কৃষ্ণদাস

## পশ্চিমাঞ্চলদা (নোংচুপ লমদমদা) গৌরধর্ম্ম প্রচার।

গুঞ্জমালী" হায়না কাওখ্রে। শ্রীগৌরাঙ্গ ব্রজমণ্ডল থাদোকক্লা

নোংচুপলোমদা লেঙলুবা অমুক তৌবিখিদ্রে, তৌইগুমম্তুং মথাক লৈহৌরিবা পঞ্জাব, সিন্ধু, গুজরাট প্রদেশনচিংবগী ধর্ম্মপ্রচার থবক অসি কৃষ্ণদাস গুঞ্জামালীগী মফমদা শক্তিসঞ্চার তৌবিখিদ্ৰা শিন্নবিরম্লে। মহাকনা প্রভুগী আদেশ (য়ায়াথং) মতুংইন্না গৌরধর্ম্ম প্রচার তৌবিখিবদগী হৌজিক ফাওনা নোংচুপ লমদমদা অয়াম্বা গৌরভক্ত লৈবিরিবা অসিনী। মতৌ অসুম নোংচুপ ল-মগী ধর্ম্মপ্রচারগী শিল্লম শীন্দোকপিরম্নগা প্রভু বৃন্দাবন ধামদগী ত-ন্না হন্দোকপিখ্রে। *

মহাপ্রভুনা প্রয়াগ তান্না হন্দোরকপা কাল অদুদা শ্রীরূপ গোস্বামীগা থেংনবিথী। মফম অদুমক্তা মুমিৎ কয়ানিমক্কম ল্যেনবিরগা শ্রীরূপ গোস্বামীদা ভক্তিতত্ত্ব তম্বিদ্ৰা মহাকপু

---

* মমাংথাদা লাহোরদেশবাসী চহী ৭ তা ঙাইবা কৃষ্ণদাস কৌবা নাহামচ্চা অমনা করিগুম্বা আকর্ষণী (চিংছিন্নবা) শক্তি অমদগী কপ্পাং "হা গৌরাঙ্গ! হা গৌরাঙ্গ।" হায়না ময়ূমদগী চথোরকল্লা বৃন্দাবন য়ৌবিখে। মহাক অতৈ করি অমত্তা নীংবা লৈখিদে, শ্রীগৌরাঙ্গ দর্শনগী দমক্তা খোরাংখিবনা লাওতকনখী। কাল অদো, বৃন্দাবনগী ব্রজবাসীশিংনদি "গৌরাঙ্গ" হায়রবসী করি পোৎ ওইরিগবা খঙ্গমদে। তৌইগুমম্তুং গোবর্দ্ধন গিরিদা লাংলিবা শ্রীগোপালদেবগী সেবাইত অমনা দৈববাণী (লাইয়াথং) দগী নিপামচ্চা অদুগী আশ্রয় পীনবিথী। অদুগা শ্রীগৌরাঙ্গ লেঙ্গুরূপনি হায়বা থেমজিন-ব্রাহ্মণদগী নিপামচ্চা অদু মফম অদুমক্তা লেঙদনা প-নবিখে। মথৈথংদা শ্রীগৌরচন্দ্রগী কৃপাদগী মহাক "কৃষ্ণদাস গুঞ্জামালী" হায়বা খোজাব-মিংথোন তানবিখী।

**প্রয়াগ ১স্নুং কাশীধামদা রূপ-সনাতনগী মফমদা ভক্তিতত্ত্ব শিক্ষা।**

শ্রীবৃন্দাবন তাম্না চৎখিনবা য়াথং পীবিরম্লগা, মহাপ্রভু কাশীধাম তাম্না লেঙবিরকথী। অমবোমদনা গৌরতদা মথৌরায় লূপখ্রবা সনাতন গোস্বামী হুসেনশাহগী রাজ-কার্য্যদা রাওইরুদবদগী ফাজিনখিদ্রা বন্দীশালাদা লৈ-বিথী। বন্দীশালা (কৈ্যেশুম শঙ) অতুদগী য়োনা কন্না হোৎনরকপ-দগী উচিন্নাচিন নাম্থোরকত্না, কাশীধামদা মহাপ্রভুগী দর্শন ফংবিরুথী। মহাপ্রভু সনাতনগা লোয়ননা কৃষ্ণ তত্ত্বগী রারী রাতাই সাবিরগা মপূক্নীং ঈংথহনবিদ্রা থা অনী চুপ্পা ভক্তিতত্ত্ব তম্বিখী, মতুংদা মহাকপু শ্রীবৃন্দাবন চৎনবা য়াথং পীনবিখী। মহাপ্রভু সনাতনগী হায়জবা মতুংইন্না "আত্মারামাশ্চ" শ্লোক্কী (সার্ব্বভৌমগী মফমদা মমাংথাদা মখন ১৮ থোক্লা ব্যাখ্যা তৌবিখিবা) অর্থ অতু মখন ৬১ থোক্লা শন্দোকপিখিবদগী ভক্তিতত্ত্ব অপূম্বা ফোংদোকখ্রে। মরম অসিখিবিক্তুগী কাশীধামদা মহৌসা শ্রীশঙ্করাচার্য্যগী অদ্বৈত-বাদী মত য়োকখৎপিরম্বা শ্রীপ্রকাশানন্দ সব-স্বতীগী নাপন কীম্থখিদ্রা শ্রীগৌরচন্দ্রগী দ্বৈতবাদী মতনা নক্সৎখিবদগী অরাং লমদম অপূম্বা গৌরভক্তওাক ওইবিখ্রে।

**শ্রীধাম ক্ষেত্র শ্রৌখিবা।**

মতৌ অম্মুম কাশীধামগী অয়াম্বা বৈদান্তিক (বেদ হৈরবা), দণ্ডী (চ্যৈণ্ড পায়দ্রা লম্বোইরবা) ১স্নুং শাস্ত্রী (শাস্ত্র খঙখ্রবা) পূম্নমক্কী মত পূমহোং হোংহন-খিদ্রা ভক্তিতত্ত্বরোম ওন্না মমায় ওইহল্লকপা হৌরকথী। অম্মুম তৌনা প্রয়াগ-কাশীনচিংবা ধামদা

বৈষ্ণবধর্ম্ম প্রচার তৌবিরম্লগা মহাপ্রভু থীল্লমদনা নীলাচল তাম্না শান্দোকপিখিদ্লা তম্না শ্রীধাম ক্ষেত্রদা থুংবিরুথী।

শ্রীগৌরাঙ্গদেব নোংচুপ-লোমদা শ্রীধাম বৃন্দাবন ১স্থং দ্বারকা অহুগা মথারোমদা সেতুবন্ধ রামেশ্বর ফাওবা অয়াম্বা দেশ ১স্থং তীর্থ কোয়না লেঙবিরুই। মতৌ অস্থম শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুনা ভারতকী অয়াম্বা মকমদা বৈষ্ণবধর্ম্ম শন্দোকপিরম্লগা খ্রীঃ কুমজা ১৫৩৩, শকাব্দ ১৪৫৫ দা, মাঘী পূর্ণিমা তিথিদা চহী ৪৮গী বয়সতা শ্রীশ্রীজগন্নাথ দেবগী মন্দির-মুংদা অন্তর্দ্ধান ওইবিখ্রে। কনা অমনা হায়নৈ, মহাপ্রভু গদা-ধরগী বিগ্রহ শ্রীগোপীনাথকী মন্দিরদা অন্তর্দ্ধান ওইবী। গোপী-নাথকী মন্দিরদা প্রভুবু উবা ফংবিখিদবদগী গদাধরনা কপ্না২ সকপিরকথী :—

**অন্তর্দ্ধান।**

"কি করিব কোথা যাব বাক্য নাহি সরে।
গোরাচাঁদে হারাইলাম গোপীনাথের ঘরে॥"

শ্রীচৈতন্য ভাগবত।

অতৈ কনা অমগী মত না—মহাপ্রভুনা নোংমগী মুমিত্তা মুমিৎ চপয়ুংবা কালদা শ্রীজগন্নাথদেবগী মন্দির তাম্না লেঙ্লকপদা থোং থিংদ্লা লৈরম্মী, মহাক্কী মিৎয়েং তাখিবা মক্তা থোঙ মথনা হাংদোকচরকথী। অহুদগী মহাক মন্দিরমুংদা লেঙছিনবিখিদ্লা শ্রীশ্রীজগন্নাথ দেবগী শ্রীঅঙ্গদা অহুম তিনবিখ্রে। মহাপ্রভুগী পুন্সি-থামৈগী কীভম যেসা অমা২ ওইজসন্নু, ভক্তগী হৃদিলকা-মুংদা ওসিকাওনা মহাক ঈরৈ-লৈবিরী; মহাক্কী ভক্তশিংনা

হরিনাম কীর্ত্তন তৌবিরিবা মফম২ থুদিংমক্তা মহাপ্রভু স্বয়ং ঈরৈ লৈবী। কনাগুম্বা ভক্ত অমনা সকপিখ্রে :—

"অদ্যাবধি সেই লীলা করে গৌর রায়।
কোন কোন ভাগ্যবানে দেখিবারে পায়॥"

প্রেমবিলাস।

অসিমতুং শ্রীশ্রীজগন্নাথ ক্ষেত্রদা শ্রীবাস, মুকুন্দনচিংবা অয়াম্বা গৌরভক্তশিংগী মফমদা আকাশবাণী (দৈববাণী) তৌবিরকখী—"শ্রীগৌরাঙ্গগী দর্শন অমুক ফংবা লৈখ্ররোই। ভক্তমরূপশিংগী মাগী২ লৈফমদা হঞ্জিঞ্জখিবনা ফরগনী।" মাতুগী মতুংইম্না গৌরভক্ত বৈষ্ণব সাধু পুরুষ অপূম্বা মাগী২ দেশতা হনখিদ্না শ্রীগৌরাঙ্গদেবগী য়াথং পূম্নমক ঙাক্লবা লাক্লবিখী।

---

## মরিশুবা অধ্যায়।

# শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী মত।

জ্ঞান ১স্মুং ভক্তি অনিমক অসি মহয়-ফংবা ১স্মুং নীংব-থুংনবগী অথোইবা পান্বে ওইরে। তৌইগুম্বস্মুং জ্ঞানগা ভক্তিগা অমগা২ য়েংথীনবা ভাব লৈনৈ। জ্ঞান হায়বা অসিনা ইতত্তত্বনা চিংনবা পোকহল্লী। অদুগা ভক্তিনা চিংনবথিবিক মাঙহল্লী।

জ্ঞানযোগনা সিদ্ধ ওইবিবা মখোয়শিং অদো অহানবদা শক্তি (দুর্গা) প্রার্থনা তৌবী অদুগা মতুংদা পাঙ্গল্লবা ভগবান ফংনবী। ভক্তিযোগনা সিদ্ধি ফংবিবা মখোয়শিংদি শক্তি পূজা তৌরুবা লৈতনা করিস্থ অমত্তা য়াওইরুবা তৌবিদে। মতুংদা সংবান্নবা, নীংথিজখ্রবা রূপ চেল্লবা ভগবান কৃষ্ণচন্দ্রবু উনবা ফংনবী। জ্ঞানীশিংনা ফত্তবা পূকচেন পোকহল্লিবা ইন্দ্রিখিবিক মাঙহন্নবা তৌবী। ভক্তশিংনা মখোয়বু মাঙহনবা তৌদনা অচুম্বা লম্বিদা পুরকত্না মাহুনা মেঙ্লবা মুংঙাইবা ফংনৈ। জ্ঞান অমসুং ভক্তি

**জ্ঞান অমসুং ভক্তিগী**
**ল-ম খ্যেন্নবা।**

অনিমক অসিনা জীবাত্মাবু দেহ-গুপ্নবা মউগ্রা-মরুপ্পীগী মফমদা রতি লৈখিবদগী রতি লৈহনখিদনা মপুয়োইবগী মশক ওইনা পরমাত্মা (ভগবান) দা তিলহল্লী। অনিমক্কী উদ্দেশ্য (নীংলিবা হীরম) পরমাত্মা অমত্তগা লোয়ননা জীবাত্মাগা তিন্নখিবা অসিতনী। অদুমদি ওইরগা হওনবী মহয়গী ল-মতদি খ্যেন্নে। শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য দেবনা ভক্তিতবু অয়াংবা মথাংদা থাঙ্গৎপিরম্লে। মহাক্কী মত-তা শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা ভক্তিতনা সাধনগী অথোইবা পাম্বে ওইরে। বৈষ্ণবশিংনা নির্ব্বান (মীপোক হস্তিন্দবা)·মুক্তি পাম্বিদে। মখোয়দি সামীপ্য (নকছিন্না লৈবতা) প্রার্থনা তৌবী (নিজৈ)। প্রমাণ অমরোম— মখোয়না চিনি ওইরুববুদি চিনিগী মনাক্তা লৈদ্রা মাগী রস (মহাও) চুপচবনা, মকত্রবা মুংঙাইবা ফংবা পাম্বিনৈ, অদুনা মুক্তিগী মহুত্তা সেবা ফংনবগী প্রার্থনা তৌবী।

## বৈষ্ণব।

বিষ্ণুমন্ত্রগী সাধক ওইবতবু বৈষ্ণব কৌনৈ। শ্রীচৈতন্য চরিতামৃতগী মধ্যলীলাদা ১৬ শুবা তাঙ্কক্তা বৈষ্ণবগী মখল্মথা অয়াম্বা লক্ষণ লৈরবসু মথাদা ইরক্লিবা অস্মুম্না বৈষ্ণবগী থোইদোকপা লক্ষণ ফোংদোকনৈ। মাহুদি :—

"কৃষ্ণনাম নিরন্তর যাহার বদনে।
সেই বৈষ্ণব শ্রেষ্ঠ ভজ তাহার চরণে॥
যাহার দর্শনে মুখে আইসে কৃষ্ণনাম।
তাহারে জানিও তুমি বৈষ্ণব প্রধান॥"

হায়বদি—কৃষ্ণনামতবু তত্তুনা সোল্লিবা, মশক উবমক্তা কৃষ্ণনাম সোন্নীংলকপা মাহুতবু অথোইবা বৈষ্ণবনী খঙ্গনী।

## ভক্তি।

মহর্ষি নারদনা কনাগুম্বগী মফমদা য়োনা প্রেম লৈবা মওং অহুবু "ভক্তি" থোনবিরম্মে। মাহুদি :—

"সা কস্মৈচিৎ পরম প্রেমরূপা।"

নারদ ভক্তি সূত্র।

মহর্ষি শাণ্ডিল্যনা ভগবানগী মফমদা পুক্নীং পুম-লূপ লূপ-থিববু "ভক্তি" হায়বিরম্মে। মাহুদি :—

"সা পরানুরক্তিরীশ্বরে।"

শাণ্ডিল্য সূত্র।

ভক্তি অসি বৈধি ১স্নুং রাগানুগাগী ভাবতা অনী থোক্না থায়রম্মী। বিধি (পথাপ) কায়দনবতা চৎলিবা মচৎ অহু বৈধি

ভক্তি কৌই; অদুগা রাগ (অপাম্বা) গা লোয়ননা চৎলিবা মচৎ অদুবু রাগানুগা ভক্তি কৌই।

চৈতন্য চরিতামৃত গ্রন্থদা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী মত-তা হায়রিবা ভক্তি মথন হুম্ফুমরি থোক্লা থায়রী। অদুমদি ওইরবদা মহৌসা ওইনা ভক্তিগী অঙ্গ মাপন থক্কনী। মাদুদি:—

"শ্রবণং কীর্ত্তনং বিষ্ণোস্মরণং পাদসেবনম্।
অর্চ্চনং বন্দনং দাস্যং সখ্যমাত্মনিদেনম্॥"

শ্রীমদ্ভাগবত ৭ম অধ্যায়।

ভক্তিগী অঙ্গ মাপন অসিবু পুল্লপা নববিধা নত্রগা নবলক্ষণা (মথন মাপনগী) ভক্তি হায়নৈ। মথন মাপনগী ভক্তি অঙ্গ অসি য়াওনা শ্রীকৃষ্ণগী উপাসনা (লাইনীং) লায়না ওম্ফম থোক্লদে। ভক্তিগী অঙ্গ অমম্মমতা য়াওনা শ্রীকৃষ্ণ ভজন তৌজবতনা ইষ্টসাধন (মানা মানা নীংজবা) থুংবা ওম্নে।

ভক্তি অঙ্গ (১) নাম শুন্নচিংবা তাজবনা পরীক্ষিত; (২) সকচ সোঙ্গবনা ব্যাস দেবগী মচানীপা শুকদেব; (৩) বিষ্ণু নীংসিংবদগী প্রহ্লাদ; (৪) চরণ সেবাদগী লক্ষ্মী; (৫) পূজা তৌজবদগী পৃথুরাজ; (৬) থাগচ্চনা খুরুমজবদগী অক্রুর; (৭) মনাই ওইবদগী হনুমান; (৮) মরূপ সাবদগী অর্জ্জুন; অমসুং (৯) মশা কথোকচথিবদগী বলিরাজ মহয় য়ানবিখী। মখোয় অসিগী মরক্তা, পূমমক্না ভক্তিগী অঙ্গ অমম্মমতান শীজিন্নবদগী শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রগী চরণ (খুইয়া) ভানবিবা ওদ্বিখী।

অমহিকসুং চৈতন্যচরিতামৃতদা মধ্যলীলাগী ২২শুবা তাক্কা

ভক্তি পোন্নক্লবগী ভক্তি অঙ্গ শুপ্নগী মথল মঙাতং তাকপিরম্বা ফংজৈ মাথুদি :—

"সাধুসঙ্গ নামকীর্ত্তন ভাগবত শ্রবণ।
মথুরাবাস শ্রীমূর্ত্তির শ্রদ্ধায়ে সেবন॥
সকল সাধন শ্রেষ্ঠ এই পঞ্চ অঙ্গ।
কৃষ্ণ প্রেম জন্মায় এই পাঁচের অল্প সঙ্গ॥"

মথক্তা হায়খ্রিবা ভক্ত অঙ্গ অসিগা লোয়ননা পূক্নীং চঙখ্রবদি মণিকাঞ্চন (মণিগা সণাগা) তিল্লবগুম থোক্লে। সাধক (লাইনীংবা মী) না ভক্তি ১স্মুং ভাব অসিগা লোয়ননা শুস্নাৎখিদ্রা লৈবী। পূম্নমক অসিদগী অমুক শান্ত (তপথবা) দাস্য (মনাই ওইবা), সখ্য (চান্নমিন্নবা), বাৎসল্য (মচা ওইরবা) ১স্মুং মধুর (প্যেনখ্রবা ওইবা) ভাব অসিনা থোইদোক হেন্দোকখ্রবা ১স্মুং মেঙখ্রবা মুংঙাইবা পোক্লফমনী। দাস্যভাব অসি ফজৈ মরমদি, মাসিদা তপথবা ১স্মুং মনাই ওইবগী ভাব অনিমক পূল্লে। সখ্যভাবনা দাস্যভাবতগী অতৈম্মু ফজবা হেল্লী; মরমদি মসিদা শান্ত দাস্য ১স্মুং সখ্য ভাব অহুম্মক তিল্লে। ভাব অহুম অসিদগী বাৎসল্য ভাবনা অতৈম্মু হেন্না ফজবা থোক্লে; বাৎসল্য ভাবতগী পোক্লকপা মুংঙাইবা অদো, শান্ত, দাস্য ১স্মুং সখ্য ভাবনা পোকহনবা ঙম্নদে।

**ভজনভাব।**

শান্ত, দাস্য, সখ্য ১স্মুং বাৎসল্য ভাব মরি অসিদগী কান্ত ভাব নত্রগা মধুর ভাব অসিনা পূম্নথোই থোইরৈ। মধুর

ভাব অসিদা ভাব পূম্নমক্কী ভাবমক পুল্লপ তিন্নখ্রে। সেবকনা শুপ্নগী মবুঙোগী য়াথং ঙাকচদ্না মুংঙাইবা পোকচৈ। চান্নবা

মধুরভাব। মরূপনা শুপ্নগী মবুংঙোগী অপাম্বা থৌরম পাঙথোকতন্না মশাগী অপ্যেনবা ওইজৈ। মমানা শুপ্নগী মচানীংবগী মুংঙাইবা অতৃতা ফংজৈ। মুপী ওইবনা শুপ্নগী মপুরোইবা নীংবদগী যূম্বানবগী মুংঙাইবা অতৃতা ফংজৈ। তৌইগুম্বমুং মধুরভাবকী সাধকশিংদি অয়াম্বা মখনগী মুংঙাইবা খ-ম্ববিদ্না হায়নীংঙাই লৈতবা মুংঙাইবগী ইচ্যেন্দা তাউদ্না লৈবী। মীতূনীংবা ভাবমু ভাব অসিগী মমুং চল্লী।

অসিগুম্বা ভাব, ভক্তি, প্রেম ১মুং কৃষ্ণ অমত্তুদা চঙজবা নত্তনা কৃষ্ণ ফংনবগী পান্বৈ অতোপ্পা অমা লৈতে। ভগবানগী দমক প্রহ্লাদ, পরশুরাম, বিভীষণ, ভরত, শুকদেব, বলি ১মুং

ভক্ত ১মুং ভজন। গোপীশিংনা গুরু-আজ্ঞা (অহল্লমন-য়াথং) ফাওনা হিক্কোকপিখিরম্মী।

ভক্ত হায়বা অসি মহোসা-ওইনা বহিরঙ্গ (মপাম্মোংগী) ১মুং অন্তরঙ্গ (মমুং চনবগী) মখল অনী থোক্না থাইদোক্লী। ভক্ত মখন অনী অসিগী উদ্দেশ্যদি (নীংলিবা ভাবতি) অমত্তনী। কৃষ্ণভক্তগী অথোইবা মতৌগী হীরমদা চৈতন্যচরিতামৃতদা মখাগী শ্লোক অসি ফংনৈ। মাত্নদি :—

"তৃনাদপি সুনীচেন তরোরপি সহিষ্ণুনা।
অমানিনা মানদেন কীর্ত্তনীয়ঃ সদা হরিঃ॥"

হায়বদি—মশাবু নাপীদগীমু হেন্না তোল্লবনি নীংঙদৌবনি,

উপান্দগীস্ব হেন্না খাঙহৈগদৌবনী, মশাবু য়ৌনা তোল্লবনি খন্দ্‌। অতোপ্পা অমবু ঈকাইথুম্নগদৌবনী, অমস্তুং মতমলৈবখিবিক্তা হরিনাম ১স্তং হরিগুণ সকচ-সোঞ্জগদৌবনী। ভাব অসিদা চঙখ্রবদি, বহিরঙ্গ ভক্তগী অহানবা মথাং য়ৌখিদ্‌, মথংসিংনা নামসোনবদা অপাম্বা পোক্লকপদগী মরাইনা প্রেমভাব লাকচগনী।

---

## মহামন্ত্র নাম।

শাস্ত্রনা লেপ্পবিখ্রবা যুগ মরিগী মথল মরিগী তারক-ব্রহ্ম নাম। মাদুদি ঃ—

১। সত্যযুগকী তারকব্রহ্ম নাম ঃ—

নারায়ণ পরা বেদা নারায়ণ পরাক্ষরা।
নারায়ণ পরামুক্তিঃ নারায়ণ পরা গতিঃ॥

২। ত্রেতাযুগকী তারকব্রহ্ম নাম ঃ—

রাম নারায়ণানন্ত মুকুন্দ মধুসূদন।
কৃষ্ণ কেশব কংসারে হরে বৈকুণ্ঠ বামন॥

৩। দ্বাপরযুগকী তারকব্রহ্ম নাম ঃ—

হরে মুরারে মধুকৈটভারে।
গোপাল গোবিন্দ মুকুন্দ শৌরে॥
যজ্ঞেশ নারায়ণ কৃষ্ণ বিষ্ণো।
নিরাশ্রয়ং মাং জগদীশ রক্ষ॥

৪। কলিযুগকী তারকব্রহ্ম নাম :—

হরেকৃষ্ণ হরেকৃষ্ণ কৃষ্ণকৃষ্ণ হরেহরে।
হরেরাম হরেরাম রামরাম হরেহরে॥

ব্যাস অবতার শ্রীল বৃন্দাবনদাস ঠাকুর মহাশয়না বৈষ্ণবকী মঙাঙুবা বেদ "চৈতন্য ভাগবত" তা নাম অসি জপ তৌগদৌবা ওই ১ম্বং সক-সোঞ্জগদৌবা ওই হায়বা মাহুগী মরীদা মহাপ্রভুগী আদেশ ১ম্বং উপদেশ (পাউতাক) মথাদা ইরক্লিবা মওংদা তাকপিরম্লে।

"আপন সভারে প্রভু করে উপদেশে।
কৃষ্ণনাম মহামন্ত্র শুনহ হরিষে॥
হরেকৃষ্ণ হরেকৃষ্ণ কৃষ্ণকৃষ্ণ হরেহরে।
হরেরাম হরেরাম রামরাম হরেহরে॥
প্রভুবলে কহিলাম এই মহামন্ত্র।
ইহা জপ গিয়া সবে করিয়া নির্ব্বন্ধ॥
ইহা হ'তে সর্ব্বসিদ্ধি হইবে সবার।
সর্ব্বক্ষণ বল ইথে বিধি নাহি আর॥
দশে পাঁচে মিলি নিজ দ্বারেতে বসিয়া।
কীর্ত্তন করহ সবে হাতে তালি দিয়া॥ -
হরি হরয়ে নমঃ কৃষ্ণ যাদবায় নমঃ।
গোপাল গোবিন্দ রাম শ্রীমধুসূদন॥
কীর্ত্তন কহিল এই তোমা সবাকারে।
স্ত্রীয়ে পুত্রে বাপে মিলি কর গিয়া ঘরে॥

প্রভু মুখে মন্ত্র পাই সবার উল্লাস।
দণ্ডবৎ করি সবে চলে নিজ বাস॥
নিরবধি সবে জপ করে কৃষ্ণনাম।
প্রভুর চরণ কায় মনে করি ধ্যান॥
সন্ধ্যা হইলে আপনার দ্বারে সবে মেলি।
কীর্ত্তন করেন সবে দিয়া করতালি॥
এইমতে নগরে নগরে সংকীর্ত্তন।
করাইতে লাগিলেন শচীর নন্দন॥

চৈতন্য ভাগবত মধ্যখণ্ড অধ্যায় ২৩গুবা।

কৃষ্ণদাস কবিরাজ গোস্বামীনা কাম ১স্থং প্রেমগী থ্যেন্নবা মওং মতৌ অশ্নম লেংবিরম্লে। মাহুদি :—

"সাধন ভক্তি হইতে হয় রতির উদয়।
রতি গাঢ় হৈলে তার প্রেম নাম হয়॥
আত্মেন্দ্রিয় প্রীতি ইচ্ছা তাকে বলি কাম।
কৃষ্ণেন্দ্রিয় প্রীতি ইচ্ছা ধরে প্রেম নাম॥
কামের তাৎপর্য্য নিজ সম্ভোগ কেবল।
কৃষ্ণসুখ তাৎপর্য্য প্রেম মহাবল॥"

চৈতন্যচরিতামৃত মধ্যলীলা ১৯গুবা পরিচ্ছেদ।

হায়বদি :—

"ভজন ভক্তিদগী ওইরৈ রতি পোক্লকফম।
রতি মপুং ফারক্লগা কৌনৈ মমিং প্রেম॥

মশা-ইন্দ্রি প্যেম্নবা নীংবা মাহ্ন হায় কাম।
কৃষ্ণ-ইন্দ্রি প্যেম্নবা নীংববু প্রেম-নাম ॥
কামগী ভাবার্থ নীংবা মশাগী মুংঙাইবা।
কৃষ্ণসুখগী ভাবার্থ প্রেম পাঙ্গনবা ॥"

ভগবান শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রগী সৎ, চিৎ, আনন্দ হায়বা স্বরূপ (মূর্ত্তি) অহুম অসি থোকই। অদুগা হ্লাদিনী (মুংঙাইরবী), সন্ধিনী (অমত্তা ওইবী) অমসুং সংবিৎ (জ্ঞান) অহুম্মক অসি মহাক্কী শক্তি ওইররী ভগবানগী হ্লাদীনী শক্তি অসিদগী প্রেম পোক্লকই। প্রেমগী থমথেংবীতনা "ভাব" ওইরৈ। ভাবকী অরোইবা ফীভমতনা "মহাভাব" ওইরৈ। মহাভাব অসিমক শ্রীরাধিকাগী স্বরূপ নী। অন্তরঙ্গ ভক্তশিংনা শান্ত, দাস্য, সখ্য অমসুং বাৎসল্য ভাব মথং২ লাম্থোকখিদ্রা মধুর নত্রগা মহাভাবতা

**মহাভাব অমসুং রসরাজ-উপাসনা**

শুদ্ধংগী। ভাব অসিদা মথনবু রাধিকা স্বরূপ মকনি নীংজদ্রা শ্রীকৃষ্ণবু মপুরোইবগী ভাবতদা ভজন তৌবগী মমিং "মধুরভজন" কৌনখ্রে। মধুরভজনগী অতোপ্পা মমিং "গোপীভজন" নত্রগা "রসরাজ উপাসনা" কৌয়ে। গোপীশিংনা মশাগী ওইজবা থাদোকত্লা রাধাকৃষ্ণ যুগলবু উনহল্লগা মুংঙাইবা পোকপিখী। মরম অসিনা ভজন অসি মশাগী য়েংদবা অমসুং মধুর ভাব ওইখ্রে। ভজন অসি তাল্লিবা সাধকনা ঈহান হানবদা "কৃষ্ণমন্ত্র দীক্ষা" ফংবিবা গুরুগী পদাশ্রয় লওবিদ্রা শ্রীধাম নবদ্বীপকী "যোগপীঠ" দা চওজনবা

অষ্টমহান্তগী কনাগুম্বা মহান্ত অমা ১স্তুং অষ্টগোস্বামীগী কনাগুম্বা গোস্বামী অমগী আশ্রয় মথং২ তাঙ্গদ্রা "শ্রীশ্রীগৌর-নিত্যায়ন-চিংবা" ভজন তৌবিগনী। অচমতুং সাধকী মঞ্জরী সখীনা, গুরুরূপা মঞ্জরী সখীগী অনুগা ওইনা শ্রীধাম বৃন্দাবনগী "যোগ-পীঠ" চঙজনবা অষ্টসখিগী কনাগুম্বী সখী অমা, ১স্তুং অষ্টমঞ্জরীগী কনাগুম্বী মঞ্জরী অমগী অনুজ্ঞা মথং২ তানবিদ্রা। "শ্রীশ্রীকৃষ্ণ-চন্দ্রজীউনচিংবা" সাধন মথং২ তৌজগদৌবা ওই। (ভজন প্রণালীনচিংবদি সাধুসঙ্গদগী পোক্লকদৌবনী)।

শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুনা শ্রীরূপ গোস্বামীগী মকমদা মখাদা ইরক্লিবা অসিগী মওংদা "ধর্ম্মতত্ত্ব" শিক্ষা তৌবিখী (তাকপিখী)। মাস্থদি ঃ—

"কৃষ্ণনিষ্ঠা তৃষ্ণাত্যাগ শান্তের দুইগুণ।
পরব্রহ্ম পরমাত্মা কৃষ্ণে জ্ঞান প্রবীণ॥
কেবল স্বরূপ জ্ঞান হয় শান্ত রসে।
পূর্ণৈশ্বর্য্য প্রভু জ্ঞান অধিকহয় দাস্যে॥
মমতা অধিক কৃষ্ণে আত্ম সম জ্ঞান।
অতএব সখ্য রসে বশ ভগবান॥
আপনাকে পালক আর কৃষ্ণে পাল্য জ্ঞান।
চারি রসের গুণে বাৎসল্য অমৃত সমান॥
মধুর রসে কৃষ্ণনিষ্ঠা সেবা অতিশয়।
সখ্যের অসঙ্কোচ লালন মমতাধিক্য হয়॥

কান্তভাবে নিজ অঙ্গে করান সেবন।
অতএব মধুর রসে হয় পঞ্চগুণ॥

শ্রীচৈতন্য চরিতামৃত।

চৈতন্যচরিতামৃতদা শান্ত, দাস্য, সখ্য, বাৎসল্য ১সুং মধুররস ভাব মওামক অসিগী দৃষ্টান্ত (খুদ্দম) মখাদা ইরব্রী :—

* শান্তভক্ত নব যোগীন্দ্র সনকাদি আর।
দাস্যভাব ভক্ত সর্ব্বত্র সেবক অপার॥
সখ্যভক্ত শ্রীদামাদি পরে ভীমার্জ্জুন।
বাৎসল্য ভক্ত মাতা পিতা যত গুরুজন॥
মধুর রসের ভক্ত মুখ্য ব্রজের গোপীগণ।
মহিষীগণ লক্ষ্মীগণ অসংখ্য গণন॥

শ্রীচৈতন্যচরিতামৃত মধ্যলীলা।

মহাপ্রভুনা গোদাবরী মপান্দা বিদ্যানগরগী রামানন্দরায়গী †

---

* কৃষ্ণদাস কবিরাজ গোস্বামীনা হায়রিবা, "স্ত্রীসঙ্গী এক অসাধু কৃষ্ণাভক্ত আর" (মধ্যলীলা ২২শুবা তাক্কক) ; হায়বদি—মুপী সঙ্গতদা মায়পুনথবা মহাক অদো অসাধু অমা নী, ১মুং কৃষ্ণভক্তি লৈথিত্রবা মহাক অদুম্ অসাধু অমা নী। মরম অসিনা মখোয় অসে শান্তভক্তগী মওংদা শীংথানদে।

† রামানন্দ সঙ্গ—রামানন্দ রায় (শূদ্র) উরিষ্যা রাজা প্রতাপ রুদ্রগী মন্ত্রী ওইবিরম্বদগী মমৈদা বিদ্যানগর লমদমগী রাজ প্রতিনিধি ওইরিবী। মহাক অসে দাক্ষিণাত্যগী মন্থংদা ধর্মনিষ্ঠ ওইথবা ভক্ত অমা নী হায়না সার্ব্বভৌম পণ্ডিতকী য়াথীদগী মহাপ্রভুনা তাবা ফংখিদ্রা।

রাহৈনা জীববু মথাদা ইরিবা অস্মুম্না ভজনপদ্ধতি (লাইনীং পথাপ) তাকপিরম্নে। মাহুদি ঃ—

× × × ×

প্রভু কহে ইহ বাহ্য আগু কহ আর
রায় কহে কৃষ্ণে কর্ম্মাপণ সাধ্য সার॥
প্রভু কহে ইহ বাহ্য আগু কহ আর।
রায় কহে জ্ঞানমিশ্র ভক্তি সাধ্য সার॥

---

প্রভুগী হুদিলকাম্নুংদা মাহু চেংনা য়েপছিনবিথী। রামানন্দ, মাধবেন্দ্র-পুরীগী শিষ্য রাঘবেন্দ্রপুরীগী শিষ্য নী, অমসুং ভবানন্দগী মচানীপা অহন নী। মহাকী মনাও গোপীনাথ, কলানিধি, সুধানিধি অমসুং বাণীনাথ কৌবা মচিম্মনাও মরিমক অসে, রাজসরকারগী ফম্নাইবা অচৌবা ওইবিরম্মী অমসুং প্রভুগী থমথোংবা অনুরক্ত ভক্ত অমা মঙ্কনী। প্রভুনা নীলাচলদগী নৃসিংহ ক্ষেত্র থুংবিরদুনা শ্রীশ্রীনৃসিংহ দেব দর্শন তৌবী। মাহুদগী শম্নোকখিদুনা গোদাবরী রাংমদা স্নান তৌদুনা প্রেমাবেশতা বিভোর ওইবিরিবৈগী কাল অদুমক্তা রামানন্দ দোলাই তোংদুনা, বাজনা য়েদুনা, মনাই মসনগা লোয়ননা স্নান তৌবা লাকপী। মহাক স্নান লোইরবা মতুংদা হেক য়েংথোকখিবা মক্তা, গোদাবরী তোর্বান ছেকচাইথক্তা সণাহিংবা মচুগী ওইথোকত্রবা নংলবা মূর্ত্তি অমা ওইনা উবিখিদুনা চয় চয়না চঙছিল্লকত্না ভক্তি কংপিরে। প্রভুনা কনানো,—করিনো, পরিচয় হংবিরকপদা "ননাই তোমবা শূদ্রমচা রামানন্দ নী" হায়না পাউথুংবিথী। প্রভু অমুক থীরবা তৌদনা মহাকপু আলিঙ্গন তৌবিদুনা মপু মনাই প্রেমাবেশতা মূর্চ্ছা ওইবিথী (মাঙখি)। অদুগ তৌনা মপু মনাই মথংং ভক্তিতত্বগী খানাপ তৌনবিথী।

প্রভু কহে ইহ বাহ্য আগু কহ আর।
রায় কহে জ্ঞানশূন্য ভক্তি সাধ্য সার॥
প্রভু কহে ইহ হয় আগু কহ আর।
রায় কহে প্রেম ভক্তি সর্ব্বসাধ্য সার॥
প্রভু কহে ইহ হয় আগু কহ আর।
রায় কহে দাস্য প্রেম সর্ব্বসাধ্য সার।
প্রভু কহে ইহ হয় কিছু আগু আর।
রায় কহে সখ্য প্রেম সর্ব্বসাধ্য সার॥
প্রভু কহে ইহোওম আগু কহ আর।
রায় কহে বাৎসল্য প্রেম সর্ব্বসাধ্য সার॥
প্রভু কহে ইহোওম আগে কহ আর।
রায় কহে কান্ত ভাব প্রেম সাধ্য সার।
× × × × × × × ×

শ্রীচৈতন্যচরিতামৃত।

## শ্রীগৌরাঙ্গগী মমাংথাগী ইতিহাস।

দ্বাপর যুগকা মরী লৈননা হায়রুবা তারবদি, মথাদা ইরক্লিবা অশুম্মা হায়রুবা ম্নাই :—

পর্জ্জন্য

১ ধরানন্দ, ২ ধ্রুবানন্দ, ৩ উপানন্দ, ৪ অভিনন্দ, ৫ নন্দ, ৬ সুনন্দ, ৭ শুভানন্দ

নন্দ — কৃষ্ণ

দ্বাপর যুগতা পর্জ্জন্য গোপগী মচানীপা তরেৎখক পোক্খী। পর্জ্জন্য গোপ অসিমক শ্রীহট্টদা (সিলোত্তা) লাকত্না জন্ম ওইবিরৈ।

"পর্জ্জন্য নামেতে কৃষ্ণের পিতামহ।
শ্রীহট্টে জন্মিলা আসি পঞ্চপুত্র সহ॥"

ভক্তমাল গ্রন্থ।

বৈষ্ণবগ্রন্থ "ভক্তমাল" গী মত-তা নীলকণ্ঠ মিশ্রবু পর্জ্জন্য নি হায়না লওনবা য়াই; অমস্থং জগন্নাথ মিশ্রবু দ্বাপরগী গোপরাজ নন্দনি হায়না লওনফম থোকই; শচীদেবীবু যশোদা নি হায়না মিংথোন থোনবা য়াই।

"সুমুখ নামেতে গোপ শ্রীযশোদা পিতা॥
নীলাম্বর চক্রবর্ত্তী পিতা শচীমাতা॥
যশোদা মাতার মাতা পাটলা নামিনী।
শচীমাতার মাতা নীলাম্বরের ঘরণী॥"

ভক্তমাল গ্রন্থ।

শ্লোক অসিদগী অসিমক্তা খঙৈ, মাহুদি যশোদাগী পিতা (মপা) সুমুখ কৌবা গোপ অদো শচীমাতাগী পিতা নীলাম্বর চক্রবর্ত্তী ওইনা জন্ম ওইবিরৈ। যশোদা মাতাগী মাতা পাটলা কৌবী অদুনা শচীমাতাগী মাতা নীলাম্বরগী রমণী ওইনা জন্ম ওইবী।

বৈষ্ণবশিংনা চৈতন্যদেববু লৌচিং-অমত্তা ওইনা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী দেহ অনিমগী পুন্থিনবা নত্রগা পূর্ণাবতার নি হায়না লেপ্পবী।

মরম অসিনা শ্লোক অমসু বৈষ্ণব সম্প্রদায়গী মনুংদা চৎনদ্রা লৈরী। মাহুদি :—“অন্তঃকৃষ্ণো বহির্গৌর।” হায়বদি মনুংদা কৃষ্ণ মপাম্বোংদা গৌরমূর্ত্তি ওইবতনী। হিন্দু-সমাজ মরক্তা চৈতন্যদেবগী মরমদা অয়াম্বা মতভেদ উবা ফংনৈ। মরমদি ভারত-বর্ষদা মহৌশা সনাতন হিন্দুধর্ম্ম চৎলকপদগী মমৈদা বৌদ্ধ, যবন ১মসুং তান্ত্রিক-শিংগী ওৎ-নৈবদা ভারতকী ধর্ম্মভাব পুমলুপ লুপখিগদৌবগুম তৌরকখী। তাম্ফম অসিদা, বৈষ্ণব সম্প্রদায়গী অযাম্বা ভক্ত-শিংনা চৈতন্যচন্দ্রবু সংশংবা ঈশ্বর নত্রগা পূর্ণাবতার নি হায়না স্বীকার তৌনবী (য়ানবী) *। অমরোমদনা শাক্ত ১মসুং অতোপ্পা সম্প্রদায়গী মীশিংনা মাহাকপু সাধুভক্ত ১মসুং ধর্ম্মপ্রচারক নত্তনা অতৈ অমা হায়বিনীংদে। মরম অসিদগী নবদ্বীপকী মহারাজ কৃষ্ণচন্দ্রগী য়াথংদগী গৌরাঙ্গ অবতারগী মরমদা সভা অমা ফম্বিখিদ্রা মথাদা ইরল্লিবা অসুম ব্রারেপ্পবী। মাহুদি :—

“চৈতন্যো ভগবদ্ভক্তো ন চ পূর্ণো ন চাংশকঃ।”

হায়বদি চৈতন্যদেব অসি গুপ্পগী ভগবানগী ভক্ত অমনী, মহাক

**পূর্ণাবতার।**

---

* কবিরায় শেখর, বিদ্যাপতি, চণ্ডীদাসনচিংবা মহাত্মাশিং অসি কাল অদুগী বৈষ্ণবপন্থী ওাকমক্তনী। মথোয়গী মতুংদা চন্দ্রশেখর, পুণ্ডরিক, বিদ্যানিধি, অদ্বৈত, হরিদাসনচিংবা বৈষ্ণবশিং অসি, পাষণ্ডী-শিংগী অকনবা ওৎ নৈবদা খাঙুঙমখিদবদগী পুক্নীং হকচাং অমত্তা ওইনা ঈশ্বরগী মফমদা বৈষ্ণব ধর্ম্ম প্রচারগী দময় প্রার্থনা তৌবিখী। জগৎপিতা জগদীশ্বর ভক্তগী অন্নাবদা নীংঙাইদনা লৈবা তৌবিখিদে। মতম খুন্নবগী মতুংদা ভারতাকাশদা চৈতন্যচন্দ্র ওাহোকপিরকখী।

পূর্ণাবতার নত্রগা অংশাবতার শুপনৎ-নত্তে। ম্বারেপ অসিগী মতুংদা, বৈষ্ণব ভক্তশিংগী মরক্তগী অয়াম্বা শাস্ত্র হৈখ্রবা পণ্ডিত অমনা চৈতন্যদেবগী ঈশ্বরশক্তি লেপ্পবগী মরমদা অনন্তসংহিতা, মহাভারত, গীতানচিংবা গ্রন্থদগী মথন্মখা অয়াম্বা শাস্ত্রগী প্রমাণ উৎপিখিদ্না, মথক্কী শ্লোক্কী ওন্নতৈনবা ব্যাখ্যা তৌবিখিবদগী মহাক্কী মশাদা ঈশ্বরশক্তি লৈহনবা তাখিদ্না পূর্ণাবতার নি হায়না লেপ্পবিখ্রে।

মহারাষ্ট্রগী ব্রাহ্মণ দিগ্বিজয়ী বৈদান্তিক মহাপণ্ডিত ১মুং কাশীধামগী শিষ্য লিশীং তরাগী গুরুদেব ভারতপুম্বগী ঈরাৎনফম ওইখ্রবা প্রবোধানন্দ সরস্বতীনা মহাপ্রভু অসিগী মরিদা হায়বিরম্নে। মাহুদিঃ—

"অহো ন হুর্লভা মুক্তি ন চ ভক্তিঃ সুহুর্লভাঃ।
গৌরচন্দ্র প্রসাদস্তু বৈকুণ্ঠেঽপি সুহুর্লভঃ॥"

ওস্লোকপনি (ভারত অসিদা) মুক্তিস্থু ফংঙমদবা নত্তে, ভক্তিস্থু থোইনা ফংঙমদবা থোক্তে; তৌইগুম্বসুং গৌরাঙ্গগী থৌজান অসিদি বৈকুণ্ঠমক্তদা য়ৌনা ফংঙমদ্রিবনী।

মথক্কী প্রবোধানন্দ সরস্বতী মহাশয়না মহাক্কী শ্রীচৈতন্য চন্দ্রামৃত গ্রন্থদা ইবিরম্নে। মাহুদি :—

"হে সাধবঃ সকলমেব বিহায় দূরা।
গৌরাঙ্গচন্দ্র চরণে কুরুতানুরাগম্॥"

হে সাধুশা! নখোয়না লৈবখিবিক থাদোকত্না গৌরাঙ্গ চরণ চঙজো।

কাল অতুদা বঙ্গদেশকী অথোইবা নৈয়ায়িক পণ্ডিত, উড়িষ্যারাজা প্রতাপরুদ্রগী সভাপণ্ডিত, মহামহোপাধ্যায় বাসুদেব সার্ব্বভৌম মহাশয়না শ্রীচৈতন্যব স্বয়ং ভগবান অবতারমকনি খঙবিখিবদগী মথাদা ইরক্লিবা শচীসুতাষ্টক শ্লোক অসিনা শ্রীগৌরাঙ্গদেবগী বন্দনা তৌবিখ্রে। মাহুদি ঃ—

*উজ্জ্বল বরণ গৌরবর দেহম্।
বিলসতি নিরবধি ভাব বিদেহম্॥
ত্রিভুবন পাবন কৃপয়া লেশম্।
তং প্রণমামি চ শ্রীশচীনন্দনম্॥

অরুণাম্বর ধর সুচারু কপোলম্।
ইন্দুবিনিন্দিত নখচয়-রুচিরম্॥
জল্পিত নিজগণ নাম বিনোদম্।
তং প্রণমামি চ শ্রীশচীতনয়ম্॥

বিগলিত-নয়ন-কমল জলধারম্।
ভূষণ-নবরস-ভাব-বিকারম্
গতি অতি মন্থর নৃত্য বিলাসম্।
তং প্রণমামি চ শ্রীশচীনন্দনম্॥

চঞ্চল চারু চরণ গতিরুচিরম্।
মঞ্জির রঞ্জিত পদযুগ মধুরম্॥
চন্দ্র বিনিন্দিত শীতল বদনম্।
তং প্রণমামি চ শ্রীশচীতনয়ম্॥

ভূষণ-ভূরজ অলকাবলিতম্।
কম্পিত বিম্বাধরং বর রুচিরম্॥
মলয়জ বিরচিত উজ্জ্বল তিলকম্।
তং প্রনমামি চ শ্রীশচীনন্দনম্॥

নিন্দিত অরুণ কমল দল নয়নম্।
আজানুলম্বিত শ্রীভূজযুগলম্॥
কলেবর-কৈশোর নর্ত্তক বেশম্।
তং প্রণমামি চ শ্রীশচীতনয়ম্॥

× × × × ×

গৌরপ্রেমিক ১স্নং ভাবক বৈষ্ণবশিংনা শ্রীগৌরাঙ্গগী গউর বরণ (কুচু ঙৌবা)গী মরিদা অঙ্গম লেপ্পে মাহুদি—শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রনা শ্রীধাম

**গৌরবর্ণ ধারণ।**

বৃন্দাবনগী লমদম-মন্নুংদা গৌরাঙ্গিনী (কুচুঙৌবী) ব্রজাঙ্গনাশিংগা (ব্রজরমণী-শিংগা) লোয়নন জগোয় সাবিথী, মছাক্না অতুমওইবী গৌরাঙ্গিনী ব্রজরমণীশিংগী অতৎপা নৈতবা দৃঢ়ালিঙ্গনদা সন্নথিবগী মহয়না শ্রীধাম নবদ্বীপতা "গউর অঙ্গ" ওইনা অবতার তৌবিরকখ্রে।

দ্বাপর যুগতা শ্রীকৃষ্ণনা মথবাক্তা ভৃগুপদ-চিহ্ন ধারণ তৌবিখিদ্না ( থম্বিখিদ্না ) ব্রাহ্মণগী মফমদা সম্মান উৎপিখিরম্বা,

**ব্রাহ্মণ সম্মান।**

মতৌ অতুম শ্রীগৌরাঙ্গস্থ গয়াধাম তান্না লেঙবা ল-মদাংদা অরুম হওদ্না হকচাং ঈন্নবদগী ব্রাহ্মণগী পাদোদক ( খোঙজুম ) থক্লবদগী আনা

লাইকোকথিদ্না ব্রাহ্মণগী পাদোদক-মাহাত্ম্য অসী ওস্থোকনা চাউনা থাঙ্গৎপিরম্মী।

বাঁশী ১স্তুং খোময়া পাত্র।

দ্বাপরদা শ্রীকৃষ্ণগী খুৎস্বান্দা বাঁশীনা লৈতেংখী, বাঁশী অসিগী চাংদম ১স্তুং মওং খ্যেন্নবগী মতুং ইন্না তোংঙান তোংঙানবা মমিং থোনখী *। শ্রীকৃষ্ণগী বাঁশী অসি মহাপ্রভুনা চিংছিনবিথিবদগী ছকড়ি চট্টোপাধ্যায়গী ঔরসনা শকাব্দ ১৪১৬ কী চৈত্র থাদা কুলিয়াদা “বংশীবদন দাস” ওইনা জন্ম ওইখী। মাহুদি :—

“পাটলীর বাস ছাড়ি তেঁহ কুলিয়ায়।
বাস করিলেন আসি আপন ইচ্ছায়॥”

× × × × ×

* টীকা— খুদোন মথাম্ব চাংদম থাপ্পনা, খুদোন মথায় লাওবা মথুন নীপান পানবা, মচৌনগী মথুম্না খুদোন অমা লাওবা, মকোক্না খুদোন মরি, মমৈয়না খুদোন অহুম খাকপা, মাহুগী মমিং “বাঁশী” কোয়ে। বাঁশী মচৌনগী মথুন অহু বাঁশীগী অরোইবা মথুন্দগী খুদোন তরা থাপ্পবা বাঁশী অহুগী মমিং “মহানন্দা” কৌনৈ। মতৌ অহুম অরোইবা মথুন্দগী মচৌনগী মথুন অহু খুদোন তরানীথোই লাপ্পরবদি বাঁশী অহুগী মমিং “আকর্ষণী” (নাক্তা চিংছিনবী) হায়নৈ। আকর্ষণী বাঁশীগী অতোপ্পা মমিং “হৈমী” নত্রগা “স্বর্ণময়ী” হায়নস্থ কৌনৈ। মতৌ অহুম অরোইবা মথুন্দগী মচৌনগী মথুন অহু খুদোন তরামরি লাপ্পবা থোক্লবদি বাঁশী অহুগী মমিং “আনন্দিনী” (নুংঙাইহনবী) কৌনৈ। অহুম ওইবা ওয়ানা সাবা আনন্দিনী বংশী অসিগী অতোপ্পা মমিং “বৈণব” হায়নস্থ কৌনৈ।

"চৌদ্দশত ষোল শকে মধুপূর্ণিমায়।
বংশীর প্রকটোৎসব সর্ব্বলোকে গায়॥"

শ্রীবংশী শিক্ষা।

কনা অমনা হায়নৈ শ্রীকৃষ্ণগী অস্নুম ওইবা বাঁশী অসিনা পূর্ব্বীং, হকচাং ১স্নুং থোৱায় লাকছিন্নবগী দমক শ্রীগৌরাঙ্গগী চৈচ্ছু মওং ওইনা শীজিন্নখী। শ্রীকৃষ্ণগী দোহনভাণ্ডনা (খোময়া পাত্রনা) শ্রীগৌরাঙ্গদেবগী কমণ্ডলু (য়ুবী থুজাই) ওইনা চৎনখী।

## শ্রীবিষ্ণুপ্রিয়া পরিবার।



ঈকোন কোনবা ছূরোন মরিশুবা অসিগী পু তরেৎ অসিদগী অমুক মছামরেং কয়া২ খাইথখিদ্রা হৌজিক ছূথাংগী ছূথাং শ্রীকামিনীকুমার গোস্বামী ভক্তিরত্ন মহাশয়না "শ্রীশ্রীনবদ্বীপচন্দ্র মহাপ্রভু" গী সেবাইত ১সুং সত্বাধিকারী ওইবিরী। (লাঃ ২২-২৪ য়েংবিয়ু)।

---

## মঙাশুবা অধ্যায়।

## শ্রীশ্রীকৃষ্ণচৈতন্য শরণম্।

বন্দে গুরুণীশভক্তানীশমীশাবতারকান্।
তৎপ্রকাশাশ্চ তচ্ছক্তীঃ কৃষ্ণচৈতন্য সংজ্ঞকম্॥

মন্ত্রপীবা গুরু ১সুং শিক্ষাগুরুশিংবু, শ্রীবাসনচিংবা ঈশ্বরগী ভক্ত মরূপ্প, শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য কৌবা ঈশ্বরবু, শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যনচিংবা মহাক্কী অবতার (শাইওং) শিংবু, মহাকনা প্রকাশ তৌবিরিবা শ্রীনিত্যানন্দনচিংববু ১সুং মহাক্কী শক্তি চঙলিবা শ্রীগদাধর পণ্ডিতনচিংববু ঐনা খুরুমজরী।

## শ্রীমন্নিত্যানন্দ।

বীরভূম জেলাগী লুপলাইনদা লৈবা বল্লভীপুর ষ্টেশনগী মনাক একচক্র নত্রগা একচাকা গ্রামদা (খুঙ্গংদা) শকাব্দ ১৩৯৫ গী মাঘী শুক্লা (নিংথাং) ত্রয়োদশী তিথিদা শ্রীমন্নিত্যানন্দ

প্রভু জন্ম ওইবিরৈ। মহাক্কী মপাক্সুংগী মমিং হাড়াই পণ্ডিত জন্ম। নত্রগা হাড়ুওঝা, অহুগা মমাঠৌরাণীগী মমিংনা পদ্মাবতী, মপাপোকপা মবুধোনা সুন্দরামল্ল বাড়ুরী হায়না কৌনৈ। মখোয় অসে শাণ্ডিল্য গোত্রগী রাঢ়ীশ্রেণীগী ব্রাহ্মণ নী। শ্রীভক্তমাল গ্রন্থগী করিগুম্বা মফমদা হাড়াই পণ্ডিতকী অতোপ্পা মমিং শ্রীমুকুন্দ ঠাকুর হায়নস্থ পল্লম্বা লৈ। হাড়াই পণ্ডিত নত্রগা হাড়ুওঝা ১স্নুং মুকুন্দঠাকুর কৌবা মমিং অহুম অসিগী মরক্তা কৌনমিং অমদি শোয়দনা লৈরক্ষম থোকই। অওইমক্কী হায়রুবদা হাড়াই পণ্ডিত ১স্নুং মুকুন্দ ঠাকুর কৌবসে মীওই অমত্ত নী, হীরম অসিদা চিংনরুক্ষম্ করি অমত্তা লৈতে মাহুদি :—

"তার মাতা পিতা পদ্মাবতী শ্রীমুকুণ্ড।
রাঢ়ে স্থিত যাহার গৃহেতে পূর্ণচন্দ্র ॥"

শ্রীভক্তমাল গ্রন্থ।

শ্রীমন্নিত্যানন্দ প্রভুগী আবির্ভাবকী মতম অসি মথাগী শ্লোক অসিনা সমর্থন তৌবিরী ( য়োকখৎপিরী )। মাহুদি :—

"তের শত পঁচানব্বই শকে মাঘ মাসে।
শুক্লা ত্রয়োদশীতে রামের পরকাশে ॥"

অদ্বৈত প্রকাশ গ্রন্থ।

শ্রীমন্নিত্যানন্দ প্রভু ঈহান হানবদা চহী তরানীথোক্ট বয়স কাওবা মহাক্কী শঙ্গায়দা লৈবী। অহুমতুং নোংমগী মুমিত্তা সন্ন্যাসী অমথক লাকত্তা হাড়ুওঝাগী মফমদগী প্রভুবু ভিক্ষা

ওইনা নিবিরথী। মতাং অসিদা করি করিগুম্বা প্রমাণ চাখ্রবা বৈষ্ণব গ্রন্থদা সন্ন্যাসী অসিবু শ্রীগৌরাঙ্গগী ময়াম্বুং অহল বিশ্বরূপ মকনি হায়না ল্যেপ্পবিখ্রে। মপাবুং, মমাঠৌরাণী অনিমকনা নিত্যানন্দবু কদৌম্বুংদম্ব শঙ্গায় মপান থোকহনখিদে। মরম অসিদগী অহানবমক্তা সন্ন্যাসীনা মচাইবুংঙোবু নিজবদা ব্রাহ্মণ মতৈমনাওগী মশাপুম্বা তু-থ্যাও চুংনা তনিক তনিকথী। তৌইগুম্বম্বুং সন্ন্যাসীগী শিরাপ কিবদগী ওইরবম্ব নত্রগা করিগুম্বা মরমদগী ওইরবম্ব, মপোক অসিমগী দমক থৌরায়মক্তা মাম্নখ্রবা মচাইবুংঙোবু সন্ন্যাসীগী মখুত্তা শিন্নবিখ্রে। সন্ন্যাসী অদো থীল্লম্বা তৌদনা নিত্যানন্দবু পুদ্না লেঙবিখ্রে। নিত্যানন্দম্ব সন্ন্যাসী অসিগা লোয়ননা জন্মস্থান (পোক্লক্ষম) থাদোক্লমদ্না তীর্থকোয়বা লেঙথোকপিখ্রে।

গৃহত্যাগ।

দেশ কোয়বা ১স্বুং তীর্থভ্রমণ তৌবদা, মহাক্না গুপ্পগী পক্কোয়তা কোয়বা অহুগা মহাক্কগী স্বার্থসিদ্ধি (মশাগী নীংথুংবা) ওইবা মাহুতা নৎহিল্লক্কে, মাহুগা লোয়ন লোয়ননা অহুম ওইবা মহাপুরুষশিংনা অহুম২ ওইবা দেশ, তীর্থনচিংবা মক্ষম-লোম কোম্ননা লেঙবিরম্বা, অহুম ওইবা লমদম পুক্লমকম্ব পবিত্র (পুমশেং-শেংবা) ওইরকই। পাপীশিংগা ছোক-সম্নবদগী লমদম অপুম্বা য়োনা কলুষিত ওই (মকছিল্লকই)। মহাত্মা সাধু সন্ন্যাসীশিংগী খুইয়াউফুম্না অহুমওইবা পাপথিবিক মাওহনখিদ্না লমদম পুম্নমক অদো পুম্নশেং শেংলক্কই। নিত্যানন্দ প্রভুনা

দেশ কোয়বা ১স্বুং তীর্থভ্রমণ।

চহী ২০ কাওনা মথংং২ ওইনা তীর্থ ভ্রমণ তৌবিরুদ্না বোম্বাই প্রদেশকী পাণ্ডারপুর কোবা তীর্থস্থানদা মাধাচার্য্যগী মফমদা মন্ত্র লওবী। বৈদ্যনাথ, গয়া, প্রয়াগ, কাশী, হস্তিনাপুর, দ্বারকা, কুরুক্ষেত্র, প্রভাস, নৈমিষারণ্য, অযোধ্যা, হরিদ্বার, দ্রাবিড়, বদরিকাশ্রম, সেতুবন্ধ রামেশ্বর, শ্রীপর্ব্বত, মলয়পর্ব্বত, ব্যাস আলয় নন্দীগ্রাম, ঋষ্যপর্ব্বত, মহেন্দ্র পর্ব্বত, মল্লতীর্থ, ধেনুতীর্থ, গোমতী, গোদাবরী, কাবেরী, গণ্ডকী, গঙ্গাসাগর নত্রগা সাগর-সঙ্গম আসনচিংবা অয়াম্বা দেশ ১সুং শওম-কৈ-শামুনা-থল্লবা অয়াম্বা চীং মান কোয়বা ১সুং অয়াম্বা তীর্থস্নানচিংবা তৌবিরুদ্না হুমিৎ কয়ানিমক্রুম মথুরা বৃন্দাবনদা বাস তৌবিরগা মমৈথংদা নিত্যানন্দ প্রভু শ্রীধাম নবদ্বীপতা নন্দন আচার্য্যগী শঙ্গায়দা অহানবা যুমথুংফম ওইবিরে।

× × × × ×

"হেন মতে দ্বাদশ বৎসর থাকিয়া ঘরে।
নিত্যানন্দ চলিলেন তীর্থ করিবারে॥
তীর্থযাত্রা করিলেন বিংশতি বৎসর।
তবে শেষে আইলেন চৈতন্য গোচর॥"

× × × × ×

শ্রীচৈতন্য ভাগবত।

নিত্যানন্দগী নবদ্বীপতা লেঙলকপগী পাউ অসি শ্রীগৌরাঙ্গ-দেবদি মাওজোনা খংবিখিরম্মী। শ্রীগৌরাঙ্গদেবনা আহানবমক্তা নিত্যানন্দ প্রভুবু উনবিরুনবা শ্রীবাস পণ্ডিতপু নন্দন আচার্য্যগী

শঙ্গায়দা সীবিরকথী। তৌইগুম্বস্নুং মতম অত্থদা শ্রীবাস পণ্ডিত নিত্যানন্দ প্রভুগী দর্শন ফংবিরকখিদে।

**শুভ সম্মিলন।**

মতুংদা শ্রীগৌরাঙ্গদেবনা অয়াম্বা ভক্ত-মরূপশিংগা লোয়ননা নন্দন আচার্য্যগী শঙ্গায়দা স্নাখোঙদাবিরু-বদা মফম অত্থদা শ্রীগৌরাঙ্গগা লোয়ননা শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুগী শুভ সম্মিলন ওইবী (হরাও হরাও উনবী)।

নিত্যানন্দ প্রভুগী পূর্ব্বাশ্রম-নাম (মমাংথাগী মিং) কুবের কৌনরম্মী। মহাকনা শ্রীগৌরাঙ্গদেববু নিত্য আনন্দ (নিতিগী নুংঙাইবা) পীনবী হায়বদগী মহাক্কী মমিং নিত্যানন্দ কৌনখ্রে।

**নিত্যানন্দ অমদি বিশ্বম্ভর ধর।**

গৌরভক্তশিংনা মতৌ অস্নুম নিত্যানন্দ মিংগী ব্যাখ্যা তৌবী। কীর্ত্তন সল্লিঙৈদা চৈতন্যদেব নত্রগা বিশ্বম্ভরনা হেক য়াম্বরকপা কালদা, নিত্যানন্দ প্রভুনা মহাকপু প্রেমালিঙ্গন তৌনা কোঞ্জিনবি হায়বদগী মহাকপু বিশ্বম্ভর-ধর হায়নস্নু কৌনৈ।

চৈতন্য ভাগবত-তা নিত্যানন্দবু "ব্রহ্মবধিয়া" ১স্নুং "মাতা-লিয়া" হায়বিরম্লে। মাত্থগী অর্থদি অসিনী—ব্রহ্মবধিয়া—ব্রহ্ম

**ব্রহ্ম বধিয়া অমদি মাতালিয়া।**

হাৎপা (মী হাৎপা) হায়বদি ব্রহ্ম নত্রগা বেদগী হীরম লাম্থোকখ্রবা মহাক অত্থমক ব্রহ্মবধিয়া—নিত্যানন্দনী। অমস্নুং মাতালিয়া হায়বগী অর্থদা মহাক য়ু থক্লম্মী হায়বা অত্থ নৎহল্লিক্তে। নিত্যানন্দনা প্রেম-মদিরা (প্রেমগী য়ু) থক্লবদগী

ময়াই কাবিথী হায়দ্না মহাকপু মাতালিয়া হায়নখিবতনী, থাঙ্গৈমক শেংনা য়ু থক্রুবা নত্তে।

বৈষ্ণব গ্রন্থগী মফম মফমদা মহাকপু "নিত্যানন্দ-স্বরূপ" হায়বা মিংথোন অসিমস্থু থোল্লম্মে। মসিগী অর্থদি অসিনী, নিত্যানন্দ—নিত্য আনন্দ স্বরূপনী হায়বদি, নিতিগী মুংঙাইবগী মশক্নী।

**নিত্যানন্দ স্বরূপ।**

সন্ন্যাসধর্ম্ম মতুং ইন্না সন্ন্যাসীশিংগী গিরি, পুরী, ভারতী অসিনচিংবা মথন তরাগী উপাধি (ফম) লৈরী। কনাগুম্বশিংনা সন্ন্যাসধর্ম্ম লওরুরগা, হায়খ্রিবা উপাধিশিং অসিগী করিগুম্বা উপাধি অমত্তা ফংবিদ্রিবা, মথোয় অত্তবু "স্বরূপ" হায়নৈ। নিত্যানন্দ প্রভু অসে সন্ন্যাস ধর্ম্ম লওবিরুরগা করিগুম্বা যোগপট্ট (যোগী ফিজেৎ) থোনবিদনা ১স্মুং নিতিগী মথনগী মুংঙাইবা ঈপাক্তা লুপচখিদ্না অমস্থুং করিগুম্বা আশ্রমনচিংবগী (হায়বদি—ব্রহ্মচর্য্য, গার্হস্থ, বানপ্রস্থ, সন্ন্যাসগী) নাপন্দা ফাজিনবা লৈখিদবদগী মহাকপু "নিত্যানন্দ স্বরূপ" হায়নৈ।

সাধুপুরুষশিংনা হওনবী মতুংইন্না দণ্ড (চৈজ্ছু) থাদোকত্না পরমহংস (মওং নাইত্রবা চপমান্নবা উখ্রবা যোগসিদ্ধ সন্ন্যাসী) ওইবী, হায়বসে মথক্তা শ্রীগৌরাঙ্গগী সন্ন্যাস-রারী মতাংদা লেংজখ্রে। অস্নুম ওইবা পরমহংসশিং অসী মথন অনী শুই—

**অবধূত।**

(১) দণ্ডী ১স্মুং (২) অবধূত। চহি তরানীথোই ফাওনা চৈজ্ছু পায়দ্না চৈজ্ছু থাদোক্লিবা মথোয় অদো দণ্ডীসন্ন্যাসী কৌয়ে, অমস্নুং অবধূতি বৃত্তি (শৈবসম্প্রদায়গী

শিল) তৌবিদ্রা পরমহংস ওইবিখ্রবা মথোয় অদো অবধূত পরমহংস ওইবিরৈ। অবধূত অসি মখন মরি থোক্লা থাইদোক্লী। মাহুদি—(১) ব্রহ্মাবধূত, (২) শৈবাবধূত, (৩) হংসাবধূত ১স্নুং (৪) ভক্তাবধূত।

তন্ত্রশাস্ত্রকারশিংনা হায়নৈ, কলিযুগতা বেদদা হৈবা সন্ন্যাসধর্ম্ম লৈত্রে। তন্ত্রদা অহুম ওইবা অবধূত আশ্রমগী হীরম হায়-রম্রিবা, মাহুতনা কলিযুগকী সন্ন্যাস আশ্রম ওইররে। পরমহংস, দণ্ডী ১স্নুং অবধূত আশ্রমগী হীরম মনুসংহিতাগা তরুকশুবা অধ্যায়, সূতসংহিতাগী জ্ঞানযোগ, ১স্নুং মহানির্ব্বাণ তন্ত্রগী তরামরিশুবা পন্দুপ্তা য়েংবিগদৌবা ওই।

মী-মথাং পূম্নমক্কী অবধূত ওইনবগী মতিক ঈরৈ লৈ। তৌইগুম্বস্নুং মপা, মমা, মতিকচাবী মুপী, নত্রগা অঙাং নীপামচ্চা লৈনা কনা অমগুগী অবধূত ওইনবা মতিক লৈতে।

১। অহুম ওইবা অবধূতশিংনা ব্রহ্মমন্ত্র লওবিরিবা, মথোয় অদো "যতি" হায়না কৌনৈ। ২। পূর্ণাভিষেক তৌদ্রা অবধূত ওইবিরিবা মথোয় অদো "শৈবাবধূত" হায়না কৌনৈ। ৩। হংসা-বধূত ওইবিরিবা মথোয়শিং অহুগীদি মীগী দান লওনবা নিয়ম লৈতে। স্ত্রীসংসর্গ (মুপী সম্নবা) হায়বা অসিমা পূময়া য়াথিজ্রবনী। মথোয় অসিগী চাবা য়াবা-য়াদবগী বিচার থ্যেম্নবা নাইদে। ৪। ভক্তাবধূত মখন অনী থোক্লা থাইরী, মাহুদি—
(১) "পূর্ণ ভক্তাবধূত" ১স্নুং (২) "অপূর্ণ ভক্তাবধূত"। পূর্ণ ভক্তাবধূত ওইরিবা মথোয় অহুবু "তুরীয় পরমহংস" কৌনৈ।

অপূর্ণ ভক্তাবধূত ওইরিবা মখোয় অদো "পরিব্রাজক" হায়বা মিংথোন অসিনা ফাওখ্রে।

অবধূতশিংনা পঞ্চতত্ত্ব (হায়বদি—শ্রীগৌরাঙ্গ, শ্রীনিত্যানন্দ, অদ্বৈত, শ্রীবাস ১স্মুং হরিদাস) গী সেবা চঙজদ্না ধর্ম্ম মায়পুনবগী মওংদা ধর্ম্মকর্ম্ম পাঙথোকপিগনী। অবধূতশিংগী মরু কোরুদে, ঈকাইবা ঙাক্লবগী দমক শুপ্পগী কৌপীন মক্তা থ্বানবা য়াই। অবধূতশিংদি সংসারবন্দী নান্থোকখ্রবা, বর্ণাশ্রম-খূদম লৈখিদ্রবা মহাপুরুষ ঙাকমক্তনী। শ্রীমন্নিত্যানন্দ প্রভু কৌবসে সংসার মায়াদা ফাজিনবা লৈখিদে, অমস্মুং মাহুদা অমুক বর্ণাশ্রমগী (জাতিগী) করিগুম্বা খূদমস্মু উবা লৈখিদে, মরম অসিদগী মহাকপু অবধূতনি হায়নৈ।

একচাকা গ্রামদগী ক্রোশ মরি লাপ্পা বর্ত্তমান ময়ুরাক্ষী তুরেন মপান্দা তাবা ময়ূরেশ্বর গ্রামদা চাউখ্রবা অজগর (লাইরেন) অমা লৈরম্মী। লাইরেন অদো মরক মরক্তা য়ৌনা লূম থা-না ঙংলকই; ১স্মুং মাগী মচিঞ্জাক্তী দমক লৈখাক্তী মী অমম্মম চৎলম্মী। নোংমগী স্নমিত্তা মফম অহুগী ব্রাহ্মণ-য়ুম অমগী পালি (লেং) থোক্লরে। অমস্মুং ইস্মুং অহুদগী স্নমিৎ অহুদা কনানা লাইরেন অহুগী মচিঞ্জাক্তী দমক চৎকদগে হায়বা মরম অসিগী দমক য়ৌনা চরাংনবা অমা থোক্লরে।

মৌড়েশ্বর শিবলিঙ্গ।

মখোয় খুদিংনা মখোয় খুদিংমক্তা হায়নরকই, "নখোয় লৈহৌরো, ঐহাকমক লিন অহুগী মচিঞ্জাক ওইনা চৎলে।" অম্মম

তৌরিবৈংগী চৈরক অহুমক্তা, পাউ অসি শ্রীমন্নিত্যানন্দ প্রভুগী ষ্নানাকোংমক্তা তা-বা ফংবিথী। মহাকনা, ব্রাহ্মণ অহুনে ১স্নুং মহাক্তী ঈম্মুং-মহুংগী মী থুদিংমক্তা হায়বিথী "নখোয় নরকুগী কনা অমত্তম্ন চৎলোইদৌবনী, ঐহাকমক্তা চৎলুরগে।" অস্নুম হায়দ্না মহাকনা অজগর লিন অহুগী মনাক তাম্না লেখিদ্না থুংবিরুথী ১স্নুং মশাগী কর্ণকুণ্ডল (নাইন) অহু অজগর অহুগী মকোকৃথক্তা হেক লংবিথী ১স্নুং অহুমুমিত্তগী লিন অদো পৃথ্বীমুংদা লোৎত্না লৈথী। অহুগা নিত্যানন্দ প্রভুগী নাইন অহুনা নূং ওনথী। নূং অসিমক "মৌড়েশ্বর শিবলিঙ্গ" হায়না মমিং ফাওখিদ্না পূজা তৌনবিথী।

নিত্যানন্দ প্রভু অসিমক হরিদাসকা লোয়ননা সংকীর্ত্তন তৌবিখিদ্না, দ্বিজকুল (ব্রাহ্মণ বংশ) দা পোকপা জগাই মাধাই কৌবা মুণ্ডাওবা, লাকওম-ফাওমত্রবা ডাকু অনিথকপু লানবিখিদ্না বৈষ্ণব জগত্তা চাং-দমনীংঙাই লৈত্রবা মিংচৎ থম্বিরম্নে। মসিগী মকত্রবা প্রমাণবু অয়াম্বা বৈষ্ণব পদাবলীনচিংবদা লা-রবা লংলবা ময়েকনা মখাগী সৈরেং অসি ওইনা লেংদ্না থম্বিরম্নে। মাহুদি:—

**জগাই মাধাই উদ্ধার।**

যয় চৈতন্য-নিত্যাই পরমদয়াল,
ভব ভয় ভঞ্জনে অধম উদ্ধারে;
ধন্য ধন্য নিত্যাই পরম দয়াল॥
× × × × ×

(লোঃ ৬১-৬২ স্নেংবিয়ু)।

নিত্যানন্দ প্রভুসু অহানবদা সন্ন্যাস-ধর্ম্ম চৎপিরম্মী, মরম অহুনা মহাক চহীথুদিং আষাঢ়ী পূর্ণিমা তিথিদা ব্যাস পূজা তৌবা তাবিথী। নিত্যানন্দ প্রভুনা ব্যাস পূজা অসিগী মতমদা মহাপ্রভুদা লৈ পরেং হুকপিবা তাম্ফম অহুমক্তা, শ্রীগৌরাঙ্গ দেবনা ষড়ভুজ (পাম্বোম তরুক লোঙবা) শ্রীমূর্ত্তি লওবিথিরম্মী।

**মহাপ্রভুগী ষড়ভুজ মুর্ত্তি।**

মহাপ্রভুগী য়াথংদগী নিত্যানন্দ প্রভু অসি ধর্ম্ম প্রচারগী দমক নীলাচলদগী বঙ্গদেশ তাম্না অমুক হন্দোকপিরকথী অমস্তুং মতম খরদংগী মসুংদা অয়াম্বা নীপা-নুপীবু শিষ্য (সেবক) সেমগৎপিদুনা মশাগী পরিবার মসুং চঙ্খিনবিথী। মতুংদা নবদ্বীপকী অরাং পাংবদা লৈবা শালিগ্রাম কৌবা খুঙ্গংদা সূর্য্যদাস সরখেল পণ্ডিত মহাশয়গী বসুধা ১সুং জাহ্নবী দেবী কৌবী কন্যা অনিথক লুহোংবিথী। মতাং অসিদা কনা অমনা অশুম হায়নৈ, অমবু লুহোংবগী অউম্পোৎ ওইনা লউনবিথী। বসুধাগী গর্ভদা বীরভদ্র নত্রগা বীরচন্দ্র কৌবা মচাইবুংঙো অমা ছাৎপিথী, জাহ্নবী চাবোকখিদে।

**ধর্ম্মপ্রচার ১সুং বিবাহ।**

শ্রীমন্নিত্যানন্দ প্রভুনা খড়দহদা শ্রীপাট সেমগৎপিদুনা শ্রীশ্যাম্-সুন্দর বিগ্রহ স্থাপন তৌবী। মহাক্কী মচানীপা বীরভদ্র অসে বসুধা দেবীগী গর্ভদা থা তরামণা নাউপুখিদুনা হিয়াঙ্গৈ থাগী শুক্লা চতুর্দ্দশী তিথিদা জন্ম ওইবী। বীরভদ্র অসিনা

**বীরচন্দ্র ১সুং গঙ্গাদেবী।**

শ্রীমতী অমসুং নারায়ণী কৌবী শকহেন্নবী কন্যা অনিমক্কা শুভবিবাহ তৌবী। বীরভদ্র-অসি মমা পোক্কবী জাহ্নবী দেবীগী মফমদা দীক্ষা মন্ত্র লওবী। মহাক্কী মচানীপা অহুম পোকই, মমিং (১) রামচন্দ্র, (২) রামকৃষ্ণ, অমসুং (৩) গোপীজনবল্লভ অহুগা কন্যা অমা য়াওই। (১) রামচন্দ্র খড়দহদা লৈবী। মহাক্কী মচা-মছুশিংদি বৃন্দাবন, নবদ্বীপ, খড়দহ, কলিকাতা, ঢাকা, বুতনী, উদ্ধারণপুর, সপ্তগ্রাম অসিনচিংবা গ্রামদা বাস তৌবিরী। (২) রামকৃষ্ণ মালদহদা বাস তৌবী। মহাক্কী মচা-মছুশিংনা বৃন্দাবন, গয়েশপুর, সুদপুর, কানাইডঙ্গা, গোরাবাজারনচিংবা মফমদা বাস তৌবিরী। (৩) গোপীজনবল্লভ লতাদহদা বাস তৌবী। মহাক্কী মচা-মছুশিংনা লতাদহ, নূপুরবল্লভপুর, কোদলা, মোক্তারপুর, আগরতলা, অমসুং যশোহর জেলাদা বাস তৌবিরী। নিত্যানন্দগী মছুনীপা রামচন্দ্রগী মচানীপা রামদেব, কৃষ্ণদেব, রাধামাধব অমসুং বিষ্ণুদেব।

নিত্যানন্দ প্রভুগী কন্যা গঙ্গাদেবীবু মাধব চট্টোপাধ্যায়না বিবাহ তৌবী। মখোয়গী মচানীপা গোপীবল্লভ গোস্বামীগী ধারামথৈ গঙ্গাবংশগী জিরাটকী গোস্বামী হায়না খঙনৈ।

নিত্যানন্দ প্রভুগী অয়াম্বা সেবক-শাখা লৈরম্মী। মাহুগী মরক্তা মহাক্কী তরানীথোই শুবা শাখা (মছা) গী মমিং পল্লক্ষম থোকই। সম্পৎপা মরোলগা লোয়নবা নিত্যানন্দ শিষ্য-শাখাগী

সেবক-শাখা।

মমিং কয়াম্বকুম মথাদা পল্লক্রী। উদ্ধারণ দত্ত, কৃষ্ণদাস, কংসারিসেন, গৌরীদাস,

জগদীশ পণ্ডিত, শিবানন্দ, আত্মারামদাস, কানুরামদাস, কৃষ্ণদাস কবিরাজ গোস্বামী, জ্ঞানদাস, পরমেশ্বর দাস, পুরুষোত্তম, বৃন্দাবন দাস, বাবা আউল মনোহর দাস, বলরাম দাস।

উদ্ধারণ দত্ত অসি বণিকবংশদা শ্রীকরচন্দ্র দত্তগী ঔরসতা ভগবতীগী গর্ভদা শকাব্দ ১৪০৩ দা জন্ম ওইবী। মহাক নৈহাটী রাজাগী দেওয়ান ওইবিরম্মী। মতম অংদা মহাকনা লৈবিরম্বা মফম অহুগী মমিং উদ্ধারণপুর কৌনথী। গ্রাম অসি নৈহাটীগী অরাং পাংবদা লৈরম্মী। মফম অসিদা উদ্ধারণ দত্তনা লিংখৎপিরম্বা মহাপ্রভু ১স্নং নিত্যানন্দ প্রভুগী মূর্ত্তি অনীমা অহু হৌজিককাওনা লাংত্না লৈরী। মহাক অসি পূর্ব্বলীলাদা "সুবাহু গোপাল" ওইবিরম্মী।

**উদ্ধারণ দত্ত।**

গৌরীদাস মুখোপাধ্যায়-বংশদা কংসারি মিশ্রগী ঔরসতা কমলা দেবীগী গর্ভদা জন্ম ওইবী। কংসারি মিশ্রগী অতৈ মচানীপা মঙাথক্কী মমিং দামোদর, জগন্নাথ, সূর্য্যদাস, কৃষ্ণদাস, ১স্নং নৃসিংহচৈতন্য অসিনী। মখোয় অসিগী বাসস্থান দি কালনাগী মনাক অম্বিকা গ্রামদনী। মখোয়গী পূর্ব্বাশ্রম (মমাংথাগী লৈফম) না শালিগ্রাম কৌবা থুক্নংদ নী। গৌরীদাসকী পত্নী মমিংনা বিমলা দেবী কৌই। গৌরীদাস পণ্ডিত অসিনা অম্বিকাদা মহাপ্রভু ১স্নং নিত্যানন্দ প্রভু অনিমক্কী শ্রীমূর্ত্তি লিংখৎপী। মহাক্কী মচা-মচু মথৈ হৌজিক ফাওবা অম্বিকাদা বাস তৌবিরী। গৌরীদাস পূর্ব্বলীলাদা "সুবল" ওইবিরম্মী।

**গৌরীদাস।**

জগদীশ পণ্ডিত অসি পূর্ব্বলীলাদা "সৌরভিনী সখী" ওইবিরম্মী। মহাক্কী ধারাশিং অদো ঢাকা জেলাগী মনুংচনবা মাণিকগঞ্জ

**জগদীশ পণ্ডিত।**

মহকুমাগী মখাপোনবা জাফরগঞ্জগী মনাক ধুবরীয়া গ্রামদা বাসস্থান ওইনা লৈবিরী।

কৃষ্ণদাস কবিরাজ গোস্বামী অসি শকাব্দ ১৪২৮ দা বৈদ্য-বংশদা জন্মগ্রহণ তৌবী। মপাবুংগী মমিং ভগীরথ, মমা ইবেম্মগী মমিংনা শুনন্দা কৌই। মখোই অসি নৈহাটী মনাক ঝামটপুর গ্রামদা বাস তৌবিথী।

**কৃষ্ণদাস কবিরাজ।**

মহাক অসিমকনা শ্রীচৈতন্য চরিতামৃত, গোবিন্দ লীলামৃত গ্রন্থ লেংবিরম্লে। মহাক চহী ৭৬ পুঞ্জিবিরম্লগা, শকাব্দ ১৫০৪গী আশ্বিন মাসকী শুক্লা (নিঙ্মাংথা) দ্বাদশী তিথিদা স্বর্গতি তানবিথী। অওইবমক্তি ব্রজমণ্ডলদগী ধর্ম্মগ্রন্থ ময়াম গৌড়দেশতা ধর্ম্মপ্রচার তৌরুনবগী পুথোরকপদা, বন-বিষ্ণুপুরগী লমদাংদা গ্রন্থশিং অহু হূরানখিদ্না ভম্না মাঙখ্রে, হায়বা পাউ অহু হেক তা-বা ফংবামক্তা "ঐহাকমক্তা প্রাণ থাখ্রগে" সেনবিখিবদগী শ্রীরাধাকুণ্ডদা চোংথখিদ্না মহাক্কী প্রাণ বিসর্জ্জন তৌবিথী, হায়না করি২ শুপ্না বৈষ্ণবগ্রন্থদা উবা ফংনৈ।

কানুরাম দাস অসি বৈদ্যবংশদা পোকপা সদাশিব কবিরাজগী মচানীপা পুরুষোত্তম দাসকী ঔরসতা জাহ্নবীগী গর্ভদা জন্ম ওইবী। অসুম ভাগুনবা লৈ, মুমিৎ তরা-নীথোইগী অণ্ডাং নৌয়া কানুরাম দাসবু থম্লমদ্না মমা জাহ্নবী মানবলীলা

**কানুরাম দাস।** (মীপোক্ কৈমে) থাদোক্লম্নবদা, নিত্যানন্দগী রমণী জাহ্নবী দেবীনা মহাকপু য়োকপি-থাকপিখী। নিত্যানন্দ পত্নী জাহ্নবী দেবীগা পুরুষোত্তমগী রমণী জাহ্নবীগা "মতা" সান্নখিরম্মী। মখোয় অসিগী লৈফমদি সুখসাগর কৌবা খুঙ্গংদা তারম্মী।

কানুরামদাস অসি সুখসাগরদা তাবিরম্বদগী মতুংদা বোধখানা গ্রামদা হোংলকত্না লৈবিরে। মহাক অসিমক্কী চূথাং (ধারা)

**কৃষ্ণকমল গোস্বামী।** ৺কৃষ্ণকমল গোস্বামী অসি ১২১৭ সাল, ১৭৩২ শকাব্দগী আষাঢ় মাসকী রথযাত্রা নুমিত্তা পোকপী। মহাক অসিনা "স্বপ্নবিলাস," "রাই উন্মাদীনী," "চিত্র বিলাস" অসিনচিংবা ঈসৈ-কাব্য লেংবিরমদা বঙ্গদেশ অপূম্বা ময়াই কাহনখিরম্মী।

বৃন্দাবন দাস, শ্রীবাসকী মনাওগী মচানীংঙোন নারায়ণী দেবীনা পোকপা মচানীপা নী। অস্নুম ঙাওনবা লৈ নারায়ণী দেবী অসিনা শ্রীমন্নিত্যানন্দ প্রভুগী আশীষদগী ১স্নুং মহাপ্রভুগী

**বৃন্দাবন দাস।** অছায়বা থা-প্রসাদ সেবন তৌজখিবদগী গর্ভ হুনবিখী। মহাক থা তরানীপান মমাগী গর্ভদা লৈরম্নগা শকাব্দ ১৪২৯ গী বৈশাখ মাসগী কৃষ্ণা (নিন্দুং) দ্বাদশী তিথিদা জন্মগ্রহণ তৌবী। বৃন্দাবন দাসনা চৈতন্য ভাগবতনচিংবা লেংবিরম্বা অতৈ অতৈ গ্রন্থ লৈরী। মহাক নিত্যানন্দ প্রভুগী মন্ত্রশিষ্য অমা নী। বৃন্দাবন দাস শকাব্দ ১৫১১ দা চহী ৮২ গী বয়সতা অন্তর্দ্ধান ওইবিখী।

বলরাম দাস অসি বৈদিক শ্রেণীগী ব্রাহ্মণ সত্যভানু উপাধ্যায়গী মচানীপা অমা নী। মমাংথাদা মখোয় অসি পূর্ব্ববঙ্গদা লৈরম্মী। মহাক নিত্যানন্দ প্রভুগী মফমদা মন্ত্র লওবিদ্না, নদীয়া জেলাগী কৃষ্ণনগর মনাক্কী দোগাছী গ্রামদা লৈবী। মহাক্কী ভজন তৌরিবা মতৌ অদু উবিখিবদা প্যেনখ্রদ্না নিত্যানন্দ প্রভুনা মহাক্কী "পাগড়ী" (কোকথ্রোন) অদু বলরাম দাসতা পীনবিখী। হিয়াঙ্গৈ থাগী কৃষ্ণা চতুর্দ্দশী তিথিদা বলরাম দাস থুপখিবগী মরমদা মেলা অমা তৌই, মতম অদুদা অয়াম্বা বৈষ্ণবশিংনা মফম অদুদা চংখিদ্না তিল্লুই. অদুগা মহাক্কী মচা-মচুশিং (ধারা) গী মফমদা হৌজিক ফাওনা অতম ওইবা "পাগড়ী" অদু দর্শন ফংবিরুদ্না কৃতার্থ (মহয় য়ানবা) ওইবী। বলরাম দাস অসি পূর্ব্ব-লীলাদা "সুমন্দিরা সখী" ওইবিরম্মী।

**বলরাম দাস।**

নারায়ণ দাস গুপ্ত, কৃষ্ণদাস গুপ্ত, দেবানন্দ গুপ্ত ১সুং মনোহরগুপ্ত মচিম্মনাও মরিমক অসি নিত্যানন্দ প্রভুগী ভক্তকিঙ্কর (ভক্ত মনাই) নী হায়না শকথওনৈ। তোঙান-তোঙানবা কাওল্পকী তোংঙান-তোঙানবা তিলকধারণ-বিধি (চন্দন থিন্নবা পথাপ) লৈনৈ। নিত্যানন্দ-পরিবার মন্নুং চনবা ভক্তশিংগী বংশপত্রাকার (ওয়ানা মানবা) তিলক থিন্নবা নিয়ম লৈরী।

**ভক্তকিঙ্কর ১সুং তিলক-বিধি।**

ঙরম্বা মতমদা নিত্যানন্দ প্রভুগী অন্তর্দ্ধান ওইখিবা, মাদো

লেপ্লবা ওয়দে। অদুমদি ওইরগা অমুম হায়নবা ওয়ৈ, মাদুদি—

অন্তর্দ্ধান।

মহাপ্রভুগী অন্তর্দ্ধান-মতম খরগী মতুংদা নিত্যানন্দ প্রভুগী অন্তর্দ্ধান ওইখী, হায়বা হীরম অদুদা চিংনক্তম করি অমত্তা থোক্তে। কনা অমনা শকাব্দ ১৪৬৪ দা নিত্যানন্দ প্রভুগী থুপখিবা মতমনি হায়না লেপ্লবিরে।

নিত্যানন্দগী মবুধো সুন্দরামল্ল বাড়ুরী অসি রাঢ়ীগী ব্রাহ্মণ সমাজদা শাণ্ডিল্য গোত্রগী বটব্যালগী বেদ হৈব নি হায়না

সমাজগী ফীবম।

লওখৎপিখ্রে। বীরভদ্র নত্রগা বীরচন্দ্রগী মচা-মচুশিংনা মখোয়বু অশেংবা বেদ হৈবা বটব্যালগী ব্রাহ্মণ ধারা নি হায়নৈ, তৌইগুম্বস্নুং বংশ অদুগী রাঢ়দেশতা লৈরিবা ব্রাহ্মণশিংনা মখোয়বু সুন্দরামল্ল বাড়ুরীগী সন্তান (মচা-মচু) নি হায়না মশাগী পরিচয় তাকনবী।

## শ্রীপাদ নিত্যানন্দ প্রভুগী

# পূর্ব্ব ইতিহাস।

নিত্যানন্দ প্রভু অসি পূর্ব্বলীলাদা (দ্বাপর যুগতা) "বলরাম" ওইবিরম্মী। মহাপ্রভুগী নবদ্বীপতা আবির্ভাব (জন্ম) ওইবগী মমাংদা মহাক একচাকা গ্রামদা জন্ম ওইবী। মহাপ্রভুগী ময়াম্বুং বিশ্বরূপ কৌবা অসে নিত্যানন্দগী দেহদা চঙবিখী, অম্নুম হায়নম্নু করি করিগুম্বা প্রামাণিক বৈষ্ণব-গ্রন্থদা উবা ফংনৈ। দ্বাপরদা বলরাম শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রগী ময়াম্বুং ওইবিখী। কলিদা গৌরাঙ্গ লীলাদসু মতৌ অদুম সম্বন্ধ লৈনক্তম থোকপদগী,

বিশ্বরূপকী নিত্যানন্দ দেহদা চঙবা হায়বা অসি ওইখোক্তকম খোক্তে। পূর্ব্বলীলাদা রোহিণী বলরামগী মমাবোক ওইবিরম্মী। গৌরাঙ্গলীলাদা পদ্মাবতীবু রোহিণী হায়নবা য়াই। পূর্ব্বলীলাদা বলরামগী বারুণী ১স্মং রেবতী কৌবী রমণী নৈবিরম্মী। গৌরাঙ্গ লীলাদা বারুণী অহনা বসুধা ওইনা ১স্মং রেবতীনা জাহ্নবী ওইনা জন্ম ওইবিরথী। মসিগী প্রমাণ ঃ—

"বারুণী রেবতী দোঁহে বসুধা জাহ্নবা।
নিত্যানন্দপ্রিয়া দোঁহে অতুলন প্রভা॥
সূর্য্যসম তেজ শ্রীল সূর্য্যদাস যেঁহো।
পূর্ব্বে যে ককুদ্মী নাম মহারাজা তেঁহো॥
রেবতী পিতা এবে প্রভুর পার্যদ।
করিতে আসিলা লীলা অপূর্ব্ব বিনোদ॥"

শ্রীভক্তমাল গ্রন্থ।

পদকর্ত্তা গোবিন্দ দাসনা লেংবিরম্নে ঃ—

হরি হরি বড় দুঃখ রহিল মরমে।
গৌর কীর্ত্তন রসে জগজন মাতল,
বঞ্চিত মো হেন অধমে॥
"ব্রজেন্দ্র নন্দন যেই, শচীসুত হলো সেই,
বলরাম হইল নিতাই।"

---

দীন হীন যত ছিল, হরিনামে উদ্ধারিল,
সাক্ষী তার জগাই মাধাই॥

হেন প্রভুর শ্রীচরণে রতি না জন্মিল কেনে,
না ভজিলাম হেন অবতার।
দারুণ বিষয় বিষে, সতত মজিয়া রৈনু,
মুখে দিনু জ্বলন্ত অঙ্গার॥
এমন দয়াল দাতা, আর না পাইবে কোথা,
পাইয়া হেলায় হারাইনু।
গোবিন্দ দাসিয়া কয়, অনলে পড়িনু নয়,
সহজেই আত্মাঘাত হইনু॥

---

নরোত্তম দাসনা লেংবিরম্নে :—
হরি হরি বিফলে জনম গোয়াইনু।
মনুষ্য জনম পাঞা, রাধা কৃষ্ণ না ভজিয়া,
জানিয়া শুনিয়া বিষ খাইনু॥ ধ্রু॥
গোলোকের প্রেমধন, হরিনাম সংকীর্ত্তন,
রতি না হইল কেন তায়।
সংসার দাবানলে নিরবধি হিয়া জ্বলে,
জুড়াইতে না কৈনু উপায়॥
নন্দের নন্দন যে, শচীর নন্দন সে,
বলরাম আপনি নিতাই।
দীন হীন যত ছিল হরিনামে উদ্ধারিল,
তার সাক্ষী জগাই মাধাই॥
হাহা প্রভু নন্দসুত বৃষভানু-সুতাযুত,

করুণা করহ এইবার।
নরোত্তম দাস কয়, না ঠেলিহ রাঙ্গা পায়,
তোমা বিনে কে আছে আমার॥
বৈষ্ণব পদাবলী।

---

# হরিদাস ঠাকুর।

বৈষ্ণব গ্রন্থদা হরিদাস ৭ কী মমিং পল্লয়ে। মাহুদি ঃ—(১) ছোট হরিদাস; (২) বড় হরিদাস; (৩) দ্বিজ হরিদাস; (৪) পণ্ডিত হরিদাস; (৫) হরিদাস ব্রহ্মচারী (নিত্যানন্দ শাখা); (৬) হরিদাস ব্রহ্মচারী (গদাধর শাখা); (৭) হরিদাস ঠাকুর নত্রগা ব্রহ্ম হরিদাস। ব্রহ্ম হরিদাসকী মরী মখোঙ মখাদা ইরক্নী ঃ—

স্নমতী কৌবা ব্রাহ্মণগী ঔরসদা গৌরীদেবীগী গর্ভদা হরিদাস ঠাকুরগী জন্ম ওই। সুমতী ১স্নং গৌরী ব্রাহ্মণ মতৈ-মনাও অসিগী হরিনামদা থোইদোকপা থাজবা ১স্নং অপাম্বা পোকখী। মামতনা "ব্রহ্ম" নি হায়বা থাজথিবদগী,
জন্ম।
অঙাং অসিনা ভূমিষ্ঠ ওটরবদা (পোক্লবদা), মহাক্কী মমিং ব্রহ্মহরিদাস থোনখী। অদুম ওইবা হরিদাস অসিগা লোয়ননা শ্রীমন্নিত্যানন্দ প্রভুনা কীর্ত্তন প্রচারগী মওং ওইনা পাষণ্ডী জগাই মাধাই মক্লিনাও অনিমকপু উদ্ধার তৌবিখিরম্মী।
(লাঃ ৬১ ল্লেংবিন্দু)

হরিদাসকী পোক্লকপা থা তরুক্তগী বয়সতা মহাক্কী মপাবুং কায়নখী। মমা ঠৌরাণী গৌরী দেবীস্থ খব লৈরগা মপুরোইবগী মতুং অহুম ইনবিখ্রে। মতম অহুদগী হৌনা ব্রহ্মহরিদাস অসি যুম্লোম্নবা যবন (মোসমান) অমনা য়োকপি থাকপিখী। তৌইগুম্বস্নং যবন-যুমদা য়োকপিখ্রবস্থ, মহাক অসি নাহাঙৈদগী হৌনা য়ৌনা কৃষ্ণভক্ত অমা ওইবিখিরম্মী। মরম অসিনা গোরাই কাজী ১স্নুং মুলুক কাজী অসিনচিংবা মুসলমান শাসনকর্ত্তাশিংনা মহাকপু হরিনাম সোনবা থাদোকহন্নবগী দমক থোইদোকনা হোৎনবা তাবিখী।

**পীতৎ পাতৎলবা।**

হরিনাম অসিতা থাদোকহন্নবগী মরীদা মহাকপু কৈয়েথেন কুম্মীথোইদা খুঙ্গোয়নদ্মা পুরগা লীচৈনা ফুদ্না ব্লাবকখী; অহুম ওইনমক সাধু হরিদাস হরিনাম সোনবা লৎপিখিদে। মতৌ অস্নুম শাথী থোক্লা লারুখিদুস্থ, হরিদাস ঠাকুর কাঁরি অমত্তা হরিনাম থাদোকপা লৈবিখিদ্রবা অহুদা, নাম সোনবা ওমখিদনবা মথৌব্লায় থানীচিৎ য়োনা ক্ষুরবা মতুংদা মাবু শিবে হায়দুনা থাদোকনরে, অহুদগী ফুম্বা তারক্লে। মাত্তদা যবন পাষণ্ডীশিংগী মরক্তা মহাকপু কবর তৌবিখ্রবদি (ফুম্বিখ্রবাদ) মুসলমান ধর্ম্ম-মতুংইম্না মহাক অরান খুবম তানখিবা তারে লেপ্পখী। অহুদগী অশিবা মশা অহু লম্মাংদা হুক্তেকপা তারক্লদা, ভগবানগী ইচ্ছাদগী মমৈথংদা অমুক ঈসিংদা (গঙ্গাদা) ছুম্বা তাগ্রে।

**দণ্ডি ১স্নুং খুঙ্গোয়নবা।**

তোরৈ কয়ামরুম তাউথখ্রগা গঙ্গাস্নান তৌথিবদগী অমুক হিঙ্গৎলকৃত্না ফুলিয়াগ্রামদা কাখৎত্না থাংপোকশঙ অমদা লৈবা তাবখী।

কাল অসিদগী মফম অসিদা, হরিদাস লৈখাক্কী লক্ষ ৩। ৩ চাংদম ওইনা হরিনাম জপ তৌবিখী। তৌইগুম্বস্নুং মফম অদু খুদোংথীদবা থোকখিদে। কনাগুম্বী বেশ্যা অমনা, কনাগুম্বা যবন জমিদার অমগী থৌঈঙ্খিন্দগী হরিদাসকী লাইনীং থুগায়নবা লাক্লখী। তৌইগুম্বস্নুং ধর্ম্ম থুগায়বদি থদোকখ্রদ্রা তিস্লুবা সঙ্গগী গুণমক্তনা মমৈথংদা বেশ্যা অদুগী মপুক্লীংদা হরিভক্তি পোক্লকখী।

**ধর্ম্মদা য়েখায়বা।**

সাধুহরিদাস বেশ্যা অদুগী অরেপ্পা পূকচেন উবিখিদ্রা, মাঙোন্দা মহাক্কী আশ্রম (লাইনীংফম) অদু থাদোকপিরম্লে।

অদুদগী মহাক শ্রীধাম নবদ্বীপ তাম্না লাকপিদ্রা শ্রীগৌরাঙ্গ ১স্নুং নিত্যানন্দ প্রভুগী চরণ দর্শন ফংবিরখী। মহাপ্রভুগী য়াথং মতুংইন্না মাহাক নামপ্রচার তৌবী ১স্নুং মপুন্সী চুপ্পা নবদ্বীপ ১স্নুং নীলাচলগী সংকীর্ত্তন থুদিং চিথবা লৈতনা য়াওবী। মতুংদা মহাক শ্রীধাম ক্ষেত্রমক্তা ভাদ্র শুক্লা (নিস্মাং) চতুর্দ্দশী তিথিদা স্বর্গতি ওইবিখী।

**চরণ দর্শন ১স্নুং তিরোভাব।**

## হরিদাসকী পূর্ব্ব ইতিহাস।

দ্বাপরদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রগী অবতারগী মরীদা ব্রহ্মাগী

ভ্রম পোক্লকখী। সংশংবা ভগবানগী অবতার মক্লা খঙবিনীং-খিবদগী, শ্রীবৃন্দাবন ধাম তান্না লাকপিদ্না মহাকনা শ্রীকৃষ্ণগী শেল্লিবা সঙ্গী সম্নাউমখৈ হুন্নানবী। খুদ্দক অহুমক্তা শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রগী মায়ানা সঙ্গী সম্নাউশিং অহু অমুরক পুথোকপিখী। মতম অহুদা ব্রহ্মানা, সংশংবা ভগবান মক্লা বৃন্দাবন্দা শ্রীকৃষ্ণাবতার

**সঙ্গী সম্নাউ পুথোকপা।**

ওইবিরবনি খঙবিখিবদগী শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা অয়াম্বা স্তুতিনা (লৈসিলৈথোক্লা) ক্ষমা প্রার্থনা তৌজখী। সম্নাউ হুখিবা মরম্না শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রনা মহাকপু যবন-য়ুমদা লৈরুগদৌবনি হায়না শাপ তৌবিখী (মীচৈ পীবিখী)। মরম অসিদগী ব্রহ্মানা কলিযুগ অসিদা লাকল্লা হরিদাস ওইনা পোকপিররগা, যবন-য়ুমদা মহাকপু য়োকপী থাকপিখিরিবা অসি নী। (লাঃ ৩ শুবা অন্তর্দ্বীপ য়েংবিয়ু)।

# ছোট হরিদাস।

ছোট হরিদাস অসি নবদ্বীপ ধামদা ময়ুম-থাদোকখ্রবা বৈষ্ণব অমা ওইবিরম্মী। মহাক্কী মখোঞ্জেন য়োৌনা মুং নৌনা মুংসি, মরম অদিদগী মহাক মহাপ্রভুগী য়োৌনা মুংসিনফমগী ভক্ত অমা ওইবিখী। ছোট হরিদাস অসিগী কীর্ত্তন সক-সোনবা

**পুংয়ৈবা হৌদোকপা।**

তা-বিরগা মহাপ্রভুগী থোই-দোকপা মুঙ্গাইবা পোক্লকম অমা ওইবিখী। নীলাচলদম্ম মহাকনা [illegible]খিবিক্তা মহা-

প্রভুগী থৌগন চঙবিরিবৈঁদা, মহাকপু নিতিগী কীর্ত্তন ঈসৈনা থৌগন ওইনা তৌবী। মহাপ্রভুম্ন হরিদাস অসিবু মতম-লৈবখিবিক্তা খাদোকপিদনা ইরোয়্নতা লোয়নবিদ্না থম্বী। অম্নুম ঙাঙনবা লৈ, মহাক অসিমক্লা সংকীর্ত্তনদা পুংয়ৈবা হোদোক-পিখিদ্না বৈষ্ণব সমাজদা মহাকপু য়োনা ঈকাই খুম্নবিখী।

লাইগী নোংদমদগী নোংমগী ন্নমিত্তা হরিদাস অসিনা শিখী মাহিত্তীগী মনাওনুপী য়োনা লাইনীং কল্লবী মাধবী দাসীগী ঈছোৎকপা। মফমদগী মহাপ্রভুগী সেবাগী দমক মশানা ভিক্ষাদা ফংজরকপা চেং অদু ওন্নদ্না চীন্দম চেং ফপ্রবা পুবিরকখী। হীরম অসি তাবিখিবদগী অশাউবা পোকপিখিদ্না অদুপকী মতিক চানবিখ্রবা ছোট হরিদাসবু প্রভুনা পুমঈন ঈথোকপিখী। পুরী গোস্বামী মহন্তনা য়োনা হায়জ-বিখিবদম্ন মহাপ্রভুনা ছোটহরিদাসপু অমুক হন্না লওথৎপা তৌবিখিদ্রে। মরমদি বৈরাগী ধর্ম্ম চৎপ্রবা বৈষ্ণব অদুদি কনাগুম্বী স্ত্রীজাতী অমগা ৱারী সাবদি হায়রুগনু মায়োকনরুবা ফাওবা নিষেধ (দোষ) লৈ হায়বা অদু লোকশিক্ষাগী দমক শ্রীমন্মহাপ্রভুনা ঈফোং ফোংনা উৎপিরম্লে। অদুদগী ছোট হরিদাস খীল্লম্বা তৌরমদনা প্রয়াগ তাম্না চৎখিদ্না ত্রিবেণীদা প্রাণ থাবিরুখী।

নৃসিংহগী মচানীপা দ্বিজ হরিদাস অসি রাঢ়ীশ্রেণীগী অশেংবা ব্রাহ্মণ ১ম্নং যুথানবা বৈষ্ণব অমা ওইবিরম্মী। মহাক্তী থৌরায়নু গৌরাঙ্গদা পূম্না পুম্নপগ্রবা ভক্ত অমনী হায়না বৈষ্ণব সমাজদা

**দ্বিজ হরিদাস।** ফাওবিথী। মহাপ্রভুনা উৎকলদা অন্তর্দ্ধান ওইবিখ্রবা মতুংদা, মহাকনা বৃন্দাবন ধাম-মক্তা দেহরক্ষা তৌবিরুই। মহাক্কী মচানীপা শ্রীদাস ১স্নুং গোকুলানন্দ কৌবা অনিমক অসে শ্রীনিবাস আচার্য্যগী মন্ত্রশিষ্য ওইবিথী। শ্রীদাসকী ধারাশিংনা হৌজিক সাঠিগ্রামদা ১স্নুং গোকুলানন্দগী ধারামথৈনা চৈঙ্গা বৈদ্যপুর গ্রামদা বাস তৌবিরী।

অসি নত্তবা নিত্যানন্দ শাখাদা হরিদাস ব্রহ্মচারী কৌবা অমথকম্নু লৈবিরম্মী; ১স্নুং গদাধর শাখাদা অতোপ্পা হরিদাস কৌবা অমথকম্নু লৈবিথী। অতৈ পণ্ডিত হরিদাস কৌবা অমনা শ্রীধাম বৃন্দাবন্দা শ্রীগোবিন্দদেবগী সেবাধ্যক্ষ (কামদার) ওইবি-রম্মী। মাহুদি :—

"সেবার অধ্যক্ষ শ্রীপণ্ডিত হরিদাস।
তার যশোগুণ সর্ব্ব জগতে প্রকাশ॥"

শ্রীচৈতন্য চরিতামৃত

## শ্রীমদদ্বৈতাচার্য্য।

অদ্বৈতাচার্য্যগী প্রপিতামহ (মপুথৌ পোকপা মপুথৌ) নরসিংহ অসি গৌড়গী বাদসাহ গিয়াসুদ্দিনগী ছুথাংগী কর্ম্মচারী (অঙম্বা) অমা ওইবিরম্মী। মহাক বাদসাহগী থবক্কী মরমদা শান্তিপুরদা লাকত্না ঈহান-হাম্না লৈবিরৈ, অমস্নুং মতুংদা শান্তিপুর মক্তদা লৈনবা ময়ুম মক্যৈ সাথী।

শ্রীহট্ট জেলাগী মস্কুংচনবা লাউড় গ্রামদা দিব্যসিংহ কৌবা

নিংথৌ অমা পানবিরম্মী। নরসিংহগী ছুথাং কুবের আচার্য্যনা লাউড় নিংথৌ অসিগী মন্ত্রী ওইবিখী। কুবের আচার্য্য অসিগী

জন্ম।

ঔরসদগী নাভা দেবীগী গর্ভদা শকাব্দ ১৩৫৫ গী মাঘ মাসকী শুক্লা (নিঙ্মাং) সপ্তমী তিথিদা লাউড় গ্রামদা মহাক্কী চহী ৮০ গী বয়সতা অদ্বৈতাচার্য্য জন্মগ্রহণ তৌবী। মহাক্কী মমাংথাগী মমিং দি কমলাক্ষ আচার্য্য হায়না কৌনৈ। আচার্য্য প্রভুগী ময়াম্বুংশিং তরুকথক পোকমিন্নৈ ; মমিং লক্ষ্মীকান্ত, শ্রীকান্ত, হরিহরানন্দ, সদাশিব, কুশল ১স্নুং কীর্ত্তিচন্দ্র। মখোয় অসে ভরদ্বাজ গোত্রগী বারেন্দ্র শ্রেণীগী ব্রাহ্মণ নী।

আচার্য্য প্রভু অসি বেদান্ত শাস্ত্রদা থোইদোকপা পণ্ডিত অমা ওইবিখী। মরম অদুনা মহাক্কী "বেদ-পঞ্চানন" উপাধি

বেদপঞ্চানন ১স্নুং বিদ্যাসাগর।

লৈখী। অস্নুম হায়নবা লৈ, মহাপ্রভুনা মহাক্কী মফমদা মুমিৎ কয়ানি মরুম মহৈ তম্বিরম্বদগী মতুংদা "বিদ্যাসাগর" হায়বা উপাধি অদু তানবিখী।

আচার্য্য প্রভুনা সীতাঠাকুরাণী ১স্নুং শ্রী কৌবী রমণী অনিথক

বিবাহ।

লুহোংদুনা পাম্রবিখী। মহাপ্রভু ১স্নুং নিত্যানন্দ প্রভুসু রমণী অনি২ লুহোংবিখী। সীতাঠাকুরাণী বিবাহ তৌবিখী হায়দুনা কীর্ত্তম্রচিংবদা আচার্য্য প্রভুবু সীতানাথ হায়না কৌসবী। মাস্থদি :—

"তাঁহার নন্দন শ্রীল অদ্বৈত গোসাঞি।
তাঁহার গৃহিণী সীতা শ্রী নামী দুই॥

দুই ঠাকুরাণী যোগমায়ার প্রকাশ।
মহাপ্রভু প্রতি যার স্নেহের বিলাস॥"

বৈষ্ণব গ্রন্থ।

অয়াম্বা বৈষ্ণবগ্রন্থদা অদ্বৈতাচার্য্য প্রভুগী মচানীপা তরুক-থকী মমিং পল্লম্বা লৈ। (১) মচানীপা অহল অচ্যুতানন্দ। মহাক শকাব্দ ১৪১৪ দা জন্ম ওইবী। (২) কৃষ্ণচন্দ্র। (৩) বলরাম। (৪) গোপাল। (৫) জগদীশ। (৬) ঈশাননাগর, মহাক অসি অদ্বৈতাচার্য্যগী পোষ্য পুত্র (য়োকচবা মচানীপ।) ১মুং মন্ত্রশিষ্য অমা ওইবিধী। (১) অচ্যুতানন্দগী

মচা-মচু।

ধারা পাল্লমদে। (২) কৃষ্ণচন্দ্রগী মচানীপা রঘুনাথ ১মুং দোল-গোবিন্দ কৌবা অনী পোকপিধী। রঘুনাথকী বংশদা পণ্ডিত মদন গোপাল গোস্বামী ছাৎপিধী। দোল গোবিন্দগী ধারামখৈ ঢাকা জেলাগী উথলী গ্রামদা বাস তৌবিরী। (৩) বলরামগী মচানীপা ১০ গী মচুংদা মধুসূদন, দৈবকীনন্দন, রামচন্দ্র, কুমুদানন্দ, কামদেব, নরোত্তম, নিত্যানন্দ ১মুং মথুরেশ মখোয় অসি ফাওবিধী। মথুরেশ বংশগী ধারামখৈদি শান্তিপুরগী বড় গোস্বামী হায়না প্রসিদ্ধ ওইবী। (৪) গোপাল ১মুং (৫) জগদীশ ধারা পাল্লমদে। (৬) ঈশান নাগর অসি মপাবুংগী য়াথং মতুং ইন্না "অদ্বৈতপ্রকাশ" কৌবা গ্রন্থ অমা শকাব্দ ১৪৯০ দা লেংবিধী। মহাকী মচানীপা (ক) পুরুষোত্তম, (খ) কৃষ্ণবল্লভ, (গ) হরিবল্লভ অহুম লৈরম্বী।- মখোয়গী ধারা ময়খৈ ঢাকা জেলাগী মচুংচনবা মানিকগঞ্জ মহকুমাগী মচুংদা

লৈবা পদ্মা তুরেন মপান তাবা ঝাকপাল গ্রামদা বাস তৌবিরী।

শান্তিপুরগী অদ্বৈতবংশ অসিগী গোস্বামী বংশদা মদনগোপাল গোস্বামী, নীলমণি গোস্বামী, বিজয় গোপাল গোস্বামী, গোরাচাঁদ গোস্বামী, অদ্বৈতচরণ গোস্বামী, শ্রীবাস গোস্বামী অসিনচিংবা প্রসিদ্ধ মহোদয়শিং অসি জন্ম গ্রহণ তৌবিখিরম্মী।

অদ্বৈত বংশগী গোস্বামীশিং অসি নদীয়া জেলাগী শান্তিপুর, মেহেরপুর, কুমারখালী; পাবনা জেলাগী বাহাদুরপুর; ঢাকা জেলাগী উথলী, নটাখোলা; ফরিদপুর জেলাগী গোপালপুর, ঘোপেরহাট; যশোহর জেলাগী তেঘড়ি, গড়ুইটুপী অসিনচিংবা মফমদা বাস তৌবিরী।

অদ্বৈত প্রভুগী শিষ্য ময়াম লৈরম্মী। শিষ্যশাখাশিংগী মরক্তা ঈশান, অনন্তদাস, গোপালদাস, বিষ্ণুদাস ১সুং অনন্ত আচার্য্যগী মমিং পল্লম্ফম থোকই। তোংঙান তোংঙানবা পরিবার (কাওলূপ) গী তোংঙান তোংঙানবা তিলক ধারণ (চন্দন থিনবা) পদ্ধতি (পথাপ) লৈনৈ। অদ্বৈত পরিবার মন্নুং চনবা বৈষ্ণবশিংগী বটপত্র (খোংনাং তরুং মনা) মানবা চন্দন থিন্নবা পথাপ নী।

**সেবক-শাখা ১সুং অদ্বৈত তিলক।**

আচার্য্য প্রভু অসি লাউড় গ্রামদা জন্ম ওইবিরগা শ্রীহট্ট জেলাগী নবগ্রামদা কয়ানিমরুম বাস তৌবী। মতুংদা নবগ্রামদগী শান্তিপুরদা মশাগী লৈনফম লেপ্পিবী। আচার্য্য প্রভু

শ্রীপাট ১স্নুং তিরোধান।

অসি চহী ১২৫ পুন্থিবিথী। মতুংদা মহাপ্রভু অন্তর্দ্ধানগী চহী ২৫ রমগী মতুং শকাব্দ ১৪৮০, খ্রীঃ ১৫৫৭ তা আচার্য্য প্রভু তিরোভাব (দেহপতন) ওইবিখ্রে।

## শ্রীমদদ্বৈতাচার্য্য প্রভুগী

# পূর্ব্ব ইতিহাস।

মমাংথাদা কুবেরনা দেবাদিদেব মহাদেববু মচাগী মওংদা ফংজগে নীংথিবদগী মথম্মখা অয়াম্বা তমথীখ্রবা তপস্যা তৌবী। মহাদেবনা কুবেরগী লাইনীং অহুদা থোইদোক্পা পোৎনবিখ্রদা "তথাস্তু" হায়না বর পীনবিরে। অমস্নুং মশামক কুবেরগী মচানীপা ওইবিগনি হায়না য়াশকপিথী। অহুমতুং বারেন্দ্র কুল (শাগৈ)-দা কুবের অসি কুবেরাচার্য্যগী মশক ওইনা জন্ম ওইবিরথী, অমস্নুং বয়স চারক্লবদা নাভা দেবী লুহোংবী। মতুংদা কুবের আচার্য্যগী ঔরসতা নাভা দেবীগী গর্ভদা মহাদেব অসি শ্রীমদ্বৈতাচার্য্য ওইনা জন্ম ওইবিরে। অদ্বৈতাচার্য্যগী রমণী সীতা ঠাকুরাণীবু কৈলাসকী দেবী ভগবতী নি হায়নবা য়াই। মহাক্কী সহচরী (লোয়নবী) নন্দিণী ১স্নুং জঙ্গলী কৌবী অনিথক লৈরম্মী। মবিয়াঁনী অসে মমাংথাদা কৈলাসকী জয়া ১স্নুং বিজয়া ওইনা ভগবতী দেবীগী সহচরী ওইরম্মী। মাহুদি :—

"নন্দিনী জঙ্গলী দুই সীতা-সহচরী।
পূর্ব্বে যেহো শ্রীজয়া বিজয়া অনুচরী॥"

শ্রীভক্তমাল গ্রন্থ ৩য় মালা।

অদ্বৈতাচার্য্যগী মচানিপা অচ্যুতানন্দ অসি দেবসেনাপতি কার্ত্তিকমকনী হায়না লেংলম্লে। করি করিগুম্বা গ্রন্থদনা আচার্য্য প্রভু অসি মহাবিষ্ণুগী অবতার নি, অদুগা অতৈ২ গ্রন্থদনা ব্রজগী গোপেশ্বর নি হায়না লেংলম্লে। মাদুদি ঃ—

"কৈলাসে পার্ব্বতীনাথ ব্রজে গোপেশ্বর।"

---

তরুকশুবা অধ্যায়।

# গোস্বামী তরুক ১স্থুং লোয়নবা ভক্তমরূপ।

শ্রীগৌরাঙ্গ, নিত্যানন্দ ১স্থুং অদ্বৈত, মহাপুরুষ অহুম অসি "তিনপ্রভু" হায়না খণ্ডনবী। গো অর্থ ইন্দ্রি, ইন্দ্রি অসিবু জয় তৌবা ওম্বা মপু মহাকপু "গোস্বামী" হায়বা মিংথোজ অসি থোমৈ। কনা অমনা গো অর্থ বেদ, বেদ অসিগী স্বামী (মপু) নি হায়বদগীসু গোস্বামী কৌনৈ। কাল অদুদা (১) শ্রীরূপ, (২) সনাতন, (৩) শ্রীজীব, (৪) গোপাল ভট্ট, (৫) রঘুনাথ ভট্ট ১স্থুং (৬) রঘুনাথ দাস, তরুকমক অসি "ছয় গোস্বামী" হায়না প্রসিদ্ধ ওইবী।

(১) শ্রীরূপ, (২) সনাতন ১স্থুং (৩) শ্রীজীব গোস্বামী অহুমক

অসি যজুর্ব্বেদী ব্রাহ্মণ ওইবিরম্মী। মখোয় অসিগী পুরুষ (পুরোণ) নীপানগী বংশাবলী অমা মথাদা ইরক্লিবা অশুম কংনৈ।




কর্ণাটরাজ সর্ব্বজ্ঞগী ছূথাং ৪শুবা পুরুষ পদ্মনাভ কৌবা অসিনা নৈহাটীদা, অদুগা ছূথাং ৬শুবা পুরুষ কুমারদেব কৌবা অসিনা যশোহর জেলাগী ফতেয়াবাদ কৌবা মফমদা বাস তৌবিরে। কুমার দেবগী মচানীপা অমর, সন্তোষ ১মুং বল্লভ কৌবা অসি পোকপিখী। মচিম্মনাও অহুম্মক অসি সংস্কৃত বিদ্যাদা ওস্তোকনা চখোনখিবদগী, কৃষ্ণভক্তিদা রতি লৈবা হায়বসি কাল অদুদা মখোয়গা শারিনীংঙাই অতৈ লৈরমদে

ছায়রুবদা থোইগৎলুক্নম থোক্লোই। করি অমুক হায়রুগনী— মথক্তুস্ন কাওখ্রে * অমর সন্তোষ মচিন্মনাও অনিমকনা রাজ-কার্য্যগী ফোরোয় ইমা রামকেলিদা লৈরবা কালদা ইথোম্মৃংগী লম্মাংদা "শ্যামকুণ্ড-রাধাকুণ্ড" কৌবা চাউরবা কুণ্ড অনি তও-থোকহল্লগা মপান অকোয়বদা কদম্ব বন ওইনা সেমগৎখিদ্রা মাহুদা যুগলরূপকী আরাধন (ভজন) তৌবিদুমক্তা মপুন্সী ল্যেম্নবা থৌরাং তৌবিখিরম্মী। তাম্ফম অসিমক্তা শ্রীচৈতন্যদেবনা রামকেলীদা লেঙছিনবিদ্রা মচিন্মনাও অনিমগী যবন মমিং মুথৎখিদ্রা "রূপ ১ম্সুং সনাতন" হায়বা হিন্দু-মিংথোন অসি থোনবিখিদ্রা কৃপা থৌজান নোংদম্বিখী। মচিন্মনাও অনিমা অসিগী মথৌরাংদগী দাক্ষিণাত্যগী ব্রাহ্মণশিংবু রামকেলী মনাক্তী ভট্টগ্রামদা বাস তৌহনবিখী, মথোয় অসি কৃষ্ণভক্ত ওাক্তনী।

মহাপ্রভুগী অহানবা বৃন্দাবন যাত্রাগী মতমদা রূপসনাতনগা লোয়ননা রামকেলীদা প্রভুনা উনবিখী। মতম অদুদগী মচিন্ম-নাওগী পূক্নীং তরঙ-হওবা অহুম হৌবিখ্রে। মতুংদা মহাপ্রভুনা অমুরক বৃন্দাবন যাত্রা লেঙবিরুদ্রা হল্লকপা স্নাথোঙফম অদুদা শ্রীরূপ গোস্বামী অসি, মনাও অতোম্বা অনু-পমগা লোয়ননা প্রয়াগতা চৎখিদ্রা মহাপ্রভুগা উনবিরগা প্রভুগী মফমদা অয়াম্বা ভগবত্তত্ত্ব, ভক্তিতত্ত্ব ১ম্সুং রসতত্ত্বনচিংবা হুমিৎ ১০ দং চুপ্পা শিক্ষা ফংবিখী। অদুমতুং মহাপ্রভুনা

**শ্রীরূপ গোস্বামী ১ম্সুং শ্রীঅনুপম।**

* অধ্যায় ৩য় শুবা লাঃ ৮৯-৯০ য়েংবিয়ু।

শ্রীকৃষ্ণগী লীলাস্থল অপুন্বগী লুপ্ততীর্থ (লূপখ্রবা তীর্থ) পুন্নমক উদ্ধার তৌরুনবা অমস্তুং অয়াম্বা বৈষ্ণবগ্রন্থ লেংলুনবা মচিন্ম-নাওবু বৃন্দাবন্দা থাবিথী।

অসোমদনা সনাতন গোস্বামী অসি রামকেলীদা তৌহৌরিবা রাজকার্য্যদা খোয়জংলুবা লৈবিথিদ্রে। মহাক্কীস্তু মথৌরায় মঙামক শ্রীগৌরাঙ্গদেবগী চরণথাদা পুমকৎ কখোকখিরম্মী। মতৌ কবয়া শ্রীগৌরাঙ্গগা অমুরক উনগবা মাহুতা অহিং মুংথিন নাইদনা নীংদুতা লৈবিথী। অমরোমদনা রাজকার্য্য অপুম্বা মথং-মনাও নাইথিদবদগী সনাতন গোস্বামী অদো বন্দী শালাদা লৈবিখ্রে। অহুদগী মতৌ লাংলোন করম তৌনা নাম্থোক্কদগে খন্থজরুদু মমৈথংদা বন্দীশালা অহুগী অধ্যক্ষ (লুচিংবা) দা লূপা তাঙ্গা লিশীং তরানীথোই পীদু। ১স্তুং য়োনা হায়জ চচ্চদু। য়াহল্লগা বন্দীশালাদগী চ্যেম্থোকখিদু। ঈশান কৌবা মনাইনীপা অমগা লোয়ননা শ্রীগৌরাঙ্গ দেবগী স্না-খোঙ্গুল্লীবা খোকপিরকথী। লম্বীগী লমজেন ওইনবা মনাইনীপা ঈশাননা সণাতাঙ্গা (মোহর) ৮ লোয়া পুবী।

সনাতন গোস্বামী বন্দী।

সনাতন সহর থাদোক্লয়ে, নারক শীংলক্কদা চৎখিদু। উহ্রে-রাহৈমক্তা চাদু। পাতোড়া কৌবা চীংথোঙ অমদা থুংখিরুই। মফম অহুমক্তা কিথুম হৈবা জমিদার ভুঁঞা হায়না কাওখ্রবা ভাকু অমা অয়াম্বা খোঙলোয়গা লোয়ননা লৈরম্মী। ভুঁঞা অহুনা মাগী ওইজ-ওইথক ফংলগনি খল্লিদু। সনাতন গোসাঞ্জিবু

য়ৌনা লুনা সেবা তৌবিথী। রাজমন্ত্রী সনাতন করি অমত্তা খণ্ডনদবা ভূঁঞা অদুগী ব্যেবহার মতা-দগী খণ্ডদবা লৈখিদে, ঈশানদা লোম্না হংবদা সণাতাঙ্গা ৮ য়াওরকই হায়না পাউখুমবিথী। অদুদগী থৌরায় মাঙল-রগনী খণ্ডবিখিদ্না সণা মোহর ৮ দগী ৭না ভূঁঞাদা পীথোকখ্রগা, মোহর অমনা ঈশানগী মখূত্তা পীদ্না মাব য়ুমদা হনখিনবা বিদায় পীনবিখ্রে। মতৌ অদুম ডাকুশিংগী মখূবাক্তগী উচীন্নাচীন নাম্থোরকত্না শ্রীগৌরাঙ্গদেবগী খোঙ্গ্লীরকপদা সনাতন হাজিপুর য়ৌবিখ্রে, ১সুং মফম অদুমক্তা বাদসাহগী দমক শগোল লৈ্যবা (লয়বা) চৎখিরম্বা মশ্রেন্নীপা শ্রীকান্তগা থেংনবিথী। মবায়গী ফীবম মতা অদু উবিখিদগী অশুকপা ওইখ্রদ্না বঙ্গদেশলোম হলহন্নবা য়ৌনা ক-ম্না লাক্লবিথী, তৌইগুম্বসুং সনাতনগী উঈন অদুনা কনমনখিবনা মশ্রেন্নীপা কান্তগী আশা মহয় য়ানখিন্দ্রে। তৌনীংঙাই লৈখিদবদগী মশ্রেন্নীপা অদুনা ভোট-কম্বল অমা পীদ্না মবায় সনাতনবু বিদায় তৌহনবিখ্রে।

**পাতোড়া-পর্ব্বত ১সুং হাজিপুর।**

মশ্রেন্নীপাগী মমায় ঙাক্লুবদগী পুনীংদনা কম্বল অদু পুদ্না সনাতন অরৎপা লৈতনা শ্রীমহাপ্রভুগী খোঙ্গুল লীবিরকথী। অমরোমদনা শ্রীমহাপ্রভুদি কাশীধামগী চন্দ্রশেখর পণ্ডিতকী শঙ্গায় মাংগোন্দা অয়াম্বা ভক্তশিংগা লোয়ননা ভক্তিতত্ত্বগী মরীদা য়ৌনা মুংঙাইনা আলাপ প্রলাপ তৌদ্না লৈবিরী। সনাতন অদুম২ লাকপদগী পণ্ডিত চন্দ্রশেখরগী খোঙ্গান

য়ৌরক্লবদা মরুলূকথনা রাখন তৌথবিখ্রে। মতম কুইনা চারক থক্লক্তবদগী ময়াংনা কংখিবনে, খুজীন খুইয়ানা চাওখিবনে, মছম মনানা শোওখিবনে, শকওষ্ট মতা অহুনা পাক চওসি চওওমদা, চওদসি কদায়নো, মওন২ থম্বুবিরুবদগী ভ্রম চওখ্রদুা অহুম কমথবিখ্রে। অন্তর্যামী মহাপ্রভু মনাই ভক্তগী অরাবা অহু উদবা তৌবিখিদে, খুদ্দক অহুমক্তা চন্দ্রশেখরবু থাখিদুা মহাকপু কৌছিনহল্লুই। মহাকনা থোঙ্গান্দা দরবেশ (মোসমান লম্বোইবা) অমা নত্তনা কনাগুম্বা ভক্ত অমত্তা লৈরমদে হায়না প্রভুগী খুইয়াদা হঙ্গৎলথী। নত্তে, মাদো দরবেশ নত্তে, বৈষ্ণব ভক্ত অশেংবমকনী; অস্থম হায়না প্রভুগী আদেশ (য়াথং) মতুংইন্না কৌছিল্লুদুা সনাতন চওলক্লে, ১স্থং প্রভুগী চরণ তম্না ছুমাংদা শাষ্ট্রাংনা তুথদুা লৈবিখ্রে। প্রভুনা আলিঙ্গন তৌবিগে হায়না শ্রীহস্ত অনিমক তিংথোকপিদুা হওগৎহনগে তৌরকপদা, সনাতন গোসাঞিনা "মহাক্তি ম্লেচ্ছগী বন্দী-শালাদগী লাক্লিবনী, ছোকসন্নবিবা মতিক চাদে" হায়না রাহৈ মতেক২ ওইনা পাউখুম্বিথী। অহুমক্তদা বৈষ্ণব ভক্তগীবু অমাংবা করি লৈবগে হায়না, মহাপ্রভু সনাতনবু আলিঙ্গন তৌবিদুা চ্যেৎনা কা-জিনবিখ্রে ১স্থং মপুমনাইগী মিৎলুদগী ছিনথ্রকপা প্রেমগী ঈরানা অনিমগী বক্ষস্থল (মথবাক) পুমচোৎ চোংনখ্রে। মতুং অসিদা প্রভুনা তাকপিথী "সনাতন! তোম্বগী রা থাদোক্লো, তা-বদা থম্মোয় কায়খ্রে, শ্রীকৃষ্ণগী থোজান মরিদা অক-কত্ত থিনদে।" মাহুদি:—

অস্পৃশ্য পামর মুই দীন দুরাচার।
এহেন পামর জনে নাহি স্পর্শিবার॥
ছুইওনা ছুইওনা প্রভু উচিত নহে।
মুই দীন হীনে ছুইবার যোগ্য নহে॥
× × × × × × ×

প্রভু কহে সনাতন, দৈন্যকর সম্বরণ,
দৈন্য শুনে ফাটে মোর হিয়া।
কৃষ্ণের করুণা পাশে, ভালমন্দ নাহিবাচে,
তোমাস্পর্শ পবিত্র লাগিয়া।
× × × × ×

শ্রীশ্রীভক্তমাল গ্রন্থ।

মতুং অসিদা প্রভুগী আদেশ (স্নায়াথং) দগী চন্দ্রশেখরগী মথৌরাংনা মছম মনা লোইনা শেংদোকহনদ্রা, সনাতন গঙ্গাস্নান তৌবা চংপিথী। গৌড়ীয়া নীপা অমনা ছিঁড়াকন্থা অমা ছূদোকত্না গঙ্গা মপান্দা ফৌদোক্লম্মী। মাহু উক্লবমক্তা মহাপ্রভুগী তোয়না ২ স্নামিৎয়েং তাবিখিবা কম্বোল অহূতা থাদোকনীংখিবদগী মনাই সনাতন থংনীং নীংসিংলকখী। উচীন-নাচীন হায়জদ্রা কম্বল অহু নীপা অহুদা পীথোক্লম্লগা ছিঁড়াকন্থা অহু মরেংবান থোংদ্রা গঙ্গাস্নান দগী কায়কই, চন্দ্রশেখরনা ফি অহনবা অমা হোংদোক্লবা পীনবী, সনাতন মাহু লওখিদে। মতুংদা ফিমন ওইনা পীনবিয়

ভোটকম্বলগা ছিঁড়াকন্থাগা ওন্নরকপা।

হায়বদগী শেৎনরবা কৈজোম অমা পীবিখিদ্রা মাত্থ মতুপ কয়া থোক্লা ছেত্তৎলগা কৌপীন, বহির্ব্বাসনচিংবা ওইনা সনাতন গোসাঞিনা পীজিম্মবিখী। সনাতন চর-চরনা প্রভুগী স্নাচরণ তম্না চঙছিনবিরকত্না দণ্ডবৎ কৎপিরৈ; প্রভুনা কম্বলগী রা হংবিরকপদা, মথংসিৎনা মরী মখোঙ লীবিখিবদগী প্যেনবিখ্রদ্রা সনাতনবু প্রেমালিঙ্গন ভৌবিখী, অদুগা হায়বিরকখী—"ভগবান শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রনা নাহাক্কী বিষয় রোগ (বিষয় ভোগকী লাঈনা) মখাক অদু কোকহল্লবনী।" অম্লম হায়না প্রভুনা য়ৌনা প্যেনবিখ্রদ্রা সনাতনগী মফমদা মহৌশাদগী থোইনা হেন্না অচানবা মিৎয়েং তাবিখ্রে; ১স্নং থা অনী চুপ্না মহাকপু অয়াম্বা আত্মতত্ত্ব (আত্মজ্ঞান) ভক্তিতত্ত্বনচিংবা শিক্ষা পীবিখিদ্রা বৃন্দাবন তাম্না থাবিখ্রে। কাল অদুদা বৃন্দাবন্দা লৈরম্বা কায়স্থবংশগী গৌরভক্ত স্নবুদ্ধিরায়না সনাতনবু উবা ফংবমক্তা য়ৌনা তরাম তরাম্না ওকপীখী। *

অমরোমদনা মতম কুইনা মনাও সনাতনগী করিগুম্বা ঈ-পাউ অমত্তা তাবিখিদবদগী শ্রীরূপ ১স্নং অনুপম মচিম্মনাও অনিমক অসি শ্রীবৃন্দাবনদগী সনাতনগী থোঙ্ল্লীবা বঙ্গদেশ তাম্না হনবিরকখী। তাম্ফম অসিদা সনাতনদি কাশীধামদা

সনাতনগী থোঙ্ল্লীবা। মহাপ্রভুগী মফমদা অয়াম্বা ধর্ম্মতত্ত্বশিক্ষা ফংবিদ্রা লৈখ্রে।

পাউনিনখোন অসি তাবিখিবদগী, মচিম্মনাও অনিমছু অমুক

* স্নবুদ্ধিরায় নাঃ ৬৪ গী টীকা য়েংবিয়ু।

থীল্লম্বা তৌদনা শ্রীধাম বৃন্দাবন তান্না যাত্রা তৌবিখ্রে। মতৌ অসুম মপুন্সিগী থাম্মৈদা শ্রীরূপ গোস্বামী, মনাও অনুপমগী মচানীপা ১স্নুং শ্রীরূপকী মন্ত্রশিষ্য শ্রীজীব গোস্বামী অতুগা শ্রীসনাতন গোস্বামী, পূম্নমক পুল্লপ শ্রীবৃন্দাবন্দা বাস তৌবিথিদ্না অয়াম্বা বৈষ্ণবগ্রন্থ ১স্নুং ভক্তিশাস্ত্র লেংবিথী। ভক্তিশাস্ত্র লেংবদা মথোয় অসিতনা বৈষ্ণব সমাজগী মকোক ঈথোং-থোংবিথী।

১। শ্রীরূপ গোস্বামী শকাব্দ ১৪১০ দা জন্ম ওইবিদ্না, চহী ২৭ গৃহস্থাশ্রমদা লৈবিরম্লগা (য়ুম্বানবিরম্লগা) মতুংগী চহী ৪৩ বৃন্দাবনদা "শ্রীগোবিন্দজীউ" স্থাপন তৌবিরম্লগা শকাব্দ ১৪৮০ দা অন্তর্দ্ধান ওইথী।

২। শ্রীসনাতন গোস্বামী শকাব্দ ১৪১১দা জন্মগ্রহণ তৌবী ১স্নুং পুন্সিগী থাম্মৈদা চহী ৪৩ বৃন্দাবনদা "শ্রীমদনমোহন" স্থাপন ১স্নুং সেবা চৎপিরম্লগা শকাব্দ ১৪৮৬ দা অপ্রকট ওইবিথী।

৩। শ্রীজীব গোস্বামী শকাব্দ ১৪৫৫ দা জন্মগ্রহণ তৌবিদ্না চহী ২০ চুপ্পা ময়ুমদা লৈবিরম্লগা শ্রীমন্নিত্যানন্দ প্রভুগী আদেশতগী মপুন্সী থাম্মৈ অসি বৃন্দাবন ধামদা মপম্থো রূপ গোস্বামীগী গাদিদা লেম্লিথী। শকাব্দ ১৫৪০ দা শ্রীজীব গোস্বামী দেহ রক্ষা তৌবিথী।

৪। শ্রীগোপালভট্ট। মহাক দাক্ষিণাত্য প্রদেশকী ভট্টবাড়ী গ্রামদা শকাব্দ ১৪২৫ দা জন্মগ্রহণ তৌবী। মপাগী

মমিং বেঙ্কটভট্ট কৌয়ে। শ্রীমহাপ্রভুনা পুরীধামদগী তীর্থভ্রমণ লেঙবিবদা কাবেরী তোর্ব্বানদা তাবা শ্রীরঙ্গগ্রামদা লৈরম্বা গোপালভট্ট অসিগী মযুমদা চাতুর্ম্মাস্য ব্রত ধারণ তৌবিখী। প্রভুগী থৌজান্দগী ভট্ট গোস্বামী বৈষ্ণব ধর্ম্মদা দীক্ষা ফংবিদু। শ্রীবৃন্দাবন ধামদা "শ্রীরাধারমণ" বিগ্রহ লিংখৎপী; ১স্তুং অয়াম্বা চহী শ্রীবৃন্দাবনদা শ্রীরূপ-সনাতনগা লোয়ননা বাস তৌবিরম্নগা শকাব্দ ১৫০০ দা তিরোহিত ওইবিখী। শ্রীনিবাস আচার্য্য মহাক অসিগী মন্ত্রশিষ্য নী।

৫। শ্রীরঘুনাথ ভট্ট শকাব্দ ১৪২৭ দা কাশীবাসী তপনমিশ্রগী ঔরসদগী জন্মগ্রহণ তৌবী। তপনমিশ্রগী পুর্ব্বাশ্রম শ্রীহট্ট জেলা নী। প্রভুনা কাশীদা মহাক্কীদা থা অনী চুপ্পা লৈবিরিঙৈ কালদা মচানীপা রঘুনাথ অসি প্রভুগী মফমদা ভক্তিতত্ত্বনচিংবা শিক্ষা ফংবী। চহী ২৮ গৃহবাস তৌবিরম্নগা মহাপ্রভুগী আদেশদগী বৃন্দাবন তাম্না চখিদু। রূপ সনাতনগা লোয়ননা পুল্লপ বাস তৌবিখী। অস্তুম ওাঙবা লৈ, রঘুনাথ ভট্ট অসি লৈখাক্কী হরিনাম লক্ষ অমম্মম জপ তৌবী। মহাক ১৫০১ সালদা অপ্রকট ওইবিখী।

৬। শ্রীরঘুনাথদাস অসি সপ্তগ্রামবাসী কায়স্থ কুলগী গোবর্দ্ধনদাসগী ঔরসদগী শকাব্দ ১৪২০ দা জন্মগ্রহণ তৌবী। গোবর্দ্ধন কাল অত্তুদা মুদ্রা (রূপাতাঙ্গা) লক্ষ ১২ গী মপু ওইরম্বদগী, মহাকী মচাক-মরনতনা নবদ্বীপকী অয়াম্বা ব্রাহ্মণ পণ্ডিতশিংগী জীবিকা ওইনকম থোকখী। নাহাঙৈদগী মচানীপা

অসি বৈষ্ণব ধর্ম্মরোম মায়পুনবিখিবদগী, করিগুম্বা গৃহত্যাগী ওইখিগবরা হায়দা। রঘুনাথ অসি ফজরবী কন্যা অমগা বিবাহ তৌহনবী। মহাক চহী ১৯ গৃহস্থাশ্রমদা লৈবিরম্লগা মমাংথাদা শান্তিপুরদা মহাপ্রভুগী দর্শন ফংবিখিদা। মহয় য়ানবিখী। প্রভুনা পুরীধাম লেঙ্খৎলদা গৌরদর্শন খৌরাংখিবনা রঘুনাথ চাওচংনরক্রে। অপাম্বনা তকছিল্লক্লবদা করি মচাক-মরল, করি ফজরবী রমণী, করি অমস্তনা মহাকপু প-হ্লনবা ঙমখিদে। রঘুনাথ বিষয় ভোগ থাদোক্লমদা। মুমিৎ ১২ গী খোঙলম্বী চংখিদা। নীলাচলদা শ্রীগৌরাঙ্গচরণ দর্শন ফংবিখ্রে। মফম অসিদা স্বরূপদামোদরগোস্বামীশিংগা লোয়নদুনা মহাক চহী ১৬ চুপ্পা প্রভুগী সেবা চঙবিখিরম্মী। রঘুনাথ শূদ্র ওইরবস্থ শ্রীগৌরাঙ্গগী আদেশদগী স্বরূপগী মফমদগী ভজনপ্রণালী তমজখী। "গৌরচন্দ্রনা [illegible] শালগ্রাম" অমা পীবিদা। মাহু সেবা চচনবা [illegible] থৌদোক অসিদগী গৌরসুন্দরনা উৎপিখী মাহুদি, শূদ্রগী—শূদ্রতগী করিগী—বর্ণ পুম্নমক [illegible]বতা "শালগ্রাম" পূজাদা লৌখোনবা অধিকার হৈরে লৈরে। নবদ্বীপধাম নত্তনা মধ্যভারত্তা ১সুং অতৈ অয়াম্বা মফমদা ব্রাহ্মণ-শূদ্র থায়দনা পুম্নমকনা শালগ্রাম পূজা তৌনরী। মহাপ্রভুনা থুম্লিখ্রবা ভুংদা, মহাকী পুন্সী থাম্যেগী চহী ৩১ চুপ্পা বৃন্দাবনদা শ্রীরাধাকুণ্ড তীরদা বাস তৌবিরম্লগা রঘুনাথ গোস্বামী ১৪৯৬ শক্তদা অন্তর্হিত ওইবিখ্রে।

* রঘুনাথ দাস দাঃ ৯১ যেংবিয়ু।



শ্রীমন্মহাপ্রভু অমসুং শ্রীমন্নিত্যানন্দগী ভক্তমরূপশিংগা লোয়ননা শ্রীগদাধর পণ্ডিতকী শ্রীমুখদগী ভাগবত পাঠ শ্রবণ।

ভক্তশিংগী মমিং মথং মথং (য়েৎলোমদগী) :— ১। গোপীনাথ, ২। শঙ্কর, ৩। গোবিন্দ, ৪। গোদাধর পণ্ডিত, ৫। সার্ব্বভৌম, ৬। স্বরূপ, ৭। রামানন্দ, ৮। হরিদাস অমসুং ৯। মহারাজ প্রতাপরুদ্র।

লাঃ ১৫৭

মথকী শিরোমণি গোসাঞি ৬ মক অসি বৈষ্ণব জগত্তা ছয় গোস্বামী হায়না ক্বাওখ্রে।

## পার্ষদ ভক্তবৃন্দ (লোয়নবা ভক্তমরূপ)।

**গদাধর পণ্ডিত**।—মহাক শকাব্দ ১৪০৮ গী বৈশাখী অমাবস্যা তিথিদা, বারেন্দ্র ব্রাহ্মণ মাধবমিশ্রগী ঔরসদগী মমা রত্নবতী ঠকুরাণীগী গর্ভদা জন্মগ্রহণ তৌবিখী মহাক যুম্বানখিদে, পুণ্ডরীক বিদ্যানিধিগী মন্ত্রশিষ্য নী। মনাও বাণীনাথ ময়ুম পানখী।- গদাধর নীলাচলদা ভাগবত পাঠ তৌবী, শ্রীমহাপ্রভু সুং শ্রীনিত্যানন্দ অয়াম্বা মনাই ভক্তশিংগা লোয়নবা নাম শ্রবণ তৌবিখী। পাঠকমহাশয় চৎসি, ঐখোয়স্থ নামশ্রবণ তৌরসি। মতাং অসিদা ঐখোয়গী মরুবা থম্মোয় লকানুং অসি শেংনবা ভক্তমরূপশিং অতুগী মমিং সোল্লক্সম থোকই; মাহুদি:— (১) গোপীনাথ আচার্য্য, (২) শঙ্কর, (৩) গোবিন্দ, (৪) গদাধর, (৫) সার্বভৌম, (৬) স্বরূপ, (৭) রামানন্দরায় (৮) হরিদাস ঠাকুর ১সুং (৯) মহারাজ প্রতাপরুদ্র। মতুং অসিদা শকাব্দ ১৪৫৫ গী জ্যৈষ্ঠ মাসদা চহী ৪৭ কী বয়স দা নীলাচলদা গদাধর পণ্ডিতকী দেহপতন ওইখী।

**শ্রীনিবাস (শ্রীবাস)**—মহাক বর্দ্ধমান জেলাগী চাখণ্ডী গ্রামদা মপাবুং চৈতন্যদাস, অতোপ্পা মমিং গদাধর ভট্টাচার্য্যগী ঔরসদগী মমা ঠৌরাণী লক্ষ্মী দেবীগী গর্ভদা শকাব্দ ১৪৩৫ দা জন্ম ওইবী। মমা পোকপা মপুবোক বলরাম আচার্য্যনা

ঘাজিগ্রামদা লৈবিরম্মী। শ্রীবাস শ্রীচৈতন্যগী পরম ভক্ত ওইবিখিবদগী, লৈখাকী সন্ধ্যাকালদা শ্রীবাস অঙ্গন অসি প্রভুগী পোথাকম ওইখিদ্রা অয়াম্বা ভক্ত ১মুং শিষ্যশিংগী সংকীর্ত্তনগী আখড়া ওইনখী। * শ্রীনিবাস আচার্য্য মহাপ্রভু দর্শনগী চহিগী রথযাত্রাদা উৎকল তাম্না চৎখিবদা লমখাংদা মহাপ্রভুগী অন্তর্দ্ধান পাউ ফংবিখিদ্রা আশা অহু থাদোকপা তাবিখী। মরম অসিদগী মহাক পুরীধামগী গৌরভক্তশিংগতা উনবিদ্রা নবদ্বীপ তাম্না হনবিরকখী। মতুং অসিদা শ্রীবৃন্দাবন ধামদা চখিদ্রা শ্রীজীব গোস্বামীগী মফমদা বৈষ্ণব গ্রন্থ শিক্ষা তৌবিখিবদগী অয়াম্বা ভক্তিতত্বদা জ্ঞান পোকপিখী। শ্রীনিবাস গোপালভট্টগী মন্ত্রশিষ্য নী। মমৈথংদা শ্রীজীব গোস্বামীনা মহাকপু আচার্য্য ফম পীনবিখী।

**শ্রীনিবাস আচার্য্য** অসি, ঈশ্বরী দেবীগা গৌরাঙ্গপ্রিয়াগা রমণী অনীমক বিবাহ তৌবিখী। গৌরাঙ্গপ্রিয়া নত্রগা পদ্মাবতী কৌবী অসিগী মপাবুংদি গোপালপুরদা লৈবা রঘুনাথ চক্রবর্ত্তী কৌয়ে। শ্রীনিবাসকী থারাদা মচানীপা অহুম নীংতোন (কন্যা) অহুম ছাংখী। মচানীপা অহম্না বৃন্দাবন বল্লভ, য়ায়মনা রাধাকৃষ্ণ ঠাকুর, অতোম্বনা গতিগোবিন্দ কৌয়ে। নীংতোন অহুমনা কৃষ্ণপ্রিয়া, হেমলতা † ১মুং ফুলঝি ঠাকুরাণী হায়না কৌনৈ।

---

* ভক্তগী মযুমদা শ্রীগৌরাঙ্গ লাঃ ৭০ য়েংবিয়ু।

† হেমলতা দেবী অসি শ্রীমন্নিত্যানন্দ প্রভুগী মচা ইবুংঙো বীরচন্দ্র

শ্রীনিবাসকী মচানীপা অতোম্বা গতিগোবিন্দ ১মুং ছূথাং জগদানন্দ অনিমক অসি পদকর্ত্তা (সৈরেং লেংবা) ওাকমক্তনী জগদানন্দগী মচানীপা রাধামোহন শকাব্দ ১৬২০ দা জন্ম ওইদ্রা, শকাব্দ ১৭০০ দা মপুল্সী লোমখী। মহাক মহারাজ নন্দকুমার ১মুং পুটীয়াগী রাজা রবীন্দ্র নারায়ণগী গুরুদেব ওইবিখী।

**লোকনাথ গোস্বামী।**—বৈষ্ণব ভক্তশিংগী মরক্তা লোকনাথ য়ৌনা মখা তাবা মথাংগী মীওই নৎখিদে। মহাক যশোহর জেলাগী তালখড়ি গ্রামদা লৈবা পদ্মনাথ চক্রবর্ত্তীগী ঔরসদগী মমা সীতাদেবীগী গর্ভদা খ্রীঃ ১৪৯০ দা জন্মগ্রহণ তৌবী। পদ্মনাথ শ্রীঅদ্বৈতগী শিষ্য ওইবনা মহাকী শঙ্গায়তদা লৈবনা নমখী। লোকনাথ নাহা ওইনা মহাপণ্ডিত ওইখিবদগী ভক্তিরসতা পূম্নাপ লুপ্পা হৌবিখী। নবদ্বীপধামদা শচীগর্ভদা শ্রীকৃষ্ণ প্রকট ওইরে তাবিখিদ্রা দর্শন ফংবিনীংখিবদগী অমুক তপথবা ওম্বা লৈবিখিদ্রে। অগ্রহায়ণ (হিয়াঙ্গৈ) থাগী থেওখ্রবা অহিংদা য়ুম থাদোক্লমদ্রা লোকনাথ ক্রোশ নীপানগী লম্বী লাকত্না সন্ধ্যা (য়াচংব) দা শ্রীনবদ্বীপ থুংবিরুখী। কাল অত্তদা শ্রীবাস, মুরারি, মকুন্দনচিংবা ভক্তশিংনা কোয়ছিনদ্রা শ্রীগৌরাঙ্গ ধর্ম্মালাপতা ঈমুম্মনবিখিরম্মী।

(বীরভদ্র) না পোকপা মছুনীপা মণিপুরবাসী গোপীজনবল্লভনা বিবাহ তৌবিখী। মহাক অসী ৺ ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী স্নাহাক্তক্তা মণিপুরদা লেংথোকপিরকখী। মহাকনা লৈবিরম্বা স্থান (বর্ত্তমান জেলখানা) অহুমক মতুং কাওনা "নিত্যায় পাট" হায়না খঙনখী। মহাক্তকী মণিপুরদা "নিত্যানন্দ ১মুং অদ্বৈত" গী আখড়া প্রতিষ্ঠা তৌবিখী।

অন্তর্য্যামী প্রভু থীন্দে, পাম্বোম অনী তিংথোকপিরগা "লোকনাথ। করম্না অস্থুপ কুইনা ঐবু কাউরম্বগে?' হায়দুনা কোনখৎপিথী। লোকনাথ প্রভুগী স্নাতম্পাক্তা রাম্বখ্রে; মিকপ থোক্লকপদগী পুনর্জন্ম অদুম ওইখ্রে, মহাক্কী মহৌসা স্বভাব পূমহোং হোংখ্রে। মথং২ প্রভুগী শ্রীমুখদগী নিগূঢ় (অথুপ্পা) তত্ত্ব তা-বিখিবদগী লোকনাথকী হৃদিন্নুংদা বৃন্দাবন লীলা অপূম্বা অমুক্তোইনা স্ফুর্ত্তি ওইথী (পূমহো-হোথী। অসিমত্তুং প্রভুনা আদেশ তৌবিথী, "লোকনাথ। নঙ বৃন্দাবন চঙখিদুনা চীরঘাট ময়াগী কদম্ব, তমাল ১মসুং বকুল বৃক্ষনা লৈতেংলিবা স্থান অদুদা লৈরুরো, কুঞ্জ অদু নাহাক্কীনে। অদুগা লুপ্ততীর্থ অপূম্বা উদ্ধার তৌরুদুনা পশ্চিমদেশতা ধর্ম্মপ্রচার তৌরম্মু; নত্তুংদা অতৈ২ ভক্ত-শিংসু চৎকনী, ঐহাকসু লাক্কনী।"

গৌরনা সীখিবা অহানবা দূত অনী।

আদেশ অসিগী মতুংইন্না লোকনাথ প্রভুগী মফমদা বিদায় লওরবদা গদাধরগী শিষ্য ভূগর্ভসু চৎনীংলকত্না মবিয়াঁনী লোয়ননা রাজমহল য়ৌনা চৎখ্রে। মাদুদা তা-বা ফংথী, বৃন্দাবন চৎনবা লম্বী ফাৎলমন্রে। হিন্দু মুসলমানশিংনা মফম খুদিং লাপ্তোক্লদুনা লৈরম্বদগী রাজপথ অপূম্বা পূক্ষ্ন ফুনখ্রে। তৌইগুম্বসুং থৌদোক অসিদা, মখোয় অদো হনবিবা মীতা ওইনা থোক্লখিদে, অকোয়বা ল-ম কয়া২ থোৎখিদুনা ক্রমিং ২৩ নিদা শ্রীকৃষ্ণগী জন্মস্থান "গোকুলদা" থুংবিরম্মী। জন্মস্থান অদু দর্শন ফংবিখিবদগী প্রেমানন্দদা পূমত্তুম শুক্লৎপিখ্রে।

মথং২ শোণ্ডখ্রবা মথুরা, বৃন্দাবন ধাম চণ্ডবিখ্রে, লৈরম্লিবা বৃন্দাবনবাসী থর অদুস্থ পুন্পণ্ড পণ্ডবা, ভক্তিজ্ঞান লৈখিত্রবা ঙাক্তো ওইনা তৌরম্মী। কদায়দা করম্বা লীলাস্থলী লৈরম্বা, মাদু করি অমত্তা হায়ণ্ডম্বা লৈতে। কাল অদো বৃন্দাবন উজার সারম্লে। মুসলমানশিংবু ঙিকনা হিন্দুশিংনা মখোয়গী লাই পুদ্না চেনখ্রে, কনা অমনা শ্রীবিগ্রহ পুবা ওমখিদবদগী অথুপ্পা মফম্মদা লোচ্ছিনবিরম্লে।

**বৃন্দাবনগী অবস্থা।**

বৃন্দাবনদা লৈরম্লিবা হায়ববু শুপ্নগী যমুনা, গোবর্দ্ধন ১স্তং পুন্যস্থান অতুমত্তা মঙাইকম্মী, হায়বদি মখোয়না পুঙমখিত্রবা পোৎ ঙাক্তনী। মরূপলোয় (মপিজা) অনী অতুনা খোম্থাং রাংনা কপ্পা২ লাউরবশী। “হা কৃষ্ণ। ঐখোয়বু চানবিয়। হা রাধে! ঐখোয়বু নখোয়গী খোঙ্‌লীরকইবনী। হা ললিতে! হা বিশাখে! নখোয়না কদোম পাণ্ডখ্রবনো? হা লীলাস্থলী! নখোয়না কদায়২ লৈবিখ্রবগে? বংশীবটনা কদায়দা? নিধুবননা কদোমদা? ভাণ্ডীরবননা কদায় লৈখ্রবা? শ্যামকুণ্ড রাধাকুণ্ডনা কদোম পাংবদা ঙাল্লিবা? হা গৌরাঙ্গ প্রভো! ঐখোয়দা করম্বা কৃপাদেশবু তৌবিরক্লবনো? অমুম্বা আদেশ অসিবু মতৌ করম তৌনা পাংথোকবা? হা প্রভো! নখোয়গী মঙ্গলদগীসু নাম্থোরক্লে, অতুমদি ওইরগা নাহাক্কী কৃপা মাথং ঙাক্তবদি ওমজক্লে, অসুম হায়না বিদেশী পাংকমজা অনী অদু বাহ্যজ্ঞান মাণ্ডখ্রদ। কনা২ খুদিং খোয়না খোরম্বিরা হৌরকখী।

ব্রজবাসীশিংনা য়েৌনা ফজখ্রবা ব্রহ্মচারী পাথংমচ্চা অনী অহুগী অরাবা পৃকচেনমত্তা অহু উবিখিদ্‌। অওকপা পোকপিথী ১শুং পূন্নমক লাকত্না মবিয়াঁনীবু থুরুমবিরৈ, অহুগা মথম্মথা অয়াম্বা অচাথক পুরিকথী। ভৌইগুম্বসুং থৌরায় হিংনবগী দমক্তা অফংবা থরদং মচায়, করিগুম্বা থোইদোকপা চানীং-থক্লীংবগী মশাদা মিহৌরুবা পোকপা লৈখিদে।

মাসিগী প্রমাণ :—

"ব্রজবাসী অনুরোধে বিপ্র যথাকালে।
ফলাদি ভক্ষণ করে রহে বৃক্ষতলে॥
এক স্থানে স্থির হয়ে কভু নাহি রয়।
বৃন্দাবন প্রদেশেতে ভ্রমণ করয়॥"

নরোত্তম বিলাস।

মক্লপলোয় অনী অহুনা থ-ল্লকই, শ্রীগৌরাঙ্গনা চীরঘাটকী কুঞ্জদা লৈনবা কৃপাদেশ (স্নায়াথং) তাকপীরকথী। মবিয়াঁনীনা হৌজিক "চীরঘাট" কদায়দা ফংলুগনী? "হা চীরঘাট। নাহাকপু কদায়দনো? প্রভুনা তাকপিরকপা স্থান অদো থরা উৎপিয়্নগবা।" মভৌ অমুম অহিং লুংথিন চুপ্পা কোয়থি থিরুবগী মতুংদা প্রভুনা পীনবিবা স্থান অহুমক থেংনবিরুরে। মভৌ করম থেংনবিবা মাহু থাওদে। স্থান অহু দগুবৎ তৌনা থুরুমজরগা উথোও ওমদা কমথবিখ্রে। পুন্তস্থান অহুমক্তা মবিয়াঁনীগী পুন্নীচুপ্পা ল্যেনগদৌবনী। অমুম হায়না থম্বিরক্লে *—

* শ্রীমন গৌরাঙ্গ প্রভুগী "জয়ধ্বজ" লাঃ ৮৩-৮৪, য়েংবিয়ু।

"আর না দেখিব গোরা তোমার চরণ।
রহিলাম আজ্ঞামাত্র করিয়া ধারণ॥
ভক্তগণ সঙ্গে প্রভু যে করিলা লীলা।
বঞ্চিত করিয়া মোদের এথা পাঠাইলা॥

প্রেমবিলাস।

মসিনা অহানবা শ্রীগৌরাঙ্গগী দূতনা বৃন্দাবন চণ্ডবিথী। মসিনা আহানবা বৃন্দাবনদা লুপ্ততীর্থ প্রকাশ তৌবা হৌথী। অদুগা অসিনা আহানবা শ্রীগৌরাঙ্গগী নাম বৃন্দাবনদা ফ্বোংবিথী। মতৌ অসুম লোকনাথ ১সুং ভূগর্ভ করি অমত্তা চিংনরুদনা

**নবব্রন্দাবন ফ্বোংবা।**

বৃন্দাবন চীরঘাট্টা বাস তৌবা হৌবিথী। অহিং মুংথিন শ্রীকৃষ্ণগী ভজন তদা পূরক্ষীং লূপছিনবী, অদুগা দণ্ড ৪। ৫ তা চেপথবী। কনা অমত্তগা মখোয়গী রারী-রাতাই সানবা লৈতে, চান-থরুবগী নীংঙাইরুবসু লৈতে, অরাক অরাকপা অদুতা মহাবী, করি অমত্তা লাকত্রে চরা হেনদ্রা মরৈথোকপী। অসুম তৌনা লোকনাথ ১সুং ভূগর্ভনা বৃন্দাবন চণ্ডবা ১সুং লুপ্ততীর্থ খরদং ফ্বোংদোকচরক্রবা মতুং অসিদা স্বয়ং মহাপ্রভু লেণ্ডলক্লে, সুবুদ্ধি-রায় চণ্ডলক্লে, রূপ চণ্ডবিরক্লে, সনাতন লাকপিরে ১সুং মথাই প্রভুগী ভক্তশিং লাকত্না বৃন্দাবন অপূম্বা মখোয়গী খূচ্চিহলবিখ্রে। লুপ্ততীর্থ পূম্নমক ফ্বোংদোক্লে; লুপ্ত শ্রীবিগ্রহশিং অমুরক উদ্ধার তৌরে ১সুং অনৌবা বিগ্রহ কয়া২ লিম্বৎলে; করি অমুক হায়রুগনী, মরৈথংদা মহাপ্রভুগী শ্রীমূর্ত্তি লিম্বৎপা ১সুং সেবা

তৌবা হৌগী। মতৌ অসুম শোঙখ্রবা নারক কোকথিদ্রা, শেংখ্রবা মফম ওইরক্লে ১সুং মথং২ মন্দিরনচিংবনা লৈতেংবি-খিবদগী ঐখোয়গী প্রভুনা অমুরক লৌনা সেম্বিবা "নব বৃন্দাবন" নি হায়না প্রসিদ্ধ ওইবা হৌখ্রে। হৌজিক ফাওবা ধাম অসি অয়াম্বা মহাজনী পদাবলীদা সকন-সোয়দ্রা লৈনবিরী, মাদুদি ঃ—

× × × × × × × ×

"নব নব বৃন্দাবনে বিকশিত ফল ফুল।
নব বৃন্দাবন মাঝে সকলি ফুটিল॥
নব নব বৃন্দাবনে তরুলতা প্রফুল্লিত।
হেন বৃন্দাবন মাঝে ব্রজলীলা প্রকাশিল॥

× × × × × ×

গোস্বামীশিংনা বৃন্দাবন চঙ্খিবা কাল অদো, মখোয়গী লমজেন হায়ববু ছিড়াকাম্বা নত্তনা পাম্বে অতৈ লৈখিদে। তৌইগুম্বসুং জয়পুর নিংথৌ ভক্তরাজ মানসিংহগী মথৌরাংদগী ইহান হানবদা শ্রীগোবিন্দদেবগী মন্দির স্থাপন তৌবিবী, মাদো অঙকপগী মশকনী; মাদুগী মমন লুপা কোট্টি অমথক নী। লোকনাথ পুজীচুম্বা ব্রহ্মচর্য্য ঙাকখিবী ১সুং কনাগুম্বা শিষ্য লৌনত্তা পোক্লরোই হায়না রাশকপিথী। মরমদি মসিং থুনম্বা হায়বা অসিমক্তদু পাম্বা লৈবিখিদে। মথামক্তা কৃষ্ণদাস কবিরাজগী মরুপনা চৈতন্য দীক্ষা লৌবিখী, অদুবু শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতগা মরুপকী মমিংদি পুথচিনবা য়াবা মখৈ পুথচিনবিরমে। রাশক অদি মমৈথঙনা কায়রা তাকিদ্রি মরুপক লৌবা অমুম ওইনা

দেহত্যাগ তৌখিবী। মহাক্কী স্বর্গারোহণ অসিদা ব্রজবাসী বৈষ্ণব সমাজ অপূম্বা অরাবগী ঈপাক্তা পূম্নপ লুপ্পিথী।

নরোত্তম।—মহাক অসি মহাভক্ত ওইবা অথোইবা বৈষ্ণব অমা নী হায়রুবদা হায়দফদবা থোকই। রামপুর বোয়ালিয়া সহরগী ক্রোশ ৬ লাপ্পা গড়েরহাট পরগণাগী খেতরী গ্রাম অসি পদ্মাদগী ক্রোশ মথায় অমা থাপ্পা লৈ। কাল অমদা মসি লৈবাক মচ্চা অমগী রাজধানী (কোম্নং) ওইথী। মফম অসিগী অধিপতি (মপু) দি রাজা কৃষ্ণানন্দ দত্ত কৌবা উত্তর-রাঢ়ী কায়স্থগী ধারা নী।- বাঙ্গালা দেশ অসি মতম অত্তুদা মুসলমান-শিংনা খুত্থম চনখিবদগী, খেতরী রাজ্য অসি মুসলমান জায়গী-রদার অমগী মখাদা লৈদ্না, মহাক্কী মফমদা জমিদার কৃষ্ণানন্দ দত্তনা কর (খাজানা) থীগৎপী ১সুং "মজুমদার" ফমথোনসু ফংবিথী।

মাঘি পূর্ণিমাগী সুমিদাংরাইদা (কনা অমনা মাঘি শুক্ল পঞ্চমীদা) কৃষ্ণানন্দগী ঔরসদগী নারায়ণিগী গর্ভদা মচানীপা নরোত্তম কৌবা অমা ছাৎথী। মপা মমানা চাম্মনখিবদগী "নরু" হায়না কৌনবিথী। করম্বা শকাব্দদা অঙাং অসিগী জন্ম ওইখিবা মাত্থু লেপ্পবা ঙম্নদে। অত্থুমদি ওইরবদা কাল অদো শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুদি প্রকট ওইনা লৈবিরী, মাসিদা করি চিংনক্কম লৈতে। নাহা ওইদৈদনা নরোত্তমগী ওইথোক্তবা মতিক ১সুং মগুণ উবিদ্না পূম্নমক্না ঙকখিরম্মী। করি অমুক হায়রুগনী নরু কৃষ্ণদাস কৌবা ব্রাহ্মণ অমগী মচীন্দগী শ্রীগৌরাঙ্গগী

জায়গীরদারগী ম্মাথংনিদো, ময়েকনা কৃষ্ণানন্দ মচাইবুংঙোবু থাবা তাবিখী ; লোয়ইন ময়াম মতুং ইলহনখী। নরু নোক্না২ চথোকপিরকই, তৌইগুম্বস্তুং মপূক্নীংদদি মমা মপাগী মফমদা জন্ম অসিমগী ওইনা বিদায় লওবিখী। ময়ুমদগী খরদং চথো-রকপমক্তদা নরোত্তম বৃন্দাবন পাংনা চ্যেনবিখ্রে। পাউ অসি থুনা য়াঙনা খেতরী য়ৌখ্রে ; নরু ফারুনবা মপাবুং রাজা কৃষ্ণানন্দনা মী চামা২ সীবিখী। কাওবু অমনা নরোত্তমগা থেংনবিরুই, থেংনদ্রবু করি তৌরুগনী, মশানা ময়ানীংখিত্রবা অদুদা, লাম্মীখুৎ অদুনা নরুগী মপূক্নীং ফাজিনবা নত্রগা মহাকপু য়ুমতাম্না পুরকপা ওম্বা লৈখিদ্রে। তৌনীংঙাই লৈখি-দ্রবদগী খবক অমা তৌবিখী, মচাইবুংঙোগী মফমদা শেনথুমগা লোয়ননা খোঙলোয় অমা পীরমদ্না মখোয় অদো হল্লকপা তাখী।

**ব্রন্দাবন তাম্বা চ্যেনখিবা।**

চহী তরাতরুক্তা ওায়রিবা রাজকুমার করি অমত্তা প-ল্লমদনা অহানবমক্তা বারাণসীদা শ্রীগৌরাঙ্গনা মতম খরদং য়ুমথুংবিরম্বা স্থান অদু দর্শন তৌবা চঙবী। মাদুদা চন্দ্রশেখরগী শিষ্য য়ৌনা অহল ওইরবা সেবাধিকারী বৈষ্ণব অমা লৈবিরমদ্না মহাকা কৃষ্ণতত্বগী মরীদা নোংমা নিনী আলাপ তৌবিরম্নগা মথং২ প্রয়াগ ১স্তুং মথুরা থুংবিখ্রে। মপূক্নীংদা করি অমত্তা খ-ল্লুবা লৈতে, গুপ্নগী প্রভু ১স্তুং মহাকী ভক্তশিংগী রাখতদা লূপথিদ্না অহিং মুংখিন ল্যেনবী, উখোঙ ওরাখোঙদা তুম্বী,

বিশ্রাম ঘাট্টা পোখ্খাবা।

অদুগা প্রভুবু মঙফাওনবী,—করিগুম্বদা স্বয়ং শ্রীগৌরাঙ্গনা মোম্মোন২ নোক্না মুংসিবা মতৌ উৎপী; করিগুম্বদনা শ্রীনিত্যানন্দনা মহাকপু আশীষ তৌবী; করিগুম্বদনা রূপ-সনাতননা মহাকপু মতম্বাক্তা পমথৎপী। মতৌ অসুম মহাকনা মথুরা য়ৌবিখ্রবদা, মহাকী মনস্কামনা (নীংবা) সিদ্ধ ওইরে খ-নবিখিবদগী, মশা মউ অপূম্বা চোকথখিবনা পূমহিক-হিক্তোকখ্রে, অতৈ অমুক খোঙথাংবা থোকখিদ্রে, বিশ্রাম ঘাট তাম্না উচিন্নাচিন চৎখিদ্রা মাডুদা তূমথবিখ্রে।

নরুনা থুংলুবগী রারম অসী বৃন্দাবনদা খঙ্খিদবা লৈখিদে। মরমদি শ্রীগৌরাঙ্গনা লোকনাথবু বৃন্দাবন সীথিবা চহী মঙাগী মতুংদা রূপ সনাতনবু মথং২ মাডু তাম্না থাবিথী। অদুগা মচিম্মনাও অনিমক্তা প্রভুনা আদেশ তৌবিথী, “নখোয়না বৃন্দাবনদা লৈরুবা কালদা, ঐগী কাম্বা ১সুং করঙ্কধারী ভক্ত শিংগী মরক্তুগী কনাগুম্বা বৃন্দাবন চঙলকপা য়াওবা মখোয় অদুগী আশ্রয় পীবিউ।” আদেশ অদু পালন তৌরকপা রূপ সনাতন অনীনা থুপখ্রবা মতুং অসিদা মখোয়গী মনাক্ত

শ্রীজীবনা গুরুম্বা ১সুং “ঠাকুরমহাশয়” খোনখিবা।

বল্লভগী মচানীপা শ্রীজীব গোস্বামীনা হীরম পূম্নমক্কী কর্ত্তা ওইবিখ্রে। শ্রীজীবনা, রাজকুমার লাকপগী মঙ-ফাওনবিখিদ্রা মহাকপু থিনা বিশ্রাম ঘাট্টা মী সীবিথী। মী অদুনা রাজকুমারগা থেংনরুখিদ্রা, “শ্রীজীবনা নাহাকপু কৌরকই” হায়দ্রা নরোত্তমবু বৃন্দাবনদা

মহাক্কী মফমদা পুদ্না চৎপিথী। উত্তানপাদ রাজাগী মচানীপা ধ্রুবনা শ্রীহরিগী খোঙ্গ্লীরকপদা নারদনা মহাক্কী মতুং ২ ইন্নবিরকথী। অসুম্বা ফীভমদা, শ্রীভগবান সংশংনা নত্রগা অতোপ্পা ভক্তনা ভক্তশিংবু শেন্নবী। রাজকুমার নকুস্থ মতৌ অষ্টম চাংজৌ নাইত্রবা অন্নাবা সমক্রুদা তাউরিঙৈগী কালদা শ্রীভগবাননা ঙাক্লৌ ওইবিরবোই থম্ব-বিখ্রে। মহাক শ্রীজীবগী খুইয়াদা চঙছিনখিদ্না মরু ফুক্লবা উপান্নদৌনা তুথবিখ্রে। শ্রীজীব থীন্দনা মহাকপু আলিঙ্গন তৌবিরে (কোম্খৎপিরে), অষ্টগা চ্যেকছিন্না য়োকপি থাকপিদ্না শ্রীবাসকা লোয়নননা মহৈমসিং তম্বিথী। নক্ল শ্রীজীব গোস্বামীগী য়াথং মতুংইন্না বুঞ্জ খুদিং চশ্খিদ্না সাধুভক্ত চামা২ খুক্লমবিরুই; কনানা চাউবা, কনানা পিকপা, কনানা হায়গনী? সাধু অমম্মন্না ভুবনবিজয়ী (পৃথী জয় তৌরবা) ভক্ত ঙাক্তনী। নরোত্তমনা শ্রীলোকনাথ গোস্বামীগী দর্শন ফংবমক্তা ঈমুন্মুনবিথী; করি অমুক হায়রুগনী মপূক্লীংদা মহাক্কী খুইয়াদা আত্মসমর্পণ (থৌরায় কখোকপা) ফাও তৌবিখ্রে। তৌইগুম্বস্নং ভজনদা পূক্লীং লূপখিবদগী, লোকনাথকী কনা অমগা রান্নী সাবা শংবা লৈখিদে। অমরোমদা নরোত্তম, বৈষ্ণবগ্রন্থ তম্বিখিদ্না, ওইথোক্তবা মরৌসিংগী পাম্বেনা মতম খররদংগী মন্নুংদা অনীঙদবা পণ্ডিত ওইনা ফাওবিরকথী। শ্রীজীব গোস্বামীনা মহাকপু মতিক চায় খ-নবিখিবদগী মমৈদা "ঠাকুরমহাশয়" মিংথোন খোনম্বিখিদ্না মহাক অসি বৈষ্ণব-জগত্তা ফাওরিবা অসিনী।

নরুনা মপুক্লীংদা শ্রীলোকনাথগী মফমদা মশা পূমকৎ কখোকচখ্রবা মতুংদা তা-জবা ফংবিথী, "মাহাকী অধ্যাত্মিক পুন্সিদা শিষ্য অমত্তা পোক্লম্নরোই" হায়বা অসিতা গোস্বামী অসিগী অচ্যেৎপা ব্রাশক ওইরমথী। ব্রারম অসি তা-বা ফংবমক্তা, রাজকুমার নরু বজ্রনা থাবা দোনা অব্রাবা ফাওবিথী। লোকনাথনদি মাগী থম্মোয় লকান্নুংদা মরৈখ্রবনিনা, তৌনীংঙাই লৈপ্পি-দবদগী নরু গোস্বামীগী কুঞ্জনাক্তা লৈবিথী। তৌইগুম্বসুং মহাকা ব্রারী সারুবদি হায়রুগন্নু, মহাকী মমাঙ লেপ্লুবা ফাওনা ওম্বিদে। অদুমদি ওইরবদা, অহিং মুংথিন অসি মহাকী কুঞ্জগী মায়কৈ

**নরুগী দীক্ষা মফম।**

মরিদা কপত্না কোয়দ্না ল্যোনবী; অদুগা উহন্দনা লোকনাথগী সেবাসু চঙবী। শৌচগী দমক লৈপাক, ঈসিং, ছুমজিৎ থন্বী, অমাঙশঙ কোয়না ছিত্তোক শেংদোকপী। গোসাঞিনা "মাদু কনানা তৌরম্বনো" নিত্তিগী উনগে সেম্লী উনবা ফংদে। তৌইগুম্বসুং তোল্লবা সেবা ( হাড়ি থবক ) তৌরম্বা উবদগী হৃদিন্নুংদা নুংসিবা পোক্লকথী। তৌইগুম্বসুং অসুম্বা সেবা অমুক হন্না তৌহনখ্ররোই লেপিথিদ্না, নোংমগী য়োনা ওনখ্রবা অমুক অমদা মন্নুংচখিবদা নরুনা ছুমজিৎ ছিৎলম্বা থেংনবিরুই। "কনানো নও" হওলকপদা নরোত্তম অকিবগা ঈকাইবগা লোয়ননা শান্নাংনা খুরুম্নগা কপ্পা২ হঙ্গৎপিথী—"প্রভুগী চরণ নাক্তগী থাদোকপিদবা অসিতা নিজরী।"

মাদুদি :—

× × × × ×

হেনকালে সেইস্থানে নরোত্তম আছে।
ঝাঁটি দিতেছেন গোসাঞি দাড়াইয়া কাছে॥
পুছয়ে কে তুমি কেন কর হেন কাজ।
বন্দিয়া নরোত্তম কহে পেয়ে ভয় লাজ॥
কেবল তোমার প্রসন্নতা চাই প্রভু।
এই কৃপা কর মোরে না ছাড়িবা কভু॥

× × × × ×

প্রেমবিলাস।

রাজকুমার হাড়ি থবক অসি তৌবা চহী অমা চুপ্পক্লে। লোকনাথকী হৃদি পেথরক্লে। থর খিত্তং ঈংথনা হংবিরকই,—"নাহাকপু গৌড়িয়া (মচ্চা) নত্তবরা? কনানো হায়ু য়েংসি? ঐঙোন্দা অসুম্বা সেবা তৌরিবা করিগীনো?" নরোত্তম থীন্দে, সম্পৎনা রারী-রাখোঙ অপূম্বা লীৎবিরকই। মহাক রাজা কৃষ্ণানন্দগী মচানীপানী। করম তৌনা মশাদা শ্রীগৌরাঙ্গ চোৎছিনবিরকপা, মতৌ করম ঙাওদ্না বৃন্দাবন য়ৌরক্লিবা, অদুগা করয়া গোসাঞিগী দর্শন ফংবা মক্তা মহাকী মফমদা আত্মসমর্পণ তৌবিখিবা, মথংসিৎনা লীবিখী। "মরম অসিনা প্রভুগী খুইয়াদা চঙহনবিদরবদি, ননাই কদায় চঙলুগনী?"

গোসাঞি ঙাইহক্তুং থ-হুবিক্লরগা হায়বিরকই, "বাপু! নাহাক অসে শ্রীগৌরাঙ্গগী কৃপাপাত্র মকনী। মহাক্না নহাকী

থম্মোয়নুংদা চোংছিনখ্রে, অদুনদি করিগী অমুরক দীক্ষা ফংবা তাল্লিবনো ?" মাহৈদি :—

× × × × ×

আপন হৃদয়ে প্রবেশ করিল তোমার।
তেঁহ জগৎগুরু চাহ গুরু করিবার॥

× × × × ×

যে প্রেম লাগিয়া সবে করেন ভজন।
তোমার অন্তরে সেই বুঝিল কারণ॥
প্রয়োজন আছে কিবা গুরু করিবার।
যে সে সাধ্যবস্তু তাহা হৃদয়ে তোমার॥

প্রেমবিলাস।

মসিদা রাজকুমার রামনথিদা হায়বিরকখী, "প্রভু! ননাইবু থাদোকপা তৌবিগনু। ননাই য়োনা তোনখ্রবা মচানী, ঐগী থৌরায় মণ্ডামক অসে প্রভুগী চরণখাদা কচ্ছিঙখ্রবনী। ইবুংঙোনা চানবিদ্রবদি, ননাইগী উপায় অতৈ অমদা লৈখ্ররোই।" লোকনাথনা হায়বিরকখী, "বাপু! নাহাক্কী অরাখোম্না ঐগী থৌরায় ছোকহল্লিবা করিগীনো? ঐদি আধ্যাত্মিক সংসারগী সম্বন্ধ ককথৎলমগে সেনখিবদগী, সেবক মচ্চা অমত্তা পৌরক্লমরোই লেপখ্রবনী। রাশক অদু নাহাকনা কায়হনগনু। অদুগা নাহাক্কী "হাঁড়ি সেবা" অসিনা ঐঙোন্দা ওৎপা তৌরগনু। রাজকুমার মরুলূরা তা-বিখী। গোসাঞিনা ভজন চখিবগা, রাজকুমারসু মপান্দা নিত্তিগী নাম লক্ষ অনীহ জপ তৌবী। অনীমক্কী

করিগুম্বা য়ারী য়াতাই সানবা লৈতে। গোসাঞিনা করি অমত্তা শিঙ্খাবিদরবস্ু মহাক্কী পোরৈয়েংনা রাজকুমাররনা অওক্কী-ওক্তগী অয়াম্বা সেবা চঙবী। লোকনাথগী কৃপা হায়রবু মহাক্কী সেবাদা রাজকুমাররবু থিংবা লৈবিখিদে। মতৌ অসুম অতৈ চহী অমা অমুক হওখ্রে। অমগা২ য়ারী সানবা লৈখিদে।

শ্রাবণ মাসকী (থৌয়াম্থাগী) নোংমা মুমিৎ অমদা, লোকনাথনা নরোত্তমবু মনাক্তা কৌছিনবিদ্ন। হায়বিথী, "বাপু! নাহাক্কী নরাহৈদগী, ঐগী সঙ্কল্প নোপথরক্লে। নাহাকপু য়াশক অমা অনীতা শকপা ঙমগদরা?" রাজকুমার য়াহৎ অত্থ মকোকথোংনা য়াবিখী। "অত্থ ওইরবদি ঙানাচংবা চারোইদৌবনী, ব্রহ্মচর্য্য ধর্ম্ম ঙাকদৌবনী, ইন্দ্রি মরুফংনা ফুক্তোকদৌবনী",

**লোকনাথগী সঙ্কল্প ভঙ্গ।**

অসুম হায়বা গোসাঞিগী কৃপা য়াথং ফংবমক্তা, নরোত্তমনা হঙ্গৎপিথী, "প্রভুগী কৃপা নোংদম ফংজরবদি পূম্নমক ঙমজগনি। ব্রহ্মচর্য্য ব্রতদি মমাংঙৈদগী ঙাকচরক্নী।" লোকনাথ থীন্দে, "বাপু নাহাক্কী জয় ওইখ্রে। নাহাক্কী সঙ্কল্পনা চ্যেৎমনখিবদগী ঐহাক্কী সঙ্কল্প কায়বা তাখ্রে," অসুম হায়না নরোত্তমবু আলিঙ্গন তৌবিখী। অত্থগা গুরু শিষ্য অনিমক কোঙ্খিমদ্না পক্কপ্তা কপমিন্নরগা, লোকনাথনা হায়বিরকখী, নাহাক অসি ঐগী আদি, মধ্যম ১সুং শেষ সেবকনী। "নাহাকগুম্বা শিষ্যদি জগত্তা অতাঙবনী। অসুম্বা শিষ্যদি য়ৌনা ভাগ্য-চেনবতদা থেংনরে। অসুম্বা ভাগ্যবু ঐনা করিগী থামোক্ত্গদৌবগে?" অসুম হায়দ্না

শ্রাবণ পূর্ণিমাদা রাজকুমারবু যমুনাদা স্নান তৌহল্লরগা দীক্ষামন্ত্র পীবিথী। অতগা গোস্বামীনা তাকপিথী, মহাক মশানা "মঞ্জুনালী" অতুগা রাজকুমারনা "বিলাস-মঞ্জরী" নী। অস্থুম তৌনা মহাকনা মমৈথংদা ভজন-সাধন প্রণালী অমম্মম ওইনা রাজকুমারবু তম্বিথী। মতুং অসিদগী নরোত্তম রাজকুমার ওইখিদ্রে, শ্রীজীব গোস্বামীনা থোনবিখিবা "ঠাকুর মহাশয়" মিংথোনতনা কৌন-বিখ্রে।

নরোত্তম ঠাকুর মহাশয় অসিনা ধর্ম্মশাস্ত্রদা অনিশুদবা পণ্ডিত অমা ওইনা ফাওগৎলক্রবা কাল অতুদা ধর্ম্মপ্রচার তৌরুবা মতিক চারে খ-নবিখিদ্রা শ্রীজীব গোস্বামীনা মহাকপু শ্রীনিবাস আচার্য্যগা লোয়ননা গৌড়দেশ তানা থাবিরকথী। ঠাকুরমহাশয়, পিতৃ মাতৃগী চরণ দর্শন ফংনীংখিবদগী খেতরীদা লাকপী ১মুং শ্রীগৌরাঙ্গ ১মুং শ্রীবল্লভীকান্তগী শ্রীমূর্ত্তি অনী অসি ঈহান হান্না লিংখৎপিদ্রা সেবা থৌগন হৌগৎপিথী।

**শ্রীপাট খেতরী।** অসিমতুং শ্রীকৃষ্ণ, শ্রীব্রজমোহন, শ্রীরাধারমণ, ১মুং শ্রীরাধাকান্ত কৌবা বিগ্রহ মরিমক আসগা লিংখৎখিদ্রা শুপ্নগী শ্রীমূর্ত্তি তরুকমক অসিগী সেবা অস্থুপকী মতিক লু-হোয়ন্না চৎপিথী, শ্রীবৃন্দাবন ধামদগী বৈষ্ণবশিং ফাওনা সেবা দর্শন তৌবিরথী। মহাপ্রভুগী ভক্তশিংনা লৈরম লৈরম্বা মফমদা মীপূম্মক্তিংনা নিমন্ত্রণ তৌখিদ্রা খেতরীদা শুম্না তিনবিরথী। য়েৌনা ঋঙ্ক চাউনা কীর্ত্তয়চিংবা অচৌবা মহোৎসব তৌবিথী। নরোত্তম ঠাকুরগী মশাবুং রাজা

কৃষ্ণানন্দ কীর্ত্তনচিংবা অসিদা শুন্দাংখিদ্রা, খাকচবা লৈতনা লম্ভুমখিবিক কোয়য়েন য়েনবিথী। মহোৎসব অসিগী অশীল-অরাংগী কর্ত্তা (মপু) না শ্রীনিবাস আচার্য্যনা ওইবিথী। অসিগুম্বা মহোৎসব অসিদি, বৈষ্ণবগ্রন্থময়াম পুথোররুবগী মরমদা শ্রীজীব গোস্বামীনা বৃন্দাবন ধামদা কৎলপিখিবা মহোৎসব অহুদগী তাথরোই হেঙ্গৎকদৌবতনী, হায়রুবদা থোইগৎফম থোক্লদে। মহোৎসব অসিদা নরোত্তম ঠাকুর মহাশয়গী কীর্ত্তন য়াওবি-উবিখিবা ভক্ত লিশীং২ নুংঙাইবগী ঈপাক্তা লূপখিদ্রা বাহ্যজ্ঞান পূমগুম শুন্দাংপিথী। কনা অমনা কাপ্লবী, কনা অমনা থরো২ ওনবী, কনা কনা অমনা কোম্না কোম্ননা পক্প্লো কপ্লবী। অসুম ভৌরিভৈগী চৈরক অহুমক্তা অঙকপা থৌদোক অমা থোক্লকথী। মাহুদি নরোত্তম বিলাসদা :—

"নরোত্তম মত্ত হইয়া গৌর গুণ গায়।
গণ সহ অধৈর্য্য হইল গৌর-রায়।
নিত্যানন্দ অদ্বৈত শ্রীবাস গদাধর।
মুরারী স্বরূপ হরিদাস বক্রেশ্বর॥
জগদীশ গৌরিদাস আদি সবে লয়ে।
হইল সর্ব্ব নয়ন গোচর হর্ষ হয়ে॥
সবে আত্মবিস্মৃত হইল সেইকালে।
যেন নবদ্বীপে বিলসয়ে কুতুহলে॥"

মথোয়গী মপাম্থোং-ইম্রি মাখিবদগী মহুংচনবা ইম্রি ছাকাই-রকথী। তিন্নম্নিবা পূম্নমক্না উবিরী, শ্রীগৌরাঙ্গগী দলগা মহাত্মগী

দলগা পূমতোং তোংননা শ্রীনবদ্বীপ ধামদা থুংসম্নমা জগোয় শানবিবগুম থোকপী। মথোয় অসি অন্তর্দ্ধান ওইখিবা মুং-শাংখ্রে, জ্ঞান অসি কনা অমত্তগী লৈখিদে। পূম্নমক অহু মুংঙাইবগী ঈপাক্তা পূমতাউ তাউবিথী। অসুম্বা মুংঙাইবা অসি মতম কুইনা ফংজনবা মীওইবগী শক্তি লৈজদবদগী মিৎনকুপ্পগী মন্নুংদা গোলোকী মুংঙাইবা অদো থমখ্রে। শ্রীগৌরাঙ্গ মহাক্কী দলগা লোয়ননা থওহৌদনা লেংবিরকপা, মতৌ অহুম থওহৌদনা অদর্শন ওইবিথী।

মতাং অসিদা ভগবানগী শ্রীমুখাম্বুজদগী নাম্থবিরম্বা বাক্য অহু সার্থক ওইখ্রে। মাহুদি :—শ্রীমদ্ভাগবত গীতাদা :—

"মদ্ভক্তা যত্র গায়ন্তি, তত্র তিষ্ঠামি নারদ।"

হে নারদ! ঐদি বৈকুণ্ঠদসু লৈতে, যোগী হৃদিমুংদসু লৈতে, ঐগী ভক্তশিংনা ইগুণ সঙ্কসোমরিবা মফম অদো ঐগী লৈনফমনী।

মতম অহুদা খ্বাইমকী চেতন লাকথী "য়েঃ করিনো। য়েঃ করি ওইখ্রে। য়েঃ কদায় মাঙখ্রে।" হায়নদ্রা কনানা কথৈ, কনানা উক্ষুস্তক্তা ওম্নৈ, কনানা চপ লেপত্না লৈনবী, কনা অমনা জ্ঞান মাখিদ্রা তুদ্রা লৈনবিথী। সঙ্কীর্ত্তনগী ইপোম অহুদা, সাধু অসাধু থায়দনা পূম্নপ লূপ্লিখ্রে; মরম অসিদগী তিল্লরিবা মীনা লিশীং২, কনানা কদায়দা করি তৌরিবা, কনানা মাহুগী খোঙ্গ্লীরুগনী? অসুম্বা গুরুখ্রবা ওইথোকত্রবা থৌদোক অসি, শ্রীগৌরাঙ্গদেবগী থুপাচিনখ্রবা মতুংদা কনা অমত্তনা

কাংলাইতেনসু উবা কংথিজরী। সঙ্কীর্ত্তন অসিদা রাজা কৃষ্ণানন্দ চম্থিদ্না কন্নি তৌবিরী, মন্নুমদা অমুক চণ্ড, মমাঙদা কংলুবা পোং অদো পুরকল্লা, কীর্ত্তন ময়ায়দা কোয়য়েন য়েনবী। অদুম তৌনা অমা পুথোক, অমা অমুক লওরুনবগী চোম্থোক চোম্থিন তৌদ্নাজা লৈরিবী। মাহুদি প্রেমবিলাসদা ঃ—

"রাজা তখন কীর্ত্তনে লাগিল সবদিতে।
ঘর হইতে আনিছেন যে পড়য়ে হাতে॥

× × × ×

কৃষ্ণানন্দ রাজা দেয় সুখের সাঁতার।
লোটাইয়া কাঁদে পায়ে ধরিয়া সবার॥"

× × × × ×

সঙ্কীর্ত্তন অসিগী মতুংদা মী লিশীং২ মহাপ্রসাদ খুনবা কন্নী ১সুং ইতত্তুনা হরিধ্বনি লাউর লাউরদ্না প্রসাদ সেবন তৌবা লোইবিবী। জাহ্নবা গোস্বামীনচিংবা মহান্ত পুন্নমক্কী মতিকচাবা পূজা তৌবিবী ১সুং লমজেনগী খরছা কাওনা থাংদোকপিন্নী। ফি অহনবা, খুজাই অহনবা, সণাতাঙ্গা, রুপাতাঙ্গা মাগী২ মতিক চাবা অত্থু মানা২ অদুম মফংবিবী। মহোৎসব অসিদগী গৌরদেশ অপূর্ব্ব পবিত্র ওইবী, ঠাকুর মহাশয়গী অসভ্যদেশ ভক্তিগী মশক ওইবী, ১সুং ঠাকুর মহাশয়গী মিংচৎ লৈবাক পুংজাও থীনবগুম খোকবী, কন্নি অমুক মহাশয়নি—পাট অসি শ্রীধাম বৃন্দাবন কাওনা কাওবী। মহুম মতিনগী পুণ্যস্থান অসি, "শ্রীপাট খেতরী" হায়না খঙনম্নী।

মতুং অসিদা আচার্য্য প্রভু, ঠাকুরমহাশয় ১ম্নুং রামচন্দ্র কবিরাজ অহিং শুংথিন কৃষ্ণতত্ত্বগী য়ারী-রাতাইভদা নোংলেনবী। ঠাকুরমহাশয়গী প্রভাবদগী (থাঙৎপিরকপা মত-দগী) রাজা চাঁদরায়নচিংবা অয়াম্বনা মত অমত্তা ওইনা মহাকী শিষ্য ওইবী। মহাক কায়স্থ ওইরবসু, অয়াম্বা ব্রাহ্মণ পণ্ডিতশিংনা মহাকা লোয়ননা ধর্ম্ম-যুদ্ধদা মায়থীখিদ্‌্রা মমৈথংদা মহাকী শিষ্য ওইবিবী।

ঠাকুরমহাশয়গী থৌরায় লূপখ্রবা মনাইভক্ত রামচন্দ্র কবিরাজ অসি শ্রীনিবাস আচার্য্যনা অমুরক শ্রীধাম বৃন্দাবন তান্না লেঙবদা লোয়মিন্নখিবদগী, মপু মনাই অনিমগী বিরহ জ্বালা (থাইনা মৈ-চাক) না চাকথেকখিদ্‌্রা ঠাকুরমহাশয়গী থোইনা শোম্বরকপগী মরম অমা ওইনা থোকখী। সেবক অহন গঙ্গানারায়ণ চক্রবর্ত্তীনা লৈফম হোৎলবদি দেহগী লাঙ্গনা কোকপা য়াট থ-নবিখিদ্‌্রা, ঠাকুরমহাশয়বু গাম্ভীলাদা অমুক্তং লেঙবিরকত্না গঙ্গাস্নান তৌবিরুমবা হায়জখী। ঠাকুরমহাশয় ঙাইক্তং থ-মুবিরুরগা হায়বিরকখী "ফরে চৎসি নাহাকী নয়ুমদা লৈদ্‌্রা নোংমা-নিনী গঙ্গাস্নান তৌগে।" অসুম হায়নরদ্‌্রা ঠাকুরমহাশয় লাই-মন্দির তান্না লেঙবিদ্‌্রা শ্রীবিগ্রহ তরুকমকী দর্শন তৌবিরগা বিদায় লওবিরে, ১ম্নুং অমুক্তা থেতরী থাদোক্লমদ্‌্রা পন্না লাম্থোকপিগ্রে। মুমিৎ য়ুংবদা বুধুরিগ্রামদা রামচন্দ্রগী মনাও গোবিন্দ কবিরাজগী

অন্তিম দশা (পুন্সী থাম্মো)।

মযুমদা পুংবিরুই। অতুমক্তা রামচন্দ্রগা ঈহাম হাম্না য়ারী রাতাই লানবিখিবদগী ঠাকুর মহাশয়কী থম্মোয়সুমা রামচন্দ্রগী

খাইনা মৈয়্যেচাক অমুরক থোইনা হেন্না চাকখৎলকখী। হায়রুবদা য়া চাউখিনবতা মথোকই ; তৌইগুম্বস্মুং মহাক অথাঙ ক-নবগা লোয়ননা তপথবিখী। গোবিন্দ কবিরাজ অসিস্থু ফাওরবা পদকর্ত্তা ( সৈরেং মপু ) অমানী। ঠাকুরমহাশয় থুংলবগী পাউনিন শন্দোকখ্রে, মী লিশীং২ তিল্লদ্ৰা অতিয়াঁ ফাওদোক্না হরিধ্বনি তৌরবা হৌখী. ১স্মুং মহাক্কী চরণখাদা তুথবিরখী। অয়ুক্তা বুধুরী থাদোক্লমদ্ৰা ঠাকুরমহাশয় অয়াম্বা ভক্তমণ্ডপকা লোয়ননা গাম্ভীলাদা গঙ্গা নারায়ণগী ময়ুমদা থুংবিরুই। অত্থু স্নুমিত্তগী গঙ্গানারায়ণগী ময়ুমদা মহোৎসব তৌবা ১স্মুং অহিং স্নুংখিন চুপ্পা হরিধ্বনি তৌবা হৌখী। গাম্ভীলা অয়াম্বা ব্রাহ্মণগী লৈফম নী। থৌদোক অসিদগী মথোয়না ঠাকুরমহাশয়গী মথক্তা য়ৌনা অশাউবা পোকপী, গঙ্গা নারায়ণবুস্থু তুকচ্চবী। মথোয়গী শাউবগী থোক্টদোকপা মরমদি গঙ্গানারায়ণ অসি ভাগবত্তা অনীগুদবা কুলীন ব্রাহ্মণ পণ্ডিত অমানী। অত্থুমদি ওইহিক্লগা স্নুমিচ্চ্ৰপ্পা মহোৎসব কীর্ত্তমচিংবদা স্নুংঙাইনা ল্যেল্লিবা মাহু উবদা থুল্লক্কী মীশিংগী মমিৎ নানফম ওইখিবদগী, ময়ুমদা চ্যেক্তুম লংছিনবী, ১স্মুং সঙ্কীর্ত্তনগী মতৌ তম্বিদ্ৰা গঙ্গানারায়ণগী ময়ুম অকোয়বদা লাউ-থোংদ্ৰা মখৈ লৈতনা করেম্মবা হৌবিখী। চ্যেরক অত্থমক্তা থুদোংথীবা থৌদোক অমা থোক্লকখী। ঠাকুর-মহাশয়গী মশাদা অরুম কৌবা লাঙ্গৈনা অমা তোংলখী। অক্লম অত্থু মথং২ হেক্কৎলকত্না স্নুমিৎ মরিনিগী মতুংদা ঠাকুরমহাশয় অমুক মহাকপু গঙ্গাতীর তাম্না পুনবা আদেশ তৌবী। সেবকশিং

থিন্দে, কীর্ত্তন সঙ্কাহ মহাকপু কাংথোম্বক্তা গঙ্গানারায়ণগী হিদেন তাম্না পুথখিব্রে। ঠাকুরমহাশয় তুমিন্না চেংখিদ্না লৈখিব্রে। অয়াম্বা ভক্তশিং অমাংগী ঈপাংবা তাউখিবা। থুরকী য়েংবা লাক্লিবা ব্রাহ্মণ পণ্ডিতশিংনা করেম-কথায়না রাহে অমা অনী ঙাঙখিরে। “করিনো নে চক্রবর্ত্তী, নাহাকী গুরু রাঙাও থোকখিব্রবরা? অন্তিম কাল অসিদা কৃষ্ণনাম সোনগদৌবনী। কদায়, মচীন্দা রা অমতুসু ঙাক্লিদ্রেনে! ব্রাহ্মণশিংবু শিষ্য সেম্লবদি অসুম থাক্লগনি হায়বসি ঐখোয়না মাংজৌননা খঙলবনী।”

গঙ্গানারায়ণ চক্রবর্ত্তী, রাজ্যে অসিদা থম্মোয়দা তাসোন থিনবগুম থোকপী তোইশুম্বদুং করি অমত্তা পাউখুম্বা ঙম্বিদে, থোইনাহ অবাবা-সমুদ্রদা চুপ্লিখ্রে। গাম্ভীলা নত্তবা অরাপ অরাপ্পা মফমদগী অয়াম্বা বৈষ্ণব ভক্তশিং তিল্লদুনা ঠাকুরমহাশয়বু থুরুপ্লিরৈ, কনাশা চৎথী. বনা, কমনা য়াম্বাবকপিদা লৈহৌবী। মতৌ অসুম গঙ্গাহিদেন অদুদা ৩০ হল্লি চুপ্পা লোল্লবা মতুংদা অন্তিম দশা লাকখিবদগী সেবক ভক্তশিংনা হরিধ্বনি তৌবা হৌহৌখী। হরিনামগা মহাধ্বনি অদুগী মরক্তা ঠাকুরমহাশয় দেহত্যাগ তৌখিব্রে। মুমিৎ অদু আশ্বিনী কৃষ্ণাপঞ্চমী তিথি থোকখী। চিতা (শীং) * সেম্বা হৌগৎপিখ্রে। গঙ্গানারায়ণ মায়কৈ মরিমক পূর্ণম মমখ্রে। বজ্রনা থাবদৌনা ঙকখিদ্না

---

* চিতা মফম (শীংসেম্ফম) অসিমক্তা ৺ ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী শবদেহ তুখিখী হায়নৈ। অহানবা অধ্যায় লাং ৩০ য়েংবিয়ু।

মী অপূন্বা ঠাকুর মহাশয়বু পূমকোয় কোয়ছিনবিদ্ন। মিৎয়েং অমত্তা ওইনা য়েংবী। খুল্লকী ব্রাহ্মণশিংনা লেপখৎনদ্ন। নোক্ন-চন্নবা ৱাহৈশিং তা-বি য়েংবিরী। গঙ্গানারায়ণ মখোয়গী মতৌ মওং তা-বি উবিবদগী ঁপথবা ওস্বিখিদ্রদ্ন, ঠাকুরমহাশয়গী খুইয়াখাদা মকোক থেংননা মপি অরর ছিন্থনা কপ্পা হৌবিরকথী।

অস্নুম তৌরিঙৈগী চৈরক অহুদা, ৺ভগবানগী ইচ্ছাদগী ঠাকুরমহাশয় মায়থোং লাংছিল্লম্বা লাংথোক্লক্লে, ঈ থাংলমদবা থাংলকপা হৌরক্লে। তাম্ফম অহুমক্তা খ্বাই তা-না য়ৌনা মুংসিরবা ১স্নং ম্যেংলবা খোঞ্জেন্না ঠাকুরমহাশয়বু কৌরদ্ন। হায়জরকথী,—"প্রভু! পাষণ্ড কয়া লা-নবিখ্রে, হৌজিক অপওবা ব্রাহ্মণশিংনা নাহাকপু নিন্দা তৌদ্ন। মশা মশাগী মাওনবা তৌজরী, মখোয়বু চানবিদ্ন। মতিকথোকপা দণ্ডি তৌবি-রো।" গঙ্গানারায়ণগী ৱাহৈ

পুনঃ চৈতন্য লাভ (অমুক হিঙ্‌ৎলকপা)।

অসি তা-বদা খ্বাইনা মথৌরায় শোকত্না লোনবোই নীংনরমথী, মান্থ নৎখিদ্রে। খ্বাইনা খওনবিরক্লে, গঙ্গানারায়ণ করিগুম্বা লাইবাউগুম্বদগী লোল্লক্লিবনী। থাঙ্গৈমক শেংনা মাহুমক থোকথী। মরমদি ৱাহৈ অসি হায়বমক্তা, ঠাকুরমহাশয়গী মায়থোংদা হিঙ্গৎলকপগী লক্ষণ তৌবিরকপা হৌরকথী। অহানবা মক্তা চীম্বান তনিক তনিক্লকই, মতুংদা নিংশাম্বর হোল্লকই, মথং২ হকচাং কায়াৎ অপূন্বা নিক্লকই, মতুংদা ঠাকুরমহাশয় মগ্ন পাওথোকপিরক্লে। খ্বাই অপূন্বা লাই-মূর্ত্তিমক ওইনা

য়েংনবিরক্লে। কনা অমগুগী মচান্দা রা অমত্তা ঙাঙনবা থোকখিদ্রে। মমৈদা ঠাকুরমহাশয়না ইঙ্গিৎ পীবিরকত্না মনাক্তা গঙ্গানারায়ণ চঙবিরকপগা, খূৎ য়েৎথংবনা মহাক্কী ঙকসম কোল্লদ্না তপ্পা২ হওগৎত্না ফমথবিরে। মাহুদি নরোত্তম বিলাসদা :—

"গঙ্গানারায়ণের এই ব্যাকুল বচনে।
নিজ দেহে মহাশয় আইল তখনে॥"

গাম্ভীলাগী তাথী-সোনাইরম্বা ব্রাহ্মণশিংনা ঠাকুর-মহাশয়গী অমুরক হিঙ্গৎলকপা থৌদোমতা অহু উবিখিবদগী কিখিবনা ঙম্না থ্রক ২ নীরুখ্রে ১সুং খঙনরক্লে, নরোত্তম ব্রাহ্মণমক নত্রবসু মহাপুরুষ অমা নী। অহুগা হিংগৎলকইবা অসিগী মরম অতৈ করি অমত্তা লৈতে, মথোয়বু মক্তা দগী পীনবা হিংগৎলকপনী হায়না ঙম্নমক্না থ-ম্নবিথী। ব্রাহ্মণশিং অদো কিবনা রামনখিদ্না মহৈ ২ খৎনরকপা ১সুং অমগা অমগগী দোষ থ্যোজিন্নরকপা হৌনবিরকথী। তৌইগুম্বসুং ঠাকুরমহাশয়গী লোয়নরিবা ভক্তশিংগী কনা অমত্তনা করিসু তা-বা ফংবিদে। মথোয়দি ঠাকুরমহাশয়বু পুমকোয় কোয়ছিনবিদ্না মহাক্কী মায়-থোংতবু য়েংবিবা ১সুং হরাও ঈরা ছিম্থবিবা হৌরকথী।

মতম অহুদা ঠাকুরমহাশয় মোম্মোন তৌনা গঙ্গাস্নান তৌনীংবগী ভাব উৎপিরকত্না, গঙ্গানারায়ণ ১সুং রামকৃষ্ণগী মরেংবান কোনবিরদ্না গঙ্গাস্নান তৌবিরুবদগী ভক্তশিংগা যুম্ ভাম্না কারকপিথী। অতৈ২ ভক্তশিংসু মুংঙাইবনা অয়াই

**ব্রাহ্মণশিংগী কলংক-মৈয়্য মুচ্চরকপা।**

কাখিবদগী কনা অমনা জগোয় সাই, কনানা হরিধ্বনি তৌনা২ লেঙমিন্নরকই। পূম্নমক্না য়ৌনা হরাওনা অহাউ অথুম্নচিংবা লাইক্লক পুরকল্লা ঠাকুরমহাশয়বু লূক-হাহনখী। অমরোমদনা খূলক্তা য়ৌনা মনামনিন্ নাই-নখী। কনা অমনা ঠাকুরমহাশয়গী অশাউ-মৈয়্যনা চাকথেক্লগনী, কনা অমনা কুষ্ঠী লাঈথুং পক্লরগনী হায়না মওণ২ থ-ম্নবিখী।

গ্রাম অংগী ভদ্রলোক পূম্নমক পুল্লপ লাকল্লা গঙ্গা-নারায়ণবু ময়ূমদগী হচিকপা মফমদা কৌথোকহল্লুরে, অতুগা মহে১ মরুল্লুক্লা মহাক্কী মখোঙদা তুথখিদ্রা হায়নবিরকপা হৌখী; "নাহাক অসি ঐখোয়গী থঙংগী পণ্ডিত অচৌবা

**ক্ষমা প্রার্থনা।**

অমা নী, নাহাক্কী নফমদা লঙঙখিবা দোষ অদো ঙাকপিদ্রা, ঠাকুরমহাশয়গী কৃপা ফংজনবা থোরাং অমত্তদি তৌবিয়ু। ঐখোয়গী চেল্লম্বা কুভাব অতু ওম্না মাঙখ্রে। অদুগা শ্রীভগবানগী কৃপা পাত্র ওইবিবা মহাক্কনা অথোইবা ব্রাহ্মণ নী হায়বা খঙজরে। নখোয় পূম্নমক অসে থৌজালহেবা ভক্ত ঙাকমত্তনী, অতুনা হৌজিক অসি ঐখোয়বু উদ্ধার তৌবিদ্রা মিংচৎ উরোং খিনবিরো।"

থৌদো মতাশিং অসিদগী গঙ্গানারায়ণ পূমঙক ওকপিখী। অদুগা তৌরকইবা থৌদোশিং আসদি মহাক্কী সুংঙাইনবতগী নী হায়না থা-জবা পোক্লকখী। অমুকসু থ-ম্নবিরকই—খুল্লক্কী মীয়ামনা মহাকপু য়োনা ওৎপিরম্বা মাতুমক্তা কোকহল্লবগী

দমক, ঠাকুরমহাশয়না অমুম্বা শাইওংদা শান্নবিরিবনী। গঙ্গানা-রায়ণ থীলম্বা তৌদনা ব্রাহ্মণশিংগা লোয়নবিদুনা ঠাকুরমহাশয়গী মকমদা হুঙ্গৎপিরুই। লোয়নমক্রিবা মথোয় অসে অয়াম্বদি খুন্নকী ব্রাহ্মণ পণ্ডিত ওাকমক্ত নী, হৌজিক অসে মথোয় পূম্নমক কুপা থোজান কংজরগে চওজরন্নী। ম্রাহে অসি হায়বা মক্তা, ব্রাহ্মণ পণ্ডিত অপূম্বা ঠাকুরমহাশয়গী খূইয়া খাদা ওন্না তুথবিখ্রে। মতম অত্থদা ঠাকুরমহাশয় পূকচেল-তিংনা মীপূম খুদিংবু আলিঙ্গন তৌবিরগা, মুং নৌরবা খোজেন্না হায়বিরকই, "হৌজিক গঙ্গানারায়ণ অসে মতম থরদং ময়ুমদা লৈরগনী। মহাকী মকমদা নখোয় অপূম্বা ভক্তিগ্রন্থ তম্নখো। মতুং অত্থদা অপাম্বা পোক্লকপা মী মখৈ মহাক্কা লোয়ননা খেতরী তান্না লাকমিম্নৌ।" অমুম তাকপিরম্নগা ঠাকুরমহাশয় খেতরী তান্না হনবিরকথী। অসিমতুং কয়ানিমরুম লৈরগা গঙ্গানারায়ণ মহাকী খুজংগী ব্রাহ্মণশিংগা লোয়ননা ঠাকুর-মহাশয়গী মফমদা চৎখিদুনা খেতরী থুংবিরুই। ঠাকুরমহাশয় থীন্দে, মীপূমতিংনা আলিঙ্গন তৌবিদুনা পূম্নমকপু দীক্ষা-মন্ত্র পীনবিথী। অত্থগা তাকপিরকথী—বৈষ্ণব-ধর্ম্ম প্রচার হায়বা অসিদি গৌরাঙ্গদাস পূম্নমকী অথোইবা মথৌনী। বৈষ্ণবশিংনা হায়বী, ভগবানগী মনাই ওইরিবা মী মহাক্তনা অথোইবা ব্রাহ্মণ নী। মথোয়না অতৈন্থ তাকপী,—"ভক্তিবু চেন্নবা চণ্ডাল

লাঙ্গীমিং (দীক্ষা) পীবিবা।

অহুদি, ভক্তি চেণ্ডবা ব্রাহ্মণদগী অথোইবনী *।" মরম অসিদগী "বৈষ্ণবধর্ম্ম" শব্দোকপদা সমাজগী উপকার লৈ হায়বা অহুতা নংহল্লিক্কে, মসি শব্দোল্লবদি সমাজ কুইনা হিংদ্রা লৈগনী, নত্রবদি হিন্দুজাৎ পূম্নপ লূপখ্রগনী। বৈষ্ণব ধর্ম্মদা ব্রাহ্মণ ক্ষেত্রিনচিংবগী জাতি-বিজাতি নাইরমদে।

তাস্ফম অদো ঠাকুরমহাশয়, অতৈ মীগা য়ারী-য়াতাই সানবা শংবা লৈবিখিদে। অচিকপদা, তুমিন্না লাইনীং-লাই-সোনবিদ্রা মক্তা নোংলেনবী। করিগুম্বদনা মন্দির ময়াদা ফমদ্রা, কপত্না মক্তা লৈবী, উফুল য়াইফুনমক্তা মতোৎপী; শ্রীগৌরাঙ্গগী মায়থোং পাংনা মিৎয়েং থম্বিদ্রা পূক্লিংদা করি২ হায়বিরী, অহুগা মিৎকী লূখ্রবা ঈরানা মায়থোং তাউথোক্লা ছিম্থবিরী। করিগুম্বদনা খূৎ লোম্নদ্রা লৈসি-লৈথোন-বিরী। "হে গৌরসুন্দর!

## অদ্ভুত দেহত্যাগ
( অঙকপা দেহ মথাইনা )।

ঐহাকপু নাহাকী খূইয়া-থম্বাল ফংজখিগদোবরা? হে শ্রীগৌরাঙ্গ ঐহাক্তি য়োনা শোক্তিল্লক্লে; নাহাকপু ভজন তৌবা ওমছিঞ্জরকত্রে। অহুম ওইবা সাধুশিংগী পার্ষদগী ঐহাকনা নাহাকী ভজন তৌবা ওমজখিবা, মথোয় পূম্নমক অদর্শন ওইখ্রে। হৌজিক অসিদা নাহাক নত্তনা, অতৈ কনাদবু হৃদিসুংগী অয়াবা লীজরুগদোবনো?"

* অনীশুবা অধ্যায় লাঃ ৬৩ শুবগী শ্লোক "চণ্ডালোপি মুনেঃ শ্রেষ্ঠ...." য়েংবিয়ু।

নোংমগী নোংজাদা ঠাকুরমহাশয় অমুরক গাম্ভীলাদা লেপ্লে হায়না তাকপিথী। মসিমক প্রকাশ তৌবিখিবদগী জ্ঞান পূমতা তারকত্না থৌরায় য়াওনা সেবক মচাশিংদা বিগ্রহ খুদিংমী সেবা চৎনবা থৌরাংনচিংবা শীজিনবিরে। থৌরাং পূম্বা লোইরবদা, মন্দির তান্না লেঙছিনবিদ্না শ্রীবিগ্রহ খুদিংমক্তা বিদায় লওবী, অহুগা ঙাইহক২ স্তুতি প্রার্থনা তৌবী। অহুদগী "হা প্রভো! দীনবন্ধু! জীবগী মফমদা থৌজান মিৎয়েং তাবিয়ু" হায়দ্না মন্দিরমাঙদা অষ্টাঙ্গ দণ্ডবৎ কৎপিথী।

মী পূম্নমক্না "ঠাকুরমহাশয়গী অসিনা অরোইবা বিদায় ওইরবরা!" হায়না চপ২ লেপথৎনদ্না খ-ন্নবিথী। মহাক ভক্ত পূম্নমক্কী মফমদা বিদায় লওবিরে, ১স্থং মীপূমতিংনা আশীর্বাদ তৌবিরে। খুঙ্গংগী অয়াম্বনা থৌগন ইনগে হায়রবদা, মহাকনা মাহু থিংবিখ্রে। লোয়নরিবা হাইববু মহাক্কী অচানবা সেবক মচাশিং খরতা মঙাইথী। অম্বুম তৌনা বুধুরীগ্রামদা অমুরক থুংবিরুদ্না, গোবিন্দ কবিরাজনা তরাম২ ভক্তিগা লোয়ননা ওকপিরম্মী। ঠাকুরমহাশয়না তাকপিথী, "ঐবু কীর্ত্তন-ঈসৈ তা-হল্লু। মাহু তা-গদগী মক্তা ঐহাক নাহাক্কীদা থুংলরিবা অসিনী।" মতৌ অম্বুম অহিং নোংশোইবা কীর্ত্তনগী ম-য়াইতদা ল্যেনথী।

মতুংগী নোংমা অহুদা মাহাক গাম্ভীলাদা থুংবিরুই। খুঙ্গংগী মী অপূম্বনা ঠাকুরমহাশয়গী দর্শন অমুরক ফংবিখিবদা কুংঙাইবা-সমক্রদা লূপ্লিখ্রে। ঠাকুরমহাশয় পূম্নমকপু আশিস্ তৌবী।

মতুং অসিদা কার্ত্তিক কৃষ্ণা-পঞ্চমী তিথিদা, মহাক অয়াম্বা ভক্তশিষ্যশিংগা গঙ্গাস্নান তৌবা লেঙবী। ঠাকুরমহাশয় গঙ্গাস্নান তৌবিরগা তোর্ব্বান্দা হকচাং তংখায় লুপ্না ফমথবিরে, ১স্যুং গঙ্গানারায়ণগা রামকৃষ্ণগা অনীমকনা য়েৎলোম ওয়রোম নূরা-চকা নম্থোকপী। তৌইগুম্বস্যুং মতৌ অস্যুম দেহপূম্বা নম্থোক-খোত্তোকপা ছৌবমক্তদা ওইথোক্তবা থৌদোক অমা থোকখী। ছোক্রুবমক্তা দেহ অদো সঙ্গোম অনৌবা ওইনা ছিম্বরকম্বা গঙ্গাজলগা অত্থুম তিঙ্গিনবিখ্রে। মাথদি, নরোত্তম বিলাসদা :—

"দেহে কিবা মার্জ্জন করিবে, পরশিতে।
দুগ্ধপ্রায় মিশাইলা গঙ্গার জলেতে॥
দেখিতে দেখিতে শীঘ্র হৈল অন্তর্দ্ধান।
অত্যন্ত দুর্জ্ঞেয় ইহা কে বুঝিবে আন॥
অকস্মাৎ গঙ্গায় তরঙ্গ উঠিল।
দেখিয়া লোকের মহাবিস্ময় হইল॥"

অস্যুম্বা দেহ-মথাইনা অসি হৌজিক মীনদি থা-জনবিদে। শ্রীগৌরাঙ্গদেবগী রারমদি অসিদা পঞ্জরম্নরোই, মরমদি মহাক্তি স্বয়ং ভগবানমকনী। অসিগী মতুংদা ঠাকুরনরহরি, রসিকানন্দ, তুকারাম পূম্নমক অসি মতৌ অস্যুম ওইথোক্তবা মওংদা অদর্শন ওইবিখী।

গঙ্গানারায়ণ, ঠাকুরমহাশয়গা লৌরমনা গঙ্গাদা চোংথদা প্রাণ থারগে সেনখিবদগী ময়াম্না ফাদ্না ময়ুম তাম্না পুছিনবিরকই। লম্থোনদোনা মিৎনকুম্লদা থৌদোক অসি লেপপূম্বা পূমনমক

শন্দোকথী। গঙ্গানারায়ণ লৈজরম্বা মচাক মরল অপুম্বা তিং-থোকম্বা মহোৎসব তৌবিথী। ঠাবুরমহাশয়গী পরিবার চাউদা লাক্ত-বা নৎখিদে। রাজসাহী, মালদহ, বহরমপুর, রঙ্গপুর, পাবনা অসিনচিংবা মফমদগী সেবক-শাখা ময়াম অমা খেতরীদা পূনবিরথী। রাজা রূপনারায়ণ, চাঁদরায়, নরসিংহ অসিনচিংবা শিষ্য ময়াম তিনবিদ্‌া মফম অদুদা চাউখ্রবা মহোৎসব তৌবী। চাউর চাউরবা সংকীর্ত্তন হৌথী,—দেবীদাস, গোকুলদাস, গৌ-রাঙ্গদাস, জয়নারায়ণ ঘোষ, গন্ধব্বরায়, রূপরায় অসিনচিংবা লৈবাক ফাওরবা বায়ন (পুংয়েবা) ১সুং কীর্ত্তনীয়াশিং (পাল্লাশিং) না মহাসংকীর্ত্তন অসি সক-সানবী। মথোয় পুম্নমক ঠাকুর-মহাশয়গী শিষ্য ওইবিবনা, মহাকনা লেংবিরম্বা সৈরেং সকপিদ্‌া য়েৌনা মুংঙাইনা জগোয় সাবী।

**অচৌবা মহোৎসব।**

মতুং অসিদগী চহী চহিগী কার্ত্তিক কৃষ্ণা-পঞ্চমীদা সম্বৎসরগী মওং ওইনা খেতরীদা মহোৎসব তৌবিরী। মসিবু "খেতরী মেলা" হায়না ফাওখ্রে; মেলা অসিদা হৌজিক ফাওনা চহী২ সাধু বৈষ্ণব লিশীং ২০। ২৫ রোম পূনবিরুদ্‌া ঠাকুরমহাশয়গী গুণ-কীর্ত্তন তৌবিরী। হে পাঠক মহাশয়! পুণ্যস্থান অদুদা অমুক্তং লেঙবিরুদ্‌া দর্শন তৌবিরু, অদুগা ওম্বিরবদি পুণ্যস্থান অদুগী ধূলা (উকুন) কোকথক্তা চাইথৎপিরু। য়েৌনা মুংঙাইজবগা লোয়নবা ঠাকুরমহাশয়গী বারী ইজরক্লগী, ওদিদগী মুংঙাইবা

**খেতরী মেলা।**

অদু লোমখিবা তাখ্রে। মিৎকী ঈরা-কালিনা মহাকী লীলা পূম্বা লেংজগে ক-ম্না সেপ্পরম্মী। মাদু নীংবা থুংজখিদ্রে, তৌইগুম্বসুং মিৎকী ঈরাতনা মাদু মতোম্লোম্বা থোকচখ্রে।

ঠাকুরমহাশয়না লেংবিরম্বা গ্রন্থশিংগী মরক্তা :—প্রার্থনা, হাটপত্তন, প্রেমভক্তি চন্দ্রিকা, প্রেমভক্তি চিন্তামণি, চমৎকার-চন্দ্রিকা, রসভক্তি চন্দ্রিকা, সাধ্যপ্রেম চন্দ্রিকা, স্মরণ মঙ্গল অসিনচিংবনা অথোইবা গ্রন্থনী।

নরোত্তম ভগবান শ্রীকৃষ্ণগা তত্তনা য়ারী সাবী। মাদুগী সৈরেং মতেক অমদং মখাদা উচ্চরী :—

"নব ঘন-শ্যাম ও পরাণ বন্ধুয়া,
আমি তোমায় পাশরিতে নারি।
তোমার সে মুখ-শশী অমিয় মধুর হাসি,
তিল আধ নাদেখিলে মরি॥"

ঠাকুরমহাশয়গী পরিবারসিংগী লৈহাও-লৈয়েন অপোম্বদৌনা চন্দন থিন্নবা বিধান থম্বিরম্মী।

কৃষ্ণদাস।—মহাক অসি উৎকল প্রদেশকী বাহাত্তরপুরদা শকাব্দ ১৪৫৬ কী চৈত্র পূর্ণিমাদা জন্মগ্রহণ তৌবী। মপাগী মমিং কৃষ্ণমণ্ডল, অদুগা মমাগী মমিংনা হরিকা দেবী কৌয়ে। মখোয়গী জাতিনা সদ্গোপগী জাৎনী। কৃষ্ণদাস অসি নাহা-ঙৈদগী বৈষ্ণব ধর্মরোম মমায় ওঙ্গিনবী। শ্রীধাম নবদ্বীপ তাম্না চৎথিদুনা কালনা অম্বিকা মহাপ্রভুগী মন্দিরদা মহাক য়াইছিং লম্ন-চেংদুনা মতম খরদং লৈবী। মহাকী মরমচৎ নীংথিবা উবিথিবগী

১স্থং মশামক বিষ্ণুভক্তিদা য়ৌনা রতি লৈখিবদগী হৃদয়চৈতন্ত

**শ্যামানন্দ পুরী।** ঠাকুরনা মহাকপু দীক্ষা (লাঈমিং) পীনবিদ্‌া মমিং "তুঃখী কৃষ্ণদাস" হায়না

থোনবিথী। মতৌ অস্তুম মহাপ্রভুগী সেবা কয়ানিমকুম তৌ'ব-রম্লগা শ্রীধাম বৃন্দাবন তাম্না চঙ্খিদ্‌া শ্রীজীব গোস্বামীগা মফমদা অয়াম্বা ধর্ম্মশাস্ত্র তম্বিরুই। অস্তুম ঙাঙনবা লৈ. নোংমগী থেঙখ্রবা অহিং অমদা তুঃখী কৃষ্ণদাসনা রাসোৎসবকী মরীদা ভজন তৌজরকপদা শ্রীরাসমণ্ডল অতুমক্তা সাক্ষাৎ রাসলীলা শানবিবা দর্শন ফংবী। তাঙ্গা অতুমক্তা শ্রীমতী রাসেশ্বরী ইবেমগী চরণ-নূপুর অমা চোংথোরকল্পা তাখিবা উহৌবী। কৃষ্ণদাস নোংঙানফাক্তনা শ্রীরাসমণ্ডল শেং:দোকপিরুবদা ই:বেমগী স্নাগী নূপুর অত্তমক তরং২ তারম্বা ফংনবিরুই। খুদ্দক অংমক্তা, স্বয়ং ললিতা সখী লেঙওকল্পা নূপুর অত্ত কৃষ্ণদাসকী মখুত্তগী লওবিদ্‌া মরাইবক্তা ছোকহল্লম্লগা শ্রীমতী রাসেশ্বরীগী মফমদা পুদ্‌া লেঙবিখ্রে। ইবেমা শ্রীমতীগী মমিং অমদি শ্যামা হায়মস্থ খঙনৈ, কৃষ্ণদাসনা নূপুর অত্ত হনখিবদগী ইবেমগী অপোন্নবা অমা ওইনা থোকখী। মতৌ অস্তুম সিদ্ধ ওইরকপদগী শ্রীজীব গোস্বামীনা কৃষ্ণদাসকী মমিং "শ্যামানন্দ পুরী" হায়না থোনবিখী। অত্ত হুমিত্তগী শ্যামানন্দ ১স্থং মহাকী সেবক-সাখা মখৈ মথং২ নূপুরচিহ্নগী তিলক থিম্নবিখ্রে।

মতুং অসিদা শ্রীনিবাস অচার্য্যনা নরোত্তমগা, শ্যামানন্দগা লোয়ননা শ্রীধাম বৃন্দাবনদগী ভক্তিগ্রন্থ পুথোয়রকপদা অন-

বিষ্ণুপুরদা হুরানখ্রবা মতুংদা, মখোয় অসিবু মাগী২ দেশতা বৈষ্ণব-ধর্ম্ম প্রচার তৌরুনবা থাবিরকখিবদগী, শ্যামানন্দসু উৎকল তান্না চৎখিদ্রা নৃসিংহপুরদা ভজন কোঠি সাগৎপিদ্রা নাম প্রচার তৌবিখী, সেবকশিংসু পোকপিখী ১স্তুং অয়াম্বা বৈষ্ণব গ্রন্থনচিংবসু লেংবিদ্রা শন্দোকপিখী।

## গৌড়দেশতা ভক্তিগ্রন্থ শন্দোক্রবা থোরাং।

শ্রীগৌরাঙ্গ, শ্রীনিত্যানন্দ ১স্তুং শ্রীঅদ্বৈত প্রভুনা থুপচিন-বিখ্রবা মতুং অসিদা মখোয়গী শক্তিদগী শ্রীনিবাস আচার্য্য, ঠাকুরমহাশয় ১স্তুং শ্যামানন্দ অহুম্মক অসিনা বঙ্গদেশতা ভক্তি-ধর্ম্ম শন্দোকপিবখী। মখোয় অহুম্মক অসি পণ্ডিত শ্রীজীব গোস্বামীগী মফমদা ভক্তিগ্রন্থ তম্থিখিদ্রা মথক্তা হায়খ্রিবা উপাধিশিং অসি তানবিখী। ভক্তিগ্রন্থ হায়রক্রবদি—শ্রীগৌরাঙ্গ স্বয়ং করিগুম্বা গ্রন্থ অমত্তা ইথবরমদে, অহুমদি ওইরগা মহাকনা করি ধর্ম্ম প্রচার তৌবিরিবা, মাহ্ন ফাজিন্নবগী মরমদা ভক্ত তরুক্কী মফমদা কৃপাদেশ তৌবিখী, মখোয় অদো গোস্বামী হায়না খঙনবী। থবক অসি পুবা ওম্নবগী দমক শ্রীভগবান গৌরাঙ্গনা গোস্বামী তরুকমক অসিদা শক্তিসঞ্চার তৌবী।

বৃন্দাবন্দা গোস্বামীশিং অসিনা অমুম্বা গ্রন্থ লিশীং২ লেংবিখী, মখোয় অহুবু ভক্তিগ্রন্থ কৌনৈ। \তৌইশুম্বসুং গ্রন্থ পূম্নমক অদো বৃন্দাবনতদা লৈখী. গৌড়দেশকীংকনা অমত্তগী কামখিদে। গ্রন্থশিং অসি শিন্দোকম্না বঙ্গদেশতা প্রচার তৌহন্নুনদোবম্ব

মাহুগী মরম ফোংবিনবা মীতা লৈরমদে। অমরোমদসু গো-স্বামীশিং অহুগী মরক্তা বৃন্দাবন থাদোকনবগী অধিকার (মতিক) সু কনা অমত্তগী লৈরমদে। গৌড়দা গ্রন্থ অসি শন্দোকলুনবা মরম ওইনা শ্রীনিবাসতবু সেমগৎপিরম্মী। মহাক, নরোত্তম, শ্যামানন্দ অহুম্মক অসিবু শ্রীজীব গোস্বামীনা ভক্তিগ্রন্থ অপূম্বা তম্বী। মরমদি মখোয়না মহৈ হৈরক্লবদা গৌড়দা ভক্তিগ্রন্থ তম্বিরুনবা, অহুম্মক্তা উপাধি অমম্মম পীনবিখ্রে। মহৈতম্বা লোইরবদা শ্রীজীব গোস্বামীনা অহুম্মক অসিবু গৌড়দা ভক্তিগ্রন্থ শন্দোকলুনবা থাবিগে চপ লেপ্লিখ্রে।

মরম অসিদগী মহান্তশিংগী কনাগী করম্বা মত লৈবা মাহু খণ্ডনবা শ্রীজীবনা য়ৌনা খৌরাংবিথী। রাসোৎসবকী পর্ব্ব নকছিল্লকখিবদগী মহাকনা কনাদা করি অমত্তা খণ্ডহন্দনা উৎসব অহুগী মরমদা মহান্ত পূম্নমক্তা নিমন্ত্রণ কৎপিথী। অরাপ্পদা লৈবশিংনা দ্বাদশী সুমিত্তা থুংবিরথী। রাসকী মমাং উত্থান দ্বাদশী দিনদগী মহোৎসব আরম্ভ তৌথী। মথুরাবাসী ১সুং আগরাবাসী মহাজনশিংনা মপৈ ২ মহোৎসবকী পোৎলম কচ্ছিল্লবা হৌবিথী।

শ্রীজীবগী কুঞ্জ সাক্ষাৎ বৈকুণ্ঠ-ভুম ওইথী। মফম অহুদা শ্রীগৌরাঙ্গগী ভক্তমরূপ অপূম্বা তিনবিরথী। মখোয়গী মরক্তগী কনা কনাগুম্বগী মমিং ইজদা পবিত্র ওইজরগে। গোস্বামী লোকনাথ ১সুং ভূগর্ভ, মখোয়গা লোয়নবিরকপা ঠাকুরমহাশয়, শ্রীনিবাস আচার্য্যগা লোয়ননা গোপালভট্ট গোস্বামী লেঙবি-

**মহান্ত মরূপ।** রকথী। রাধাকুণ্ড তীরদগী গোস্বামী রঘুনাথ দাস ১স্থং কৃষ্ণদাস কবিরাজ লেঙবিরকথী। মধু পণ্ডিত, প্রেমী কৃষ্ণদাস, কৃষ্ণদাস ব্রহ্মচারী, রাঘব পণ্ডিত, যাদবাচার্য্য, পরমানন্দ ভট্টাচার্য্য, উদ্ধব, গোবিন্দ, মাধব অসিনচিংবা ভুবন-পাবন সাধক পূম্বা লেঙবিরকত্না থুংলথী। পূম্নমক শ্রীকৃষ্ণগী গুণ কীর্ত্তন, গৌরলীলাগী ৱারী অসিনচিংবা সোনবী লীবিদ্দা নুংঙাইনা অহিং-নুংথিন ল্যেনবা হৌবিথী।

মকোক্তা শ্রীগোবিন্দগী ১স্থং শ্রীগৌরাঙ্গগী লূক চনবী। মথংদা শ্রীনিত্যানন্দ ১স্থং অদ্বৈত প্রভু অনিগী অমস্থং অত্থমথংদা

**লুকথা পরেং।** স্বরূপ, রামানন্দ, রূপ, সনাতন অসিনচিংবগী লূক কৎপী। বৈষ্ণব পূম্নমক শ্রীকৃষ্ণ ১স্থং শ্রীগৌরাঙ্গগী ৱারীদা ঈম্মুন্মুম্নখিদ্দা প্রেম ১স্থং নুংঙাইবগা লোয়ননা মহাপ্রসাদ খূনবিথী, প্রসাদ সেবন লোইরগা কুঞ্জ অপূম্বা পুমঙান ঙাম্না থ্বাইমক ফমথবী।

বৈষ্ণব শাস্ত্র প্রচার তৌবগী ভার (পোৎলূম) অসি মকোক ওইনা মপস্থৌ রূপ-সনাতন অনিমগী মথক্তা শ্রীগৌরাঙ্গনা শিম্নবিরম্মী, তৌইগুম্বস্থং মখোয়দি হৌজিক ঙম্না অদর্শন ওইবিখ্রে। মরম অসিদগী পোৎলূম অচৌবদো মখোয়গী মনাও অমুপমগী মচানীপা শ্রীজীব গোস্বামীগী মকোকথক্তা নল্লরে। মরম অসিনা শ্রীজীব গোস্বামীনা খূৎ লোমরদ্দা মহান্তশিংগী মফমদা হজচ্চরকই, "প্রভুগী প্রিয়স্থান গৌড়মণ্ডলনী, মাহুদা

আজ্ঞা প্রার্থনা।
(য়াথং নিজবা)।

ভক্তিগ্রন্থ প্রচার তৌখিদরী, হীরম অসিদা প্রভুশিংগী করম্বা আদেশ লৈবিখিবা মাস্থ মহান্ত মরূপশা খঙদ্‌া লৈবিরী। শ্রীনিবাস আচার্য্য অসিনে, নরোত্তম ঠাকুরমহাশয় ১স্নং শ্যামানন্দনে, মথোয় অসিবু ঐহাকনা ভক্তিগ্রন্থ ময়ামগা লোয়ননা গৌড়দা ভক্তিধর্ম্ম প্রচার তৌরুনবা থা-গে নীংজরী। মসিদা মহান্তশিংগী অনুমতি ১স্নং কৃপা থৌজ্ঞান নোংদমবিনবা নিজরী।" অমুকস্থ হায়বিরকই, "শ্রীগোপালভট্ট গোস্বামীগী সেবক শ্রীনিবাস ১স্নং শ্রীলোকনাথ গোস্বামীগী সেবক ঠাকুরমহাশয় নী। গোস্বামী-শিংনা অনী অসিবু গৌড়দেশতা থাবিনবা অনুমতি পীনবিদ্‌া শক্তি সঞ্চার তৌবিরবদি, গৌড়দা ভক্তিগ্রন্থ প্রচার তৌরুবা য়াই।"

মহান্ত পূন্নমক "সাধু সাধু" লাউবিখী। গোস্বামী অনিমা অত্থস্থ অচানবনা থাগমত্রবা সেবক মচা অনিমক অত্থবু থা-নবা সম্মতি পীনবী। খুদ্দক অত্থমক্তা মবিয়ানিনা প্রভু অনিমগী

সম্মতি পীবিবা।

খুইয়াদা দণ্ডবৎ তৌনা, "বৃন্দাবনদা লৈজদ্‌া প্রভুগী চরণ সেবা ফংজগে" হায়জখী। মাস্থদা গোস্বামীশিংনা হায়বিখী:—

"বড় ধর্ম্ম হয় বাপু ধর্ম্ম প্রচারণ।
সভার আজ্ঞায় গৌড়ে করহ গমন॥"

"বাপু! গৌড় তাম্না চৎলু, অমহিকস্নং ধর্ম্ম প্রচারগী থিল অসিদি য়ৌনা পুণ্যচেনবা থৌরম অমা নী," তাকপিখী।

অসিমতুং শ্রীজীব গোস্বামীনা, মহাক্কী সেবক মথুরাবাসী শেঠ জাতিগী মহাজন অমবু কৌহল্লুদ্না হায়খী, "ভক্ত অহুমনা ভক্তিগ্রন্থ অপূম্বা পুদ্না গৌড় দেশতা চৎপা তারে। মাহুগী থৌরাং অপূম্বা নহাকনা তৌবিগদৌবনী।" শেঠ মহাজন থীন্দে গাড়ী অনিগী কল্লবা সল্লাবা মরি, খুৎলাই পায়বা সন্ত্রী তরা, গাড়ী কূপ্পবা মোম-জামা (খোইরু ফি) ফরবনচিংবা লাঙবিরকত্না, ভক্তিগ্রন্থ ময়াম অহু ওন্না গাড়ীদা হাপকৎলে। শ্রীগোবিন্দ দেবগী মন্দির মাঙদা পূম্নমক অসি থেল্লরে। অয়াম্বা মহান্তশিংনুচিংবা ব্রজ বৈষ্ণব অপূম্বা তিল্লদ্না দণ্ডবৎ কৎপিরৈ। শ্রীজীবনা শ্রীগোবিন্দ-জীউগী মায়থোং পাংনা য়েংবিদ্না মহাক্কী চরণখাদা গ্রন্থ অপূম্বা উৎসর্গ তৌবিরে (কচ্ছিনবিরে)। পূজারীনা পুরকপা নির্ম্মাল্য পরেং অহু শ্রীজীবনা আচার্য্য প্রভু, ঠাকুরমহাশয় ১স্নুং শ্যামানন্দ অহুম্মক্তা অমন্মম হুকপিরে। অহুগা শ্রীজীব গোস্বামীনা শ্যামানন্দবু ঠাকুরমহাশয়গী মথুত্তা শিন্নবিখী। অস্নুম তৌনা "জয় রাধে, জয় কৃষ্ণ" লাউরদ্না গাড়ী থা-বা হৌখী।

**গ্রন্থময়াম পুখোরকনবা খোরাং ১স্নুং যাত্রা।**

অস্নুম'স্নুম লাকপদগী মখোয় পঞ্চকোট (বন বিষ্ণুপুর) য়ৌরক্লে। মফম অহুদা রাজপুত মল্ল-বংশগী বীরহাম্বীর কৌবা ডাকু নিংথৌ অমা পাল্লমী। মহাক্কী ডাকু খোঙলোয়শিংগী মরক্তা কিথুম হৈবা অমনা হন্দক্তি অমূল্যরতন ফংলগনি হায়খী। অমরোমদনা গ্রন্থময়াম পুরকপা কাওবু অহুনা

পঞ্চকোটিদগী ক্রোস ১০।১২ লাপ্পা লৈবা গোপালপুব য়োৗরদ্না, জমিদার অমগী মযুমদা অহিং য়াইরেকপী। থেঙখ্রবা অহিং মীচিক মীরাওখোন তাখিদ্রবা কালদা, ডাকু খূপ্পু অমা নোংমৈ্য তানচিংবা লোয়-নরকত্না লাকখী। খূপ্পু অত্থুগা মায়োকননা লাম্থেংনরুবস্থ সস্ত্রী তরা অত্থুগী মতিক ওইখিদ্রে। মরম অসিদগী ডাকুশিং অহুনা, মনীংতম্না গ্রন্থগী গাড়ী অনী অত্থু হোইদ্না পুখী। পাঙ্গম্থেক্লা গাড়ী পুখ্রবদা, ভৌনীংঙাই লৈখিদবদগী অহুশ্মক লৈপাক্তা থবো২ ওনবিখ্রে, কপ্পা২ নোংঙাল্লকখী। নোঙাল্লবদা জ্ঞান থর তারল্লদ্না গাড়ী কাংলম ইন্না থিবিখী। ভৌইগুম্বস্থং চীংগী লমদম ওইবনা, গাড়ী কাংলম খঙ্খিদ্রে। মসিদা নীংবা কায়খিদ্না ঙম্না মকোকথক্তা মথূৎ হাপ্পবিবা তারকখী।

**অমুল্য রতন হরণ**
**( হুরানবা )।**

অওইবমক্তি গ্রন্থ প্রচারগী থৌরম অসি, মকোক ওইনা আচার্য্য প্রভুগী মকোকথক্তা তারমখিবনা, মহাকনা ভাকপিরকখী, "ঠাকুরমহাশয় ১স্থং শ্যামানন্দ, নাবয়াঁনিগী নকোকথক্তা জীব উদ্ধার ১স্থং বৈষ্ণব ধর্ম্ম প্রচাবগী ভার (থৌরম) লৈখী, অহুনা নখোয়২ গী দেশতা হনখিদ্না ভৌগদৌবা নথৌ ভৌরুরো। গ্রন্থপ্রচারগী ভার না শ্রীজীব গোস্বামীনা ইকোকথক্তা ননবিরকপনা, গ্রন্থ হুখিবগী দোষনা ইথক্তা তাররী। অহুনা গাড়ী থিবগী থৌ-না ঐনা ভৌরগনী।" আচার্য্য প্রভুবু ঠাকুরমহাশয়না গুরুগী

**গ্রন্থ খোজঙ্লোবা।**

মতৌগুম ভক্তি তৌবিখিবদগী, মহাকপু মতোম্মতা থাদোক্লমদ্ৰা চৎপা অসি, ওম্বোক্লা মথৌরায় শোকপগী অথোইবা মরম অমা ওইনা থোকপিথী। অদুবু গুরু আজ্ঞা হিক্তোকফদবদগী মহাকপু বিষ্ণুপুরদা থম্বিরমদ্ৰা, মহাকা শ্যামানন্দগা কপ্পা২ মরৈবাক ভান্না হনবিথী।

অমরোমদসু আচার্য্য প্রভুনা শ্রীজীব গোস্বামী মফমদা হীরম অপূম্বা ইরদ্ৰা মথুরাবাসীশিংগী মখুত্তা পত্র পীবিদ্ৰা মথোয়বুসু বিদায় তৌহনবিখ্রে। আচার্য্য প্রভুনা অতৈসু ইবিথী, "ঐহাক্তি গ্রন্থথিবা খওদ্রিফাওবা মফম অসি থাদোকপা তৌখ্ররোই।"

মতৌ অসুম আচার্য্য প্রভু কয়ানিমরুম অয়াম্বা থুঙংদা গ্রন্থ কোয়থি থিবী। তৌইগুম্বসুং থিরুবগী কান্নবা লৈখিদ্রে। মতুংদা করিগুম্বা রাজসহায় ফংলুগবরা আশা তৌখিবদগী বিষ্ণুপুর রাজধানী মক্তদা লৈবিরুই। অদুম ওইবা ফজখ্রবা পাখং অদো, অঙাওবগী পান্দমনদৌনা সহর অপূম্বা থুংনা কোয়বা হৌবিথী। থবক্তদি করি অমত্তা মহয় য়ানখিদ্রে।

**উখোঙদা শ্রীনিবাস।**

মুমিত্তদি তরানি চষ্লিনখ্রে। অরাবনা মচীম্বান খ্রক২ কংখ্রে, মুমিচ্চ্রুপ্পা নিংশা মপিতা ফুইনা২ হোনখ্রে। অফং২ খর চাদ্ৰা থৌরায় মহিংবী, ফংদ্রে চন্না মহেনবী। মতৌ করম তরানি অদি লোনখিবা, মাদো শ্রীভগবান মহাক্তনা মখওবী। নোংমগী মুমিত্তা শ্রীনিবাস আশা কায়খিবদগী উখোঙ মরুম অমদা ফমদ্ৰা।

লৈবিরিঙৈ, ব্রাহ্মণ মচা অমা লশ্মী অহু পাংনা লাকই। মাঙোন্দা কদায় চৎলিবা, করি শিন তৌবিরিবা হংবিরকপদা, মহাক্তি সংস্কৃত তমজে ১স্থং নিংথৌগী আশ্রয়দা লৈজে হায়না পাউথুম্মী। মবিয়াঁনী মথং২ শাস্ত্রালাপ তৌনরকপদগী ব্রাহ্মণ মচা অহুনা য়াঙ্কংবা অঙাওবা অহুবু মহাপণ্ডিতনী খঙবিখিদ্রা মযুম তান্না পুছিনবিখ্রে।

মাহুদা চা থকহুা লৈরবদা আচার্য্য প্রভুনা, ব্রাহ্মণ মচা অহুগী মমিংনা কৃষ্ণবল্লভ, নিংথৌ মমিংনা বীরহাম্বীর কৌই হায়বা খঙবিরে। অহুগা নিংথৌ অহুগী মরমচত্তি বলাৎ-কারনা মীপোৎ মরল হুদ্রামক্তা ল্যেনবী, হায়বস্থ তাবিরক্লে। তৌইগুমস্থং লীচথীরবস্থ মপা-মপু হাক্তকী লাইনীং ১স্থং শ্রীমদ্ভাগবত পাঠ শ্রবণ তত্তনা তৌবী। রাজদর্শন ফংনীং-মনখিবদগী মাহু তা-রবদা, আচার্য্য প্রভুস্থ নোংমা রাজসভা তান্না কৃষ্ণবল্লভগা লোয়ননা কা-খিদ্রা মচি অমদা ফমদ্রা ভাগবত শ্রবণ তৌবিরুই। মতুংগী মুমিত্তস্থ অমুরক কাখিদ্রা থর খিত্তং মাঙজিন ওইরণ ফম্বিরুই। ব্যাসাচার্য্য কৌবা রাজপণ্ডিত অমনা শেংলম শেংফাত্তনা শ্রীভাগবত পাঠ তৌবিরী, অর্থস্থ শেয়াক্তরান হায়-বিরী, মাহুগী প্রতিবাদ তৌবিনবস্থ মাহুদা কনা অমত্তা য়াওরমদে। রাজা হাম্বীর নাকল অমদা নাম শ্রবণ তৌবিরী। আচার্য্য প্রভু তা-বদা খাঙহৈরক্তবদগী ইচণ্ড থৌনা হায়বিরকী

ভাগবত শ্রবণ ১স্থং রাজদর্শন।

"পাঠক মহাশয়! পণ্ডিতকী ব্যাখ্যা মতৌ অদো অচুম্বা অর্থ ক্নোংদ্রে।" রাহৈ অসি তারমক্তা, রাজপণ্ডিত শাউবনা মৈয়োং-হওরক্লে, অমুগা আচার্য্যগী মফমদা উচ্ছিখোঁওইদনা লাউহৎ খোংহৎপা হৌবিরকখী।

রাজা হাম্বীর য়েংথোরকখী, মচি অমদা আচার্য্য প্রভু ফমদ্না লৈবা উবী। মহাক্কী রাওাও তা-খিবদা প্যেনখ্রদ্না হায়বিরকখী "ফরে, নাহাক্কী অর্থনা করম তৌবা, পাথরো তারসি।" ওাই-ওমদ্রবা রাজাজ্ঞা অসি ফংবিবমক্তা, আচার্য্য পণ্ডিত চওছিনখিদ্না আসন ফম্বিরুরগা, গ্রন্থ অদু কাকপিরুই। শ্রীগৌরচন্দ্র প্রভুবু ধ্যান তৌবিরগা পুং নৌববা খোঞ্জেল্না গ্রন্থপাঠ তৌবা হৌবিখী। মতম কুইনগী মতুংদা শ্রীমদ্ভাগবত থেংনবিবদা, প্রেমগী ঈরানা মমছিনখ্রদ্না, মহাক পাঠ তৌবা ওমক্তবগুম তৌবিরকখী। অদুবু য়েৌনা অথাও কনবগা লোয়ননা শ্লোক অমম্মমগী মথন্মথা অয়াম্বা অর্থ ব্যাখ্যা তৌবা হৌবিখী। ব্যাখ্যা অদু তা-খিবদগী, রাজা হাম্বীর পূমগুম শুম্মৎপিখ্রে। পাঠ তৌবা লোইরবদা আচার্য্য প্রভুবু কোম্নুংদা অহুম লৈহনবিখ্রে। মহাক্কী লৈফম অদুদা কুজবক্ত চঙলক্লে, রাজপণ্ডিত ব্যাসাচার্য্য চঙবিরক্লে, অদুগা আচার্য্যগী থৃইয়া থাদা চঙলকত্না হায়বিখী, প্রভুগী পাঠ মতৌ ১সুং ব্যাখ্যা মতৌ তাজবদগী, মহাক্কী নুংগুম্বা থম্মোয় চৌবুগুম ... অদুগা য়েংথী মৈ্যে মুচপিদ্রা ভক্তিভাব পোকচরক্লে।

**রাজপণ্ডিতকী নাপন মনীপ্রায় ১সুং শরণাগতি।**

অমুকস্থ হায়বিরকথী, "নাহাক্তি ঐগী গুরু নী, ঐবু ঙাকপিয়ু।" আচার্য্য প্রভুনা নোল্লগা মহাকপু বিদায় তৌবিখ্রে।

আচার্য্যগী ব্যাখ্যাদা রাজা হাম্বীর গুম্মংথিবতা নংখিদে, তপথবা ওংখিত্রে। মথুং অনিমক্কা মথবাক্তা খুদূম ছুথী, অন্থগা হায়বিরকথী "হা গৌরাঙ্গ প্রভো! জগাই মাধাইগী উদ্ধার নাহাকনা তৌবিখ্রে, তৌইগুম্বস্থং মখোয়দগীস্থ হেল্লা ঐহাক্তি তোনখ্রবনী," অসিনচিংবা রাহৈনা হাম্বীর মুংসিরবা খোঞ্জেন্না কপ্পা ১সুং মথবাক্তা

**হাম্বীরগী রাহং ১সুং আচার্য্যগী পাউখুম।**

মরাইবক্কদা পংছুতা ছুবিবা হৌবকথী। নিংথৌগী অবাখোন তাখিবদা, শ্রোতা মরূপ খাওমখিত্রে, ওম্না থম্মোয় কাপ্পনখ্রে। আচার্য্য প্রভুস্থ পাঠ তৌবা লেপ্পিখ্রে ১সুং মুংসি রাহৈনা মহাকপু খেমজিনবিবা হৌবকথী। মথং২ মখোয় অনিমক অচিকপা মফমদা ফমথবিখ্রে। রাজা হাম্বীরনা পাউহংবিরকই, "ঠাকুর! নহাক কনানো? কদায়দগী লাক্লিবনো? ননাই তোল্লবগীদা লেঙবিরকপগী মরমনা করিনো? মরম পুম্নমক অসি চানবিদ্রা তাকপিয়ু।" আচার্য্য প্রভু থীন্দে, রারী পুম্নমক মথংসিংনা লীথবিরকই, অন্থগা গোপালপুরদা মাখিবা গ্রন্থগী ঘটনা (থৌদোক) পনবিদ্রা হায়বিরকই। "গ্রন্থ অন্থগী থৌঙ্গ্রী-রকপদা রাজাশ্রয় থিজদ্রা লাকচরি। নাহাকনা গ্রন্থ অমু থিবিদ্রা পুথোকপিয়ু। নত্রবদি প্রাণ থারগদবনী।" অমুস্থ হায়বিদ্রা আচার্য্য, অঙাং নৌরাদৌনা কপ্পোকপিরকই।

আচার্য্য প্রভুবু আহানবা উবিখিমক্তা, রাজা হাম্বীরনা মপূকনীংদা মহাকপু গ্রন্থমপু ওইখিমগবরা খজিকপিখী। অত্থমদি ওইরগা ঈকাইবনা হুংবদি ওখিখিদে। মতুংদা শ্রীভগবানগী তশেংখ্রবা লীলামৃত চুপচখিবদগী, মহাকী রাংখ্রবা ঈকাই-নাওরাং-পল নীঙ্খায়জখিদ্না তশেং২ তাকথোকপিরক্লে, জগৎকী মসুংদা ঐহাক অসিবু তোনখ্রবনী উবিখিদ্না ঐগী ইফমদা, শ্রীভগবানগী কৃপানা নাহাকপু মহাকনা থাবিরক্লিবনী। তৌইগুম্বসুং গ্রন্থনা য়ৌরকত্রবদি, প্রভুনা করিগী লেংবিরক্কদগে?

অমূল্য রতন উদ্ধার।

মরম অসিদ্রক্কগী গ্রন্থনা মাওজৌনা থুংবিবরে। "প্রভো! ঐহাক অসে ইমিংদনা রাজা, ইশিনদনা ডাকুনী।" মণিমুক্তা ওাক্তনি খজিক্লবদগী প্রভুগী গাড়ী লুট তৌহনদ্না পুরকখিরম্মী। শেল পাম্লবদগী উপু হাংদ্না য়েংলুবদা শুম্নগী অমূল্য (মমন নাইত্রবা) গ্রন্থমক্তা ওইরম্লে, ঈকায়বগিসু থম থেংজখ্রে। "প্রভো! গ্রন্থ পূম্নমক অমত্তা তেক্তা কায়দনা শুনা লৈবিরী, হৌজিক ঐহাকপু উদ্ধার তৌবিদ্না মতিক চাবা দণ্ডি পীনবিয়।" অসুম হায়না আচার্য্যগী চরণ থাদা তুথবিদ্না উফুম্থক্তা থরো২ ওনবিখ্রে।

গ্রন্থ অপুম্বা লেওদনা লৈরি তা-খিরবদা আচার্য্য প্রভুনা হায়বিরকখী, "মহারাজ! নাহাক ইথোও থাদোকপিরো। নাহাকী উদ্ধার মতুংদা ওইরকনী, হৌজিক ঐহাক হন্নাও অথোর মতেক অমদং সাখিগে।" অসিমক হায়রম্লগা, আচার্য্য

**হন্নাও জগোয়্র।**

কূক হওগৎখিদ্রা শ্রীগৌর-নিত্যাই, রূপ-সনাতন, শ্রীজীব-গোপালভট্ট অসিন-চিংবা গোস্বামীশিংগী মমিংদা জয় জয় লাউনা সোনবিদ্রা, অঙাওবগী পান্দম্নদৌনা জগোয় খোঙলৈ নাইনা সাবিরকয়ী। ঙাইহক্তুং লৈরগা জ্ঞান তারকত্না হায়বিরকই, "চৎসি মহারাজ, গ্রন্থশিং অদুতা হান্না দর্শন তৌজরুখিসি।"

রাজা বীরহাম্বীর করি অমত্তা প-ল্লমদনা, আচার্য্য প্রভুবু ভাণ্ডার (পূগৈ) শঙলোম পুছিনখিদ্রা উপু অদু উহনবী। উপু উবমক্তা আচার্য্য ঈহান হানবদা ষাষ্টাঙ্গ তৌনা খুরুমবিরে। উপু হাংলে, মাতুগী মনুংদা হাপখিবা রত্ন ময়াম অদো কায়দবা ফীবমদা লৈরম্বা উবিখিদ্রা, আচার্য্য প্রভুনা গ্রন্থপূজা হান্না

**গ্রন্থ পূজা তৌবা ১সুং দীক্ষা পীবা।**

তৌগদৌবনী তাকপিথী। রাজা হাম্বীর-না পূজাগী থৌরাং পূম্নমক লাঙবিদ্রা আচার্য্যনা গ্রন্থপূজা তৌবিরগা আর-তিনচিংবা কৎপিথী। অদু মুমিৎ মক্তা আচার্য্য দেবনা রাজাবু বৈষ্ণব ধর্ম্মগী দীক্ষা-মন্ত্র (লাইমিং) পীনবিদ্রা মমিং "হরিচরণদাস" থোনবিথী। অদুমতুং কৃষ্ণবল্লভ চঙলক্লে ১সুং মমাংঙৈদা ভাগবত পাঠগী মরীদা নিঙাই-শাংদা-নখিবা রাজপণ্ডিত ব্যাসাচার্য্য প্রভুগী শরণাগত ওইবিরক্লে। মবিয়াঁনীমকপুসু মথোয়গী ভক্তিদগী প্রভুনা মথং২ দীক্ষা পীনবিখ্রে।

মতৌ অসুম শ্রীগৌরচন্দ্র কৃপাদগী, ভাকু, দেশ রাধু...

ওনখ্রে। বিষ্ণুপুর অসিদা, মমৈথংদা "নাম-জপ" অসি অস্নুপকী মতিক ক-নখৎথী, মসি তৌনদ্রবদি দণ্ডি তানরমথী। প্রজাশিং কনা২ না মরম অসিদগী, নাম-জপ অসিবু "রাজ-বেগার" কৌনরমথী। বিষ্ণুপুরদা কীর্ত্তন সকপা আহানবা হৌদোকনথী। আহানবা ভক্তিগ্রন্থ প্রচার মফম অসিদগী শন্দোকনথী। মরম অয়াম্বা অসিদ্রক্তগী বিষ্ণুপুর ভারতবর্ষগী কেন্দ্রস্থল (ময়োল) ওইনা থোকথী। মুমিৎ অসিদগী বিষ্ণুপুর সঙ্গীত বিদ্যা (ঈসৈ নোংমাই) দা ভারত মনুংগী ফাওরবা অনীগুদবা লৈবাক অমা ওইনা থোক্লরে।

**ভক্তিধর্ম্মগী কেন্দ্রস্থল।**
(ময়োল)।

আচার্য্য প্রভু থীন্দে মতুং অসিদা খেতরী, বৃন্দাবন ১সুং উৎকল দেশতা, মাখিবা গ্রন্থ ফংবগী পাউ থুনা থাখিনবা রাজাগী মফমদা আদেশ তৌবিথী। পাউ অসি বৃন্দাবনদা গোস্বামীশিংনা ফংবিবা মতা হরাও জগোয় সাদ্। আনন্দোৎসব (হরাও উৎসব) তৌবা হৌবিথী। অতুগা খেতরী রোমদসু পাউথুংখিদ্। ঠাকুরমহাশয় মুংভাই-বগী ঈপাক্তা লূপথবিথী। খুন্দক অমুমক্তা রাজ্য মনুংদা হরাও উৎসব কৎপিনবা আদেশ তৌবী। রারম অসি তা-খিবা মক্তা, মপাবুং রাজা কৃষ্ণানন্দনা মুমিৎ মঙানি চূপ্পা মহাকী রাজ্য মনুংদা মথন্মখা অয়াম্বা উৎসব তৌবিথী।

**গ্রন্থ ফংবগী পাউ।**

"প্রেমবিলাস" কী গ্রন্থকারনদি, গ্রন্থ মাখিবা পাউ অসিনা

পুংলুবা মতা, কৃষ্ণদাস কবিরাজ রাধাকুণ্ডদা চোংথখিদ্‌া হুমিং কয়ানিমরুমগী মতুংদা অপ্রকট ওইখি হায়রী। মৌই-গুম্বসুং "কর্ণানন্দরস" কী গ্রন্থকারনদি মসিগী প্রতিবাদ তৌবি-খিদ্‌া, হায়রী, কবিরাজ গোস্বামী তাক্ষম অদুদা অন্তর্দ্ধান ওইবিখিদে। গ্রন্থ ফংবগী পাউনা বৃন্দাবন য়ৌখিবা কাল অদো মহাক মীওইবগী দেহদা লৈবিরম্মী ১সুং শুভসংবাদ অসি মহাক তা-বিখিরম্মী। কৃষ্ণদাস গোস্বামীনা, চৈতন্যচরি-তামৃত গৌড়দেশ য়ৌখিবগী পাউ তা-বিখিবা অসি ওদ্বোকনা পুংঙাইবগী মশক অমনী। মরমদি "কর্ণানন্দরস" কৌবা গ্রন্থ অসি "প্রেমবিলাস" গী মতুংদা লেংলম্বা ওইবনা, মহাকী মরানা লওখৎফম থোক্লে।

পাঠক মহাশয়! প্রভুগী লীলা মতা অসি ওদ্বোকনা অঙকপা থোঁদো নত্তবরা? গ্রন্থহুখিবা কালদা আচার্য্য প্রভুনা চিংবা পূম্নমকী পূক্লিংদা, প্রভুগী মফমদা শাউরংনবগী ভার অমা পোকপিখিরম্মী। অওইতম্না হায়রুবমকসু ইত্তিক নচ্চদ্বে, অহমদি ওইহিক্লবদা, অওইমকী পূক্লীংদা অসুম্বা রাখল অসি পোকখিরম্মী মাতুঙি, "হা প্রভো! নাহাকনা গ্রন্থমরাম হুরানে হনখিদ্‌া অকবা থৌদোরোম্মকদি থোক-হনবিদ্রে। তৌইগুম্বসুং মতুংদা আচার্য্য প্রভুনা খজবিরকখী, "শ্রীভগবাননদি মাহুদগীসু থোইনা হেন্না মখঙবী।"

পতিতপাবন শ্রীগৌরহরিগী মধুর লীলা।

আচার্য্য প্রভুনা গ্রন্থ পুদোকপিরকখী, মহাকী হায়রুম

ছিড়াকাম্বাগা, করঙ্ক (য়ুবী খুজাই) তগনা লমজেন পোৎ ওই-বিরকখী। হৌজিক্তদি বিষ্ণুপুরদা রাজাগী রাজা ওইবিররে, হায়বদি নিংথৌরেনমক্কা মান্নররে। রাজাগী সহায়না, মহাকী মথৌ হায়বদি, গৌর-ধর্ম্ম ১সুং ভক্তিগ্রন্থ প্রচার মরাংকায়না পাওথোকখী। অমহিকস্তুং গ্রন্থ তুবদগী মরাইবক থীবনি খঙ্গখিরম্বা মাত্থখিবিক হৌজিক্তদি তশেংলবা সৌভাগ্যগী মরম অমা ওইনা থোক্লরে। মরমদি শ্রীভগবানগী কৃপাবু লৈহিক্লবদি, "য়োক্তসু স্পর্শ-মণি সম্লখিবদগী সণা মওঙ্গথী" হায়বা পাউরৌ অত্থমক সফল ওইররে।

অমহিকস্তুং মতাং অসিদা "কলিঘোর ঘুচাইতে গৌর অবতার" হায়বা পদাবলী মতেক অত্থমকসু সার্থক ওইররে। করিনা হায়রুবদা, সত্যযুগকী সমুদ্র মন্থনদগী থোক্লকপা অমৃত চক্লদি দেবগণগী শরুক ওইনতা মথোকখী, অত্থগা দানবগণগী (হিংচাবশিংগী) না তুগী শরুক্তনা মশরুক ওইজহনখি। তৌই-শুবসুং কলিগী প্রেমসাগর মন্থনদগী থোক্লকপা প্রেমামৃত, হরিনামামৃত অসিদি মীচঙমীথাই নাইদনা মীপূমতিংনা চুপচ-হনখী, হায়বদি কনাগী সাধু অসাধু, পাপী নিষ্পাপী খায়দনা খ্বাইমক্তা চপমান্ননা থুংবিখী। মরম অসিদগী শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুবু "অখিল জীবের গুরু, প্রেমভক্তি কল্পতরু; অবতার শিরোমণি গৌরকৃপা সিন্ধু।" হায়না বৈষ্ণব ভক্তশিংনা ভস্তনা সোয়দনা লৈবিরিবা অসিনী।

## তরেৎশুবা অধ্যায়

# নিত্যক্রিয়া পদ্ধতি।

দক্ষ উবাচ—রাত্রিশেষে সমুত্থায় চিন্তয়েদাত্মনোহিতম্।
ইষ্টদেবং নমস্কৃত্য গুরুং বিশ্বম্ভরস্তথা ॥

অহিং থাম্মোদা (নোংঙাল্লমদাইদা) য়া-হওরগা, ইষ্টদেব (ভগবান) ১সুং বিশ্বম্ভর মূর্ত্তিগী গুরুদেববু খুরুমজদ্না, মশাগী মঙ্গল (য়াইফ-মুংঙাই) নিজগনী।

ধ্যানমূলং গুরোর্মূর্ত্তি পূজামূলং গুরোঃ পদম্।
মন্ত্রমূলং গুরোর্ব্বাক্যং মোক্ষমূলং গুরোঃ কৃপা ॥

নীংনফমগী মরুদি শ্রীগুরুদেবগী শকওংনী, লাংনফমগী মরুনা শ্রীগুরু চরণ পদ্মনী, মন্ত্রগী মরুনা শ্রীগুরু য়াথংনী, লা-মুবগী মরুনা শ্রীগুরু কৃপা নী।

শ্রীগুরুং পঞ্চোপচারৈঃ সম্পূজ্য দণ্ডবৎ প্রণামং কুর্য্যাৎ।

অসুম ওইবা শ্রীগুরুদেববু পোচ্চং মঙানা (গন্ধ, পুষ্প, ধূপ, দীপ, নৈবেদ্যনা) চথোক্লা লাচ্চরগা দণ্ডবৎনা (শাষ্টাংনা) খুরুমজগনী।

সর্ব্বশ্রুতি শিরোরত্ন বিভূষিত পদাম্বুজৌ।
বেদান্তাম্বুজ সূর্য্যায় তস্মৈ শ্রীগুরবে নমঃ॥

অয়াবা শ্রুতিনা (বেদনা) কোকথক্কী মণি ১সুং লৈতেং ওইবিন্নিবা শ্রীগুরুদেবগী খুইয়াথথারে অমসুং বেদান্ত-থথাল ছাকায়হল্লিবা মুমিংকী মশক ওইরবা শ্রীগুরুদেববু খুরুমজগনী।

ততোঽঞ্জলিং বদ্ধাৎ পৃথিবীং সম্প্রার্থয়েৎ।

অসিমতুং থুৎলোন্নদ্না পৃথ্বীমাতাদা হায়জগনী :—

ওঁ সমুদ্র মেখলে দেবি পর্ব্বতঃ স্তনমণ্ডলে।

বিষ্ণুপত্নী নমস্তুভ্যং পাদস্পর্শং ক্ষেমস্ব মে॥

সমক্রনা খ্বাঙ্গোয়রিবী, চীংখিবিক্লা স্তন (খোম) গী মকোয় ওইরিবী। অহুগা বিষ্ণুগী নৈমস্থ ওইবিরিবী হে পৃথ্বিদেবি নথক্কা খোঙন ছোক্কবগী দোষ ঙাকপিনবা থুরুমজরী।

ইত্যনেন শ্বাসানুসারেণ তস্যাং পাদ নিধায়।

মন্ত্র অসি সোল্লগা নিংশাশ্বর মতুং ইন্না পৃথ্বীথক্কা খোঙ থাংদোকনী॥

ততোঽশৌচায় ব্রজেৎ নৈঋত্যান্দিশি সূর্য্যদক্ষিণে যজ্ঞো-পবিতঞ্চ দক্ষিণকর্ণে নিধায় বস্ত্রেন শিরঃ প্রাবৃত্য মলমূত্রং ত্যজেৎ।

অসিমতুং মোইরাং-লাঈজি পাংনা চৎত্না, মুমিৎ য়েৎওইননা থন্নগা, নগুনা য়েৎকী নাকোং য়েপছিনদ্না, ফিনা কোক থুন্নগা মাংশোন্নবা তোথোকনী।

"ওঁ উত্তিষ্ঠন্তু সুরাঃ সর্ব্বে যক্ষ গন্ধর্ব্ব কিন্নরাঃ।

পিশাচা গুহ্যকাশ্চৈব মলমূত্রং করোম্যহম্॥"

ইতি মন্ত্রেণ তালত্রয়ং দত্বা স্থান দেবমুত্থাপ্য উৎসর্জয়েৎ মলমূত্রম্।

"ওঁ উত্তিষ্ঠন্ত সুরা সর্ব্বে—" অসিনচিংবা মন্ত্র অসি খীদ্না থুবাক মহুক থুদ্না কত্তবা লাই হওগৎহল্লগা মাংশোরগনী।

মূত্রনাম্বিকং ন কর্ত্তব্যঃ শৌচং শুদ্ধিমভীপ্সতা।

শৌচাচার বিহীনস্য নিষ্ফলাস্তু সর্ব্ব ক্রিয়াঃ॥

হায়রকদৌবা মাংবা শেংবা অসি লাথোইনা তৌরোইদবনী। মাং-শেংবগী আচার লৈত্রবা মহাক্কীদি তেরিবথিবিক মহয় য়ানবা লৈত্রে।

মনু উবাচ :—একালিঙ্গে গুদে তিস্রঃ দশ বামকরে তথা।

তথৈব ষট্ প্রদাতব্যাঃ পৃষ্ঠেতুবাম করস্তচ।

উভয়োঃ সপ্তদাতব্যাস্তিস্রস্তিস্রঃ পদদ্বয়ম্॥

অন্নুবা হায়ঃ—ঈসিং থোঙদা অমুবক, অমং থোঙদা অহুল্লক, ওয়থংবা খুবাক্তা তরারক ঈসিং লৈপাকপা নোইগনী। মতৌ অহুম ওয়থংবা খুন্নমদা তকল্লক নোইগনী। অহুমতুং খুং অনী তিঙ্খিন্দনা তরেংলক নোইরগা খুইয়াথা অনিমক্তা অহুল্লকং নোইদনা হকচাং মাংবা শেংদোকনী।

ভবিষ্যৎ পুরাণে :—

শৌচঞ্চ দ্বিবিধং প্রোক্তং বাহ্যমভ্যন্তরস্তথা।

মৃজ্জলাভ্যাং ভবেৎ বাহ্যম্ ভাবশুদ্ধিংতথাভ্যন্তরম্॥

মাংব-শেংবা হাযবসি মথল অনী গুই, ম হুদি :—মঙুং ১সুং মপান, লৈপাক-ঈসিংনা মপান্দা শেংদোকপদৌনা মঙুংদদি ভাবংনা শেংদোক-দৌবনী।

ব্রহ্মপুরাণে :—ন যাবত্তপনীয়েত দ্বিজঃ শূদ্রস্তথাঙ্গনাঃ।

গন্ধলেপ ক্ষয়করং তেষাং শৌচং বিধিয়তে॥

নগুথ থাংদ্রিবা ব্রাহ্মণ, ক্ষেত্রি, বৈশ্য, শূদ্র ১সুং মুপীশিং অসিগীদি মনমদা কোক্লবা লৈপাক-ঈসিংনা শেংবা য়াই হায়না ব্রহ্মপুরাণদা হায়রী।

যম উবাচ :—মৃত্তিকাতু সমুদ্দিষ্টা ত্রিপর্ব্ব পরিপূরিকা।

একালিঙ্গে মৃদং দদ্যাৎ করয়োস্তু মৃদ্দ্বয়ম্।

উভয়োর্হস্তয়োর্দ্ধে তু মূত্রশৌচং প্রকীর্ত্তিতম্ ॥

অমনা হায়রিবি :—খুদোন তাং অহুম থ্ মনা নৈপাক কোংখৎলগা মাহনা ঈসিং খোঙদা অমুরক, অহুগা ওয়থংবা খুত্তা অহুমরক নোইগনী। অহুগা খুৎ অনী তিয়দ্না অনিরক নোইরগা ঈসিং চৎপা শেংগনী।

ভবিষ্যৎ পুরাণে :—

গঙ্গাতোয়েন কৃৎস্নেন তপস্তা ধ্যেয়নেন চ শুদ্ধিং কুর্য্যাৎ।

গঙ্গাজল নত্রগা চথোনবা তপ ১মুং ধ্যান তনমু শেংদোকপোবনী হায়না ভবিষ্যৎ পুরাণদা হায়রী।

দক্ষ উবাচ :—যদুদিষ্টং দিবাশৌচং রাত্র্যার্দ্ধং প্রকীর্ত্তিতম্।

আতুরেতু তদর্দ্ধংস্যাত্তদর্দ্ধস্ত পথিস্মৃতম্ ॥

নুংথিন শেংগনি হায়খিবা অহুদগী অহিংদনা তথায় অমা তাগনী। মা-য়েক্লবদা মাহুদগী তথায়, অহুগা লংকৈ চৎলবদা মাহুদগীমুং অমুক তথায় তানা শেংদোকনী হায়না দক্ষনা হায়রম্লে।

অস্মিনেবং কৃতং শৌচং বারিণা তদ্বিশোধয়েৎ।

মতৌ অমুম শেংগনী হায়খিবা অহু ঈসিংতনমু শেংবা মাই হায়রী।

শ্রুতিঃ :—পুষ্প হস্তে বারি হস্তে তৈলভ্যঙ্গে জলেস্থিতে।

আশীর্দাতা নমস্কর্ত্তা উভয়ো নারকী ভবেৎ ॥

লৈ পুরিঙৈ, ঈসিং পুরিঙৈ, থাউ থ্যোরিঙৈ ১মুং ঈসিং কুপ্লিঙৈদা, আশীষ তৌরিবা, খুরুম্লিবা অনিমমক নরক তাই হায়রী।

শঙ্খোবাচ :—

ধাবতশ্চ প্রমত্তশ্চ মলমূত্রং কৃতস্তথা।

ভুঞ্জানাচমনার্হশ্চ নাস্তিকং (নিরীশ্বরবাদীং) নাভিবাদয়েৎ ॥

চেনরিবা, মরাই কারিবা, মাংলিবা অমদি ঈসিং চৎলিবা, অহুম

চাকচারিবা, আচমন তৌরিবা ১মুং লাইবাংদবা মীনু থুরুমকদে হায়রী।

বিষ্ণুস্মৃতি :—একহস্ত প্রণামশ্চ একাচৈব প্রদক্ষিণা।

অকালে দর্শনং বিষ্ণোর্হন্তি পুণ্যং পুরাকৃতম্॥

খুৎ নামতনা থুরুবা, অমুক্তমক লাই কোয়বা অমতুক কাল চাদনা হায়বদি লূক চনবা চোপ্পনচিংবদা বিষ্ণু দর্শন তৌরবদি, মথাংথাদা ভাগ্রখিবা পুণ্য ফাওনা মাঙ্ডৈজে। বৈষ্ণবশিংনা ওরক শ্রীমন্দির প্রদক্ষিণ তৌগদৌবনী।

# অথ দন্তধাবন বিধি।

মুখে পর্য্যুষিতে নিত্যং ভবত্যপ্রয়তো নরঃ।

তস্মাৎ সর্ব্ব-প্রযত্নেন দন্তকাষ্ঠন্তু ভক্ষয়েৎ॥

•মীওইবনা ময়াদা থুনাদা কারকপদগী নমথীবা পোক্লকই। মমম অসিদগী চ্যেকছিনবগা লোয়ননা য়াথিন উছা চিকয়া ময়া শেংদোক-দৌবনী।

দন্তকাষ্ঠং :—খদিরশ্চ কদম্বশ্চ করঞ্জশ্চ বটস্তথা।

চেঞ্চলির্ব্বেণু পীঠশ্চ বিল্বশ্চার্কো মযূরকঃ॥

কবোথজি পাম্বী, কোদোম, কব্রংচাক অমদি খোংনাংতক্রং; উছিক-শিবী, ওবা, থৈবোং, হৈথাগোক, অজোৎ, খুজুম্পোরে অসিনচিংবনা য়াথিক্লা ওইগনী।

স্নাথিবৈবগ্যগী পান্দম :—কনা অমনা হুই অবা, কনা অমনা খুদোন তয়ানীথোই, কনা অমনা খুদোন মীপাক পাংবা উছানা য়া শেংদোকনী হায়রী।

বিষ্ণু উবাচ :—শ্রাদ্ধে জন্মদিনেচৈব বিবাহে অজীর্ণ-সম্ভবে।

ব্রতেচৈবোপবাসে চ বর্জ্জয়েদ্দন্তধাবনম্ ॥

শরাদ্ধ, মপোক মুথিৎ, লুহোংবা, মুংসিংকাবা ব্রতং চিংবা মুখিত্তা য়াথিনফরোই হায়রম্মী। অসিবু মণিপুরগী অয়াম্বা গৌড়ীয় বৈষ্ণবশিংনা পালন তৌদবনা (ঙাক্তবনা) নম্মী। কনা অমনা উনানা কো-মদ্যা য়াথিরে।

দক্ষ উবাচ :—অলাভে দন্তকাষ্ঠানাং প্রতিনিষিদ্ধদিনে তথা।
অপাং দ্বাদশগণ্ডুষৈর্মুখ শুদ্ধির্ব্বিধিয়তে ॥

য়াথিক্ষ্যৈ ফংদবা ১স্বুং য়াথিনহৈদবা মুমিত্তদি ঈসিং থূইয়া ভরা-নীথোইনা চীন-য়া শেংদোকনি হায়না দক্ষ মুনিনা হায়বিরে।

দন্তকাষ্ঠ ভক্ষণ মন্ত্র :—

ওঁ আয়ুর্ব্বলং যশোবর্চ্চঃ প্রজাঃ পশু বসুনি চ।
ব্রহ্মপ্রজ্ঞাঞ্চ মেধাঞ্চ ত্বমো দেহি বনস্পতে ॥

হে বনগী উজাও। নাহাকনা পুঙ্জি, পাজন, মিংচৎ, মতিক, মচামছু, শা-সন, রূপা-সণা, ব্রহ্মজ্ঞান ১স্বুং নীংসিংনবা পাজন পীনবিয়ু।

## স্নান ক্রিয়া।

শ্রুতি :—গৃহকূপ তড়াগেষু পূর্ব্বোত্তর মুখী ভবেৎ।
প্রবাহাভিমুখী নদ্যাং স্নানীয়ং তদ্বিধিয়তে ॥

য়ুমগী কূহা (কুণ্ড), পুখ্রীদা ইরুজবদি মায় অবাংগা নোংপোকা ওয়া ঈরুজগনী। তুরেনদা ইরুজবদি ঈচেন ইয়া কায় ওনদ্যা ইরুজগনী হায়না শ্রুতিনা হায়রে।

আবাহন মন্ত্র।—ওঁ গঙ্গে চ যমুনেচৈব গোদাবরী সরস্বতি।
নর্ম্মদে সিন্ধো কাবেরি জলেহস্মিন্ সন্নিধিং কুরু ॥

গঙ্গা, যমুনানচিংবা তীর্থ অপূবা ঈসিং অসিদা তিনবিরয়ো হায়জগনী।

স্নান মন্ত্র।—ওঁ কুরুক্ষেত্র গয়াগঙ্গা প্রভাস পুষ্করানী চ।
তীর্থান্যেতানি সংস্মৃত ত্রিনিমজ্জেজ্জলাশয়ে॥

মথক্তা হায়াখ্রবা কুরুক্ষেত্র গয়াগঙ্গানচিংবা তীর্থখিবিক নীংসিংজন্দা অহুমক লূপকনী নত্রগা চাইথগনী। তোইঙবস্নং অফাও-অফাওবা তীর্থদদি আবাহন মন্ত্রনচিংবা তোয়োইদবনী। (শ্রীনারদ পঞ্চরাত্র)॥

# আচমন ক্রিয়া।

কত্যায়নোবাচঃ—

হৃদ্‌গাভিঃ পূয়তে বিপ্রঃ কণ্ঠগাভিশ্চ ভূমিপঃ।
বৈশ্যশ্চ তালুগাভিশ্চ শূদ্রোভিঃ স্পৃশেদোষ্ঠতঃ॥

ব্রাহ্মণা থম্মোয় ফাওনা, ক্ষেত্রীনা খোনাউ ফাওনা, বৈশ্যনা তো ফাওনা অহুগা শূদ্রনা চৌম্বান ছোকনা আচমন তোগনী।

যমোবাচ।—তিস্রঃ পিবেৎ দ্বিজস্তোয়ং স্ত্রী শূদ্রস্তু সকৃৎ সকৃৎ।

ব্রাহ্মণ ক্ষেত্রিনা অহুমক, নুপীগা শূদ্রগনা আচমন অমুক্তা তোগনী হায়না যমনা হায়রম্মী।

অপঃ পাণি নখাগ্রেষু আচমেদ্ যস্তুবৈ দ্বিজঃ।
সুরাপানেন তত্তুল্যমিত্যেবমৃষিরব্রবীৎ॥

ব্রাহ্মণ ১মুং ক্ষেত্রিশিংগী মরক্তা কনাগুম্বনা খুজীন্দা ঈসিংনা আচমন তোয়বদি য়ুথকপগা অম্বানে হায়না মুনিনা হায়রমে।

# আচমন মন্ত্র।

"ওঁ কেশবায় নমঃ" "নারায়ণায় নমঃ" "মাধবায় নমঃ"

হায়বা মন্ত্র অহুম অসিন্না আচমন অহল্লক তৌরগা মতুংদা "গোবিন্দায় নমঃ" মন্ত্রনা থুং য়েং, "বিষ্ণোবে নমঃ" মন্ত্রনা থুং ওম চাক-খোকদোৌবনী।

## বৃন্দাদেবী সেবা।

প্রাইত্যে মন্ত্র ঃ—তুলসী ত্বং সদা বন্দে সর্ব্বতীর্থ ফলপ্রদম্।
লেপনং তব মূলঞ্চ মম পাপ হরানি চ॥

স্নান মন্ত্র ঃ—গোবিন্দবল্লভাং দেবীং ভক্তচৈতন্যকারিনীম্।
স্নাপয়ামি জগদ্ধাত্রীং কৃষ্ণ-ভক্তি প্রদায়িনীম্॥

তুলসী খুরুম্মবা মন্ত্র ঃ—

তুলসী দরশনে পুণ্যং স্পরশনে পাপনাশনম্।
ছায়াতে সর্ব্বতীর্থানাম্ তুলসীভ্য নমঃ নমঃ॥

## তুলসী পত্র হেকনবা মন্ত্র।

"ওঁ তুলস্যমৃতনামাসি সদা ত্বং কেশবপ্রিয়া। কেশবার্থে চিনোমি ত্বাং বরদা ভব শোভনে॥ ত্বদঙ্গসম্ভবৈঃ পত্রৈঃ পূজয়ামি যথা হরিং। তথা কুরু পবিত্রাঙ্গি কলৌমলবিনাশিনি।"

মন্ত্র অসি হায়দুনা অমম্মমতা ওইনা তুলসীপত্র ১মুং মঞ্জরী হেকদোৌবনী। মছাগা লোয়ননা তুলসী হেকফদে। মছামরেং নীক্তনবা ওয়াগী থুংনা মছা পাযরগা য়েংকী থুংনা অহল্লক খুবাক থুদুনা হেকদোৌবনী। হেক্রিঙৈদা মছা তেক্রবদি, হরিগী থংম্বায়রদা অবাবা পীবা থোকই। মাহুদি ঃ—

করতালত্রয়ং দত্বা চিনুয়াত্তুলসীদলং। যথা না কম্পতে শাখা তুলস্যা বিজসত্তম॥ পত্রাণাং চয়নে বিপ্রা ভগ্না শাখা যদা [illegible]। তদা ব্যথিতা ভবেৎ বিষ্ণোর্হৃদয়ে তুলসীপতেঃ।

তুলসী হেক্কথকদবা নুমিৎ।—দ্বাদশী, পূর্ণিমা, অমাবস্যা, সংক্রান্তি, সুমিৎযুংবা, নুমিদাংবাইগী ১সুং অহিংগী তুলসী হেক্লোইদোবনী। অশিতা নত্তনা, থাউ থৌবগা উকদবা, অসাংবা ১সুং নুমাংবা কীডবদা অমসুং অহিং য়াওরবা ফি শেংদনা তুলসী হেককদে; হেক্লবদি হরিগী মতক থংবা থোকই। মাহুদি :—

পূর্ণিমায়ামমায়ঞ্চ দ্বাদশ্যাং রবিসংক্রমে। তৈলাভ্যঙ্গে তথা-স্নাতে মধ্যাহ্নে নিশি সন্ধ্যায়াং॥ অশুচ্যশৌচকালে চ রাত্রি-বাসান্বিতে তথা। তুলসীং যে তুচ্ছিন্দন্তি তে ছিন্দন্তি হরেঃ শিরঃ॥

তৌইশুবসুং বৈষ্ণবশিংগী মত-তদি গুপ্তা দ্বাদশী তিথিতদা হেক্লদে। অতৈ অতৈ তিথিনচিংবদদি নুপী নাহা ফাওবা তুলসী পত্র হেক্লবা য়াই।

হরিভক্তিবিলাস।

ব্রহ্মপুত্রস্নান মন্ত্র।—

ওঁ ব্রহ্মপুত্র মহাভাগ শান্তনোঃ কুলনন্দন।
অমোঘাগর্ভ সম্ভূত পাপং লৌহিত্য মে হরঃ॥

# তিলক ধারণ (চন্দন থিল্লবা) নিয়ম।

স্কন্দপুরাণ :—নাসাগ্রাৎ কেশ পর্য্যন্তমূর্দ্ধ পুণ্ড্রং সুশোভনম্।
মধ্যে ছিদ্র সমাযুক্তং তিলকং হরিমন্দিরম্॥
বামপার্শ্বে স্থিতো ব্রহ্মা দক্ষিণেতু সদাশিবঃ।
মধ্যে বিষ্ণুং বিজানীয়াৎ তস্মান্মধ্যং ন লেপয়েৎ॥

হায়বদি—নাতোনগী চুম কাওনা চিংথনিবা [illegible]
চল্লোন মথিব অসো হরিমন্দিরনী। মিথিনা [illegible]

মেৎলোয়দা "সদাশিব" ১মুং মরাকদা "বিষ্ণু" ,লৈবদগী মথায়গী শরুক্তা চন্দন থিনফদে।

## চন্দন থিম্নবা খুদোন লেপ্পা।

অনামিকা কামদোক্তা মধ্যমায়ুষ্করী ভবেৎ।
অঙ্গুষ্ঠঃ পুষ্টিদঃ প্রোক্তস্তর্জ্জনী মোক্ষসাধনী॥

হায়বদি—খুৎনি'থোন৷ থিন্নগা নীংবা থুংবা, খুৎয়ায়না থিন্নগা পুষ্টিব', খুবীনা মোয়শ্যোনহনবা ১মুং খুদোম্বীনা অয়ান খুবম তানবা মহয় ফংনৈ।

## তিলক ধারণ মন্ত্র।

পদ্মপুরাণ :—ললাতে কেশবং ধ্যায়েন্নারায়ণমথোদরে।
বক্ষস্থলে মাধবন্তু গোবিন্দং কণ্ঠকূপকে॥
বিষ্ণুঞ্চ দক্ষিণে পার্শ্বে বাহৌচ মধুসূদনম্।
ত্রিবিক্রমং স্কন্ধয়েতু বামনং বামপার্শ্বকে॥
শ্রীধরং বামবাহৌচ হৃষিকেশন্তু স্কন্ধয়ে।
পৃষ্ঠেতু পদ্মনাভঞ্চ কট্যাং দামোদরং ন্যসেৎ॥
তৎ প্রক্ষালন তোয়েন বাসুদেবঞ্চ মূৰ্দ্ধনি॥

মায় তয়ানীথোইগী কায়াৎ তয়ানীথোই ধ্যান তৌরগা চন্দন থিনবা মতুংদা মায় তয়ানীথোইগী ন্যাস তৌগনী হায়বদি খুদোম্না মকম থুগিং হোৎকদবনী, মাতুগিং—ললাটে (নাতোম্দা)—শ্রীকেশবায় নমঃ। উদরে (পুক্তা)—শ্রীনারায়ণায় নমঃ। বক্ষস্থলে (থবাক্তা)—শ্রীমাধবায় নমঃ। কণ্ঠস্থলে (কণ্ঠদা)—শ্রীগোবিন্দায় নমঃ। দক্ষিণ পার্শ্বে (য়েথংবা মাক্তা)—শ্রীবিষ্ণবে নমঃ। দক্ষিণবাহুতে (য়েৎকী পাম্বোমদা)—শ্রীমধুসূদনায়

নমঃ। দক্ষিণ স্কন্ধে (য়েৎকী লেংবাক্তা)—শ্রীত্রিবিক্রমায় নমঃ। বামপার্শ্বে (ওয়-থংবা নাক্তা)—শ্রীবামনায় নমঃ। বামবাহুস্তে (ওয়গী পাম্বোমদা) —শ্রীধরায় নমঃ। বাম স্কন্ধে (ওয়গী লেংবাক্তা)—হৃষিকেশায় নমঃ। পৃষ্ঠে (নজন্দা)—শ্রীপদ্মনাভায় নমঃ। কটিতে (খ্বাংদা)—শ্রীদামোদরায় নমঃ। চন্দন থিনবগী থুং অনী হায়দোকপগী ঈসিং অদু "বাসুদেবায় নমঃ" হায়দুনা কোকথক্তা তৌগেছিনগনী।

## তিলকধারণ কর্ত্তব্যতা (চন্দন থিন্দফদবা)।

পদ্মপুরাণ :—উর্দ্ধপুণ্ড্রের্বিহীনস্তু কিঞ্চিৎ কর্ম্ম করোতি যঃ।
ইষ্ট পূর্ত্তাদিকং সর্ব্বং নিষ্ফলং স্যান্ন সংশয়ঃ॥

সিঁড়ি'নাইনা চন্দন থিন্দনা তৌরিবা করিগুম্বা মতমগী কর্ম্ম অদো লেপ্পলুক মহয় য়াম্লকম থোক্লদে হায়না পদ্মপুরাণদা তাকপিরে।

## তুলসী মৃত্তিকা থিনবগী মহাত্ম্য (মহিমা)।

নারদসংবাদ :—তুলসী মৃত্তিকা পুণ্ড্রং ললাটে যস্য দৃশ্যতে।
দেহং ন স্পৃশতি পাপং ক্রিয়মানস্তু নারদ॥

হে নারদ! মরাইবক্তা তুলসী মৃত্তিকা থিল্লবা মী অদুনা লোপক্কী থবক চঙলুরবসু মাগী মপাদা পাপ চঙলবা ঙম্মদে।

## গোপীচন্দন থিনবগী মহাত্ম্য।

গরুড় পুরাণ :—যো ধারয়েৎ কৃষ্ণপুরী সমুদ্ভবাং।
সদা পবিত্রাং কলিকিল্বিষাপহাং॥
নিত্যং ললাটে হরিমন্ত্র সংযুক্তাং।
যমং ন পশ্যেৎ যদি পাপসংযুক্তঃ॥

কলিপাপ থাঙ্গহল্লিবদি মখোয় থিবিকন ফাংভা পেংলবী, হরিমন্ত্রনা তিল্লবী, দ্বারকা মৃত্তিকা (গোপীচন্দন) বু মঙাইবক্তা থিজরবা, মহাক অহুদি পাপনা পূমকোম্ব কোবছিনথবক্ত, মবু উনবা তৌথরোই।

আচমন:—"ওঁ কেশবায় নমঃ," "নারায়ণায় নমঃ," "মাধবায় নমঃ" মন্ত্র অসিনা আচমন অহুমক তৌগদোবনী।

অঙ্গন্যাস :—ক্লীঁ কৃষ্ণায় হৃদয়ায় নমঃ, গোবিন্দায় শিরসে স্বাহা, গোপীজন শিখায়ৈ বষট্, বল্লভায় কবচায় হুং, স্বাহা করতলপৃষ্ঠাভ্যাং অস্ত্রায় ফট্।

থম্মোয়, কোক, শিখানচিংবা ছোকনা অঙ্গন্যাস তৌগনী।

করন্যাস :—ক্লীঁ কৃষ্ণায় অঙ্গুষ্ঠাভ্যাং নমঃ, গোবিন্দায় তর্জ্জনীভ্যাং স্বাহা, গোপীজন মধ্যমাভ্যাং বষট্, বল্লভায় অনামিকাভ্যাং হুং, স্বাহা কনিষ্ঠাভ্যাং অস্ত্রায় ফট্।

মতুংদা ময়েক ভরানীপানগী মন্ত্র অপূর্বা সোনদুনা কোক্তগী খোঙ মপা ফাওনা খুৎ অনীনা অহুমক ব্যাপকন্যাস তৌগনী (কূপসিনদুনা থাদোকনী)।

দশদিক বন্ধন :—"অস্ত্রায় ফট্" মন্ত্রনা (কোকথক্তা) খুবাক অহুমক খুদুনা দিগবন্ধন তৌগনী ১মুং মশাগী মায়কৈ মরিদা মৌগী ফক্লাংনা কোয়রিবনী নীংগদোবনী।

শ্রীগুরুপূজাবিধি :—পূজয়িস্তংস্ততঃ কৃষ্ণমাদৌ সন্নিহিতং গুরুম্।
প্রণম্য পূজয়েদ্ভক্ত্যা দত্ত্বা কিঞ্চিদুপায়নম্॥

শ্রীকৃষ্ণপূজা চত্তবা তারবদি, আহানবদা নাক্তা লৈরিবা শ্রীগুরুদেবমু লৈ, তুলসী পত্রনচিংবা থম্বদং কচ্ছিররগা, খুদুমজদুনা ভক্তিগী মতৌনা শ্রীকৃষ্ণ পূজা তৌগনী।

শ্রীভগবদুক্তৌ ঃ—[illegible] গুরুং পূজ্য ততশ্চৈব মমার্চ্চনম্।
[illegible] সিদ্ধিমবাপ্নোতি হ্যন্যথা নিষ্ফলং ভবেৎ॥

আহানবদা গুরুগী, মতুংদা ঐগী পূজা তৌরবদি মহৈ য়াগী। নত্রবদি পূজাগী মহৈ লৈত্রে হায়না শ্রীভগবান মক্না তাকপিরক্লে।

[illegible]স্ত সংহিতা ঃ—অতঃ প্রাক্ গুরুমভ্যর্চ্চ্য কৃষ্ণভাবেন বুদ্ধিমান্।

মরম অসিদগী বুদ্ধিলৈবা মীনা শ্রীকৃষ্ণমকনি নীংদুনা ঈহান-হানবা মক্না গুরুপূজা তৌগনী। অসিমতুং সাধকশিংনা মাগী২ (কৃষ্ণমন্ত্র পীবা) দীক্ষাগুরুগী আশ্রয় লৌদুনা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যনচিংবা ভক্তবৃন্দ অমসুং সিদ্ধ-পুরুষশিংনা মশা২গী মঞ্জরীনা, গুরুরূপা মঞ্জরীগী আশ্রয় লওদুনা শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রনচিংবা অয়াবা ব্রজ সখা সখী পুম্নমকী সাধন চঙবদুনা ভজন প্রণালী মতুং ইন্না পূজা তৌগদৌবনী। (লাঃ ১০৬ গুবগী "মহাভাব অমসুং রসরাজ উপাসনা" য়েংবিয়ু)।

# শ্রীহরিমন্দিরনচিংবা পরিক্রমা।

নরসিংহ পুরাণ ঃ—

একাং চণ্ড্যাং রবৌ সপ্ত তিস্রো দত্ত্যাদ্বিনায়কে।
চতস্রঃ কেশবে দত্ত্যাৎ শিবেত্বর্দ্ধপ্রদক্ষিণাম্॥

চণ্ডীদা অমুরক, সূর্য্যদা তরেৎনক, গণেশদা অহুমক, বিষ্ণুদা মরিমক অমসুং শিবদা তংখাইমক্তা কোয়গদৌবনী।

চরণামৃত গ্রহণ মন্ত্র ঃ—

অকাল মৃত্যু হরণং সর্ব্বব্যাধি বিনাশনম্।
বিষ্ণোঃ পাদোদকং পীত্বা শিরসা [illegible]॥

ঐহাক কালচাদনা শিঙ্খ [illegible] [illegible] পূৰবু মাঙহল্লিবা, বিষ্ণুগী চরণামৃত থকচগ্দা কোকিথঙ্গা হাপ[illegible]

## তুলসীমালা ধারণ বিধি।

গরুড় পুরাণ :—সন্নিবেদ্যৈব হরয়ে তুলসীকাষ্ঠ সম্ভবাং।

মালাং পশ্চাৎ স্বয়ং ধত্তে স বৈ ভাগবতোত্তমঃ॥

তুলসী কাষ্ঠনা সাবা মালা অসি, শ্রীহরিদা কথোক্লগা মতুংদা মশানা সিজরিবা, মহাক অদো ভগবৎ ভক্তগী মঙুংদা অথোইবনী।

হরয়ে নার্পয়েদ্ যস্তু তুলসীকাষ্ঠ সম্ভবাম্।

মালাং ধত্তে স্বয়ং মূঢ় স যাতি নরকং ধ্রুবম্॥

হে মূঢ়! তুলসী কাষ্ঠগী মালা অসি শ্রীভগবানদা কথোক্তনা মশানা সিজুরবা মী, মহাক অচুদি লেপ্পমক নরক চৎলী।

## তুলসীমালা সিদফদবা থোওং।

গরুড় পুরাণ :—ধারয়ন্তি ন যে মালাং হৈতুকী পাপ বুদ্ধয়ঃ।

নরকান্ন নিবর্ত্তন্তে দগ্ধা কোপাগ্নিনা হরেঃ॥

মালাধারণগী কান্নবা করি লৈবগে হায়না মালাধারণ তৌত্রবা, অছুম ওইবা পাপী অদুগী নরক ভোগ প-নবা লৈতে, মসুং মহাক অদো শ্রীহরিগী অশাউবা মৈদা চাকথেকই।

স্কন্দপুরাণ :—ন জহ্যাৎ তুলসীমালাং ধাত্রীমালাং বিশেষতঃ।

মহাপাতক সংহন্ত্রীং ধর্ম্মকামার্থ দায়িনীম্॥

মহাপাপ মাঙহল্লিবী মসুং ধর্ম্ম, অর্থ, কাম পথন অছম পাম্বি[illegible] (মহয়) পীনবিরিবী তুলসীমালা মসুং ধাত্রীমালা (হৈংগুপম্বো) [illegible] থাদোইদোবনী॥

গরুড়পুরাণ :—[illegible]ষ্ঠ মালাম্ব [illegible]তরাজস্য দূতিকাঃ।
[illegible] দূরেণ বাতোদ্ধূতং যথা দলম্॥

যমদূতশিংনা তুলসীমালা সিবা মীবু উরগা, মুংসিংনা হুমদোকপা উনা-শীংনাগী মতৌগুম লাপ্না চোঙ্হোকৃখী।

## তুলসী-কণ্ঠমালা ১স্যুং জপমালা সংস্কার, অদুগা শ্রীকৃষ্ণদা কচিঙ্গবা প্রণালী।

ক্ষালিতাং পঞ্চগব্যেন মূলমন্ত্রেণ মন্ত্রিতাম্।
গায়ত্র্যা চাষ্টকৃত্বো বৈ মন্ত্রিতাং ধূপয়েচ্চতাম্।
বিধিবৎ পরয়া ভক্ত্যা সদ্যোজাতেন পূজয়েৎ॥

তুলসীমালা লেংলগা পঞ্চগব্যনা স্নান তৌহনদুনা (চামথোকপা) মাহুগী মথক্তা মূলমন্ত্র জপ তোগদোবনী। মতুংদা গায়ত্রী মন্ত্র হায়বদি (ক্লীঁ কামদেবায় বিদ্মহে……অসিনচিংবা) মন্ত্র অসি ৮লক জপ তৌগনী। মতুংদা ধূপ থাবগী মৈথ্ মৈহনদুনা "তুলসীকাষ্ঠে ভবাযৈ মালিকায়ৈ নমঃ" মন্ত্রনা পূজা তৌদুনা শ্রীকৃষ্ণগী ভকসমদা হুকচিঙ্গগা মথনা সিজিন্নগনী। মসি কণ্ঠমালাগী মরীদনী থঙনগদোবনী। অদুগা জপমালাগী মরীদসু অদুমঙাই, তৌইগুবসুং ভকসমদা হুকচিনবগী মতুক্তা শ্রীগোবিন্দগী চরণ-থাদা কচিঙ্গগা জপমালা সংস্কার হেক্তা মওইরে।

## তুলসীমালা ধারণ মন্ত্রঃ।

তুলসীকাষ্ঠসম্ভূতে মালে কৃষ্ণজনপ্রিয়ে।
বিভর্ম্মি ত্বামহং কণ্ঠে কুরু মাং কৃষ্ণবল্লভম্॥
যথা ত্বং বল্লভা বিষ্ণোর্নিত্যং বিষ্ণুজনপ্রিয়া।
তথা মাং কুরু দেবেসি নিত্যং বিষ্ণুজনপ্রিয়ম্॥

নাহাক অসে তুলসীউনা সারকগনে; কৃষ্ণভক্তশিং [illegible]

ওইবিরিবী। ঐহাক [illegible]হাকপু শ্রীকৃষ্ণগী চানবিকম ওইহনবিয়ু। [illegible] কৃষ্ণগী [illegible]বিরিবা ১মুং ভক্তশিংনা নাহাকপু মুন্না নীংজরিবা, মতৌ [illegible] ঐহাকপুসু কৃষ্ণভক্তগী চানবিকম ওইহনবিয়ু।

## মালার্থ নির্ণয়।

দানে লা-ধাতুরুদ্দিষ্ট লাসি মাং হরি বল্লভে।
ভক্তেভ্যশ্চ সমস্তেভ্যস্তেন মালা নিগদ্যসে॥
এবং সংপ্রার্থ্য বিধিবৎ মালাং কৃষ্ণগলেঽর্পিতাম্।
ধারয়েদ্বৈষ্ণবো যো বৈ স গচ্ছেদ্বৈষ্ণবং পদম্॥

মালা ময়েক অনী অসিগী অর্থ:—মা ঐবু, লা শব্দগী অর্থ দান, মরম অসিদগী হে হরিপ্রিয়ে! ঐহাকপু শ্রীকৃষ্ণভক্তজনগী মফমদা দান তৌবিরে, মরম অসিদগী নাহাকপু "মালা" হায়না কৌনৈ। মতৌ অসুম প্রার্থনা তৌজদুনা হওনবা মতুংইন্না শ্রীকৃষ্ণগী ছকসদা ছকচিন্নবিরগা অহুম ওইবা মালাবু সিজিনবিরিবা বৈষ্ণব মহাক অসি বৈষ্ণব থুইন্না মকংজরে।

## নামাপরাধঃ।

হরিনাম মহামন্ত্র সোনবগী মরীদা, মথাদা ইরক্লিবা অপরাধ তরামক অহু তৌরুদনা, নাম সোরবা মতম তৌবিগনী। গ্রন্থ বাহুল্যগী চিংনথিবনা মূল শ্লোক কাইথোক্লবা তাথে।—

(১) সাধুশিংগী নিন্দা তৌরবদি, থোইনা অপরাধ ওইফম থোকই। (২) মহাদেব ১মুং বিষ্ণুগী নামগুণচিংববু খুদিংখুংনা তৌগতান নীংলবদি, মাহুক্ত অপরাধী ওইরে। (৩) গুরুগী মফমদা অবজ্ঞা তৌবা (থোগ্নজবা)। (৪) বেদমতিংবা শাস্ত্রশাস্ত্রগী নিন্দা তৌবা। (৫) হরিনামগী

অর্থ [illegible] নামগী [illegible]ক্তেংবা অর্থ থাদোকপা অ[illegible]না মাঙ্গবা। (৬) নামগী পাবৈনা পাপকী [illegible]কাং বিং[illegible], হায়রদি—নাম লোন্নগা পাপ কোকচখিগনী [illegible]না পাপাচরণ চৎম্লতা মরৈবা, নত্তগা হরিনাম অমুকী তোয়না [illegible]বন্বু, পাপনা করি তৌজরদগে হায়দুনা পাপাচার মত্তদা হায়-[illegible]বা, মহাক অত্তুদি মতম কুইনগী যমযাতনা মশক্ক ওইখিদনবু মহাক্কী মপাপ কোকপা নাইখিদ্রে। (৭) ধর্ম্ম, ব্রত, দান অমসুং যজ্ঞ-[illegible]বা শুভকর্ম্ম খিবিকপু হরিনামগা মান্নবা নীংলবদি অপরাধ পোকচরকই। (৮) শ্রদ্ধা লৈত্রবা অমসুং নাম তানীংদ্রবা মীদা পাউত্তাক পীরুবসু দোষ ওইরৈ। (৯) নাম মাহাত্ম্য শ্রবণ তৌরবসু শ্রদ্ধা ভক্তি পোকত্রবা [illegible] অপরাধগী মশক নী। অমসুং (১০) ঐহাক, ঐহাকী, অসিমক্তা নীংজখিদুনা বিষয় ভোগতদা মপূক্কীং লূপখৎবা, মথোয় অদুসু নামদা অপরাধী ওইনা থোক্লে।

কলিযুগদা ভ্রমদগী নামাপরাধ তৌবা থোকখৎবসু, মতম পুম্নমক্তা নাম সংকীর্ত্তন তৌজবতনা শুদ্ধগী নামাশ্রয় চঙজবা ওইগনী।

## দর্শনাপরাধঃ।

অগস্ত্য সংহিতা—রিক্তপাণি র্ন পশ্যেত্ত রাজানং ভিষজং গুরুম্।
নোপায়নকরঃ পুত্রং শিষ্যংভৃত্যং ন নিরীক্ষয়েৎ॥

ভেট রাওদনা ইষ্টদেবনচিংবগী পূজা চত্তকদবগুম, খুৎহাত্তনা রাজা, মাইবা, গুরুনচিংবগা উনবসু অপরাধী ওইরৈ। মতৌ অদুম অমাং, মচা, মচু, সেবক অমসুং মনাইগা উনবসু অচা অথক থম্নং লোয়নগদৌবনি নত্রবদি দোষকী মশক ওইনা থোক্লে।

সোন্নবা।

# সমর্পণ।

ঐহাক মণিপুরগী পুরাতন শ্রীশ্রীগোবিন্দজীউ দর্শনগী থোকচকপা কালদা, ভক্তপ্রবর ওয়নাম শ্রীগোকুলচাঁদসিংহ বাবুনা লেংবিরম্বা "শ্রীবৈষ্ণব ইতিহাস" কৌবা গ্রন্থ অমা থেংনখিদ্ৰ। মকোন্তগী মমৈ্য ফাওবা পুরুম থিংজিন্না পাখিবদগী ওন্থোকনা মুংঙাইবা পোকচখে্র।

শ্রীগ্রন্থ অসি চুম্নগী সণাবুন মমুংদা সমুদ্র-জল হাপ্পিনবগুম থোকখিদ্র, য়োনা কান্নফম ওইনা থোকপিরৈ, অমসুং মশাপূম্বা শাস্ত্রসংগত ওইরম্বা মচাকনা থনথ্রবা ফজথ্রবা মওংদা প্রকাশ ওইবিরক্লে। শ্রীগ্রন্থ অসি বৈষ্ণব জগতকী য়োনা কান্নফম ১সুং চন্নফম ওইরগনি হায়না ভরসা তৌজে। অমছিকসুং গ্রন্থমচ্চা অসিদি মহামুভব বৈষ্ণব সম্প্রদায়গী মুংঙাইনফম ওইনা য়ুমথোঙ খুদিং ঙান্থোইরগনি হায়রুবদা চিন্নফম থোক্লদে। ইতি ঝুলন পূর্ণিমা, চৈতন্যাব্দ ৪৬৩।

শ্রীধাম নবদ্বীপ নিবাসী সুপ্রসিদ্ধ পূণ্যশ্লোক শ্রীপাদ ৺ভুবনেশ্বর সাধুঠাকুরগী অন্তরঙ্গশিষ্য :—

শ্রীশ্রীরাধাকুণ্ডবাসী দীন শ্রীগোপালদাস মহান্ত।

| লামায় | | পঙক্তি | [illegible]নবা | | [illegible] | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| ৬৬ শুবা | | ২১ গী | চত্তরবদা | [illegible] | [illegible] | ওইগনী |
| ৭১ ” | | ২ ,, | পাণ্ডথুমকথী | | [illegible]ওথুমকথী | ,, |
| ৭২ ” | | ১২ ,, | থৌরিদগী | ,, | থৌ-রীদগী | ,, |
| ৭৩ ” | | ৬ ,, | থরায় | ,, | থৌরায় | ,, |
| ৭৩ ” | | ১৬ ,, | লোয়ন | ,, | লোয়না | ,, |
| ৭৪ ” | | ১০ ,, | মীপুমত্তিংনা | ,, | মীপুমত্তিংনা | ,, |
| ৭৬ ” | | ১৬ ,, | থরায় | ,, | থৌরায় | ,, |
| ৭৭ ” | | ৫ ,, | গেরনা | ,, | গৌরনা | ,, |
| ৮১ ,, | | ১৬ ,, | স্বামা | ,, | স্বামী | ,, |
| ৮৪ ,, | | ১১ ,, | শান্তুপুরদা | ,, | শান্তিপুরদা | ,, |
| ৮৭ ,, | | ২০ ,, | পায়দ্ | ,, | পায়দা | ,, |
| ৮৮ ,, | | ১৭ ,, | পূরী দা | ,, | পুরীংদা | ,, |
| ৮৯ ,, | | ১৩ ,, | চিচ্চয়নবা | ,, | চিচ্চায়নবা | ,, |
| ৮৯ ,, | | ১৪ ,, | থদেক্লমদ্ | ,, | থাদোক্লমদা | ,, |
| ৮৯ ,, | | ১৭ ,, | ফংবিনীবা | ,, | ফংবিনীংবা | ,, |
| ৯০ ,, | (টীকা) | ৩ ,, | স্থলতাল | ,, | স্থলতান | ,, |
| ৯০ ,, | („) | ৪ ,, | প্যোনবিথদা | ,, | প্যোনবিথ্রদা | ,, |
| ৯১ ,, | | ২১ ,, | নীলাচল হনবা | ,, | নীলাচল তাম্না হনবা | ,, |
| ৯৪ ,, | (টীকা) | ৭ ,, | গিরিদ | ,, | গিরিদা | ,, |
| ৯৪ ,, | („) | ৮ ,, | নিপঞ্চচা | ,, | নিপামচ্চা | ,, |
| ৯৪ ,, | („) | ৮ ,, | অশ্রয় | ,, | আশ্রয় | ,, |
| ৯৪ ,, | („) | ৯ ,, | রাহৈদগী | ,, | রাহৈদগী | ,, |
| ৯৬ ,, | | ১১ ,, | প্রভুবু | ,, | প্রভুবুঁ | ,, |
| ৯৭ ,, | ৪বা অধ্যায় | ৩ ,, | অক্তিগা | ,, | ভক্তিগা | ,, |
| ১০০ ,, | | ৫ ,, | ভক্তিগী | ,, | ভক্তি | ,, |

| | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| মায় | | [illegible] | অরানন্দা | | অচুম্বা | |
| ৩ব | | [illegible] | অমন্মমন্তান | নস্তে | অমশ্মমতা | ওইগনী |
| ৪ ,, | | [illegible] ,, | স্নুং | ,, | ১স্নুং | ,, |
| ৯ ,, | (টীকা) | ১ ,, | য়েপছিনবিখা | ,, | য়েপছিনবিখী | ,, |
| ৯ ,, | (,,) | ৭ ,, | শন্দোকখিদ্‌। | ,, | শান্দোকখিদ্‌। | ,, |
| ৯ ,, | (,,) | ১৪ ,, | আলিঙ্গল | ,, | আলিঙ্গন | ,, |
| ১২ ,, | (,,) | ১ ,, | কবিবায় | ,, | কবিরায় | ,, |
| ১৩ ,, | | ১০ ,, | মরিদা | ,, | মরীদা | ,, |
| ১১৫ ,, | | ১৪ ,, | লোয়নন | ,, | লোয়ননা | ,, |
| ১১৬ ,, | (টীকা) | ৬ ,, | বঁশী | ,, | বাঁশী | ,, |
| ১১৬ ,, | (,,) | ১১ ,, | ওবানা | ,, | ওরানা | ,, |
| ১১৮ ,, | | ৯ ,, | তৎপ্রকাশশ্চ | ,, | তৎপ্রকাশাংশ্চ | ,, |
| ১২১ ,, | | ২ ,, | মাধাচার্য্যগী | ,, | মাধবাচার্য্যগী | ,, |
| ১২৫ ,, | | ১৭ ,, | ইম্মুং | ,, | ঈম্মুং | ,, |
| ১২৭ ,, | | ১৫ ,, | লউনবিখী | ,, | উনবিখী | ,, |
| ১২৮ ,, | | ৯ ,, | কানাইডঙ্গা | ,, | কানাইডাঙ্গা | ,, |
| ১৩০ ,, | | ২১ ,, | তবানীথোইগী | ,, | ভরানীথোইনিগী | ,, |
| ১৩৬ ,, | | ১৯ ,, | মচিম্মনাও | ,, | মচিম্মনাও | ,, |
| ১৩৮ ,, | | ৪ ,, | ৩৩ | ,, | ৩।৩ | ,, |
| ১৩৯ ,, | | ৯ ,, | থদোকখ্রদ্‌। | ,, | থাদোকখ্রদ্‌। | ,, |
| ১৪২ ,, | | ২২ ,, | গ্রহিণী | ,, | গৃহিণী | ,, |
| ১৪৩ ,, | | ২১ ,, | বয়ানিমরুম | ,, | কয়ানিমরুম | ,, |
| ১৪৬ ,, | | ১১ ,, | মহাপূরুষ | ,, | মহাপুরুষ | ,, |
| ১৫০ ,, | | ৭ ,, | মাব | ,, | মাবু | ,, |
| ১৫০ ,, | | ১২ ,, | উবিখিদগী | ,, | উবিখিবদগী | ,, |
| ১৫৯ ,, | (টীকা) | ৪ ,, | নিত্যায় | ,, | নিত্যাই | ,, |

